মণিপুরী শোঁত স্তোরি সোসাইটি, ইন্দিয়া

# খূনগংলবা লীক্লু পরেং



লিষ্তোঙম্বী পাব্লিকেসন্স

[illegible]

# খূনগংলবা লীকু পরেং

ইদিটর

নবকুমার নোংমৈকাপম




মণিপুরী শোর্ট স্তোরি সোসাইতি, ইন্দিয়া

P লিস্থোইঙবী পাব্লিকেসন্স

**KHUNGATLABA LEEKLU PARENG**

***(Selected Golden Beads)***

*A collection of thirty five short stories in Manipuri by 35 short story writers, published by Ksh. Subadani of Linthoingambi Publications on behalf of Manipuri Short Story Society, India.*

অহানবা ফোঙবা ঃ দিসেম্বর ২৫, ২০০৮

কোপী ঃ ১,০০০

ফোঙজবী ঃ লিহোইঙম্বী পাব্লিকেসন্স ইম্ফালগী ক্ষেত্রি সুবদনীনা শোর্ট স্তোরি সোসাইটি, ইন্দিয়াগীদমক্তা।

মখুম ঃ থোইদিংজম তোম্বী সিংহগী অয়েকপা লাই অমদগী আর্টিষ্ট মশাগী অয়াবা লৌরগা পুথোকচবা

নম্ফম ঃ পদ্মা প্রিন্টর্স, পাউনা বাজার, ইম্ফাল

মমল লুপা ২০০/-

• মণিপুরী শোর্ট স্তোরি সোসাইটি, ইন্দিয়াগী মেম্বরশিং
• রাজেস বুক ষ্টোর, গভর্নর রোদ, পাউনা বজার, ইম্ফাল
• অফোঙবীগী য়ূম, কাকৈথেল মোইরাং পুরেল লৈকাই, ইম্ফাল

# ৱাহৈ খরা ৱারোল খরা

ৱারী অমা য়াওবা সাহিত্যগী মচল খুদিংমক ৱারীমচা হেক্ত ওইবা য়ারোই। ৱারেংদা (হায়বদি শৈরেং নত্তবা) ইবা, হীরম, থৌদোক-ৱাংথোক পরীং, মীওই (হায়বদি পাত্র-মী নত্তবা অতৈসু য়াই), ৱারী ৱাতায় অমদি নাক য়েং মতা চানা য়াওবা, খুৎফম অমুক্কুম্বদা লোইনা পাথোকপা য়াবা খুৎই অদুবনি ৱারী মচা হায়রিবা মচল অসি।

পাউদম অসি ৱারী মচা মপূমগী ওইনা য়াম্লমক মরূওইবা থৌওং অমা ওইনা লৈ। কদায়দগী কমদৌনা হৌবা,ময়ায়না কদায়দা ওইহনবা অদুগা লোইশিনবনা করম্বা মতাংদা লোইশিনবা হায়বসি পাউদম হায়বদি মফোঙদোক্কী মনুংদা লৈবা খোঙথাংনি হায়বা তাই। মফোঙদোক অসিদি অইবা মশাগী লনাইগী ওইবা মশক্নি। অমগা অমগা খেন্নরিবসু মফোঙদোক অসিদনি

নুংঙাইবা হায়বসি ৱারীমচাদা শোয়দনমক্কী চঙই। ফনমক ফজরবসু, ফনমক কান্নে হায়না লৌরবসু নুংবু নুংঙাইত্রবদি মহাও য়াওদবা পোৎলমগুম থোকই। ৱারী মচাগী ৱাহৈ খুদিংনা পরেং অমদি তাংথক খুদিংনা লোয়ননা মপূমগী ওইবা পোখোক্লে পীরিবসি নুংঙাইবনি। নুংগী ওইবা অপেনবা ওইবা মনুংঙাই অসিনি সাহিত্যনা তাল্লিবসু। মফম মতম য়াম্না লৌবা চৎনদবনিনা য়াম্না পাক শন্না শীংথানবগী মতাং লৈনদে। মচং ওইবা, চঙদবা য়াদবা খরদংদনা পেন্না নুংঙাইহনবা তাবনিনা মচল অসি পঙলায় লায়বা খুৎইদি ওইদে। অদুনা পন্দবা সুপয়া য়াদবা পরীং খরনা পোল্লোই অদু তানবা তাবনি। হায়বদি উৎপা পান্নিবা ৱাফম অদু নৎত্রগা শীগদৌরিবা ইফেক্ট অদু তাপ হেক্তা পীবা য়াবগী মওংদা শীনগদবনি হায়বসি হায়দবা য়ারক্তে। ইফেক্ট অসি অমতমক ওইগল্লি নৎত্রগসু য়ামগদ্দে। ৱারী মচাদি অতেনবা লমজে নগুম্বনি, অশাংবা মরাথোনগুম্বা নত্তে। অদুনা খংহৌ হৌরগা অরোইবী থৌনা ফুদোক্লুনা চেল্লগা লমথুংদা চপ লেপ্পগী মওংদা চথনৈ। হৌজিক্তি ৱারী মচাসি ঈনা তপ্না খোমজিন তাশিন্দুনা লোইবগী মহূত্তা লেপফম মতাং অমদা খংলেপ হেক্তা লেপ্পরে। অদুনা ৱারী মচাদি লোইবা নত্তে, লেপ্পনি হায়না কন্না হায়নরে।

হৌজিক্কী মণিপুরী ৱারী মচাগী থাক অসি থাক য়াম্নমক ৱাংনা লৈরি। হীরমদা মীওইবগী লনাইগী ওইবা থৌদোক ৱাথোক ময়াম লৌশিন্নরক্লি। পীকপ্লবা থম্মোয়গী ইহল মচা অমা লৌখৎলগা মরীক চুম্না তেল্লপ্পা লূম লূম লাউনা য়োৎপগী হৈশিংবা কয়া উবা ফংলক্লি।

অপূনবগী ওইবা পুন্সি মরেলসু পাক শন্না য়েক্লরক্লি। অপূনবগী পুন্সিদা পামদবা, অদুগা হকথেংনদবদি য়াদদুনা হকথেঙনরিবা সমস্য ময়াম অমসু মথং মথং লৌখৎনরক্লি । য়াম্না লিবা অদুগা নৌদুনতদি লৈরিবা অমদি লৈগদৌরিবা নুংশি-নুংওনগী লমদাং অসিমদি হৌজিক্কী অইবশিংনা খরা থৈয়ায়নরকপগুম তৌরে। মতমগী ওইবা সমস্যারোমদা হেন্না পূক্লিং চিংশিন্নরকপগী মওং অমা উরি । অনৌবা মতমগী চৈথেংগী খূদোলনি হায়দবা য়ারোই । ঈরাংনা লাকহৎলবা নাকয়েৎতা কলম পায়রুবগী হৌনবনি । হীরমগী লমদাংদা য়াম্না হৈনীংনা লৌখৎনরক্লিবা অমদি নুপীগী মফম অসিনি। মান্নবা থাক্কী লৈমী অমদা হৈরগা শেমদুনা পুথোরকপা নুপীগী মশক অমা পাক শন্না উবা ফংলক্লি । নুপী হিংলি, মান্নবা হিংগদবনি হায়বগী হৌরবা খোঞ্জেল অমা ৱারী মচাদা তাবা হৌবক্লি । নুপীগী মতীং লৈবা মণিপুরী সমাজনি, হেন্না চাশিন্নবগী লৈখোন অমা লৈগনি । অচৌবা অপাকপা সংস্কৃতি অমগী চাইগোইনুংদা শোম্বুরুরে হায়নবা মৈতৈ নুপীগী মশক নৌনা অমুক শাফোঙবা হৌবনি হায়না লৌবদা কায়গদবা নত্তে । মতমগী ৱারী মচানা মীওইববু মপান্দগী নত্তবা মনুংদগী ওইনা য়েংনবগী কন্না লাক্লরক্লি ।

চৎনরকপগী মওংগা লোয়ন লোয়ননা অনৌবা মফোঙদোক কয়া উরক্লি । চাংয়েংগী ওইবা মওংদা চত্থরকপগী মওং কয়া অমসু থোক্লবক্লি । চৎনবকপগী মওংগী মফোঙদোক্তা পেনবা ঙম্নক্তবা অইবা অইবী থোক্লক্লি । তরাম্না ওক্লিংঙাইনি । অদুমকপু মফোঙদোক্তা হেন্না মায়পুনখিদুনা সিঙ্গল ইহে ট্রপাবদা লকক তৌখিবা তারগদি মঙাও হম্বুরকপগী মতাং লাক্কনি ।

মতমগী ৱারী মচানা পুন্সিবু নক্লা, য়াম্নমক নকশীন্ননা য়েংদুনা উৎননবা লাক্লরক্লি । 'মশা মশাগী শক্তম' হায়বগী ৱাফম্না মরু ওইবা মতাং অমা ফূক্কৎনবকপা চক ওইবনিনা মণিপুরী ৱারীমচানা কন্না কোনশিলক্লি লমদমসিগী নাকয়েৎ । লমদমসিতগী ওইবা মনুং অমদি মপানগী নাকয়েৎ ওইরবসু পূম্নমক্কী ওইবা পম্বুংদি সাহিত্যগী লমথুং অমনি। লমথুং অসি মতমগী ৱারীমচানা ফংনবা হোৎনফম থোকই । হোৎননরি । হোৎনবা হায়বসিসু সাহিত্যগী লমথুং অমনি ।

<u>ইম্ফাল, মণিপুর</u><br>
তাং ১৫-১১-২০০৮

প্রোফেসার এলাংবম দীনমনি<br>
*এক্স প্রসিডেন্ট*<br>
মণিপুরী শোর্ট স্তোরি সোইসাইটি, ইন্দিয়া

# এদিটরগী ৱারোল

ৱারী মচা ইগে হায়রবদি অহানবমক্তদা ৱারী মচা হায়বা কলা অসি তঙাই ফদনা খঙদবা য়াদবনি। সিঙ্গল সিতিংদা মপূম অমা ওইনা পাবা য়াবা অতেনবা ৱারী খুদিংমক ৱারী মচা ওইগনি হায়বা লৈতে। মদু ৱারী মচাগী জেনরসিগা য়াম্না নক্পবা, ৱান এক্ট প্লে, ফুঙ্গা ৱারী, লৈপুং ৱারী, পাউচেগী ফিচর নচিংবা অমা হেক্তা ওইবা য়াই। ময়ামসিদগী ৱারী মচনা, ৱারী লীবগী তোপ তোপ্পা তেক্নিক, প্লোট অমদি সিঙ্গল ইফেক্ট পীবদা তোঙান্না লৈ।

ৱারী মচাদি পারিবা মীওইশিংবু ফাজিল্লগা লোইদ্রিফাওবা অদুম পাহনবা ঙম্নবগী মগুণ য়াওবগী মথক্তা সিঙ্গল ইফেক্ট অমা পীনবা থিমদুগী তরগেট অমদা চুম্না য়ৈহল্লি। মসিগী মথক্তা ৱারী মচাদুনা কণি হায়রিবগে হায়বগী মেসেজ, ইন্তরতেনমেন্ট, থ্রিল অমদি এদুকেসন্নচিংবগী মচাক য়াওহনবা ফৈ। থিমদুগী চানবা সিচুয়েসনশিং নীংথিনা ইষ্টাব্লিস তৌদুনা য়ারিবমখে বিএলিটি/রিজনেবল ওইহনগদবনি। অদু নত্তদুনা মী অতৈসু ইনৈ হায়দুনা পঙই ইবা অমদি ৱারীগী লীয়াঙদদি ইচং চত্তনা মফেলদতা হাইদুনা লৈরবদি অফবা ৱারী ওঁয়া অমা ওইগনি থাজদে। নিংশিংবা য়াই মপুন্সিদা ৱারী মচা অহন্থক্তুং ইরম্বা চন্দ্রধর শর্ম্মা গুলেরিনা পৃথিবীগী ৱারী মচা ইবশিংগী অৱাংবা ফিদাদা ফম্বা ঙমখিবদু।

দাইলোগ য়ামহন্দবা ফৈ। য়ামথ্রগদি ৱান এক্ট প্লেরোমদা নকশিনখি। হান্নবা মমিং লৈববা ৱারী মচা কয়া নৈনদুনা মনুং থীংনা খঙবা ফৈ। অসিগীসু মথক্তা লোন অমদগী অতেপ্পা লোন অমদা ৱারী মচা কয়া হন্দোক্তুনা প্রাক্তিস তৌবা ফৈ।

পূম্নমকসিগী মথক্তা তৌদবা ইয়া য়াদ্রবা অমদি মতম চঙনা থিম, প্লোট, ক্লাইমেক্স শেমগত্তুনা ইথোক্লবা ৱারী মচাদু মঙা-তরক্লক্তগী তাদনা হঞ্জিন হঞ্জিন শেমদোক শেমজিন তৌদুনা য়ারিবমখে ৱাহে ইকনমি ওইহনগা লোয়ননা মশা নালহনবিগদবনি। ৱাকোই অমদি অর্থ মান্নবা হঞ্জিনবা ৱাহেশিং লৌথোক্কদবনি। পৃথিবীগী ৱারী মচাগী মপা হায়না খঙনরিবা এদগর এলান পো মশামকসু মাগী শাংলবা প্লোটতু পাউচেগী শরুক খরখক্তুং কন্নবা য়ারিবমখে তেনশিনহনখিবগী ৱারী লৈ।

পুথোক্লিবা লাইরিকসিদা য়াওরিবা ৱারী মচাশিংসি মণিপুরী শোর্ট স্তোরি সোসাইটি, ইন্দিয়াগী ১৪ রক শুবা লৈবাক্কী ওইবা ৱারী মচা পাবগী থৌরম অমা ককচিংগী য়াম্লেম মণি সাহিত্য ভাবনদা পাঙথোক্লম্ব্রবশিংদুনি। মদুগী মথক্তা লাইরিক অমা ওইনা পুথোকপা য়াননবা অখন্নবা অইবা খরদগীসু লৌদুনা হাপচিঞ্জরি। লাইরিকসিদা ভারতকী সাহিত্য একাদেমি এৱার্দ ফংখ্রবা অইবা অইবী কয়াগী ৱারী মচা কয়া য়াওরে। লাইরিকসিদা য়াওরিবা অইবশিংসি

মণিপুর, অসাম, মেঘলায়া, ত্রিপুরা অমদি বাংলাদেশতগীনি ।

ৱারী মচাশিং অসিগী ইউনিফোর্মিটি অমা থম্না ঙম্নবা বনান অমদি দাইএলোগাশিংগী কোটেসন্দা খরা শেমদোক শেমজিন তৌজরে । বনানগী চমম্নবা লাকপা মতাংদদি নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্রগী মণিপুরী দিক্সনারিদগী মতেং লৌজে । অদুগা অমরোমদা, সোসাইটি অসিগী ফাউন্দর প্রসিদেন্ট প্রোফেসার এলাংবম দীনমনিগী পাউতাক মতুংইন্না ৱারী মচাগী ফোর্ম ইতা তাদবশিংদু অইবা মশা মশাগা তান্নরগা খরা খজিক শেমদোক শেমজিন তৌজখি । শেমদোকপা লোইরগসু মশা মশাদা থাদুনা মদুগী অয়াবা লৌজে । মদুদসু মওং ইতা তাদ্রবশিংদুদি এদিটোরিএল বো.কী অয়াবা লৌজরগা লাইরিকসিদা হাপচদ্রে । য়ারিবমখৈ চেকশিনজবগী মরমদি ঐখোয়গী সংস্থান অসি মণিপুরী সাহিত্যগী লৈকোন্দা ৱারী মচা হায়বা জেনরসিগী ওইনা অৱাংবা থাক অমদা থম্না ঙম্নবনি । নীংশিংবা য়াই, হৌজিক ফাওবদা মণিপুরী সাহিত্যগী ওইনা নেসনেল সাহিত্য একাদেমী এৱার্দ ফংগ্রবা লাইরিক মশীং ৩৩ গী মনুংদা ৱারী মচাদা ১৪, শৈরেংদা ৯, উপন্যাসতা ৬, দ্রামাদা ৩ লমকোই ৱারীদা ১ ওইদুনা ৱারী মচানা মণিপুরী সাহিত্যদা থাক ইৱাং ৱাংনা লৈরিবনি।

লাইরিকসিদা য়াওরিবা ৱারী মচাশিং অসি অইবা/বীদুগী চহীগী মতুংইন্না মথং মনাও নাইনা হাপচবনি ।বাইওদতা পীবিরক্তবশিংগীদি অরোইবদা ওইনা হাপচরি । ফাটোগা কোন্নবা বাইওদতা ইবদনা পোকপগী খৃষ্ট কুম, তাং, অপোকপা-অপোকপীগী মিং, লৈফম, শিনফম, শম্নরিবা সাহিত্যতগী ওইবা সংস্থানশিং, ফোঙগ্রবা লাইরিকশিং অমদি ফংলবা মনা মথুমশিংতমক লৌখৎচৈ । অসুম্না অইবশিং অতেনবা শক্তাকৱা অমা ইরকপদা শ্রীমতি ক্ষেত্রিময়ুম সুবদনীগী '*শক্লাইবা খরগী পুলি*', রাজেন খুমুকচমগী '*মণিপুরগী থৱাম্মিচাক খরা*' অমদি রাইটরস ফোরমগী চেফোঙ '*সাহিত্যগী পাউ*' দগী মতেং কয়া লৌজখি ।

লোনগী মতাংদদি লম-লমদুগী ৱাঙাঙ, লোম্বে-বজার বাষাদু ইম্ফালদা ফোঙলিবা পাউচেশিং, মণিপুর ইয়ুনিভরসিটি, আকাশবানি ইম্ফাল, ডুরদরসন কেন্দ্র ইম্ফালদা চৎনরিবা/ঙাঙন-শক্নরিবা লোনগী মওংসিদা থম্নবা তঙাই ফদনা খরা খজিক শেমদোক শেমজিন তৌজরে । অদুবু ৱারীগী মশাদা য়াওরকপা তঙাই ফদবা লোন্দাদুদি অদুমক কায়দনা থমজরি । অসুম্না তৌজবগী মরমদি তোঙান তোঙানবা মণিপুরী তাবা লমশিংদা ঙাঙন শক্নরিবা মান্নদবশিংদু খরদা ওইরবসু কোকহনবদা মতেং ওইনবনি ।

থোইদোক হেন্দোক্না, ১৪রক শুবা লৈবাক্কী ওইবা ৱারী মচা পাবগী থৌরমগী অচঙবা খরচ পৃষ্না পুথোকপিখিবা সাহিত্য সেবা সমিতি, ককচীং ; লাইরিকসিবু ফোঙ-দোকপিরিবা লিম্থোইঙম্বী পাব্লিকেসন ইম্ফালগী ক্ষেত্রিময়ুম সুবদনী অমদি লইরিক অসিবু নম্বিরিবা পদ্মা প্রিন্টরসকী মেনেজর ইরাবোৎপুসু ঙমখৈ লৈতনা তৌবিমল খঙবা উৎচরি ।

ইম্ফাল, মণিপুর — নবকুমার নোংমৈকাপম
তাং ১৪/১১/২০০৮ — এদিটর

# ৱাহৈ খরদং

খৃষ্ট কুম ১৯৯৪ গী ডিসেম্বরগী তাং ২৫ দা, মণিপুর অমদি মপান মণিপুরগী মণিপুরী সাহিত্যগী মরূ ওইনা ৱারী মচাগী লমদাংদা অপুনবা ঈচেল অমগী ৱাখলোন্দা মণিপুরী শোর্ত স্তোরি সোসাইতি, ইন্দিয়া পোকখি । থোইদোক্না শরুকাইরবা অইবা মণিপুর ইউনিভরসিটি, ইম্ফালগী মণিপুরী দিপার্টমেন্টকী প্রোফেসার ডা এলাংবম দীনমনি সিংহনা প্রসিদেন্ট অদুগা নেহরু কোলেজ, পয়লাপুলগী প্রোফেসার ডা নোংথোম্বম নোনীগোপাল সিংহনা সেক্রেটরী ওইদুনা লক্ষিপুরদা সোসাইতি অসি লিংখৎখিবনি ।

লিংখৎখিবা চহীদগী হৌনা সোসাইটি অসিনা শীল-লাওদুনা চহী খুদিংগী লৈবাক্কী ওইবা ৱারী মচা পাবা অমসুং খন্ন নৈনবগী থৌরম হেক হেক পাওথোক্তুনা লাক্লি । হৌজিক ফাওবদা অসামগী তোঙান তোঙানবা মফমশিং লক্ষীপুর, তারাপুর —খেলমা, জারিবোন —লাইশ্রমখুন, পালরবন্দ, কামরাঙ্গা, শিলচর, রাণীপুর, হোজাই অদুগা মণিপুরগী জিরিবাম অমদি ককচিংদা মথং মথং পাওথোকপ্রে ।

সোসাইটি অসিগী মরু ওইবা পান্দমদি ইরবা ৱারীমচাশিং চহী খুদিংগী মফম হোং হোংদুনা পাথোকমিন্নবা অদুগা পাথোকপ্রবা ৱারী মচাশিংদু অমুক লাইরিক ওইনা ফোঙদোকপনি । অসুম্না চথরকপদা '*মতমগী ঈচেল*' (২০০৬) অমদি '*মতমগী খোম্লাং*' (২০০৭) পুথোকপ্রে । হৌজিক অদোমগী খুত্তা লৈরিবা '*খুনগংলবা মীক্লু পরেং*' কৌবা সোসাইটিসিগী অহুমশুবা লাইরিক অসি মণিপুরগী ককচিংদা পাওথোকখিবা লৈবাক্কী ওইবা ৱারী মচা পাবগী থৌরমদুদা পাথোকপ্রবশিংদুনি ।

লাইরিক অসি সোসাইটি অসিগী মণিপুর চেপ্তুরনা মরু ওইবা থৌদাং লৌবিদুনা পুথোকচবনি । লাইরিক অসি মণিপুরী সাহিত্যদা তিলহনজবা ওম্বগীদমক সোসাইটিগী মায়কৈদগী অপেনবা ফোঙদোকচরি ।

অমরোমদা, মণিপুরী শোর্ত স্তোরি সোসাইটি, ইন্দিয়া মীয়ামগীনি, মীয়াম্না শৌগৎপিয়ু ।

বাসকান্দি, অসাম

তাং ২৫-১১-২০০৮

কৈশাম বিদ্যপতি সিংহ

জেনরেল সেক্রেটরী,

মণিপুরী শোর্ত স্তোরি সোসাইটি, ইন্দিয়া

# য়াওফম

# এক্সিডেন্ট



নোংথোম্বম কুঞ্জমোহোন সিংহ

*"ইলিশা অমগী মহাও" গী অইবা হায়নসু খঙনবা, নোংথোম্বম কুঞ্জমোহোন সিংহ খুষ্টকী কুম ১৯৩৫ গী নবেম্বরগী তাং ১৮ দা কছাবগী পালাববোন্দা নোংথোম্বম রতন অমদি কাণ্ডবম নিংঙোল নোংথোম্বম ঙংবী অপাম্বী দেবী অনীগী মপাবি ওইনা তাইবংদা খোঙদাবকখি। হৌজিক হৌজিক্কা ইম্ফালগী উবিপোক য়াম্বেম লৈকাইদা লৈবে। গুৱাহাটি য়ুনিভবসিতিদগী এম এ পাস তৌববা মতুংদা মণিপুব কোলেজদা লেকচরব ওইরম্বদগী থৌবাল কোলেজ অমদি সি আই কোলেজগী প্রিন্সিপাল, বোর্ড ওফ সেকেন্দরী এদুকেসন মণিপুর অমদি কাউন্সিল ওফ হযাব সেকেন্দরী এদুকেসন মণিপুরগী সেক্রেটরীশিং ওইবম্মী। অইবসি মণিপুর মনুং অমদি ভারতকী মক ওইবা সাহিত্য অমদি কলাগী সংস্থান কয়াগী থৌপুবা ওইবম্বতা নত্তনা হৌজিক হৌজিকসু থৌপুরি।*

*অইবসিনা এডিটর ওইখিবা লাইরিক অমদি চেফোঙশিংদুদি, ১। য়াবেং মখল (১৯৬৬, বি চিত্রেশ্বর শর্মাগা পুন্না), ২। অতোপ্পা লোনগী য়ারীমচা (২০০৪), ৩। আশা ( চেফোঙ, ১৯৫১), ৪। পক্কেল ( চেফোঙ, ১৯৫২ - ৫৫), ৫। য়াখল ( চেফোঙ, ১৯৬৮), ৬। মৈবিক ( চেফোঙ, ১৯৭৪ - ৭৭) নচিংবনি। অইবসিগী ফোঙখ্রবা য়ারীমচাগী লাইরিকশিংদি ১। চেনখিদ্রবা ঈচেল (১৯৬৫), ২। ইলিশা অমগী মহাও (১৯৭৩), ৩। থবাম্মিচাক অমনা কেনখিবা (১৯৭৯), বসন্ত মমৈগী কোকিল (১৯৯৫), ৫। পাইরকখিদ্রে চেক্কচাদো (২০০২); লমকোয় য়াবীদা ১। সোভিয়েৎকী লৈবাক্তা (১৯৭৭), ২। জি দি আব দাইরি (১৯৮৫); বাইওগ্রাফিদা মালেমগী মণ্ডাল (১৯৬৮); লিটরেরি এসেদা সাহিত্যদা মীৎয়েং খরা (১৯৯৬); বেলে লেটরদা উরুবদা খরা নীংশিংলকপদা খবা (২০০২); নোভেলদা শবৎ-সন্ধ্যা (২০০৫) নি। হন্দোকখ্রবা লাইবিকশিংগী মনুংদা ১। সন্ধ্যা থাউমৈগী মৈরী ( নোভেল, ১৯৭০), ২। লৈরাং শাংলবসু শাংত্রবসু ( শৈরেং, ১৯৯৮), ৩। হল্লকখিনি অমুক তোববানসিদা ( শৈরেং, ২০০১), ৪। গোরা ( নোভেল, ২০০১) নি।*

*অইবসিনা ফংখ্রবা মনা মথুমশিংদি ১। নেসনেল সাহিত্য একাদেমি এৱার্দ, ২। সোভিয়েট লেন্দ নেহরু এৱার্দ, ৩। সাহিত্য একাদেমি ট্রান্সলেসন প্রাইজ, ৪। তেলেম ইন্দুবলা মনা নি।*

চাগী কপ অদো টেবলদা থম্না থম্না ঐখোয়গী নুপীনা নীংশিংলকই, " মোয় বাবা, বেঙ্ক হায়দো খরা ঙন্না চৎনবা তৌবিয়ু । ঙসিদি কায়দবা য়াদ্রবনি । শেঙ্গাউ শঙনবা পাই নাতৎপী অমা ফাওবা তাদ্রবনি ."

"হাই কবিনো নঙনা হায়রিদুবু ? মীনা তাখ্রগা করি হায়নি ? অদুক ইজ্জৎ লৈতবা য়াদুবু । . . . হোয়দা করিসু কায়দেদা, নিংথৌতসু নোংফাদোক মৈতান য়াৎলি হায়নরিবনি ।" নিংথৌগা চাংম্নদুনা গপ হাইফেং য়াওনা ঐনা খুম্‌ই ।

"য়াখলদি ফনা নুংঙাইরিয়ে নিংথৌগ-কা চাংদম্নরনুনা । অসিননি কাক্কী খোঞ্জেলবু ঙমজববসু ঈশৈ ঙংদুনা লৈবা ঙম্লিবসে । ও, ঈশৈদো থৃশচির্নাববো, তাইবংগী অৱা অনানা করি লৈগে হায়বা অমুক্তা য়াখল তৌবিযো ।"

"করিনোনে নঙনা এটেক তৌশিল্লক্লিদুবু ? মীনা ঙাইহাক ঈশৈ ঙংজববু হিন্দী ফিলম্ থিংবদৌনা থিংলগে হায়রিব্রা ?"

"ও, থিংজদেয়ে । শেঙ্গাউগী পাউদো, নীংশিংজবগী য়াদনি । অথু অকায় লাকপদা ঐদি হায়জরির্বাসিনি । মীঙোন্দা হারৌ হারৌ কোচেন চেনবা ঙমজবোইকো । খঙবিবিবদুনি, নমৌনুপীসে ঙসি হয়েং খঙদ্রবনি হায়বা ।" হায়বম্লগা মখা তারমদনা অদুম থোকম্রে ।

খঙংে, ঐনা থোইনা থৌৱা শাদবগুম তৌবসিদা মাগী শাউনীংবগী বেরোমিটরগী রিদিংসে হাইফেৎ য়াংলে । অসুম হায়না মাগী শাউনীংবগী বেরোমিটব র্থিদংসে হাইগৎলক্লবদি মাগী য়াওঙ শঙাংদা মাগী ব্যবহারগী থবক অসিসু য়াংখৎলকপনি । অদুবু ঐসু খঙদবদি নত্তে, ইমৌনুপী অহনসে থা শুরে হায়বা । ঙসি হয়েং খঙদ্রবনি । অহানবনিনা লাযেংশঙদা পুখত্তবসু যাদে । তৌবগীদি হৌজিক্কালসে অহানবনি খঙদো অরোইবনি খঙদে হোসপিতালদা লোইনা । অদুবু হোসপিতালদা পুখৎপা হায়বসে পৈশানিদো । সরকারগী ডাক্তরদি থাজবা য়াৎলি হায়দুনা প্রাইভেট হোসপিতালদা । প্রাইভেট হোসপিতালদা পুখৎপা হায়বসে শেন্দি খজিক খবাক্কী য়া নত্তে ।

মদু খঙদুনা ঐসু শেনসে খরদি অদুম থমজবনি । অদু ফাওবদা কোম্নদ্রদি হায়দুনা থাংজ নুমিত্তগীদি ঐনা শেন খরা লৌথোক্কে হায়দুনা তৌরক্লিবসে । অদুবু কদাইদগীনো লৈকাইগী অঙং অমা নুপী চেনশিল্লক্কে হাযদুনা পাউ হায়দোকপা চংশিনবা য়াদে হায়রবদগী য়াদদুনা চংলুরে । ফরসু ফৎত্রসু লৈকাইগী অহল হায়দো ওইরবনিনা মাই হায়বা ঙমদে । ঙস্তো হল্লক্কদবোই নীংবনি । পঙলাপ লাপ্পা নত্তে, কৈথেলমানবীদনি । খুম্বোংগী মখাদনি । অদুগদি ওম্মোকপা ইমুং হাযদো ওইরম্লে । অদু কৌকখিনি অদা কৌকখিনি, মামা পোকপা মবোক্তো পাউ থাখ্রি, মবুংদুসু মৈ হৌবমখৈ শাউদুনা অয়ুক ঙস্তা থোকখিবদগী হঞ্জিলক্ত্রি । মাগীসু য়া অমা তাখিনি ——নুপামচাদুগী অপোকপা মপা য়াওবিরকপ্রা, নুপীমচাদো হান্না থিনবিরকখো, থিনবিরক্লিফা ও মপারা কনানো মী অমা লৈবিহৌবা তাবে । ঙাওনবমখৈ ঙাওনরগা হল্লকপদদি নুংথিল পুং অনী তবে । নুমিৎ অদো বেঙ্ক চৎপা অদুম নংহৌদ্রে ।

নোংমাইজিং নুমিৎকী নুমিদাংবাইরমদো ইরোমগী ইনে ইঙেম্লৈ ইপা পাখত্নুনা চেল্লকই। মপা লৈত্রবা মশূনুপাদো মমান্নবগী স্কুটর পুদুনা কদায়দনো চৎলুবদা জীপ অমা থেংজিন্নদুনা শাথীনা শোক্লে। ঙসিমক ওপরেসন তৌদবা য়াররোই হায়রি। অদুনা লীশীং অনী অহুমদং পীদবা য়াদে হায়ররে। ইনে ইঙেম্লৈগী হায়রুরবদি মতেঙ পাংনীংই, মশূনুপা অদুগী খল্লুরগনা পৈশামত্তা লৈতে হায়নীংবনি। মশূনুপাদো নুংশিত্রবসু ইনে ইঙেম্লৈগী খন্দুনা উপুদা লৈজবা খরদো লৌথোক্লুনা পীখ্রে। ঐখোয়গী নুপীসু ইনেদুবুদি য়াম্লা লুনা তৌজে। ঐখোয়গী করিগুম্বা থৌদোক থাথোক অমা হেক থোকপদা ইনে ইঙেম্লৈনা খ্বাইদগী হান্না মশক উৎলগনি। অদুগা ঐখোয়গী নুপীনা লৈরসু লৈত্রসু মাগীনি হায়রবদি নীংহন্নদে।

নুমিদাং অদো লনাই ইলেক্ট্রোনিক মেদিয়া, আই এস তি ভি গী পাউদা য়াওরকই ——হয়েং অয়ুক পৃং মরিদগী নুমিৎ নীনি হায়বদি পৃং ৪৮ আইন্না য়াদবা লালহৌলুপ অমনা পাব্লিক কর্ফিউ লাউথোকখ্রে। সিকিউরিটি ফোর্সনা লালহৌলুপ অসিগী য়াওল লাম্মী অনী মখূৎ চল্লবা মতুংদা হাৎখিবগী প্রোটেষ্ট তৌবা ওইনা . . . । ঙাইহাক্নুদা মীৎকুপ খরা মৈ খংমুৎ মূৎখিদুনা করম্বা লালহৌলুপ্নো মমিং খঙহৌদ্রে। সরকারনা লাউথোকপা কর্ফিউদি ময়াম য়েংবা থোক্লরিবা মণিপুরনি। নুপী অঙাংতা নত্তনা জ্ঞান তারে হায়রিবা ঐখোয়ফাওবা য়াওরিপে''নি। সরকারনা লাউথোকপা কর্ফিউদি লমদম অসিদা ময়া য়াওদবা থাঙনি। অদুবু লালহৌলুপশিংনা কৌবা কর্ফিউদি তৃমিৎ কাঙ ফাওবা লম্বী লমজাওদা মশক উবা ফংদ্রিবনি। অদুনা নুমিৎ নীনি অদু বেঙ্কতা চৎপা ওইথোকখিদ্রে।

মথংগী নুমিৎ, হায়বদি য়ূমশকৈশদো বেঙ্ক য়ৌবদদি বেঙ্ক থোঙ হাংলমদ্রে। ভারতপূম্বগী ওইবা বেঙ্ক কম্মচারিশিংগী ষ্ট্রাইক। উপাই লৈতে। য়ূমদা হল্লক্লগা মমাদা হংই, " ডাক্তরনা থারকপা নুমিৎতো চুম্মীকো ?"

খল্লি, নোংমা নীনিতং চোম্থরক্লগদি ফগ্ননিদা।

মথংগী নুমিৎ অদো থবক অচীনবা লৈনা লৈনা ঙন্না বেঙ্ককী থোঙজিন্দা লেপ্লুরে। ঙন্দুনা মী পংলাক লাক্লদ্রিমাল্লে হায়না খল্লিঙৈদা বেঙ্ক শঙলিবা সি আর পি দুনা ঐগী ইতৌদু উবদা হায়রৈ——"আজতো ছুটি হে। হজরত মোহম্মদকী মপোক নুমিৎ মিলদ-উল-নবীগী নেসনেল ( )লিদে, লৈবাক পূম্বগী ছুটি।"

ওম্মোকপা হায়দুনি। হজরত মোহমদ নঙসু শরক অসিদা নঙগী নপোক নুমিৎ কদায়দগী নংহৌররোইদগুম নমশিল্লক্লিবা ? নোংম নীনিতং য়ৈথোকপা য়াদ্রবজাংলা ?"

হায়না হায়না চয়োল অমা ফাজিল্লক্লদৌরে বেঙ্কতগী শেল খরদং কায়নবা হোৎনরকপসিদা। মরকসিদা ইমৌনুপীনা মমিৎ মমায় পাঙদ্রিবসি অমরোমদা লাইবক ফবনি হায়বা তাই। মকু মনেমগী অবাবা খঙবী ইমৌ নুপীনি, মনেম মকু য়োকপীনি।

ইরাই নুমিৎ অদুনি পাখৎপা অমা য়াওনা ঐখোয়গী নুপীনা বেঙ্কতা ঙন্না চৎননবা হায়না থৌরক্লিবদো। ঐসু অঙাংশিংগী পরিক্ষাগী চে খরদো য়োমশিল্লগা থীন্দনা স্কুটর

অদো থৌদোক্লগা থোরকপনি । অদুবু দাউ হায়সিনা ময়াদ্রবদি অদুম মরী মরী য়াদবজাৎনি । বেরা অমা নৎত্রগা অমা অদুম . . . । চীংমৈবোং থৌরমদাইদা মনীংগী টয়াব অদো পংচব ওইথোকপ্রে । স্পেয়ারসু য়াওদে । ইচাগী মমান্নবা অমনা নুমিৎ নীনি হুমি হায়খিবনি । নোংঙানবগা শোয়দনা থিল্লক্কে হায়রম্বনি । অদুবু নীনী হুম্নি শুরবা ফওবা থিল্লকপা লৈখিদ্রে । ইচা খণ্ডদে মীচা খণ্ডদে হৌজিক্কানগী নহারোলশিংসে চপ মান্নে, মসিন্না হায়বদো লৈথোকখিবগা হেক্তা কাউখিবা জাৎনি ।

স্কুটরদো টয়ার ফোৎফম অমদা ইনশিল্লে । ঙাইহাক ঙাইবা য়াবনি, অদুবু মৈ লাক্কে, মৈ লাক্কদবা পূং অনীরোম ব্রাৎলি, মদুসু তম্বা ঙম্দে, শূক্লাক লাক্তবসু য়ারিবনি ।। নোংদম নাইদবা লমদম অসিগী মৈনি । মৈ য়াওদনা টয়াবদো ফোৎপা য়াদবনিনা বিক্সা অমা ফারগা গান্ধী এভেনিউ তান্না লাক্লে ।

বেঙ্কতা মী ফনা য়াম্না তিন্দুনা লৈরম্লে । ময়ামদো শাউনবগুমসু তৌই । শাউনবগী মরমদো চীন অমদগী চীন অমদা মথং মথং শন্দোরকই ____ কম্পিউটর য়াদ্রে হাযয়ে, ও মখোয়গী কম্পিউটরদো য়াদ্রে হায়য়ে । ওম্বোকপা হায়বদুনি । মীওইবনা মেছিন শাই, মেছিনদা থৌদাদুনা থবক কোম্না অমদি য়াঙনা পাঙথোক্লবা হোৎনৈ, অদুবু মেছিন্না নিঙাই তৌরপা মতাংদদি মীওইবা তৌফম খণ্ডদে, মীওইববু ফনা ফজনা লাক্লে ।

পূং অনীরোম মীযাম মরক্তদা লেপ্তুনা ঙাইনখৈ ঙাইরবা তুংদা লাউথোবকই, "ব্রারৌবা য়াদে । কম্পিউটরসে ঙসিদি য়াগদবা মাল্লে । কোলকতাদগী ইঞ্জিন্নিয়ার অমা হয়েং থারক্লবা হায়জখ্রে । অদু ফাওবদদি ময়াম খরদি খাঙবিবা তারে । . . ."

ইস! খরতা ওইরে ঐনা খাঙলক্লিবসি ? হপ্তা অমা ফাজিল্লক্লবনি ।

খোয়দৌসি ফূক্কদৌই । মীনিন অদুদা থূক থূক লাউবমসু পোক্লকই । কনাদা তাইনকনি? তাইনফম খণ্ডদে । মপান্দা থোরক্লগা কদায়দা চৎসিগে খল্লকই । নুংশাসু মৈ হৌনা শারি, শুবতা নত্তনা ওমচাক্লবা অমসু য়াওরি। নোংলৈ নুংশিৎ য়াওনা নোং হৈথগদবা মাল্লি। যুমদা হুঞ্জিল্লুরগা অসুক ঙন্না ঐনা করিনো তৌগদৌরিবা ? মদুনা হেন্না খোয়দৌ শাউগৎনিংঙাই ওইগনি ।

নীংশিংলকই মরুপ ইবোয়াইমাদো । কাংজৈবুং মনীংদা গর্ভনর রোদতা ষ্টেসনরি দুকান অমা চাউনা তৌরি । মচীন মনাও মরি মঙাগী মনুংদা মহাক্খক্তনি মেত্রিক লাম্বোকপা ঙমহৌদবা। অদুবু শেন পায়বদি মানা খ্বাইদগী হেল্লে হায়নৈ । হোৎনবা কল্লি, মদুনসু ওইবা য়াই । মঙোন্দা থেংলুরগে খল্লে । পংকুই কূইগদবা নত্তে, নোংনীনিতনি । লুপা লীশীং মরী মঙাখক্তংবু, হরাও হরাও অদুম পীজরক্কনি । মাগী নুপী চেনবগী হাক্তক্তা ব্রামিন্নখিবদো নীংশিংলুরবদি ঐবু তরাই তরাই তৌফম থোক্তে । মাগী মবুক মপাউ ঐ খণ্ডই ।

নুংশা শারবসু শানা খোঙনা অদুম চৎলে । কাংজৈবুং মনীংদা ইবোয়াইমগী দুকান য়ৌগদবা খরা ব্রাৎলিঙৈদা মৌনহা অমনা কৌরকহ, "ইতৈ, ইতৈ নৎত্রনে ?"

থৌজিন্নবসিদি নুপীনা নুপাদা ইতে কৌবসে পংকৌ কৌনদ্রে। নুপাদা মখোয়না ইবাই কৌবাসনা হেন্না চৎনবক্নে। খণ্ডদে, ইতে হায়না কৌবসি মখোয়দা শ্বায় শ্বায় লাউবম্না পোকপ্রা কবিনো হণ্ডদে। অদুগ ইতে কৌবসি পৃংতেক তোক্নখিবদি নত্তে।

পংকৌ কৌনবা চান্দ্রবা মংগীদা কৌবকপা তাবদুনা য়েংথোক্লুই— "হাইমা, ইবেচ নৎত্রনে, কদোমনগীনে।"

ইনে ইঙেম্লেগী মচানুপা অতোম্বী ইবেচনি। হান্নদগী মী কৌগন লাক্লম্লি। মশক মতৌদা মানা মচীন মনাও পদ্মমণিগী ইহেন হেন্না ফজবনি। মচীন মখাসু। ইম্ফালগী নুংঙাই য়াইফবা ইমুং কযানা মচা মমৌ ওইজগে হায়দুনা অহল লমন, মবী মতাদা ব্রাচৎ ব্রানেম কয়া তৌখিবনি। অদুবু পুক্নিংগী লৈমিন্নগদবা মী হাযবসিদি ইশানা পামজবা ইশানা নুংশিজবা মী অদুনা ওইগদবনি হায়বা ব্রাংত্রব ফলেসেফি অদু চীক্লুনা লৈখিবদগী ভাডা লৌদুনা লৈবা উচিব্রাদগী ছাত্র অমদা চেন্নখি। যাম্না নুংঙাইবমক নৎত্রবসু মচীঞ্জাক খবা চাজবি হায়দুনা মতমদুদা অহন লমনসু যানীং য়ানীংদা অদুম যাখিবনি।

" হোসপিতালদা চৎলুবা। তামোগী মচানুপাদো এক্সিদেন্ট থোক্লুনা হোসপিতালদা লৈবে হায়বা তাবদগী।" ইবেচনা খুম্লকই।

"কমদৌরৌব ?"

"খণ্ডদেদা, জ্ঞান তদ্রি ঙসি হাওব।"

এক্সিদেন্ট থোকপগী নোংঙানবগা ঐসু হোসপিতালদা চৎলুবনি। ফিভম অদো নুংঙাইতনা লৈহৌই। ব্রাবীদো অমবোমদা থৈদোকপা যাননবা হায়দুনা ঐনা মঙোন্দা হংই, "ইবেচা চা থক্কেবা ?"

"ঙসাইদগী থক্লিংবনা লোইববনি।" ইবেচানা হবাও হবাও খুম্লকপনি।

ঐন্নদি ব্রাবীদো থৈদোক্লবা চুম্না হংবা হৌনৈ হায়দুনা হংলুবনি। মাদি চান্ননা পীথক্লীংদুনা হংলিবোই খল্লুবমাল্লেদনা। কবিগুবুদি কাযদে, ঐবু কোইজদদুনা তৌবিবনি। ফৃবিংখাউদা লুপা কুনমুক্তি য়াওবি। কোন্নবা যাই। ম'ঙমক্তদা মাযথোঙ নাত্তক তৌবা হোটেল অমা উই। মমিংসু ফনা ফজে ____ লা পেবাদাইজ বেস্তোবাঁ। ফ্রান্সমক নৎত্রবসু ফ্রেন্স লোন্দা মমিং থোল্লিবনিনা লৈবাক অদুগী শহুম খবদি ফংহনবা য়াই।

ঐখোয় অনী হেটেল অদুদা চঙলে। হোটেল মপুদুনা তবাম তবাম কৌশিল্লি। পাখং খবগা লৈশাবী খবগসু কবি ব্রাবীনো শাব শাবদুনা কবি কবিনো চাবি থক্লি। কবি খল্লুববনো খঙদে, খবা চঙাশল্লগা কাচিল্লোমদা লৈবিবা টেবল মনাক্তা থাবিবা চৌক্রিদুদা খুদোম্বী থিল্লদুনা হায়বকই, "অসোমদনা নুংঙাইগনি।"

চাগা বোবাগা কৌদুনা চাখৎপদা ঙায়াব। মপাল্লেমদগী মী মযাম অমা লাঙবগী মখোন তায়। টেবল অতৈদা ফল্লিবা নুপামচা নুপীমচাশিংদো মান মানা থোকপা চেহ্মোক্লখি। পাখংমচা খবগা নুপী খবগা ফি ইন্দবী লৈশাবী শবী খবসু য়াওবি। হোটেলগী থোঙ নমখাযদুনা

চঙশিল্লকই।

“ লৈবে লৈবে কাচিনগী কেবির্নাসিদা নুপামগা নুপীমগা।” ময়ামদো ঝা-ঝা লাউনবকই, শাদানবশিংনা শা তানবদা শা থেংনবদুমঙায় ।

“ কেমেবা, কেমেবা, ভিদিও ভিদিও . . . ।”

ঐ জ্ঞান তাদে, কবিনো তৌবিবসে ।

“হাই নুপা, ফনদি অহনসু ওইরে । নবমচৎ অদুক কাপ্লবা কবিগীনো ?” মৌ নহ। অমনা ওইবমাল্লে লাউবকপদো ।”

“নক অদু কোক্লগা শুনু যাইভুং তৈগনি ওসিন্দি।” ইচাগুম্বা নুপামচা অমনা হায়বকপা ওইবমাল্লে। মখোয়গী মথৌনা মবিংক্লেল অমদি থব্বায় যাওবদা তেঙ্গৎলকই ময়াম মমাঙদ উৎনীংবা অমগা যাওনা ।

“হাইমা ! শীজিন্নবা কুইদ্রিবা কোন্দোম অমসু তাবিনে মখাদা ।” লৈশাবী অমনা যাম্না অখঙবা শাবদুনা হায়বকই মখো কু ক্রা তাদুনা লৈবম্বা থেংনবব্বা অদুম হাইনা ।

মাগী ব্রাদো তাবদা হনীংনক্লম্মী, “লৈশাবী নঙদি কবম হায়না কোন্দোম মশক খঙলুবিবা?”

অদুবু তাঞ্জাদুদা কদোমদগীনো ঐবু ত্ম্না চৈ অমা হাইথবকই । খঙলে, মসিদি মা হায়নদুনা যাবোইদৌবি মখোয়না হায়বতনা অচুম্ব ওইগদৌবি । মখোয়না তৌবতন চুমগদৌবি । অদুদগীদি ঐনা অদুইচু থাক তা খবা তমহৈবগা খবা খবা কাউবব্বা বিদাদু ঐগী তোযনা ফূদোক্লবা ইচিংদুগা পনখদুনা হাইথবাক্লবা চৈদো তাপ ফাবগা ওয় য়েং পঙুক দা কম্ববে । অদুবু ময়মগী মবক্নেদা ইপোমতনা কৈদৌকানা চক্রবাহু মনুংদা সপ্তবথীনা কোযশীনখ্রবদা অভিমন্যু মতমতনা খন তৈবা ভুর্মাখবগে ।

মযাম্না ফবা থিনবা অদুগী মবক্ত মচওই হা ওই লখি __ সমাজগী লমচৎ শাঞ্জৎ মাঙহল্লিবশিংসে চুম্নবা তৌব্বা যাদে

অমনমুক হাযনখপশম তৌখ __ কন্যা তেক কথেকাপনগা লোইরবে ।

ঐনা জ্ঞান তাবকপদা জে এন. চসপন্তালগী নিউবো বার্দতা লৈবল্লে । ঙসি ফাওব লৈবিবসিনি । ইনক্কী বেদানদা লৈবির্বসনা ইনে ইঙেল্লেগী মশূনুপাদুন । মাগীসু এক্সিদেন্টনি, ঐগীসু এক্সিদেন্টন । মাগী এক্সিদেন্ট অসিদা মাগী মবাল খবা য়াওবি । অদুগা ঐগীসিদনা ঐগী ইবাল য়াওবিববা ? ওস্তোক্লা ইকাইখ্রেদা । পুক্সি চুপ্পসি মানা ঐবু চিংনবা অমাদি ইবৈতা লৈবনি । ঐবু উবগা খুদোম্বি থিনবসু যাওবগন । ঐগীবুদি অমবোমদা খববু ফজ্রে । নুপীমচা ইবেচাগী খল্লুবদা নুংঙাইতে । মাবু মাগী মপুবেইবা অমদি ইমুং মনুংগী মীওইশিংনা কবি হায়না লৌবমগনি ? য়ম কাযনবা য়াবা থৌদোক্ল । মাগী পাউ খঙদ্রি। কনামত্তনসু তম্লদ্রি । ঐনসু হংদ্রি । হংগদনসু ইকাইরে ।



# কিশি কিহৌদ্রবা কুন্দো পরেং

লাইতোনজম নীলমণি

*লাইতোনজম নীলমণি সিংহ খৃ: কুম ১৯৪০ গী জনুয়াবীগী তাং ১৪দা তম্ফাজাউ অমদি ঊিঙ্গোংলৈবা দেবী অনীগী মপাবি ওইনা অসামগী কছাব জিলাগী ৱাপোকপী খুন্দা পোকখি। মতুংদা নগাউ জিলাগী গৌবনগবদা যুম হোংলকই। বেলবেদা সুপবিন্তেন্দেন্ট ওইবন্দগী পোথাদুনা হৌজিক হৌজক্লা সাউথ হীল কোলোনি লমদিংদা লৈবি। ব্রহ্মপুত্রা তম্পাক্কী মণিপুবী সাহিত্যগী মপানি। মণিপুবী. অসামি অমদি বেঙ্গলি লোল অহুমদা পুন্না লাইবিক কুন ফোঙত্রে। মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, অসামগী ভাইস প্রসিদেন্ট ওইবি। অতৈ শম্নবিবা সংস্থানশিংদি নিখিল ভাবত বঙ্গ সাহিত্য সনম্মেলনিগী লাইফ মেম্বব, সংস্থান অসিমক্কী লমদিং মশাগী হান্না প্রসিদেন্ট ওইবম্মী ; পান মবিপুবী লিটবেবি ফোবম, হোজাইগী কনভেনব ওইবি।*

*ফংত্রবা মনা মথুমশিংদি ১। মবিপুবী সাহিত্য পবিষদ, লম্ফানা ইকাই খুম্নবিবা (১৯৮৫), ২। এল চুবা মেমোবিএ গোল্ড মেদল (১৯৮৯), ৩। পুর্বসা সাহিত্য গুষ্টি, গুৱাহাতিনা শৈবেং কুনগী চাংদম্নবদা অহানবা মনা (১৯৯৫), ৪। মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ অসামগী সাহিত্য ভুষণ (১৯৯৫). ৫। খাইদেম নিংথৌ মেমোবিএল কেস এৱার্দ (১৯৯৫), ৬। বিষ্ণু জুঅতি সোৱাবাণী সমিতি লমদিং, ওল নগাউ দিষ্ট্রিক ছাত্র সংস্থান অমদি অচালিক ছাত্র সংস্থান লমদিংনা ইকাই খুম্ন বিবা (২০০০), ৭। অসাম সবকাবগী লিটবেবি এৱার্দ (২০০৭) ৮। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালগী সাহিত্য ভুষণ।*

শাম্নবা মমিনা কৃপশিনখিদুনা অঙানবগী অমম্বনা শল্লক্লি তাইবং। পূম্নীল নিল্লক্লি সন্ধ্যা য়াচঙবদু। ৱাতোনথক্তা মাইক্তগী শক্লকপা লৈত্রক্কী মচীনবান্দগী মুল্লকপা খোইমিং কারবা ঈশৈনা। লৈকাই থুংনা শর্ল্লাক্ল। নোংঙাল্লগা প্রোমিলাগী লুহোংবনি।

সন্ধ্যাগী লাই থাউমৈ থাল্লম্বী মেম্মনা ঙাইহাক মনা থাংগত্তুনা তারিঙৈ খীকথরকখি

কায়না মৈরীনা কাহৎলবা অমৃত । শুন্দ্রংদা পাইগে খল্লি লৈচিন ওন্দুনা । ইমুংদগী মমানা কৌরকপদুদা খংপ্রেক খংই । প্রপ প্রপ চঙলকই মমাগী নাক্তা ।

"মেম্মা । মাইক খোংলিবসি করিগীনো খঙলবরা ? মমাঙ লৈকাইগী প্রোমিলা লুহোংবগীনি । নঙবু অয়ুক্তগী থারক্তবা য়াদে হায়হৌই ।"

করিসু খুন্নমদে মেম্মা । ঙাইহাক লেপ্পল্লগা চাক থোংবগী চঙখ্রে ।

শিবা ঙমদনা লেল্লিবা মেম্মনা হকাম চল্ল চল্লদুনা পুক্নিগী নুমিৎ মশীং থীরক্লিবদু অসুম অসুম পিরাংগী মৈখুনা কৃপশিল্লকখি । ঙমজদে নোকচবা, ঙমজদে থম্মোইগী ব্রারোল ফোঙদোকচবা । লব্রাই লুতোন্দগী চিরগা শিঙ্খরকপা অশিবা ঈ-না ময়েক লানা লৈই চিংখিবদগী । মহৌশাগী নীংথিরবা খুদোন্দু তৃক্কচরকপগুম তৌই মেম্মা । চাক চাবা তোকপগা তৃম্বা চঙখ্রে মমাদু ।

মেম্মা, মমানা তূল্লিবা ফমুংদুগী মচি অমদা তাশিন্দুনা ফল্লগা মীহূৎথোঙগী অহোবদা অহিং লাইরেম্বীগী শক্লোন্দু মমিৎ থীৎনা য়েংলকই । ব্রাখলগী ঈপাক্তা তাউরিঙৈ, নোংমা অতিয়াগী থাজনা মঙোন্দা য়েংলগা নোকখিবদু করেম্নরিবোই খল্লক্লে । হোৎনখি কয়ারক বসন্তগী লৈকোলদা মপুরোইবগা কেকুলোৎপী শান্নরিঙৈ থম্মোই লীক্লানা থীক্তুনা অহীং চাম্মগী মঙলান মপুং ফাহন্নবা । অদুবু মপুরোইবনা তত্তনা চিংথখি নুংশি ঈচেলগী ঈরোলনুংদা চাকথোংবী শান্নগদবগী । ঙমখিদে মপুং ফাহনবা থাজগী মীনোক তল্লুবদু । অদুনা হৌজিক্তি ওইররে কায়না মৈচাক্কী মৈরীদা মৈরানবী ।

নুপী ওইবীনা মচা নাউরোল তাদ্রিমখৈ ময়ূম পানবগী তঙ তাদে, মমোন য়াংই হায়নবদুগী চৈনাদু মঙোন্দসু শরুক থুংবিরক্লে । নীংশিংই অঙাওবা ঈথক ঈপোল্লক্তা ঈরুপ্মিন্নরগা থম্মোইগী লৈনাশিং হাইদোক্তুনা লাইমনগী সনা থম্বাল চাম্ম নিপান থিমিন্নখিবা ।

ঈচেলগী ব্রাংমদা ফল্লগা শম্নখিদ্রবা ব্রাখল অনীগী মপুং ফাখিদ্রবা ফাগিগী নাচোম অমুকসু মনা পানবা ঙল্লকখিগদ্রা হায়না মতীল য়োৎথরি । পিরাং শিঙ্খরক্লি শিরুম্নরবা হকচাংগী খোয়দৌদগী ঈরিক্কী চফ্রু কায়রক্তুনা । মচোই মচোই কেনখরে শনরিক পরেং - মপুরোইবনা নোংমা নুংশি খূদোলনি হূকখিবা । মঙ লৈবাক্তা তিনখরে - অপাইবা থব্রায়গী অপাইবা মিরোন মী মরা ওন্দুনা শরু শয়াঙগী ।

খঙহৌদনা কেল্লকখি মপি চদুম চদুম । অমম্বগী নোংলৈ নুংশিৎনা হুমদোকখিবা ঙল্লমদে । অদুঙৈ মৌগী শীংদা চল্লকঙৈ ইকাইবদগী ফিরুক খুল্লগা খাঙখিবী মেম্মা, অহীং কয়া তৃম্বা চবা কাউরু চীন্দিন্নবদা অপেনবা লৈখিদ্রবী -স্মৃতি পূম্বা থম্মোইনুংদা কনা খঙহন উহন্দ ফিথুপ নাইনা থূপ্পগা লোৎখিবনি । অদুবু ঙসিদি ললথুংদবীগী কোমফুন্দা পূৎথদুনা করিনুংগীনো খল্লক্লে ।

" মেম্মা । তৃমদ্রিবরা ? করি তৌরবগে ?"

" করিসু তৌদেদা ইমা । মঙলাক্লগদবগী তৌরকপদুদা মীকপ থোক্লক্তুনা ফল্লগা শ্বর

হোম্থনবা হোৎনরল্লিবনি ।"

"তৃস্বা থেম্মু । মংগ্রেম হাগ্রেম্নবা ওইরিনি ইচাসিদি" হায়রগা চেপথোকখিদুনা অমুক তৃমথগ্রে মমাদো ।

মেম্মা তৃস্বা য়াদ্রে । ঙকশমদা হূকখিবা কুন্দো পরেংনা লৌনম তৌখিবদু কাউবা ঙমদ্রে । চিংনরকখি কুন্দো পুরেংদুগী অরোইবা মচীন অনীদু কিশি কিহৌদ্রবনরা ? নীংশিংদবা ঙম্লমদে নুংঙাইৎ খরনিতা ওইরবসু লৈমিন্নখিবা মপুরোইববু । ঙসিসু থম্মোইগী মপুনি খন্দুনা ঈরাৎলি কনা খঙহন উহন্দ । মহৌশাগী শিংলি নাউরি খৃদিংদা চেল্লিবা ঈ-গী ঈচেল ঈশিং ওনখরে । মথায় য়ৌনা নুংঙাইতে মেম্মা । লাক্লম্লগা থম্মোইগী চেক্লা ওইনা হনখিবদু নোংলৈ নুংশিং ওন্দুনা । লৈশাৎ ফৎতে নোক্লখিবা ওইবম্লবদি তম্নলাইগী শান্নফম ওইরম্লোই । লৈনম চেন্দে মিতারমদ্রবসু মৈখু খুখিদ্রবা চাকখুমগী মমৌ ওইবা ঙম্লম্লোই । কেনখিরম্লোই চোইজাইননা লৈনাশিং লমনৌগী তিংখংলক্তা ।

নোংমগী ৱানি । সন্ধ্যাগী লাই থাউমৈ থাল্লিঙৈ লৈশাবী মচা অমগা থোঙ্গাল্লেমদগী চঙলক্লম্মী মাগী মপুরোইবা । মনাক য়ৌরা ফম্পদা হায়বকখি "নচেমহলনি খুকমউ, চাউবিতোন ।"

ইঙক ঙকই মেম্মা । লাই খুকম্লগা হৌগৎতুনা চৎকে তৌরকপদা চাউবিতোন্না চঙশিল্লক্তুনা খুরুম্লকই ।

পুন্সিগী অনৌবা তাংকক অমনি মেম্মগী । মঙলা তাইবংলা হায়ফম খঙদনা ৱা মচেৎ অমফাংবা ঙাঙবা থোকখিদ্রে মেম্মা । ইমুংদা চঙলক্লগা ফমুংদা তপ্পা হীপথে । মতমগী য়াওলনা অঙকপা ফংনা লক্লবা হৌবকখি । নুপী অনী লোনবগী মচে হায়বদু ওইরক্লে খল্লুবদা কোকচাউবী কাখিবা খঙহৌদে ।

চাউবিতোন্না সাকখুমদা চঙখিদুনা চাক থোংগৎপা হৌখ্রে ।

"ইচেম্হল । চাক চামিন্নরসি, হৌগৎপিবো ।"

খংপ্রেক খংই মেম্মা । মমা মপানা লুহোংফাল তরেৎলক কোয়হল্লগা কুন্দো পবেং হূকহন্দুনা অওং অউন তম্লগা শিন্নরকখিবা মেম্মনি । অকোয়বা খুলশিংদা লৈরিবা ময়াংশিংগী চৎনবী, লুহোংবদা নুপানা নুপী ময়ূমদগী অউনপোৎকী চাউববা শেনফম তানবগী চৎনবীদু লামশিল্লগা লুপা লীশীং য়াঙ্খ্রেগী শেনফম অমা মপুরোইবনা অউনপোৎ ওইনা তাল্লকপা দাবীদু মমা মপানা পীবা ঙমখিদবদগী মাগী মথক্তা অনৌবা পোৎলুম অদুমসু থোংগৎলকখি । মেম্মনা খঙই মদু মাবু তাম্থোরক্লগা মনাওনুপীদুগা লৈমিন্নহৌনবনি হায়বা । অদুবু পোৎলুমসি মেম্মনা করম্না পুবা ঙমগদৌরিবনো ? লৈচিন মরক্তা অহিংগী লীক্লা খৃজোক্লরা থৌজিনখি থৌজালহৈবগী মফমদা মপুন্সি লেনবা ঙম্নবা । নিজখি অহীং লেনদা মনাক্তা পুবিদুনা সেবা ফংহন্নবা ।

ইজ্জৎ দাবীগী শেনফম ওইনা মপুরোইবগী মথক্তা কোর্টতা থাংগৎখিবা কেস অদু

মপানা ওন্নকপদগী লূপা লীশীং হুম্ফু হনবা তারকখি মপুরোইবনা। অদবু মেম্মগী কায়ম্রবা থম্মোই মিংশেল অদুদি শমজিন্নবা ওমখিদ্রে কনানসু। মপুরোইবা হিংদুনা লৈরবসু লৈমিন্নবা ফংখিদরে। অদুমক ওইদুনসু নুংশিবা চাম্মগী মীনোক মথম্মোইদা ফুমখিবদু পংলমখিরোই থাজরি। ইচম চম্না লেন্নবা হোৎনরি। অমুকসু তৌফম খওদা মরাইবক্তা খুৎতুম্না শুরদুনা খাওজরি।

লৈকাই লান্না চংখিদরে মেম্মা। কুম্মৈ য়েংবা হৈরক্তবে। নোকপা হায়বদু খঙলক্তরে। লৈকাইগী ফুঙ্গা ৱারী ওইরক্লে লমচৎ নাইদবীনি মরাল শীবিদুনা। মেম্মনা খল্লকখি, "নুপী ওইবীশিংগী মং মপামদা নত্তে। অৱা অনাগী চৈনা কয়া খাওদুনসু হিংবগী লম্বী থিবা তাবনি। মপামদা হুল্লক্তুনা লৈনরিবা নিঙোলদি লফূ মখোঙদা তারিবা থরোই অহান্নগা পাংখক্লি।"

তাঙ্গা অদুমক্তদা মালতিনা হায়রকখি, "মেম্মা। নঙগী নরাইবকসে করম্না শূম চপ্রিবনো? নঙনা লোয়নবা হৈহৌদবদগী থোকপ্রিবা ওইরিনি। নিপাবু নুপীগী খূদোম্বীদা চত্তে হায়বরো?"

"ইচেম্মা। মফম হোংবা য়ারবসু লাইবক্তি হোংবা য়াবা নত্তে। নোংথক্তা তিন শীৎকংলগা ইথক্তা অমুক তারকপদদি হৌনশানি। লায়রবগীবু ফজফম করি লৈবগে?"

" হোয়নে হোয়নে। নঙনা ঙমজরোনে। নীংঙমদবগী চোইরোল লোনবনিদা" হায়রম্লগা মমায় লয়থোক্লগা চংখ্রে।

থোইনা খল্লুদে মেম্মা। অদুবু তখেল্লেগী ৱাহে খরদুদি কাউবা ঙমদনা থন্নুংদা নৈশিং দুনা অদুম্মক লৈরি, " মেম্মা, ননাউ নুপীদো তাম্মোকখিবা য়াদরা? মীগী চাক্লক মুন্দুনা চাগনি খল্লিবা মাবু তৌবা ঙম্বী নত্তে কনানা হায়গদৌরি? লমচৎ নাইদবী মাগী লৈফম নোরোক কুণ্ডদা ওইফম থোক্রা? মীগী মপোৎপু অদুক য়াম্না মিতাজবা, নাম্মা হাঙনা লৈবা ঙমদবী মাদি পোৎফম ওইনা ফন্নগা ললোনবা য়াদে হায়ব্রো?"

"ইনাউদুবু তাথিনা তৌবিগনুদা ইনম্মা। লান্না লৌরেইসি কৈদৌগে? খূবাক অনী খূমিন্নদনা করম্না মখোল থোক্কদগে? ঐগী মীনা হুলাল্লুবা ওইরিনি। পকচরে হায়বগী পঙঙাঙতা ঙাঙবিরে।"

"ননাউ নুপীবু অমুক্কসু কনখৎনীংলিবোইরে? লাল্লেনে ঐখোয়না। নুমিৎ .রনিতা ওইরবসু লৈমিন্নরম্লবনিনা নুংশিদে হায়বরো?"

"অদুগী নত্তেদা ইনম্মা। লান্না লৌবিরমাল্লে হায়জবনিদা। ঐনা ফরম্লবদবু লৈমিন্নবা ঙমদে হায়বরা? লোক অমদা কৈ কয়া কূনমিন্নবা থেংনরিবসিদি? অদুগী হায়জবনি। শাউবিগনু।"

মেম্মগা ঙাঙনবা তল্লক্তুনা তোক্লখিবনা কোঙ্গায়নি। অদুগুন্নবা থোৎলবী মথম্মোইদো ঙসিদি নূং ওনখরে। লম্মনগী লৈই চিংখরে মপাবুংনা। মতমসিনা মরাইবক থীরবী মাগী

থব্রায় হকচাংবু মুনগদবগী হোৎনরক্নে । তঙায়ফন্দনা খোঙফমদুদা লেপ্পা ঙম্লক্নে । লক্লুররি থম্মোই মৈচাক্লা । মাঙদা য়েংই হাঙই, তুংদা য়েংই নুংনাংই । অনৌবা লৈকোল অমা মরুভূমীগী মৈথক্তা শেমগদবসু হৈনিংলুদ্রে । থন্নুংদা শরাক শান্নরকই মৌ অনৌবী ওইনা থিনজিনখিবা অহীংদুগী ময়াই কারবা লিলদুগী মহূনা শনজীংনা নম্থখিবদা ব্রাখিদ্রবসু ঙসিদি মালংবগী শহুম ফংবদা খাঙবা ব্রারে । খোরান তারে হোন্নবা থম্মোই । শীকংনরে লৈক্রক চৎলবা মায়খোঙ ।

" মেম্মা । নঙবু করি তৌরবগে ? নমায়দু মায়হীংনা কৃপখিদৌরে । নয়াঙনা কংলিবা ! নশা ঙমদ্রববনে ?" লৈহাউনা হংলকপনি ।

"করিসু তৌদেদা ইনে । চানীং থক্লীংদবদুদা নীংথিনা পৃক্তা চফম তাহনবা ঙমখিদবনা য়েংবা নুংঙাইতবা ওইরিনি ।"

" মেম্মা । কান্নদবদা চিন্তা য়াম্না তৌরুগনু । নশক নতৌ য়েংলে অয়েকপা লাইগুম্না ফজে । বিদ্যা হায়রা ব্রাৎপা নত্তে । নঙগী করি ময়েং তাফম থোকপগে ? চহী মতাংসু তনৌ-তনৌরি । ইমৌসিদি অফবা মফম য়েংদুনা মকোল অমা শেল্লগা লোইরেদনা! হস্থুনা খক খল্লুগনু । চিন্তাগী লায়নাদি লায়েংবা ঙমদবনিকো ।"

"অহানবা খে।ঙফম্মক্তদা মায়থীরগবু ! ইরাইবক্নীনিদা ইনে । ঐগুম্না পুন্সি লেন্নবসু য়াওরমগনিদা ! সংসারসিগী লূন্নবা কোকথোং অদু পুবা ঙম্লক্নোই খঙবনা থৌজালহৈবনা শীনবা থৌশিল ওইরিনি । করিসু খনবীরুনুদা ইনে । অসুম্না অসুম লৈবসিনা থোইনদুম নুংঙাইরেদা । নীংঙমদবা হায়ববু ইচাগী নাউশুম ঈশৈ শকপগী খুদোংচব্বা ফংহৌদবা অদুতনি । মমা হায়বদু ওইজরন্নবদি . . . ।"

মোঙ হাদবা পাউখুমদুদা মনেদু হনখ্রে ।

থম্মোইগী অথূপ্পা মফমদা অকূপ্পা মরোলনা ইখিবা ময়েক থোক্লবা কবিতাশিংদু মদোম পাবা হৌরকই মেম্মা । থম্মোইগী ময়ি চৎলবা লৈমায়দা লেপকে তৌবগা শান্নকই মমি । কংলবা দিহেনো ভাব ফংলক্তে থব্রায়গী মীকপ । উবা ফংলক্নে থম্মোই ঈচেন্দা মবূক তপথবা মশাগী । খঙলক্নে মেম্ম ।মাগী মপুরোইবনা শেল্লস্বা খোং মচাদু শীকংনরক্নে, লায়থুং পক্লে ।

মদুগী ঈচুম্না কনাগী খূয়া য়ৌবা য়াররোই ।

মতমদুদা মমানা হৌদোরকই, " মেম্মা । নোংঙাল্লে হৌগৎলোদনা । নচীন নয়া শেংদোক্নুনা লুজথোক্লবা হোৎনরুরো ঙস্তানা চৎখিনবা ।"

অহীং তূমহৌদ্রবী মেম্মনা হৌগৎলক্লগা বৃন্দাদেবী মখোঙদা চঙদুনা খুরুমজরকই ।

# মহৌশাগী থেঙ্গৌ জগোই

এলাংবম দীনমনি



*শোর্ট স্তোরি সোসাইতি, ইন্দিয়াগী ফাউন্দর প্রসিদেন্টসু ওইবিরিবা এলাংবম দীনমণি খৃষ্টকী কুম ১৯৪০ গী দিসেম্বরগী তাং ১৪ দা এলাংবম কুঞ্জচন্দ্র অমদি হৈস্নম নিংথৌল নন্দমুখী দেবী অনগী মপাদি ওইনা এলাংখাংপোকপীদা পোকখি। কোন্না শীংজমৈ লৈশাংথেম লৈকাইদা হোংলকই। মণিপুর ইউনিভরসিটিগী হিন্দীগী বিভাগতা প্রোফেসার ওইবস্বদগী পোখারে। সাহিত্য একাদেমিগী জেনরেল কাউন্সিলগী মেম্বর, মণিপুরী এদভাজরি বোর্দ, গভর্নিং বোদি ঈ জেদ সি সি গী, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমিগী ষ্টেন্দিং কমিটিগী মেম্বর, কলচরেল ফোরমগী এক্স জেনরেল সেক্রেটরী, কনভেনর (মণিপুরী) জ্ঞানপীথ এৱার্দ ওইরম্মী। পোক্রফম পাউচে অমদি সাহিত্যগী পাউগী কলম্নিষ্ট ওইরি। শক্লাইববা অইবসিনা খুৎ থাদবা সাহিত্যগী লম ইরে লৈরে। হৌজিক ফাওবদা য়ারী মচা, শৈরেং, নোভেল, ক্রিতিসিজম, অনুবাদ, লীলা, রেদিও লীলা, ফিল্মগী লাইরিক ৩৯ ফোগথ্রে। মসিগী মথক্তা ফোগদবা লাইরিক তরুক অমদি ইবা লোইদ্রিবা লাইরিক মরিসু লৈরি। চেফোগ কয়াগী এদিটর ওইরম্মী।*

*অইবসিনা ফংখ্রবা মনা মথুমশিংদি সাহিত্য একাদেমী এৱার্দ (ইবগীসু, হন্দোকপগীসু), মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ইম্ফালনা সাহিত্য রত্ন, এন ই তি ভিনা, লাইফ কন্ত্রিব্যুসন টু লিটরেচর পীখ্রে।*

হায়লাকান্দীগী লালা শহরদা চন্দ্রাবলী চনুগী জগোয় উৎকদৌরি। থামুক্কী মমাঙদগী মখল মখা য়াম্নবা পান্থৈশিংদা তৌদুনা লাকপদগী কছারগীতা নত্তে অসাম অমদি মণিপুর অপুম্বগী মীওইশিং শেগাক কায়না খঙনরে। ভারতকী লম অতৈদসু পাউ অসি শন্দোকখ্রবনি।

চন্দ্রাবলী চনু, অঙকপনি, ভারতকী শাস্ত্রীয় জগোয় পুম্নমক চাং মান্নবা থাক অমদা হৈ। ইনাক য়াম্না খুনবা ইমুংগী মবুং মঙাগী অমতা ঙায়বী মচন ওইরকপনা মানা পামজবা অমদা মায়পুননা ঈনবদা অপনবা মচেৎ অমত্তা লৈরক্তে। এম এ লোইরবা মতুংদা মানা হান্নদগী হৈননা তম্মকপা জগোয়শিংদা পুঙলুপ লূপখ্রবনি। মাগী মাগী লমদা য়েৎনবা লৈতনা

অরাংবা থাক্তা লৈরবা ফৈজাও গুরু, গুরু মদন লাল শাস্ত্রী, গুরু বেঙ্কতেশ্বর অয়যর, গুরু রঙ্গরাজন অমদি গুরুবর পানী গ্রাহী অসি মাগী জগোয়গী গুরু ওাক্তনি। মানা শাবা জগোয়, মানা তৌবা লেকচর, মানা উৎপা ডিমোন্সত্রেসন য়ক য়ক লাউবীদা লৈ। পূন্নমক্না কল্লক্লে। য়েক্লবশিংনা ফাওবা থাগৎলি।

চন্দ্রাবলীনা থোইদোক হেন্দোক্না ফাওরিবসি ফৈজাও গুরুগা কূপ্না নৈনরগা পুথোকপা থেঙ্গৌ জগোয় হাপ্সসিদনি। থেঙ্গৌ চোংবগী থাগী খোঙফমদা য়ুমফম ওইরগা শেমগৎপা অকল অতৌ অমদি থোৎপা মেঙবা অনী পূন্না য়াওবা জগোয়নি। থেঙ্গৌ চোংবসু পথাপ অমতা কায়হন্দনা হে। ফৈজাও গুরুদা তম্বনি। নুপীদা থেঙ্গৌ তম্বীহৈদে হায়দনা গুরুনা য়াম্না কুইনা তম্বীখিদবনি। হায়নবা লৈ হায়দনা কিহনখিবনি — ইমাই ! নুপা মক ফাওবদা লমচৎ -শাজৎ মতা চাদবদদি তম্বীবা য়াবা থাঙলোন নত্তেনে থেঙ্গৌ হায়রিবসে। অহৈবা ওজানা শাবা ফাওবদা খজিক শোযখিবদা লৈবাক কাং খোং চাইরিবনি। মী অমতা নত্তে শাগৈ নাতৈ হূপ্না তীঞ্জং লায়জঙলিবনি, তৌনু হায়হৈদে সনা !

ঈশ্বব অমদা কন্না থাজজবী চন্দ্রবলী হনবা লৈখিদে। অনীংবা অরেপ্পা অমগা লোয়ননা কন্না তক্লদুনা তমখিবনি। মী অমনা চপা লেপ্তুনা হৌগৎলক্লবদি নোংমদোনগী নুমিৎ ফাওবা লম্লেল খজিক থৈবোই নাংনবা য়াই। চন্দ্রাবলীনা লৈবাক্কী থাঙগী ওজা ফৈজাওদগী থেঙ্গৌ তম্খি। চহী অনীগা থা অমা চঙনা মমুদ তানা তমখি। থাঙ পায়বদগী তম্বা হৌবনা থাঙলোন লোইবগী মিকোন থোগোনবা ফাওবগী খোঙথাঙদা লোইশিল্লি। মরক অসিদা মশাগী ওইবা জগোয় মখল অমা পুথোক্লবা পৃং কুনর্মরি খন্দুনা হোৎনখি। থেঙ্গৌ হৈরবা মতুংদা জগোয় অসি পুথোকখি। মমিং থোনখি *'থেঙ্গৌ জগোয়'*। মশাগী হোৎনবগা লাইবক্কা অনী উচন চুংশিন্নখিবদনি মীনা মশাগী থোইদোক হেন্দোকপা মফম অমা ফংলক্লিবা। চন্দ্রাবলীগা থেঙ্গৌ জগোয়গা অপূনবা মশক অমা ওইনা লৈবাক্লা শকখঙলকখি। মশক অমদি মহৈনা অখন্নবা মঙাল অমা তাহল্লকপনা চন্দ্রাবলী অচৎবা মহৈশঙ অমা ওইনা লৈরকখি। লৈবাক্কী শকখঙ মনা, শক্তাক মিংথোল, লোয়ননা শকথা খুদোলশিংতনা মনম মনম লৈতেংলকখি। মশাগী চহী কুন্থুমঙা খরা হেল্লকপগী অদুবাইদা মালেমগী শরুক অয়াম্বদা চন্দ্রাবলী মমিং লৈপ্রে। অখন্ অখন্নবা লৈবাক অমদি মীবৈবাক্কী থৌরমশিংদা চন্দ্রাবলীগী থেঙ্গৌ জগোয়না অখন্নবা শরুক অমা ওইরকখ্রবনি। পোৎনবু ময়েক শেংলবদি ঙমখৈশিংনা অপনবা পীবা ঙমদে। মহৌশাগী পথাপ অমা ওইবা তাই।

তাইবঙগী খুদুমদা লৈতবা মহৌশা অমদি মাগী পথাপনি। মনাক ফাওবা নকশিল্লুবা ৱারবা অফৈবা পথাপ অমগী মহৈ অমদগী কন্না মচীন তুমখলিক্লিবী

চন্দ্রাবলীগী লাইবক মতাং অমদা অফ ফত্তা অনীগী কারক্তা লৌশিন্দুনা লৈররি । মীরৈবাক্ অমদা থৌরম অমা য়াওরুরগা পাইরকপদা মুম্বাইগী প্লেন তাফমদা, করিসু নত্তবদা, প্লেন্দগী কূমথরকপদা কৈরাক্তগী নাম্বুবক্তুনা লৈমায়দা তাবকখিবনি । য়ৈদুনা তাবদা মফম ইচা চাদনা ওয় থংবা মখোঙগী খূরায় শরূ অচৌবা মচা অনীমক পূন্না থেগাক থেগাক তেকখি। অনকপা, খ্বাইদগী ফরে খন্নবিবা হোস্পিতালদা খঙলকখি মদুদি শরূ অনীমক মকূপ মকূপ কয়ামুক থোক্লা কায়দুনা তেক্লে । তেক্লিবসি চন্দ্রাবলীগী খূরায় নত্তে, জগোয়গী মালেমগী য়াঙলেন শরূ অমনি — থেঙৌ জগোয়দা ঙাওঙবা মালেমগী শরুক্লা শোন্নবা তকশীনি । অখন্নবা খরনা মমীৎতা মপি তরং তবং তারিবনা 'চন্দ্রাবলীগী জগোয় অমুক শাবা য়াখিগদ্রা' তাংদাংবা খঙনদ্রিবসিনি । মাগী সেবক কয়ামুক্তি লৈবা কুইরে । অদুবু ময়াম্না পান্নরিবা চন্দ্রাবলীগী থেঙৌ জগোয়নি । য়াখিগদ্রা ? য়াবর্দি ফম্নিদা ।

কুইনা লায়েংলে । ফমুংদা কৃন্দুনা লৈরে । মতম খরা পোথারগা শোয়দনা শার্রনি হায়বগী থাজবদা চন্দ্রাবলী হিংজবদৌনা লৈরম্বনা দোক্তরনা থা মঙা-তরা-চহী অসুম য়েথোক্লম্বনা মমৈদদি জগোয়গী চোংবা তোক্লবা পাউতাক পীরক্লে । খজিক্তংদদা ভাব তাই — শারনু হায়বনি । তাবদা চন্দ্রাবলী মথম্মোয় শোক্লা কপখি। ফপচখি। কুইনা কপখি । চহী খরগী মনুংদা মখোঙ ওয় অদু তেনশিল্লে, পীকসু পীকশিল্লে । চৎপদা মফম অমা খঙনা শেক্লে । চৈশূ থাদোক্লবসু অয়াম্বা মতমদা মী অমা লোয়নদ্রবদি পঙনা চত্তরে । জগোয়বু ঈরাৎচবা কাঙবুদি থম্মোয় কায়নবা হায়বদু য়ৌরে ।

মশাগী পূম্নমক চাদিং তৌদুনা লিংখৎচবা 'পাম্বোইবী অনাইরোল শঙলেন' গী প্রিন্সিপাল ওইনা জগোয়বু ঈরাৎচরি। পূম্নমক জগোয় লাইরেম্বীদা কৎথোক্লি । চপ চানা সেবা তৌরি । শন্দোক্লি লোয়ননা শক্তাক্লি । মফম চাউনা হেন্নদুম চাউনা লৈরক্লি । শাবদি শাখিদরে । মতাংগী ওম্বোকপা তাক্কনি ।

কছারগী হাইলাকান্দীদা মৈতে জগোয়গী কোলেজ অমা লিংখৎনবা থব্রায় য়াওবা কাঙবুনা কন্না লাক্লরবা মতং অমা লৈখি । আশা য়াম্না চাউবা কোলেজগী শক্তম্নি । হৌদোকপগী শেল খরা খায়রবা মতুং যাত্রা হুনবগী মতম লেপ্লে । শীল্লিবা কাঙবুনা চন্দ্রাবলীদা লাক্লুনা হায়ররে — প্রিন্সিপাল ইবেম্মনা যাত্রা অসি হুনবিয়ু অদুগা ফন্দগী শেনফম খরসু ওইহৌনবা ইবেম্মগী মহৈরোয়শিংনা ' থেঙৌ জগোই' য়াওনা খরসু উৎপিয়ু । চন্দ্রাবলী জগোয়গীনিবু হায়রবদি পূক্লিং হেক্তা চঙই । জগোয় অসি মাগী পুন্সিগী লম্বেলসু লমথুংসুনি । অদুমকপু হায়রকই,

"শোদি উৎলগে । ঐখোয়গী কাঙবুগী নুমীৎ নীনী-হূম্নিদুদং লৈননবা মফমদং শীনবিয়ু ।

অতৈদি ঐখোয়না থোকপা তৌবগে। অদুগা যাত্রাদি ঐ হঙ্গবোই।"

"এ, কবি বানো ঐখোয়দি আশা চাউনা লাকচবনি।"

"লম অদুগী মন্ত্রীরা এম এল এ রা নৎত্রবসু ময়ামগী ওইবা মীশক অমবু হুলহনবিয়ু।

"ঐখোয় মীয়াম্না পামজবদি ইবেম্মবুনি।"

"থবক অসি অফবা য়াইফবা তানবগী চাউরবা থবক্নি। শেমগৎ শাগৎপগী অফবা থবক অসিদা ঐগুম্বী শোইনাইববী অমনা . . .।"

"মদু ওন্নবে ইবেম্মা, শোইনাইববী ইবেম্মগী খুৎনদা হুনবিয়ু। ওইদ্রবসু তোকচসনু। মসিনি ঐখোয় মীয়াম্না পামজবিবা।"

পামদবা নত্তে। চিংনরুবনি। হায়নবী চৎনবী থাজনবীদা কয়া থ'জবা মী ওইদবীনি। অদুমকপু লীশাং শীৎনা লাক্লবা চৎনবীবুদি ইকায় খুম্নদনা তোক্তে। চহীনা ওইবসু য়াই, লাইবক্কী মতাংদদি খবা থাজবা হৌবকখবে। জগোয়গী অচৌবা কাঙলূপ অমা পুদুনা লাকপা য়াবে। হায়বা লাকপা কাঙবুনা কয়াদা হবাওজখিবা।

ইম্ফালদগী লাকপা বস অচৌবা অমগা কার মচা অমগদু সিলচবদা ময়াম ঙাইবমদুনা ওকপনি। মজাতিগী ওইবা মীনা লাই তাবকপগুম তৌবদা নত্তে, শহবগী মীয়াম্সু চপ চান-ইকায়খুম্নবম্মী। ওকপগী মীফম অহুম মফম অহুমদা শীল্লম্মী। নুংঙাইবা ফোংদোকপগা লোয়ননা জগোই হায়বা কলা অসিবু শীংথাদুনা নীংথিজবা ভাষণসু পীকই। মা মশাসু ময়ামসু *ইপেন পেন্নে। মীতোপ্পা শাংনা থাগৎপদগী মাগী মীনা তেন্না শকখঙবিবনা হেনবসু লৈরি। মবুক্লিং ইনৌ নৌথোকপগুম তৌই।*

হাইলাকান্দীগী লালা মেলাগী লম্পাক অমদা টেন্ট চাউনা খল্লগা জগোয়গী কাঙলূপ লৈ। চন্দ্রাবলীগী লৈফম সবকারগী চাউববা পোখাশঙলেন অমদা কা অহুম লৌদুনা শীল্লম্মী। চন্দ্রাবলীনা য়াদে। ময়ামগা পূন্না লৈমিন্নে। মাগী তোঙানবা টেন্ট অমদি তনখন খল্লি। উন্নবা অমদি য়েংবা লাকপা ময়াম পবেং পবেং মবী মরী লৈবনা ঙাইহাক্তা পোখাবা শংদে। মীওইশিং অসি শহর অসিগীতা নত্তে, বাজ্য ব্রাংমা লানবা মফম কয়াদগীসু কোক্লায় অমনি। হান্নদশী হৈনগ্নবীনি থোইদোক্তে। মবম মতাং তাঞ্জা পীবা নৎত্রগা লেংবা হৈবীনি।

যত্রা হুনবগী থৌরম অদু কয়া চাউনা পাঙথোক্লবা শীল্লম্লে। চন্দ্রাবলীদি তশেংনা ঙক্লুরে। ময়ায়গী লৈঙাক্লোয় মন্ত্রী অমা লাকপদা তিনবা ময়ামদগী তাদনা তিল্লি। ফজববা অহনবা কবনেল অমনা সিমেন্তকা লৈঙোইগা থীৎলগা হীদাক অদু হান্ননা শেম শাববা চেক্লোন মথক্তা হাপ্লা মতমদা খঙহৌদনা মপি শিন্থবকখি। পূম্নমক্লা উববসু পিবাংগী ঈরীকশিং মাদি খঙখিদে। মহৌশানা মহৌশাগী শাথেক্তা থেক্লকপা জগোয ওইবা তাই।

ব্রা ঙাঙবগী থৌবমদা মথক্তা পূং অনীবোম ঙাঙখি। খোঞ্জেল খোয়থুম্নে। ব্রাহৈ ব্রাতা থোৎলি, ভাবোক্কী মতা য়েংলগা মখা চখবা হৈবীনি। মবক মবক্তা খূবকপা ভাবোক্ ময়ামগী

খূযাক্কী মখোলনা শহ্‌য় অসিদতা নত্তে, লৈবাক্কী শহর অভৈদসু নিল্লি । নুমিৎ খরনি নিন্দুনা লৈখিগনি । খবরগা টি ভি গী লনাই চেনেল খরনবু লাই য়াওখরে । আকাশবানীগীনা তোঙানবা মওং অমা ।

জগোয় উৎপা নুমিদাং অসিদি অঙকপা হায়বদু য়ৌখরে । জিলাগী খ্বাইদগী চাউবা হোল অদু পোখায়বনি । নুমিৎ কয়ানিগী মমাঙদগী টিকেট য়োনবা লোইশ্লবনি । নুমিৎ অসিদসু মীয়ম্না য়ামন্দবদগী অকক্লবা মশীং খরা য়োনবনি । দুনা দুনাগী মমলদা থাবনি । অদুমক্তদা পীয়ু হায়বা মীগী মশীং খঙদনা লৈখ্রি । অহেনবা ফমফম শীনবদা য়ারক্তবনা লেপ্পগী মশীংনা হেনবোইনা লৈরবনি । ব্লেক শান্নবা কাঙবুগী মতোন ওইবনি । মখোয় ফাওবা মশাগী টিকেট খাকহৌই । নোংঙাল্লমদাই ফাওবা জগোয়গী থৌরম চখখি । শহর অপূম্বা তুম্নখিদবা মাল্লি ।

নোংমা, অহীং অমা, উৎপগী ওইনা শেম্বা থৌরম্লি, ময়াম্না য়াদবদগী হুম্লি মথং মথং চখখি । হুম্লি চনবা অরোইবা নুমিৎতুদি শো অনীরক উৎখি । নোং পূমঙান ঙাল্লি । ময়াম্না কন্না হায়বদগী চন্দ্রাবলীনা ব্রা শাংনা অমুক শঙখি । ময়াম পূম্নমক পেন্ননবা তাদুনতা লৈনীংবগুম তৌখি । ঙাঙবা লোইশিল্লকপদা মশাগী পুল্সি ব্রারী মতেক অমা লীরবা মতুংদা জগোয় শানীংবগী অপাম্বা ফোঙদোকখি । শাবা য়াদবগী থব্রায় শোকপা ব্রাফম খরনা ব্রাখৈনখি । পিরাংসু য়াওখি । কপ্পা ভাবোক য়াম্না য়াওখি ।

মথংগী অয়ুক্তা য়েংবা য়াবা লম খরা য়েংবগী থৌরম অম্না থম্বনি । ব্রানরবা কাঙবুনিনা য়েথোক্লে । কন্না তূমথনবে । হনবদা নোংমা য়ৈথরসি খন্নরে । উন্নবা অমদি য়েংবা লাকপশিংবু য়াম্না কন্না থিংদুনা চঙহন্দে । নুংথিল নুমিদাংব্রাইরমদা ওইনা লাকপিনবা নীংথিনা হায়জখি । অশাউবা অনী মরি য়াওরমদবদি নত্তে । অদুবু লৌশিং তানরবা ঙাক্লি । নীংবা কায়না অদুম হন্নখি। অদুবু অহল ওইরবী অমখক্তি শঙদুনা মী অমতা চঙহন্দ্রিবা নুপা অদুদা হায়নরিবদু উরোরোন্দি তৌরুরগা তূমথবদি য়াদ্রবা চন্দ্রাবলীনা তায় ।

"ইবুংঙো ইবেম্মা দেবীদু অমুক্তা ফংনজগেবা ।"

"ইমা, ঙসিদি সূপয়া য়াররোই, হয়েং ফংনরো ।"

"ঐদি য়াম্না লাপ্পা লাকপনি । খোঙসু তেকপনা চৈশ্ত য়েপ্লিসিনি । ঐ ঙাইহাক ঙাইরবসু ঙাইজগে । অমুক্তা ফংনরগা খুরুমজগে । মাদি জগোয়গী লাইরেম্মনি । ইমাসু জগোয় পামজবনি । দেবীবু খুরুমজগে ।"

" খুরুমগে হায়বা ঙাক্তনি হনখ্রিবা ময়ামসে । হল্লো হয়েং লাকউ । দেবী চেপ্লি।

"য়াবিয়ুবা ইবুংঙো, ইমাবু . . . !"

"য়াম্না চগৎলিদা ইমা হনুবী । ঐনা য়াবা য়াদবগী নত্তেনে । ময়ামসি অহীং তূম্নদবনি । হৌজিক্তা তূম্নরি ।"

"অতে ময়ামদু নত্তে ঐনা ফংনবা পাম্মিবদি । ইবেম্মা চোন্দ্রাবোলীদা লৈ অসিগা চাকহাউগী চেঙপাক অসিগা কংলমগে অদুগা হুৎ হনগ্রবসু হনখিগে । ইমাবু . . .!"

"হৈ হনুবী য়াদে হায়রেদনা । মীৎ নাগনা ইশা শাবনে । চৎখ্রো হায়রেদনা । চৎখ্রো ! কোন্না লাকউ ! কৈকান্নদবদা — ।"

চন্দ্রাবলী তারস্বদগী তপ্পা হৌগৎলকই । টেন্টকী থোঙনাওগী পর্দা অদু খজিক হাইগত্তুনা য়েংলুই । অহল ওইরবী নুপী অমা শেগ্রাক্তা উগী অরুম্বা ক্রচ্চ নামখক শৌবগা তপ্পা তপ্পা থোকখিবা উই । ক্রচ্চকী খুৎপায়ফম মনাক্তা ফিগী পোৎয়োম মচা অমা পুনবা উই । চন্দ্রাবলী তপ্পা থোরকই । কৌরুহ, "ইমা মানবী অহল !"

অহল অদু খংওন ওনশিল্লকই । মমীৎ অনীদা শিম্থুরিবা পিরাং কংবা লোইরমদ্রি । মুনা খুইরবা মায়থোঙদা ঙমখৈ লৈতনা হরাওজবগী যোমোন অমগা লোয়ননা চোংলপ চোংলপ হোংচিল্লকই। মায়োক্লননা নক্লা লেপ্লগা হংলৈ -

"ইবেম্মা দেবী, চোন্দ্রাবোলী - ?"

"মানি ইমা চন্দ্রাবলী হায়বীদু ঐনি ।"

তাবমক্তদা অহল অদু ক্রচ্চ থাদোক্লগা চন্দ্রাবলীগী মখোঙ শোক্লবা কৃম্থরকই । চন্দ্রাবলীনা তুং খংহন হললগা হায়রুই,

" কৈনো ইমা, হৌনদে । নচানুপীগুম্বী ঐঙেন্দা ! দোষ ওইনি ।

" দোষ নত্তে ঐগীদি পুণ্যেনি । ইমা পাম্থোইবীগী শায়োনবু করিগী দোষনো ! ননাইনুপীনি । সে সনারৈ হৈরোন অমা ইবেম্মগী তমজরকই । ইখুৎনা শুজবা চাকহাওগী চেঙপাক খুয় অমগা পায়বক্লি । নখুৎতা পীজনীংবগী তৌবনি । চৎলগে ইশূ নুপাসিনা কন্না হায়রক্লনি ।"

"ঙাইখো, ঐ হায়নগে । লাকখো ফম্মখো । চা অমা থকপিখো ।"

"ঐদি চা-নুং করিমত্তা থক্তে, ক্সু চাদে ।"

"ক্সা চাদবদুদি ঙকই । লাকখো ।"

কৌশিন্দুনা ফমহল্লে । লৈমায়দা ফম্মি । শোফাদা নৎত্রগা চৌকিদা ফম্মু য়াদে। ফমদ্রিঙৈদা মাগী পোৎয়োম মচাদু তম্থোক থোক্লগা মনা অমদি মশাগা কোন্ননা হেক্লকপা সনারৈ মচা পিশক অমা পুথোরক্লগা চন্দ্রাবলীদা পী । চন্দ্রাবলীনা য়াম্না হরাওনা লৌরগা লাইবক কৎলগা পায়শেম্মী । অহল অদুনা মারগিন মচা অমনা য়োম্মবা চাকহাউ চেঙপাক অদু লানশিল্লগা হায়বনি।

"সে, ননাইনা দেবীদমক্তনি তমদুনা নুমীৎ মরিনি চঙনা শূবনি, য়াম্না শেংবনি । ঈরুজ-ঈরুজরগা দেঙ্গি চাম্মগা সুবনি । শনখোমগা থকউ । পাঙ্গল লাকপনি । ব্রানা জগোয় শারুরগা তৃম্লমদাইগী অদুদা শনখোমগা খোইহীগা মিলাইনরগা থকচিল্লু । নুংঙাইনা তৃম্বনি ।

অয়ুক য়াহৌরকপদা পূমতেক তেকখৎপনি । জগোয় চোংবা ঙম্বনি । ঐসু লৈশারিঙেদা জগোয় তৌরম্বনি । খাগিলৈহাউদগী তাবদা খোঙ অনীমক থেগাক থেগাক তেকখিবদগী শাখিদ্রবনি । য়ূমসু পানবা খঙদ্রে । ঐগী কনাসু লৈত্রে । ইমা পাবো লৈখিদবা কুইখ্রে । পাবোনা খরা হানখি । ইথন্তনি মালেম অসিদা য়ুংলিবসি । বসতা লাকপনি । ব্রানা লাকচগ্রবা পোৎনি । দাইভোরশিংনা তোংগে য়াদদনা নোংমা পম্থরবনি । ”

“করি লমদগীনো ইমাবো ?”

“করিমগঞ্জ মমিং তারবা ?”

“ক্কা সুপারী য়াম্না ফংবদো, তারে । অদুদগী ?”

“অদুসু ময়োন্দগী নত্তে, আ - মনুং হুঞ্জিন্না লৈবা লৌবাই অমদগীনি । খোঙনা গাড়ী ফংফম ফাওবা থোরকপনি । শাংঙি । উফুলনা খুজেং -খুজেংনি লম্বেনসু ।”

“কদাইদা লাকপনো অদুক ব্রানা ?”

“ঐপারে ! ইচা দেবীগী জগোয় য়েংবা লাকপনিনে । দেবীগী থেঙ্গৌ জগোয় তারেনে। কুইরে । নঙহাক্কী জগোয়গী ব্রা কোলিকোতাদা লৈবা ইপ্পা অমদগী তাখিবনি । ওম্বোক্লা ফজখ্রে হায়। ইমা পাম্বোইবীমক্লি হায়খিবনি । ঐনা দোরশোন তৌনীংবসি তৌনীংবসি ইস, তৌনীংই । খবর কাগোজতদি উরে । অহুম মরি ঐগী লুখুমদা থেৎলি । দুরগা -পুজা হেক লাকপ-লাকপদা ধূপ থাংমৈ থাদুনা লার্খলি । লাইমচাদা মার্চসিমঙাইদা । ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা লেঙলক্কনি হায়বা পাউ তাবদা লুতোন শাৎপমখৈ নুংঙাইর্বনি । অরাংসু নহনসু অদুগী মমাঙ নহনসু জগোয় শাই হায়নৈ । ঐদি উজহৌদ্রে। অসাই নোংঙাল্লমদাইদা থুংলবনি । জগোয় লোইখ্রে হায়রে । ইপাপ অসি লৈরিমাল্লে ইবেম্মা ! অদুবু কৃপানি ইবেম্মা, দেবীগা ফংনরে। পুণ্যো চেল্লে । ইবেম্মা ননাইনা ঙমজবা খুদোল উফুলগুম্বা পীবনিকো ইমাবু লক্লগানু ।”

“ঐগী খ্বাইদগী হকপা খুদোন্দি ঙসিদা ফংলি । ইমা ঐদি জগোয় শদ্রেনে, অদু . . . ।”

“কদাইদগী শাবিরগনি ? নিংথৌগী সনামাঙদতা শাবা ইবেম্মা দেবীনা তীনগী মখা হলগুম্মবী উকং অমগীদমকপু - ।”

“ঐগী জগোয় য়েংনীংবরনে ইম ?”

“ঐ ! করি হায়রুনি, অদুদা খজিক্তা ওইরবসু য়েংজহৌগে হায়বগী লমশাং অদু চোংদুনা লাকপনি । তেকেৎসু লৌই হায়। অদুগী লুপা য়াঙখৈ মঙাসু পায়রকপনি । য়াওরিয়ে তো , ফিজিদা কন্না পুল্লি —— য়েংঙুদো —— ।”

নাকন নাম্মা খাওন ওন্দুনা ইল্লিবা ইন্নফি অদুগী মচি অমা মখ্বাঙদা য়েপ্লম্মী । তপ্না চিংথোক্লগা চেৎনা কিরিবা কিশি অদু থোক্লবা লাক্লরি । নাকন্দা লেপ্তুনা মমীৎ থক্লা য়েংলিবা নুপা অদু নোক্লিংলকই । লুপা চামঙাগী টিকেটনা খ্বাইদগী য়ামদ্রবা ওইবদুনা লুপা য়াংখৈ মঙা পুরক্লি । চামঙা পীবদুসু ব্লেক্তা লীশীং অনী য়ৌবা য়াওখ্রিবনি । নোক্লিংবা খাঙলিবা নুপা

অদুদা হাইরপ য়েংলম্মগা চন্দ্রাবলীনা অহল অদুদা হায়রকই,

"ইমাবু ঐগী জগোয় য়েংনীংবা ?"

"মতাং মচেৎ অমত্তংদবু উজরবদি স্বর্গ খৃৎনা লাম্মবনি ।"

"শাউরনে ?"

"কদায়দা কদৌঙেনোনে ইবেম্মা ?"

"অসিদা ইমাগী মাঙদা । শাগে ইমা অশোয় অঙাম য়েংঙু ।"

হায়রম্মগা চন্দ্রাবলী ফুক হৌগৎলি । মাগা লৈমিন্নরিবা প্রাইবেৎ সেক্রেটরী হৌদোক্লগা থংনবা টেস্ট অটৌবদা লৈরিবা পৃং মখল মরি য়ৈবা নপুল, সঞ্জয়, তোমচা, মোহন্দা মাগী মাগী পৃং পুদুনা থোরক্লবা থৌদাখি । যন্ত্র পায়বা অতৈসু লোইনমক কৌথোরকউ হায়রুই । সনাজাউবীনা ঙক্লিঙৈদা সিনিয়র গুরু মতৌলৈবীদা মাগী পোশাক অহনবদু পুরক্লবা হায়রুই। মতৌলৈবীনা তাপ তাপ পায়বগা পুরকপদা চন্দ্রাবলীনা লাকপোই মুনবোই লৌরগা মিংশেল খাংঙৈ অদুগী মমাঙদা মথং মথং শেৎপা হৌই । আটিষ্ট পূম্নমক খোইরেন মশা পান্নে, ঈরাঙ লাঙনৈ । লাঙবদগী ঙক্লবনা হেল্লি । য়াথং ইন্দুনা শক শেম্মিবী হরিপ্রিয়ানা মেক-অপকী মচল লৌথোক লৌথোক্লা তপ্না হংলুই, "করিনো মেদাম তৌবিদৌরিসিবো ?"

চন্দ্রাবলীনা লাইবা-তীনবানা শুমহৎশ্রবা শক্তম অমগুম তিংদম ফমদুনা লৈরিবী অহল অদোমদা খজিক য়েংলগা হায়রুবনি, "ঙাইখো য়েংদ য়েংখো ! শক শেম্বদা ওন্নহনগনু । অহকপা শে' অমনি ।"

লৈরিবা ময়ামসি ঙক্কবা অমতা য়াওদে । ঙকচনা নুংশা থীবগা লোয়ননা অকিবা অমসু ফাওরিবদি মবুঙ য়ায়মগী মচানুপী দোক্তর গঙ্গানি । দোক্তর গঙ্গানা পেহৌ পেহৌ মরক থৎলকই

"করিনো নেনে তৌদৌরিসিবো ! ঙাওরবো !"

"ঙাওবা নত্তে বেবী, ঙাওজবনি । নঙসু ঐগী জগোয় অমুক্তা উদ্রিবা নৎত্রা ? কনানা খঙবা থংনবা মীৎকুপ্তা করি ওইবা ! চহী কয়াগী মতুংদা শাদৌরিবনি । শেন্দোয়-শেল্লেপ লাকখত্তুনা শাদৌরিবনি । ও কে ইভ্রিবোদী গেট রেডী ! কোবস পার্টি ষ্টার্ট ___।"

হৌখিবা শো পূম্নমক্তা লাউখিবগুম লাউরকপনি । খেন্নবা অমতংদবু ঙসি অসিদদি লাউনা লাউনা ময়ায়দা চপ চাবা শাথেক্তা থোরক্তুনা লেপ্পরিবসিনি । নুংশা থীরম্বদগী পাখৎচরবী দোক্তর গঙ্গা চঙশিনগে তৌই । খামদুনা থিংনীংবগী মওংনি । মনে চন্দ্রাবলীনা মখূ খজিক থাঙ্গত্তুনা হাইরপ নীক্লকই । গঙ্গা চঙশিনবা ঙমদে । চন্দ্রাবলীগী ইঙ্গিৎতগী খোঞ্জেল কয়ামুক্তা মোইবুং খোংলকই ।

অহানবমক্তদা থায়নগী হান্নগীগুম্ জগোযগী শাথেক্লা নীংজবা ঈশ্বর অমবু খুরুমজে । মথংদা মখূৎ পায়দুনা তম্বিরকপা গুরুশিংদা ভক্তি কৎচৈ । হেক লৈথরকপদা লৈমায়দা

মখোঙ নাম্মা তিংথোক্তুনা ফন্নিযী অহল অদোমদা ওনশিন্দুনা ইকায়খুম্নবা উৎলম্মগা হান্ন-হান্নগী অদুঙেগীগুম লৈশেম জগোয়গী শাথেক হৌরকই । যন্ত্র পূম্নমক মাগী মাগী সুরদা মথৌ পাঙলকই।

য়াচঙবগী তাজীনদা থাবল্লেগী মনম অকোয়বা নাকয়েত্তা শন্দোকপগুম্মী । পাউ অসি মীৎনা কৃপ্পগী মনুংদা শহরগী মফম পূন্বদা শন্দোকখি । চারম্বশিং মখূৎ হাম্বা নংদে । অয়ুক নুংদাংগী ফিজোল হোংবা কাউনে । ইরুজবা হৌরুরবীশিং মকোক্কী শম্পু থাদোকপা য়ৌনা কাউনে লোইনমক হোৎচিন্নরকই । মীনা পিক থল্লি । পরেংনা পল্লোন তরেৎ খূদক্তা কোয়খি । শহর অসিগী য়ুম অমদি লম্বেন ইতাক তাকখিগুম তৌই । পুন্সি তেমশিংনবা ওম্বা শাথিবা কাঙলুপ কয়ানা অমুক্তদা পূন্না কৌবা বন্দগুম শহর অসি খুম্তাক লানশিবগুম্ তৌই । মেলাগী লম্পাক অসিদনা গ্রহ অনীগী হীয়াঙ লৈবগুম থোকখি । অদুক য়াম্বা মীৎয়াম অদু অমত্তা কৃপ্নদবগুম তৌই । চেক-মোকসু লাউনদে ।

ময়ায়দা চন্দ্রাবলী তান অমত্তা কায়দনা, খোঙফম অমত্তা শোয়দনা লৈরি, চোংলি, থেক্লি লোয়ননা নোইরি । চন্দ্রাবলীগী খোঙথাঙনা যন্ত্রশিংগী খোঙ্গেন্দা তোংলিবরা, খোঙ্গেনগী অপূনবা তাম্বানা যন্ত্রশিংগী শাথেক্তা য়ৈরিবরা ? খেন্নবা খঙদে । হাইগৎলকপা নুমীৎকী রাগ মথং মথং ফাওরকপগুম তৌরি । লোয়নবী রাগিনীশিংনা মপুরোইবা রাগগী মতুং চপ চানা ইল্লি । পূং অমগা মখাম্নমুক্সি নুংশিৎ নুংশা ফাওবা চপ লেপ্তুনা লমদনবগুম তৌরি । সুপ্নগী ময়ায় চবুক্তা চন্দ্রাবলী অমত্তমক কন্না লেঙলি ।

থেঙ্গৌ জগোয়গী মপূং ফারমদাইগী য়ুক লাউবী মতাংনি । কায়হৈদে হায়নবা থাঙলোনগী খোঙফমদা কন্না চোংলকপনি । যন্ত্রগা খোঙথোংগা ত্রক-ক্রক লাকশিন্নদুনা হাৎতৎনরকপা মতাংমক্লি । ভাবোক পূম্নমক কাথোকখিবা ময়া উমশিনবা পুংকাউ কাউনবা তাঞ্জামক্লা । লৈমায়দা মখোঙ অনী শৎ তিংথোক্তুনা য়েংলিবী অহল অদু মখোল থোক্লা কপ্লক্লে । কনাসু তাবা শংনদে। পূম্নমক নুংফাওননা পুংশুম শুমহৎখিগুল্লে ।

মহৌশা মাগী ওহোকপা খোঙকাপ্লি । চন্দ্রাবলীগী খোঙথাং খোঙথাঙ খূদিংদা ঈখেঙনা পূমঙাঙ পূমঙাঙ ঙাঙলক্লে । মমৌনুপী দোক্তর গঙ্গানা য়েংখিবদা নেনে চন্দ্রবলীগী মখোয়গী ফিজোল ঈতনা পূমঙাঙ ঙাঙলম্লে । পাখৎনা অয়ৌবী খোঙ্গেলদা লাউরই, "নেনে ! লেপ্পো !" চন্দ্রাবলী তাদবা নত্তে । খঙদবসু নত্তে লেপ্তে । লেপ্পোই হায়না লেপ্তবনি চোংনা চেংনা লৈরি, লৈনা লৈনা চোংলি । ঈ খুদেংগী মশক্লি । ফিঙৌ ফৌরিবা ভাবোক্কী পল্লোননা লাইখুদেংগী শক্তি অহাঙবগী ঈ খুদেং-লাইখুদেংগী লংদাইদা মালেমগী মশক নাইবী চন্দ্রাবলী লৈরি, চোংলি অদুগা থেক্লি । লেপত্রি। লেপ্নগী অপাম্বসু লৈতরি । করম্বা মতমদা লেপ্পা ? মহৌশা মাদি মখঙলিনি ।

# মৃৎলরোইদবা মৈচাক

মাইবম নবকিশোর



*মাইবম নবকিশোর সিংহ থৌবাল দিস্ট্রিক্টী হিযাংলম ময়াই লৈকাইদা মাইবম অমু সিংহ অমদি মাইবম ওংবী থানিল দেবী অনীগী মপাবি ওইনা খৃষ্টকী কুম ১৯৪০ গী দিসেম্বর থাদা পোকই। হাযর সেকেন্দরী স্কুল কযাদা হেদ মাষ্টর ওইনা পুবল্লগা ১৯৯৮ দা থবক্তগী পোথাখি। ১৯৭৯ দগী অকাসবাণি ইম্ফালগী ৱাৰী মচা পাবা অমা ওইবকপগা লোয়ননা চুমথাঙ চেফোঙগী এদিটর ওইবি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, সাহিত্য সেবা সমিতি, ককচিং; রাইটরস এসোসিএসন, ককচিংগী মেম্বর অমদি ইবমদম খোঙ্জেল অপুনবা লুপগী প্রেসিডেন্ট ওইবি।*

*ফোঙথ্রবা ৱাৰী মচাগী লাইবিকশিংদি অযুক্কী শিঙ্গাবে (১৯৭৯), মন্ত্রীগী নুপী সনাজাউবী (১৯৮২), থোঙ লোনথ্রবা পান দুকান (১৯৯৫), পাঙ্গল শোনবী ঐসে অদোমগীনি (২০০১) অমদি মালেমঙানবীগী মমোম (২০০৮) নি। ফংথ্রবা মনা মথুমশিংদি মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী মনা (২০০৩); যাম্বেম মণি সাহিত্য মনা, (২০০৫); নেসনেল সাহিত্য একাদেমী মনা (২০০৫) (পাঙ্গল শোনবী ঐসে অদোমগীনি দা) অদুগা চন্দ্রসখি চুমথাঙ সাহিত্য মনা (২০০৮) নি।*

মধু মীগী লুহোং কৈহেংবা চত্তবা কুইবে। শ্রাদ্ধ কম্মদি তত্তনা চৎপা উই। মদুসু চনীং তানা ফম্বা-কাদি উদে। মঙোন্দা অপু-নবা অমা য়াওবক্লি। করিগুম্বা কান্দা খঙহৌদনা ফুক হৌগৎলগা চৎলগে খোৎকে অমতা হাযদনা হেক্তা মচৎখি। মতম অমদা লৈশাবী খবা ফজবা উবা য়াদে -হংঙিবা, কনাগী মচানো? মমা মপা করম তৌই? লাইবিক লাইশু করম তৌই? হৌজিক্লা মদু নৎত্রে। লৈশাবী পাখঙ উরগা কোইনা মরু লূকথরগা থৈরগা হেক্তা মচৎখি। ৱারী লাইরিক তারে করিসু লৈতবদা কপ্পা ঙম্মী। মীগী মচা মমৌগী ৱারী শারে শাউই, করিনো অহলসিনা তৌরিবা শাজৎ অসিবু হায়না মীনা হংনৈ। নুংগী ৱারী খঙদে, মীঙোন্দসু হায়দোক্তে, তাবিনবা লৈরোই খনবনরা?

মরুপ অমা লৈ মধুগী, আ থাঙ্গদনি। য়ুমদগী কিলোমিটর ৮০ গী মথক্লি লাপ্লিবা।

অঙাং ওইরকপদগী লুনা তিন্নরকপনি । চাক্লুক অমতগী মরুপ্নি । শিনফম তোঙান তোঙানখিবনা চহী ১০/২০ অসি ঈ পাউ ইফাও ফাওনরুদ্রে । অমুক্তং উনরবদি কুইনা কোন্নরগা থম্মোই মশেল ফাওদোক্লদুনা ব্রারীতদা চাবা কাউনরগদবা মরুপশিংনি ।

নোংমা থাঙ্গগী মতাউগী মচানুপা লুহোংবগী বার্ত্তন অমা ফংই । বার্ত্তনদু মুন্না য়েংই লুহোংবগীনিকো ! মরু লুকথে । চৎসিরা চৎকুমসিরা খনবা মাল্লি । তিন্নবা মরুপকী মচানিপা লুহোংবগী বার্ত্তনদা অসুক য়াম্না খল্লিবসি করিগীনো খঙদে । চৎপদা লেপ্লে মধু ।

নোং ঙানফাৎত্রিঙৈদা ইরু মায়থজরে । অহানবা গাড়ী নংনবা হোৎনখ্রে । চাক চখোম অমতং চাখিনবা ইন্দোন্দুনা হোবে হোবে হোৎনজে । মতম্না ঙনবনা চাক পৃক থন্না চাবা য়াদে । হাথু হাথুজে, মরমদি চৎকদৌরিবা লমসি খোঙমায় চাদে । মতম শাংনা চঙগনি । গাড়ী মথাঙ মঙানি তোংলুগদৌরিবা ।

যুমদগী থোরক্লে । অদুবু অমুক চঙশিন্দুনা মচানুপাদা লুপা মঙা চৎপী অমা পীরগা "মসিনা করিনো চানীংবা অমা লৈরগা চাদুনা লৈরমউ । ববা লাক্লিবা ফাওবা চখোক্লমগনু । নহান্দৌনা ঐগী ইতুং ইল্লক্কনু ।" মহৌশাগুম্না মচাদা পৃকমেন পাওমেল্লগ্নগা মধু থোরক্লে ।

মরুপ উনগনি হায়বগী ব্রাখন্না লমশাংদু লাকপদা অব্রাবা ফাওখিদে । অদুবু থুংলুবা মতমদদি নুংথিলগী পৃং অমা তারে । মরুপ্তু চেস্থোরক্তুনা নুংশিনা কোন্নে, মচা মমৌশিংনসু য়োমশিল্লি ।

মাঙ্গোন্দা মমায় নোংপোক ওন্না অহনবা ফক অমগী মথক্তঃ বর ওইগদবা নুপামচাদু ফল্লি। মমাঙদা হৈরুক তাঙ্গা, ধূপ দিপ মঙ্গলগী পোৎলম কয়া থল্লগা ঈশ্বরগী মফমদা মঙ্গল প্রাথনা তৌরি । ফমেন্দনা মপা ইবুংঙোগা মধুগা অদুগা থোঙজিনগী ওয়থংবা নাকন্দনা মমাইবেম্মা ফমদুনা বর যত্রাগী অফবা পৃংফমদু ঙাইরি । বর অমদি লাঙলিবা ময়ামদু উরগা মধু মথম্মোইদা তাশোন্না থিনবগুম তৌরি । উরু উরুরগা থম্মোই লৈতাবা ঙমদে, মবুক্লিং পঙনুংদা নুংশিরকই । মচীন থোক্তে, তঙাইফদবদগী হেন্না ঙাঙদে, শক্তে ।

বর যত্রাগী মতম ওইশিল্লক্লবদা বরনা মপাদা মঙ্গল ওইজগে হায়না মবুক্লিংদা নীংলগা মপাবু দণ্ডবৎ তৌদুনা খুরুমজরকই ।: পানা মচাবু মঙ্গল আর্শিবাদ পীরদুনা হন্না হন্না মকোক্তা নানবিরকই । মধু মতাংসিদা পিরাং খাম্বা ঙল্লক্লে । মথংদা মঙোন্দা মঙ্গল পীবিনবা বরদুনা খুরুম্লকই । পিরাংলক্তা মধু, খুরুম্লক্লিবা বরদু, ময়ুমদা লৈহৌরিবা মচাদু ওইনা মমি শামি উরক্লে । ফুনগৎলক্তুনা ব্রা ঙাঙবা থোকখিদ্রে । মকোক্তা নাম্থবিনবা তিংথোরক্লিবা মখৃত্তু নাম্থবিবা ঙমদনা নীক্তুনা লৈম্রে ।

মধুগী পিরাং উবদা মরুপ্তু অঙকপা পোকই । মরুপকী পিরাংদু করিগীনো হায়না তরেৎ তরা থোক্লা খল্লি । পিরাংগী হৌরকপফম খঙদে । মতম্না য়ারক্তবনা মরুপ্না হায়রকই,

"মরুপ মধু, নচানা মঙ্গল আর্শিবাদ নিজরি। নচাগী মঙ্গল পীবিগ্রো।

মধু মীৎকপ খংথোক থোরকপগুম তৌই। থনুংদা কপ্পগী শ্বর হীক হীক চিংখৎলি অদুবু ৱা ঙাঙবদি ঙমদে। মরুপ্তুনা মখা তারকই,

"ইচাগী পুন্সিগী নুংঙাইরবা পূংজাদা ইতাউগী মীৎকী পি তাবা তৌহেদে। নচাগী বর আর্শিবাদ পীবিগ্রো অদুগা ঙসিগী মরুপকী পিগী ৱারী মতাং চানা তাজরগে।"

ও! মচাগী য়াইফনবা খঞ্জরিবা মরুপ্তুকী ৱাহৈদুনা হেন্না পিরাং শিষ্ণুগ্রে মধু। থক থক নীক, বরগী মশাদা পিরাং তাখিনি খল, মমায় লয়থোক্লগা থম্মোই ফূক্লা হায়রকই, "ইচা ইবুংঙো য়াইফবা, ইপানা থম্মোই শেংনা মঙ্গল আর্শিবাদ পীরবনি, ঈশ্বরনা ইচাবু মতম চূপ্পদা য়াইফবতা পীবিবা ওইরসনু।"

মকোক্তা তপ্পা তপ্পা অহুম্লক নাম্থবিরম্লগা হৌগৎখ্রে। অউবা মখৈনা মধুগী মওংদুদা করিগীনো হায়না তরেৎ তরা থোক্লা হংনখি। অদুবু কনামত্তনসু অশেংবা পাউখুম ফংনখিদে।

নুপী ময়ূমদা থুংলুরবদা ঈশৈ হৌরম্লে। বর মপানা মন্দির অকোয়বা ভক্তি কৎলম্লগা ফম্ফমদা ফমখ্রে। বরসু মাগী ফম্ফমদা ফমখ্রে। বেন খোংবা লেপ্‌খ্রে। ঙসাই মখৈ মতু মমান ইশোন শোন্না উরম্বা সঙ্কৃত্তন্দু হৌজিক ষণবী উরবা ষনাউনা হরাওবগুম পৈশা তানহৌদবা য়াদ্রে মতাগুম মমিৎ মনা ই৺ক থক, নুপা ময়ূমদা ওঙ্গিল ওঙ্গিল অমুক্তোইবা মখূৎনে মশানে, পূংনে শেন্নে কুম্মৈ অমা ওইরক্লে। মধুদি ময়োল শৎখ্রবা পাম্বীগুম য়াম্না হৈনিংদ্যা থাপ্তুক্লা ফল্লি। বর মপাদুদি য়াম্না হরাওনা পোকপগী মহৈ য়াক্কৰা নিপাগুম মন্দির ময়ায়দুদা পাম্মুবা লৈতনা শেল থারি।

—— মরুপ মধু, ঐগী নাক্তা খাক্লিবা ফম্ফমসি মরুপকীদমক্লি, অতৈ কনাগী নত্তে। নচাগী কুম্মৈ য়েংসি, চঙশিল্লকউ ফম্মিন্নসি। করিগীনো মরুপ্পা থাপ্পা ফল্লিবা ?

অসি হায়দুনা থাপতক ফল্লিবা মধুবু মখূৎ পায়দুনা চিংশিল্লে।

—— মরুপ, য়াররনি ঐ সিদা অদুম ফমজরগে।

—— করিনো মরুপ, ফম্ফমসিদা ফম্মিন্নসি লাউনে। অমুকসু খূদাং পায়দুনা চিংশিল্লি।

—— য়ারেদা মরুপ, অসুম ফমজ্ঞ:্গেদা। সে মরুপ ইচাগী মঙ্গলগীদমক য়ামদি য়ামদ্রে, খরসি মতেং ওইবিয়ু।

হায়রগা ফূরিৎখাউদগী লৌথোক্লকপা লূপা চামঙা চৎপীদু ক্বা তাঙ্গগী লা মচেৎ অমগীমথক্তা হাপ্পগা খুরুম্মী।

—— এঃ এঃ কৈদৌনবনো, ঐনা তৌরিবসি মরুপ্পা তৌবগা চপ মান্নে। ফম্মিন্নখিসি। য়েংউ নচানা ফল্লিবসি লেমদ্রা ?

মধু ফজপ্রবা বরদুদা য়েংলুদ্রে। য়েংগেসু খনখিদ্রে।

___ য়ারে মরুপ, ঐ খরা ঙন্না হনখিগে মতমসি ফৎত্রে। নচন্দু মথন্তনি যূমদুদা লৈরমগদবা। ঐনা হন্না হন্না হায়জরফাও, মরুপ্পা য়াবা কৌবা মরৈত্রে। মরুপকীসি ঐগা তিন্ন খোংননীংদবগী ব্বারো খঙদ্রে, অসুক কুইনা তিন্নরক্লগা। ঙসিসি মরুপ কয়া হরাওনা উদে। করি নুংঙাইতবা লৈবগীনো ?

___ লাইবক ফবা মরুপ, ঐ ব্বারৌবা লৈজদে। ঐদি মরুপ্পা ফল্লিবা ফম্‌ফমসি হয়েংমুক্কী মপোক্তসু ফমহনবিবা ওইসনু হায়না সৈ-্য শক্লা খাকচন্ত্রবনি। ঐগী সৈত্তা থুগাইবিগনু। ঙসিগী ওইনদি ঐ য়ৌজখ্রগে। নোংমা লাক্কে।

___ ফরে, মরুপ্পা ময়াদ্রবনিনা য়ৌবিখ্রো। ঐদি তৌরিবা কন্মসিনা থিন্দোকপা ঙমদ্রে। ঐনা খঙ্‌ঙমদ্রবা মরুপকী নুংগী ব্বারীদু খঙজনবা ঐ ওইনা হেক্তা লাক্লগেদা।

নুমিদাং মল্লি মল্লি তৌরক্লে মধুনা ময়ূম য়ৌরকপদা। অপনবা লৈতনা থোঙ্গান্দগী চঙশিল্লক্লগা মচানিপাদুবু হন্না হন্না কৌরকই। মচাগী মনাক য়ৌবগা হায়রকই কপ্পা কপ্পা,

___ ইবুংঙো, নঙনা তৌরিবসি করিনো ? ববানা হায়বা য়াম্না ইনখিদ্রেবু। ববানা চৎলমদাইদা নঙোন্দা শিন্নরম্বা নৎত্রা মফমসি থাদোক্লনু, ববানা হঞ্জিল্লকপদা ইচাগী অচাপোৎ লৈবিরক্কে হায়না ? সে সিদা লৈরে, চারো। নঙদি নপা ঐনা হায়বা ইতৎ তত্তনা ইন্দে। ঙসিসু ববাগী নাক্তা হেক্তা মরাকই, আঃ থাঙ্গ তান্না। অদুগা বর ওইরিবা নঙগী মরুপ্তুগা হি হোন্দুনা হেক্তা শান্নদুনা মরৈথোকই। নঙ লাকপনা ঐঙোন্দা কয়া কায়হনখ্রে। ঐদি নঙবু নুংশিবদগী লৈবনি। নঙনা অসুম তৌশিল্লক্লবদি ববা কুইনা লৈদৌবা মান্দ্রেবু !

কপ্পা কপ্পা মচাবু কোনশিল্লকই। ফৈজোম ফিনা থাঙ্গত্তুনা মচাগী মায়থোঙ তকথোক নাম্থোকপি। মশম মনা তুংলোমদা হন্না হন্না নানখৎপি। অদুদগী মচাদুগী মরেংবান্দা ঙাথরগা মখা তারকই,

___ নঙবু হৌজিক করি ননীং থুংদবা লৈরিবগে ? হায়য়ুনে করি লৈয়ুগে ? করি চাগেগে ? কোয়গনু। কনানো নঙনা খোয়দারিবনা ? লুহোংবা পামজবা নপানি। মরুপকীগুম হোঙগনি। ইচা নুংশিবদা ঙাওরবা নপা ঐনিনে। ইচা নথন্তনি হায়দুনা মীনা লাকচ খুদুম চনবরা? থেংনগে। ইচাগীদমক চান্মরক শিরব্সু পেনগদবা মান্দে। ইপানা শিরগা মৈ চুবিগদবসি নঙ নত্তনা কনা লৈরি সংসারসিদা ?

ইথা থাজদনা মপানা তৌরক্লিবদুদা মচানিপাদু মপাদা ব্বা হায়গদবগুম তৌরকই। অদুবু করি খল্লুরবনো খঙদে, অদুম হায়রকখিদ্রে। মোমোন নোক্তুনা মপাদা নীংঙমদনা য়েংদুনা অদুম লৈখ্রে। মপানা ব্বারৌনা অমুক মখা তারকই,

___ নঙনা করিনো হায়গে তৌরল্লগা হায়ত্রিদুবো ? নহাক হৌজিক পাখং ফারবনি। নঙগী নতৌসিদা নপা ঐগী আশা পূম্নমক কায়খ্রে। নঙনা মঙাঙদ্রবদি ইপাগী অরোইবা

খোঙচৎসি নীংজবা মঙাল য়াওদনা অমম্বা লম্বীদা খোঙথাং খূদিং খুদি থীনা থীনা চৎখিবা তাবনি। মদুবা নত্তনা য়েংনীংলিবা ? হায়য়ুনে ইপাদা।

মপাগী খোঞ্জেল তাবদা মচাদা মিকজবী মমাদু মপাল থোক্লকই। ইত্তুক ত্তকই। লুহোংবা চৎখিবা মপানা মচাগা নিংত্তই শংদানবম্বা উবদা। মপুবেইবদু কৈদে। চেনশিল্লকুনা মচাবু কোল্লগা কপ্পা কপ্প হায়বকই.

___ অপঙবা, নপাগা কবিগী চিন্দা পাউদানবিবনো " খুম্মুনু নপাপা। নপানা ত্তুবদা হুধ্বা হৌনদে। সে ইমা য়া হায়গে। ইহে, নংগী নপানা ভুসাই চৎলমদাইদা পীবম্ব ইপেশসি সুম পার্য়াশন্দুনা থম্লবা! কবিনো অম লৈবগা সংথোকপ য়াদ্রা ? কপকনুসে, ইমা ব্র হয়গে। ইচানা কপ্পগা ইমাগী থম্মোই পুম ত্তমদে। নত্তবু মইহৌশা ইমানা কপ্পগা নত্তনা ইমাগী পিবাং ভৈথোকপিখিবা নৎত্রা ? ত্তসিদি ইমগী পিবাং য়েংদুনা লৈবদি কৈদৌববা ?

গোবিন্দগী সন্ধ্যাবাত্রিগী শবীক কাংশি খোঞ্জেল্লা মমা মপা অনীগী থম্মোই থেমজিল্লকই,

কাদনব, শিবা নখোযগী তা নত্তে,
অশিবগী খন্দুনতা লৈবদি কবম্লা হিংগনি ?

খোঞ্জেলসি তাবদা, শূমাঙ ময়াদা খিল্লিবা মচাগী নুংগী মুর্ত্তিদু কোল্লগা নুংহীক্লববা খোঞ্জেল অনীনা অমতা ওইনা হায়জবকই, ___" হে বাধা গোবিন্দ ; অপঙবা ইচাসি চবনখাদা চিংশিনবিয়ু। হয়েংমুক্কী মপোক্তা ইচাগী পুন্সি নুংশাংবা পীনবিয়ু।"

গোবিন্দগী শরিক খোঞ্জেল মরক্তা মমা মপাগী ব্রাহৈশিং তিনশিনখি। মমা মপা অনীদু মচাবু নীংঙমদনা য়েংলম্লগা মুৎলবোইদবা মৈচাক পুদুনা কপ্পা কপ্পা মচা লৈরম্লবোইদৌবা য়ূমদোংপোক্কুদা তপ্পা তপ্পা খোঙ থাংজিলক্লে।

# তাচৌগী নুপী অসিদা ঐনা করি কৌগনি?

থৌদাম ববাতোম্বী

*থৌদাম ববাতোম্বী খৃ: কুম ১৯৪৩ গী এপ্রিল তাং ৪ দা কছারগী বিনাকান্দীদা থৌদাম রতন অমদি থৌদাম ওংবী থরোমচা অনীগী মপারি ওইনা তাইবংদা থোকপারম্বি । হৌজিক্তা হোজাইগী শিঙ্গারে বস্তি খুল্লেনদা হোংলক্তুনা লৈরে । ২০০৩ দা হেড মস্তব ওইনা থবক্তগী পোথারে ।*

*মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ অসামগী মরুওইবা মেম্বর ওইবতা নত্তনা নগাওঁ দিস্ত্রিক্ত মশাগী প্রসিডেন্ট ওইরম্মী । পীক্লিংউদগী হৌনা ইবগী রাখল লৈরকপনা লীলা কয়া ইদুনা শান্নরে । হৌজিক ফাওবদা ফোঙথরবা লাইরিকশিংদি শৈরেংদা রাখল লৈরাং (২০০৬), লীলামচাদা ১। চহী হুম্ফুগী পাখং (১৯৯৪) অমদি ২। ইচা লৈশাবী ইমৌ পাখং (২০০৫) নি । মণিপুরী রারীমচা কয়া অসামি লোন দা হন্দোকখ্রে ।*

ঐবু ঐখোয় লৈকাইগী জ্ঞান লৈবা অহল, চয়েৎনবা মতাংদা বুদ্ধি লৌশিং লৌবা য়াবা অহন্নি হায়দুনা অয়াম্বা মতমদা নহা, য়াইতোংবা মীওইশিং হেক হেক লাক্তুনা রাতানরে । য়ুমগীদি করিসু কান্নবা ফংবা নত্তে । অহোইনদুম চা, ক্বা তিংই হায়দুনা নুপী অঙাংশিংনা তাথিনা রারৌরবা জাৎনি । মচীন থোক্তে হায়বগী রাদনি । ইমুংদা ক্বা খায়বদা নৎত্রগা চা লোনফমদা, "করিসু কান্নদবদা চা, ক্বা তিংনরিবনি। খওদে, ঙমদে হায়দুনা কোক থাদোকখ্রগা লোইরবা পোৎসিদবু " হায়দুনা মুরুম মুরুম শোনবা নোংফাদোকসু ইনামক্তা তারবনি ।

ঐনা পেন্সন ফংদবা, শেন ককা থোক্কা অহল অমা ওইরবদি নহান্না মচান্না থোক্ল, "ইকুবোক, চা চিনি তাওলে, ক্বা পানসু লেম্মা বাজারদা ফংদে । চা মতম চানা থকপিনীংলবদি নমৌগী মতেং পাংবা ওইনা নশূসে খরা পুথোকপিখো" হায়না হায়রকপা ফাওবা য়ারবনি।

লৈকাইসিদা করিগুম্বা রাথোক অমা হেক থোকপদা ঐনা পীবা পাম্বে নৎত্রগা পাউতাক্তা কান্নগনি খন্দুনা ঐগী নাক্তা লাকপা ঙাক্তনি । মতম লেনবা ফনদুম কান্নে । রা পেন্না ঙাওবসু

ফংই। অহল ওইরগনা ব্রা হেন্না ঙাঙনীংইবসি পুন্সিদা উরকপা, থেংনরকপশিংদু খঙহন্নীংবদগী ওইর্বা য়াই।

"ওজা, ওজা। ওজা লৈবিদবরো ?"

সন্ধ্যা য়াচঙবসিদা কদাইদগী খোঞ্জেলনো অমুক! নিংথমথাগী যুজ্জা কোন্দুনা ইশা শাগৎনবা হোৎনরিঙেসিদা মপান থোক্তৌবা য়ৌনা অল্লদুনা হায়খি, "কনানো ? হেক্তা চঙলকও।"

নহা অমা খোঙউপ্লে, খোঙগ্রাউনে গরং গরং চঙশিল্লক্লগা ঐনা ফম্লিবা বোরা অদুগী মচিদা ঙেক ফমথরে। উমঃ! করিনো ফাওরক্লিবা মনমসিদি! মহাকসিবু রস য়েনবা লাক্লিবজাৎলা ?

মল্লি মল্লিবসিদা মশকসু মুন্না খঙদ্রবনিনা, মাগী রসতু খাঙলগা ঐনা হংখি, "কনানো ইবুংঙো নহাকপু ?"

মহাক্লা খুম্লকপা পাউখুমদগী খঙলে মদুদি মহাক, ঐনা ক্লাস আইটকী সাতিফিকেট পীরগা সিফাই চঙখিবা, মমাঙ লৈকাইগী ঙাঙোম বিনোদ ওইরম্লে। মানা ছুটি থোরকপা খুদিংগী ঐগীনি হায়দুনা খাতা অমা, কলম অমা, আপিল অনীদং ওইরবসু হেক হেক খুদোল তম্লকপনি।

"ওজা, ব্রারৌবিবদি য়াদ্রে। দিন খরা নুংঙাইমন্দুনা, ব্রা ঙাঙবা নুংঙাইনবা খরা চিংশিল্লকএ। ঐনা খঙদবা অমতা ওজাদগী খঙগে হায়দুনা লাকচবনি। খরা হেন্না চিংলুরে ওজা। ঐবু ঙাকপিয়ু ওজা। খুরুমজরি জয়" হায়দুনা মখোঙ শাংনা তিংথোক্লগা খুরুম্লকই। খুরুম্বদুসু য়ু ঙাওবগী মতিক ফৈরেং তুরেং। ঐনা লামদু: চিংথোক্লমদ্রবদি মরাইবক্তু য়োৎশবীদা থোমজিল্লদুনা কাযদুম কায়রম্লি। থাউজুম কারবা মমায়দু উত্তুদা নমশিল্লুরগা হাইগৎলকপদুগী দৃশ্যদুদি ভালো! ঐ মাগী মওংদুদা শাউসু শাউনীংলে. নোকসু নোক্লীংলে।

বিনোদকী ময়াম্বা অহল পুলিসকী এস আইদু নুপী থিযু য়াদদুনা লৈরকপনি। অদুবু ঙরাং নুপী অমা চেল্লক্তুনা, থংনবা খুনদা লৈবা থবক্তগী পোত্থারবা পুলিস ওফিসার শেখবগীদা থৈরি।

বিনোদনা মখা তারকই, "ওজা ইতৈমা লাকপসিদা ঐ কয়াম হরাওই খঙবিববরা ? থেঙলবসু থেঙনা ইতৈমা অঙ্গ। ফংজরে। ঐগীনা নুপী, তাচৌগীনা মনাওনুপী লৈহাউদু তাচৌনা ছুটি লাকপা মতাংদা চা, চাক পীবদা ইকাই হঙ্গোইনা তৌজবদু মচেমহল লাক্লবনিনা হায়রিবা থবকশিং অসিদগী খরদা ওইরবসু কোমজরগনি। অদুগা ইচাশিংনসু মমাচৌবী ফংলবনিনা স্কুল কাবদা টিফিন্নচিংবা মতম চান ফংলগনি। ফংলোইদ্রনে ওজা ?"

ঐনা খুমখি, " হোয়নে হোয়নে। নঙগী ব্রারীদো মখা লীয়ুনে।"

মানা মাগী ব্রারীদু অমুক মখা তাথরকখি, "ঐগী ইতৈমা অহল ওইরিবী চন্নুরাদুবু করি খুনগী করি শাগৈগী কনাগী মচাবু ওইরিগবা ? তাচৌদা চেল্লক্লিবীদু চহীনা কয়াম

শুরমগদৌরিবা? মদুনা অঙাং হেক্তা মওইরম্লবদি ঐনা ইতৈমা হায়না কৌবদা হেক্তা চীনসিদগী ইয়াং য়াংনা থোরকউ য়ারোইদৌরিবনি । তাচৌগা চহী লোনগামক ওইরম্লবসু ধারা য়াওরোইদৌরিবনি । খন্না খন্না ঐ, ঐগী বাইকতু থৌদুনা খুরা শেখরগী য়ূম য়ৌরুরে । মদুদা খুরা শেখরগী ইন্দোন্দুনা ঐবু ফম্মু লাকউককা সৃকহায় হায়দনা ইফিং ফিংনা, ইপা পাখৎনা তুলসি মন্দিরগী মরুমদুদা পুথোক্লগা করি হায়রক্কে হায়ববু, 'ইবুংঙো বিনোদ ! নহাক ফিংগৎখিনু । ইন্দোন ব্রা হায়গে মুন্না তাও । নহাক্তি দেশ কোয়না চত্তুনা দেশ সেবা তৌবিবা সিফাইনিদো । মওং মওংগী তোঙান তোঙানবা জাতিগী মীওইগা কয়াগা তিন্নদুনা মীৎয়েংদা, ব্রাখলদা কয়াদা পাক চাউরিবা! অদুগা নহাক্কী তাচৌসিদি পুলিসনিদো । হূরান চীষ্থী তৌবা, নাতৈ চাদবা মীওইশিংগী কেশ পায়দুনতা লৈবা । অদুনা লৈবাক মচা তাবা হৌন লোনচৎ হায়বদু খরা অদুম মব্রাৎপা তাবা ।' ইন্দোন্দুনা হায়রিবদু ঐ শ্তান শৃক্তা তাখিদে । অসুক নুংঙাইরবা নুমিৎসিদবু মাগী অদু অদা চঙবা নত্তে ঐঙোন্দা । অদুনা কৈদৌরগে হায়না গৃ গৃ তকশিল্লুবদদি করি হায়রক্লগে হায়ববু, 'ইবুংঙো বিনোদ, নওগী তাচৌনা চেল্লক্লিবী নুপীসে লম্লানবী কনাসু নত্তে· নহাক্কী নুপী থরোগা পোকমিন্নবী ইতোন তোনবী লৈরেন্দুনিনে ।

ঐ শ্বাই লাউনা কোকচাউবী ফুং লাউনা কাখিবা খঙহৌদে । হায়ফম তৌফম খঙদদুনা ইন্দোনগা খুরাদুগনা ফনা ফনবা খরা শীনবিরো হায়না খুরুম্লম্লগা অদুম থোরক্লে । অদুনা, ওজা হৌজিক ঐঙোন্দা মিংগৌগী মরমদা চয়েৎনবা অমা চাউনা লাক্লদৌরে । মদুদি ঐখোয়' তাচৌগী নুপী অসিদা ঐনা করি কৌগনি ?"

# করি মনানো ?



ক্ষেত্রি বীর

*ক্ষেত্রিময়ুম বীর ককচিং, মখা লৈকাইদা ক্ষেত্রিময়ুম কুন্দ্র সিংহ অমাদি নোংমাইখেম নিংথৌজাম হেনৌবী দেবী অনীগী মপাদি ওইনা খু: কুম ১৯৪৪ গী জুলাইগী তাং ২২ দা তাইবংদা থোকপাবকনি । এম এ, বি এড নি । মমকালগী লৈশাং তোঙনবা হায়স্কুল কযাদা হেদ মাষ্টর ওইনা পুবক্নদগী ২০০৬ তা থবককী পোথাবে । সংস্থান কযাগী জেনেরেল সেক্রেটরী ওইনা পুবক্লী । ফোঙথরবা লাইরিকশিংদি খাবেংদা ১। Where is our living (1975) উপন্যাসতা ১। লোৎলুবা চাঁই (১৯৯৯), ২। হিংলম্বনি ঐ মাগীলমক (২০০০), ৩। ফিবেপ (২০০২) অমদি ৪। ঐ (২০০৪) নি । অইবসিনা ফংখরবা মনা মথুমশিংদি ১। থোঙাম উংবর নীংশিং মনা, ২। ডা: অম্বেদকার ফেল্লোসিপ এৱার্দ, ৩। রাইটরস এসোসিএসন লিটরেরি এৱার্দ অমদি ৪। বি এম নোবেল এৱার্দ নি ।*

বেঙ্ক পি ও গী থবক থৌনা অরুনাচল প্রদেশকী বোমদিলাদা পোষ্টিং তৌরবা কুঞ্জোনা চহী হনীবোমগী মতুংদা হন্দক য়ুমদা ছুটি খোবাক্লেবসিগী মবম লুহোংনবনি । হৌজিক মহাক চৈগাবা হায়বদু খোক্লবনিনা শঙ্ক ওখাক চাউথোক্লে । থবক ফংদ্রিঙৈ, হিংফম থিবদা মীশিংদা ...নাঙ্খ্রবিঙৈগী খোইচোম্বা মীরেম কুপ্লোদু নংত্রে । ইমক মক্লম্বা এম কোম গী সার্টিফিকেটতুনা মণিগী মশেক হাইদোরকপসিদা মহাক্কী মায়থোঙদু মঙাল ফাওরে । মহাকপু মমাক মযা ওইনীংবগী পাউনা মথং মথংনি লাক্লিবা ।

মমা মপানা খুৎকাপ্পী কাপ কাপ্পুনা মমৌ খল্লি ।

কুঞ্জোগী মমান্নবা কুল্লনা হায়রকই, "ভায় । লুদৌরিবো । ইমাগা বাজীগসু মোৎ মান্নদে। নঙগীদুগদি ঈচেল অহুমদুম ফাংলে । হোয় নুপী থিরি থিবি হায়দুনা অসুম পাখং

ওইদুনা লৈবসিগী তোঙানবা মহাওসু অদুম লৈবনিদা। খূদম হায়ববু, নোং ফাদোক মঙদা মতম অমগী পৎতৎনরম্বীদুগা লুহোংগদৌরে হায়দুনা কোয়রাঙ লাঙজবদা হরাওবনা মিহুল দঙ দঙ চোংবদুনি। মীকপ থোরকপদা ইনাক্তা লৈরম্বী অমদুদা মিং ওন্ননা কৌরুবগী মা থোক্লবকা য়াওরিপোৎনি।"

"মঙদা থরায়গুম্বী চামা চাম' কায়নখিবগী মাঙজবা করিনো, ভাইবংদদি মৈচাক খ'ঙনহৌই।"

"ভাইখো, কনাগী মৈচাক্তো পুহৌগনি হায়রিসিবো ?"

"ঐনা লৈ হায়বগা " হায়দুনা কুঞ্জো মা থৈনবা হোৎনরকই।

মীতেক মীরৌ খঙগনবা কুপ্পনা তক'শিল্লকই, "অদুবু কনানো হায়বা ? লোৎকনু ভায়। নুংশিনবদা ফিদম তানবগী কান্নবা করিনো ? নহান নুপীশিংগী মাকশোপ অমা য়াওরুই। স্পিকরনা ময়ামদুদা হংই, ' হৌজিক্কী মতমগী নুপাশিংসি মূম্বানবগী মরীদা করি ওইনা উবগে ?' মদুদা নুপী অমনা ফুক হৈংগৎলগা খুম্লকখি, D-O-G. dog ওইনা উই' কয়াদা হঙ্গনা লৌখ্রবা !"

"মখোয়গী মাখলদু কোকহন্নবা নিপাশিংগী লমচৎ মাংখৎহনবা তাবনি। অরেপ্পা অমদগী হেন্নদবা। মবমদুনা ঐ সনাহনবীগা লুহোংলগে হায়না চপ চানা লেপ্লে।"

"এঃ এ! ফৌবাকচাউগী সনাহনবী, ঈঙ্গিংবীদো ? হোয়দা চুম্মী চুম্মা। মতমদুগী খোইচোপ্পা পাখং নঙগদি ওম্বোক্লা পক্লখিবনি। মাগী মীৎচিনা ঈন পনখ্রেদা খঙহল্লকপদা নঙনা ঈশিংদা জবং। অচোৎপা নফি নাবেন্দুগা সডক্তা কিলোমিটর তবামঙা থক থক নীক্লা নযূম যৌনবা সাইকল থৌবকখিবদো। লোংতাল্লগা অচাপোৎ ময়াম পুরগা খোইচোপ্পা অমুক চৎপা। পীরুবা ঙমদদুনা ঐখোয় ময়াম্না খূমগাইবদো। অমদুসু কুম্মৈ নুমিৎশিংদা থোরক্কনি হায়না থাজহল্লগা উথুম্না ফৌরক্তা লোৎখিবদু মঙায়, অদুম লোৎপিবা। লাক্রবিখিবা ময়ামদুনরা হৌজিক ফাওবা কাউওমদ্রিবদো ?"

"মরুপ, মহাক্না শকখঙনকবা নুমিত্তুদগী ঐসি মনাক্তদা লৈনীংগ্রে। মহাক্না হবাও কুম্মৈ য়াওখিদবগী মবম অদুননি ঐনা মহাকপু কাউবা ঙমদ্রিবসু। ঐখোয় অনীমক লায়রবা কৌবা হিদুদা পুল্লপ তেংমিন্নখিবনি। তমথীরবা ঈচাউ মতমদা মখোয়গী ইমুং কোক্তা খূৎ হাপখি। অদুবু ঐনা তেংবাংবা ঙমখিদে। মদুগী ইকাইজবা ইত্তৌ উবদগী ওইরমগনি, নোংমা ইথ্যা থাজদনা ঐগী ভাখাউদা কনিনো অমা মহাক্না হাপ্লকখি। যূম যৌরগা হাইদোক্নুনা য়েংলুবদা চিঠি ওইরম্লে। হৈত- হৈত ইরকখিবা, লৌথূপ লৈকোয় য়াওদবা মরোলদুনা ঐগী থম্মোই থক থক নীক্লা রাহনখি। মমা মপা লৈজদ্রবী লৈশাবী মানা অনাবা মবুংদুগা মনম্মদুগা

য়েংশিনবদা মতম কাইথোকপা ঙমদ্রে, ঈন চিংবা হেক লেপ্লদা চরা হেল্লি। ফজবা ফিজোল, লৈতেং লৈজদবনা হরাও কুম্মোগী রাখল চঙলুবা য়াদ্রি।"

কুল্লনা মরক থৎলকখি, " অদুবু ভায়, মীনুংশিগা অপাম নুংশিগদি খেন্নদ্রনে ?"

কুঞ্জোনা ইতিং তিংনা খুমদোরকই, "মহাক্কী মফমদদি পোৎশক অনীসি পুল্লপ পূনখ্রে।"

"খঙলে পুক্তি চুল্লা নঙনা সনাহনবীবু কাউরোইদৌরি। অদু ওইরসু মরুপ, হৌজিক্তি ঐগীদুগুম মঙদা মরক মরক্তা লাকহন্নবা অদুম থমখ্রো, কান্নররোই।"

"করিগী ?" কুঞ্জোনা ঙক্তক হংই।

"সনাহনবীদো ময়ূম পানখ্রে।"

"ঐগসু কায়নদনা ?" ফাগীদী ওইরগা কুঞ্জোগী মায়থোঙ নোক্লিংবগী মমি তাদে। মচা লৈপ্রবীদুবু মুল্লুগেরা, জেল চঙনবা ? নহারোলনা নেৎথৎনবা, নরনসু মৎপীনবা। অদুক য়াম্লা পামজরগা মরক্তা পাউদি চৎনখিদ্রমাল্লেনে ?"

কুঞ্জোগী মমীৎতা য়েংলগা কুল্লনা মখা তারকই, "ঐগীসি ফাগী [illegible]তে। মানা নঙবু থাদোক্লন্নে। নীংশিংলুবগী কান্নররোই।"

কুল্লগী চেকশিনবা রাঙাঙদুদা কুঞ্জো মায়থোঙ খংমক মকশিনখি। অদুগা অহৌবদৌনা অমুক তপ্লা হংলকই, "নঙগী রাসি শেংলবরা ?"

"অসিবু করম্না তারমদ্রিনো ?"

"ঐ সনাহনবীগা পাউ ফাওনখিদবা কুইরে।"

"পাউখুমদু য়ানীংদে। হৌজিক সুন্দ্রংদা পাউ চৎনরবা মতম্লি। অদুগা ঐবু কাউথোক্লুরিবনা করিগী ?"

"মরুপ, ঐনা মহাকপু চেৎনা থাজখি। অদুগী মথক্তা ঐখোয় অনীগী পরৈ কয়া চেৎপগে হায়বদু য়েংনীংবসু ফাওখি। অদুননি।"

"নঙগী থৌরীদুনা লৈচিলবুসু পুনবা ঙম্বা জাৎলা ? নুংশিনবগী অতোপ্পা মমিংদি উনবা অমসুং পাউ চৎনবনি। থায়নগী ঙাইবীকা হায়বদু চীংলোন লানখিবা কুইদ্রিবরো ?"

"মরুপ অদু অদা খঙদে, সনাহনবীগা ঐগা লুহোংগনি।"

"নঙনা ঐগী রা ফাগিনি হায়না লৌরে। ঐ শেংনা তম্লগে। থা অমরোমগী মমাঙদা ঐখোয়গী দিপার্টমেন্টনা ফৌবাকচাউদা অঙাংশিংবু পোলিও হীদাক পীথকপগী থৌরম অমা

পাঙথোকপদা ঐ য়াওরুই । সনাহনবী অঙাং অমা পোরগা হীদাক পীথকপা লাক্লম্মী। ঐবু উবদা মহাক মমায় থস্ফম খঙখিদে । ঐনা অঙাংদু কনাগীনো হংলুবদা মহাকীনি তাক্লম্বনি।"

কুঞ্জোনা ইচং থোক্লা, "ভায়, মদুনা অচুম্বা ওইরম্লবদি ঐগী য়ুম পানবগী লম্বী কেন্সেল ।" হায়রগা নীংবা কায়না মমায়দু লূকথখি ।

"তানীংদে মরুপ ! " কুম্লনা লাউহংলকপনি । " সে চংনবা য়াবা রা খন্নসি ।"

মরুপ অনীদু ঙংখংনৈ । কুঞ্জোগী হৈনীংদবা মতৌদু হেনগংলক্লবদা কুম্লদু মপুক্লিং নুংঙাইতনা হনখ্রে ।

হৌজিক কুঞ্জো চিন্তাগী পোংলুম পুরে । মহাক্লা লৈরকখিবা কারদু কনা তোংহন্নবনো? নোংজু নুংশা খাক্তনা ঈঞ্জিংবদা কাহংখিবা নুংশিবীগী মায়থোঙদু সনা অহীংবদৌনা অমুক্তং লংহন্নবগী নত্তবরা ?

'তামোনা খোইচোপ্লা, ঐনা ঈঞ্জিংবী । নোংমগী চরা তানবা । মসিনা পুল্সি শেমগংপা য়াগদ্রা ?' হায়বা সনাহনবীগী রাহৈদুনা নীংশিংলকপদা খংপ্রেক খংই কুঞ্জো । মাগী রাহৈশিংসিনা মথৌ শঙলগা অহীং নুংথিল খায়দনা লাইবিক কন্না পাদুনা কম্পিতিতিভ পরিক্ষা যাওবগা পাস তৌদুনা বেঙ্ক পি ও ওইরকখিবসিদা সনাহনবীগী শক্ক চাউনা য়াওরি । অদুবু হৌজিক করি উপাইদি লৈরি, নুংশি ইথৌনা কায়না মৈশা ওল্লক্লবদা । কুঞ্জো লোন্না মদোক কপচবা নত্তনা করি উপাইদি লৈরি ?

মতম খরা হৌস্রবগী তুং, নোংমা, নুম্মিদাংরাইরম অমা, ককচিং বজারগী দুকান অমদা কুঞ্জো ফি লৈরি । মহাক্লা সডক্লোমদা সুম য়েংথোকখিবদা, মপা থোক্লুদুনা, সনাহনবী অহল ওইরবী নুপী অমগা চংপা উরে । সনাহনবী মনমদা অঙাং অমা পোবতা নত্তনা মখূং য়েংনসু অরুম্বা খাউ অমা পুরি । কুঞ্জো দুকান্দগী তহা তহা থোরক্লগা ফংনবা তানখংলি ।

কৌরুই, "সনাহনবী !"

সনাহনবী চপ লেপ্লকই অদুগা ঙক্লা তুংলোমদা য়েংলক্লগা, "তামো, উদবা কুইরেদা।"

"সনাহনবী ! নঙদি নুংঙাইনা পাল্লে হায়না তায় ।"

"ঐনা নুংঙাইজবদি তামো য়াইফরে তাবদনি ।"

"করি পোংনো অসুক লূম্না পুরিবসিবো ?"

"উংসবকী পোংচৈনি।"

"করি উৎসব ?"

"ফিরোয় ।"

"কনাগী ?"

মনম্‌গন্দা পোরিবা অঙাংদুদা হাইরপ য়েংলগা, "অঙাংসিগী মপাগীনি । হংচিং থোকই।"

কুঞ্জো শ্বাই লাউই । অদুম চপ লেপহৌরে । সনাহনবী বস থাফম নকশিনখ্রে । কুঞ্জো করি অমুক নীংশিংলক্লবনো খঙদে সনাহনবীবু তান্নরক্লে । লূম্না পুরিবা খাউগী হব্রাই মঙ্গল মরক্তুদা করিনো অমা ফুমজিনখ্রগা মমীত্তা ঈরা চেন্না হায়রকই, "মসি লাইদা কৎপদা য়াওহনবিয়ু।"

সনাহনবী কুঞ্জোদা অমুক্তং য়েংলম্লগা বসতা অদুম কাখৎখ্রে ।

মকোক ঙাওবমখৈ খল্লুরগা কুঞ্জো চয়োল অমরোমগী মতুংদা মখোয় লৈকাইদা লৈবী ফৌবাকচাউদগী ঙা তীক্লুরগা ককচিং বজারদা হেক হেক য়োনবী ঙা ললোনবী অমগী য়ূমদা কোয়থোক্লক্লে ।

ইকাইরপ তৌনা হৌদোকই, "ইতৈমা, ফৌবাকচাউ মনীং পাৎয়াদা লৈবী সনাহনবীবু খঙবিব্রা?"

ঙা ললোনবীদু ঙাইহ'ক খল্লগা খুম্নকই, "অরাংবী. রাশি লৈবীদু ওইরিনিনে ? খঙঙি খঙঙি । নহানদি থেঙ্গন্দা অঙাং অমা পোরগা লেপহৌবদুম উরম্বনি । কৈদৌবগীনো ?"

"পাউ অমতা চেনগে তৌবনি ।"

"হায়য়ুনে করি পাউনো ?"

"ঙসি ইতৈমনা, মাবু, থেংনবিরবদি ঐনা মাবু হয়েং সেকমাইজিন বজারদা পূং অনীদা ঙাইরমগে হায়না অমুক্তা তঙ্গীয়ু ।"

"তমগে তমগে ইবুংঙো। অদুদা . . . ।" নুপীদুনা করিনো অমা মখা তানীংবগুম তৌরকই । অদুবু কুঞ্জোনা নমথায় হার্য়াজিল্লকই, "ইতৈমনা মদুমতদি শোয়বিবা য়াদ্রে ।"

কুঞ্জো হৌগৎলগা অদুম থোরক্লে ।

মথং নুমিৎকী নুংথিল পূং অনী চপ চানা কুঞ্জো সেকমাইজিন থোং নক্লা মাগী কারদু থারে । য়াম্না ঙাইঙম্‌দবগুম হনগৎ হন্দা চৎলিঙৈদুদা খারোমদগী সনাহনবী অঙাং অমা পোদুনা লাকপা উবদা মহাক ইপা পাখৎলকই । সনাহনবী ইকাই ইকাই মাগী মনাক তম্না

চঙশিল্লক্লে।

"সনাহনবী !" কুঞ্জোনা খোঞ্জেল নিক্তক তৌনা কৌখিবনি।

"তামো, নহানগী খাউদা হাম্লীরকপা শেলদু পুবিগ্রো। ঐদি করি করি ওইরবোই নীংলুই, অদুগা অসুক য়াম্বা শেল, লুপা লীশীং মঙবু . . . । ঐগীদমক্তদি কাউবিরম্দবসিগী হেন্না পেঞ্জবা লৈত্রে।"

"সনাহনবী, শেলগী ৱাদু থমখো, ঐ হৌজিক নঙবু লৌবা লাক্লির্বানি। নঙনা কাউবিরম্লবসু ঐদি ৱাশক ঙাকখিনি।"

"করি ৱানো তামো। ৱাখল্দু থাদোকপিয়ু।" সনাহনবী পাখৎলপ তৌই।

"সনাহনবী ৱা য়ামগনু। নঙনা নিংঙাই তৌরবদি ঐ তুরেলসিদা চোংথদুনা শিগনি। সে কাখৎলু গাউসিদা" হায়রগা কুঞ্জোন মাগী কাবদুগী খোঙদু হাংদোকই।

"তামো ! ইস অঙাংসিগা ! করিনো তাকপিরিসিবা ? ফজদেকো মীমাঙদা।"

কুঞ্জো খূৎলৈ থুনা মমা মচাদু কার মনুংদা ইনশিল্লি। মদুদা মিপাইরবা অঙাংদু কপখৎলকই। সনাহনবী করি কবিনো হায়বতা নত্তনা লাউসু লাউরক্লে। অদুবু কুঞ্জো নীংঙায়দনা মাগী গাড়ীদু অদুম থৌরক্লে।

বেঙ্ক ওফিসার কুঞ্জোনা মৌ চাজেনবী অমা চেল্লকপগী পাউনা লৈকাই শাবা শনগ্রে। মৈগী শ্বর হোন্দুনা ঙেলকপী মচেনা কুঞ্জোগী মশম ফোয়রে। মমাদি ঙসাইনা তেংথাবা হৌখ্রবনি। ফু ম্বংনরবা মপা পাউ হায়দোক্লবগী মহৃত্তা নুপীদু করম্না থিন্দোক্লুসিগে খন্নবা কোয়চেল চেল্লি। লাউনা খোংনা মরক্তা অহীং ওইরক্লে। খোয়শাওনরবা ইমুংগী মীশিংনা চৎথোকখিবা কুঞ্জোবু ৱানা ঙাইনরি।

থেঙনা হঞ্জিল্লকপা কুঞ্জো মহাক্কী কাদা মফি হোংলি। ফমক্তা ফমদুনা অঙাং চাক ইল্লিবী সনাহনবীনা হীক হীক কপুনা হায়রকই, "তামো, ঐবু হৌজিকমক য়ূমদা থির্নবিয়ু।"

থংনবা কাদগী মপানা পাংশিল্লকই, "নিপামচা, ইবেম্মগী ৱাদুনা ফগনি। মদুগীদমক ঐখোয় নঙবু ঙাইরিবনি।"

কুঞ্জোনা শম্না খুম্মি, "সনাহনবী, নঙবু ঐনা অমুক থিন্নবা চেল্লকপা নত্তে।"

সনাহনবীনা মখা তারকই, "তামোনা ঐগী ৱা তার্বিখিদে। ঐদি মতীক চাদ্রবীনি। অঙাং অসিনা খোঙ খূৎ পুল্লবীনি।"

"অমতা নত্তনা মঙানা পুল্লবসু ঐনা নঙবুদি শূকথা থাদোক্লরোই।"

কুঞ্জোগী ৱাঙাওদুদা মপাদুনা কাদু পোখায়রগদবগুম লাউরকই, "লোইরে, লোইরে। ঐখোয়বু হিংখিসিরা ?"

সনাহনবীনা হায়জে, " ঐদি অঙাং অসিগা শেংনবা য়াদ্রবীনি । হয়েং তুংদা তামোনা ঐবু মীরায়বিরক্কনি । ঐবু থাদোকপিয়ু ।"

কুঞ্জোনা থৎলকই, "অফ ফত্তা মুন্না খল্লবা তুংদা ঐনা ৱারেপ লৌপ্রবনি । মখা শাংথরক্কনু । তুমিন নৈয়ু ।"

সনাহনবী কুঞ্জোগী মখোঙ শোক্না খুরুম্লগা কপ্পদা খোঞ্জেল থোক্লকই, "ঐবু থাদোকপিয়ু। মরাইবক থীরবা অঙাং অসিগা নীংতম্না হিংহনবিয়ু । মাগীনা মমা মপা, ঐগীনা ইবুং ইনম্মা অনীনা সংসার থাদোক্লম্দাইদা ঐনা মাবু ইচা শক্না য়োক্কনি হায়না ৱাশকখ্রবনি । অদুনা ঐসে অঙাংসিগীদি মমানি ।"

"সনাহনবী !"

কুঞ্জোগী খোল্লাউসিদা চেন্নরিবা নুংঙাইবসি করি মনা ফংবগীনো ? মখূৎতুনা সনাহনবীগী মকোক্তা নানবি । কুঞ্জোগী মমীৎতা হৌরক্লিবা ঈরাদু ইলেক্ট্রিক মৈঙালদুদা ইরং লংনা উরি ।

# লৈরোল চনখ্রবা ব্রাথোক

যোদ্ধ ছী সনসম



*ডাক্তর যোদ্ধচন্দ্র সনসম খৃষ্ট কুম ১৯৪৪ গী নবেম্বরগী তাং ২০ দা সনসম তোমাল অমদি মোইরাংথেম নিঙোল মাইপাকপী দেবী অনীগী মপাবি ওইনা শিংজমৈ ওক্রম লৈকাইদা পোকই। হৌজিক্তা লম্ফেল মপাল, মমাঙ রোদতা লৈরে। এম এস লোইরগা ওতোরিনোলেরিনগোনোজীগী অনা লায়েংগী শিনফমদা চঙই। ভারতকী মফম কয়াদা মশক নাইবা ফিজিশিয়ান অমা ওইনা থবক তৌরম্লগা হৌজিক্তি থবক্তগী পোখারে। অনা লায়েংগী মরমদা পেপর কয়া পুথোকপদা নত্তনা হীরমসিদা মনা মথুম কয়া ফংখ্রে। হৌজিক হৌজিক শম্নরিবা সাহিত্যগী সংস্থানশিংদি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল; মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, মেঘলয়া; নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফাল অমদি রাইটরস ফোরম ইম্ফালনি।*

*অইবসিগী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিংদি ব্রাবীমচাদা থাবলগী কুন্দো পরেং (১৯৮০), উপন্যাসতা অকনবা শাফুগী ইরৈ (১০৮১) অমদি শৈবেংদা ১। কোয়মাঙ মাঙবা খোঙ্গেল ঈহল (২০০২)অমদি ২। ঐগী ঈদা (২০০৭) নি। হৌজিক ফাওবদা ফংখ্রবা মনা মথুমশিংদি ১। বিজয়শ্রী এৱার্দ, ২। ফেল্লো ওফ য়ুনাইতেদ রাইটরস এসোসিয়েসন, ৩। ইন্টরনেসনেল লিদরসিপ এরার্দ ৪। মেন ওফ এচিভমেন্ট এৱাদ, ৫। মিলেনিয়ম এচিভর এৱার্দ অমদি ৬। ফেল্লো ওফ দি রোটরি ডিষ্ট্রিক ৩২৪০ ফাউন্দেসন অসিনচিংবনি।*

দেবেন্না চঙখিবদদি মখোয়গী মনি মমৌদু খুদোল্বীও করিও মমীৎ মনা কোৎথোক্ল গদবগী, মশম মনা ফোয়দৎনগদবগী মতৌদা লাউনদুনা লৈরম্লে। ঙসাই অয়ুক্তগীনি, মখোয় অনীনা খৎনখৎলক্লিবা। হৌজিক ফাওবা লেপত্রি। খোনফম কায়না লাউনবা অমা য়াওরকপদগীনি, য়ুমথঙনবা দেবেন্না খাঙবা ঙল্লক্তদুনা, অশোক অপন য়াওনরকপা তারে খল্লক্তুনা য়েংলুবনি। অমনা নুপা, অমনা নুপী, খরা পীক্লিবা অঙাঙ অনীদুদি কাচিন অমদা য়াম্না কিনা য়েংদুনা লৈরি। "তৌরুরনুবা, ইমা, কিজৈ'য়মী, তোকও'মী" হায়না অঙাঙ অনীদুনা কপ্লাও লাউদুনা লৈরম্লি। নুপী অনীদুগী মনুংদা করম্বনা মমানো হায়বদি দেবেন্না খঙলুবা নত্তে।

অদু কনানো, মশক মমীং খঙদোক্কদবগী হংলিবনি হায় । অদুবু নুপীদু হিংচাবী নৎলমদ্রে অমুক হায়নরক্নি। করিগুম্বদা তোয়না তোয়না ব্রাহ্ঙ পাউহং তৌরবদি নুপাদৌনা হেক হেক খুন্নকপসু য়াওই হায়। খোন্দা লাক্তা অদু মমৌদুগী মপামগী লৈকাই অমতদা লৈমিন্নবা নুপা অমগী মাল্লি । অদুনা হন্দক্কীসিদি নুপী হিংচাবী নৎলমদ্রে, নুপা হিংচাবী ওইরম্লে হায়বা অমসু কন্না হায়নবক্নি। অসুম্না নুপানা হিংচাবী ওল্লগা অতোপ্পা মী অমগী হকচাঙদা চঙবা অসি তাঙনা থোকপ' মখল অমনি । . . . লোইর' নাইদে মখোয়' ইমুংদগী থোক্লকপা ব্রাচোই ব্রারেম ।

নহানমখৈদি দেবেন্দো মখোয়গী ইমুংদুদা অমুক্তা চঙলুদবনি । নুংতিগীসু খৎনবা, অদুকা ঙসিদি তাশীন্নদনা লৈথোকপা ঙম্লক্তবদুদা চঙলুবনি । মনেম্বোক্তুদা হায়রুবে, "ইচে, করিনো নহে'য়' ননেম নমৌনা তৌরিসিবো ? নুং'তগী খৎন-লাউনদুনতা লৈবসিবু ? . . . মসি লৈকাইনে, যুমথঙনবদা অঙাঙ নুবী, অহল্ লমন য়াম্না' লৈরি হায়বসি কাউববরো ? লৈকাইনা, নুপী অঙাঙনা তাবা য়াদবা ব্রা ঙাক্ত', . . . ঐখোয়ফাওবা খোয়দৌ শীক্কনবা মী ওইশিল্লকএ । ইচেনা খরা অহন হায়বদু ওইফম থোকই । খরা থেমজিন খোৎচ'ন তৌদন ঈংনা তপ্না পানবিয়ু কৈদৌবগে ?"

মনেম মমৌ খৎনবম্বদু তোকপ্লে। অনীমক ব্রা' অমত্তা খুন্নক্তে । দেবেন্না, "ফবে, ফরে, খৎনরনুকো । খরা নুংঙাইনা শান্তিদা লৈমিন্নসি ", হায়রম্লগা অদুম্মক হল্লকখি ।

নুমিদাংব্রাইবমদা দেবেন্না ওফিস্তগী হল্লকপর্দাদ মখোয়গী থোঙ্গাল অদুব্রাইদুদা নুপী অঙাঙ ময়াম থোক্তুনা কুমহৈগুম্না করিনো অমা য়েংনদুনা লৈরম্লে । ময়াম মরক্তুদা মমৌ নুপীদু মশম মনা ঈফা' ফানা, ফিসু ইন্দনা মমীৎ অনীদু শূংকূপ কুপ্তবমখৈ তরঙদা য়েংলদন' থোঙ্গাল্লোমদা থোক্কদবগী হোৎনর্রম্লি । মনেম্বোক্লা চৈ অমা পায়রদুনা চৎহল্লোইদবগী ইমুংলোমদা ভানশিনগদবগী লাক্লদুনা লৈরম্লি । ময়াম মরক্তা খবা অমনা নোকমি নোকমি, খরা অমনা মিপাইনা ময়া কানা য়েংনরম্লি ।

দেবেন্না চঙশীল্লক্তুনা, "কৈদৌনবে অমুক ?" হায়না মমৌ নুপীদু মাগী লাই তোংবদু অমুক হৌরক্তুনা লাক্লরম্লিবনি হায়নরক্লে । ময়ামদা দেবেন্না, "ময়াম্না অদুক্তা ফাজীনবিবম্মুসে, ঐ দাক্তর অমতা কৌরুখিগে" হায়রম্লগা মমান্নবা দাক্তর জীবনখোয়দা চৎখি ।

ঙাইহ'ক লৈরগা দাক্তর জীবনবু পুদুনা লাক্লে । মমৌ নুপীদু মখূৎ নাম নাম লৈকাইগী মচে মনে অনীনা পায়বোই ফাবোই তৌরদুনা মাঙ্গোল দরীদুদা ফম্লম্লি । য়াম্না কুপ্না অনাবগী হিস্তরি পাউ লৌবে, কুপ্না য়েংলে । ইঞ্জেক্সন অমসু দেবেন্দা পৈশা পুথোক্তুনা, তন্না লৌহল্লদুনা কাপ্লে । অদুগা গুলী খবসু ইরে । দাক্তর জীবন্না হায়, "অনাবসি ওবসেস্সনেল ছিজোফ্রেনিয়া

হায়বদু ওইগনি। সাইকিয়াত্রিষ্ট অমদা অমুক য়েংহনবসু ফগনি। অমুক্তং য়েংবনসু ওইরোই, হঞ্জিন হঞ্জিন তানবা তাবনি।" ইঙেন্সন্দুনা অনাবদু খরা ঈংথহনবগুম্নদি তৌখি। ফমুংদা হীপ্পুরগে হায়রক্লে।

দেবেন্না দাক্তরদা পৈশা পীবদুসু লৌদে। দাক্তর থিন্দোক্লুরগা হঞ্জিল্লকপদা দাক্তরনা ইরম্বা গুলীশিংদুসু দেবেন্না লৈবিরক্তুনা মনেমদুদা পীশিল্লে। অনাবদু ফমুংদা পোখাস্রে হায়রে।

দেবেন্না ঙক্লিবদি, ঙসাইদগী মীনা মখোয়গীদমক কোয়চেন চেনবীরিবা, পৈশাসু তিং'বরিবা খরদুগীদমক্তা নুংঙাইজরে হায়বা ঝাহে, অদু নৎত্রবসু তৌবিমল খঙবা উৎপগী ঝহে মচেৎ অমফাওবা শোল্লক্তবা অদুনি। করম্বা মখলগী মীওইবনো মখোয়শিং অসিবো হায়না মবুক্লীংদা খন্দবা ঙমখিদে। অদু ওইরবসু ঙসিদি মীওইবা মশেলগী ওইবা সেবা মচা অমদি তৌরম্লেদনা হায়না মথন্নতা থেমজিঞ্জখি। অদুবু, নুমিৎ তারদুনা খরা মমশীল্লকপা অদুঝাইদদি মনেম মমৌদু অঙাঙ অনীদুগা লের্ন্তন অমা পায়রদুনা মরী মরী থোকখিবা উখি।

নোংঙাল্লগদি দেবেন্না ওফিস কারমদাইদা নুপী অঙাঙশিংনা ঙাঙনরকখি, "মখোয়না ঙব'ং নুংদাং চৎলুরিবদুদি মা'ইবীগী মনাক্তা চৎলুবনে'য়ে। মায়বীনা করি করিনো তীনশোল লাইশোল য়াম্না তৌরকএ'য়ে। অদুদগীদি য়াম্না ফবে'য়ে।"

দেবেন্না খল্লকই, "ঐনা ঙরাং অদুক ঝানা কোচেন চেনবদু কৈসু কান্নদবদা অপঙবা তারবা ? মতুং মনাও মহোয়' ইমুংগী ঝাদা য়াওরুবা হৌনদে।"

অদুগী মতুং হপ্তা অনীরোমদি ফনা নীংথীনা ঈংথকরে। অঙাঙশিংনা অমুক হায়নবকই, "মহোয়' মমৌসে মানা লাই তোংলিঙৈদা করি করি তৌখিগেদু করিমত্তা নীংশীংদে'য়ে, করিমত্তা খঙদে'য়ে।"

খরা লৈরগদি অযুক ঙন্তা অমুক লুতোন য়ৌনা য়াকপী খোঞ্জেলদা লাউনদুনা খৎনবা হৌরক্লে। দেবেন্দু ফনা কুইনা তুমিন্না তাশিন্নদনা লৈরম্বনি। মমৈথঙদদি খোয়দৌ শীকপা অসুম অসুম হেঞ্জিল্লকপদগী খাঙবা ঙম্লক্তুনা হেক্তা চৈথরুরগে খল্লদুনা চঙলুরে। য়াম্না চৈনীংলম্বদু অকনবা ঝাদি চীন্দগী অমত্তা থোক্লকউ য়াখিদ্রে। হায়রুই, "করি অমুক তৌনবে ?"

মনেমদুনা খুল্লকই, "ইবুংঙো, কবিনো . . . ঐ জ্ঞান তাদ্রে। ঐসু য়াম্না ইকাইজরে। মানা মশা ঙমদ্রিঙৈ মনুংদা . . . হা . . . ঐখোয়না মাবু পুন্দুনা থম্মী। চৈনা মাবু শাথীনা ফৃইকা হায়দুনা ঐবু ঙসি অমুক চাগদৌ'গী তৌরকই'সিনি।"

তাঞ্জাসিদা মমৌদুনা, " তৌ'ঙম্বী, হনুবী, চীষ্টীবী, হিংচাবী নঙনা মী উদ্রিঙৈদা ঐবু ফৃখিবদুদি ? নঙ ননাদু লাক্তুনা চিংঙুরা ?" হায়না লাউরদুনা চেম্থোরক্লে। অদুগা মনেম্বোক্লী মমাঙদা ভৈরবীগুম্‌ লেপ্পরে।

মনেম্বোক্তুনা, " হৈ, মসি নুপীসি মীমাঙসিদা ঈকাইজে হায়রগা, উশিত্তবা শারদনা,"

হায়রদুনা মখজাইদা খুৎপাক্লুনা থারুরে। অদুগী মতুংদগীদি অনী অদু মশম মশম ফোয়নবা হৌরক্লে। মতৌদুন উবদা অঙাঙ অনীদু ব্রা ব্রা কপথরক্লে।

দেবেন ঙাইহাক্তং ঙ্ভান তাদে। তৌফম খঙদে। চেনশিল্লগা খান্নগদবসু নুপী ঙাক্তনি। "ঈহে! ঈহে! তৌহেদে, অমুক্তা থাদোক্লৌসে . . . ঈহে! ঈহে! লোই'তারে তৌরিসে . . . " দেবেন্না লাউই।

অনীদুদদি লাউরুবা খুদিং অশাওবগী শীং য়াঙশিল্লকপগুম থোক্লমাল্লে। দেবেন খংনীং নীংশিংলকই, 'খান্নরগা হেন্না হেন্না শাথিনরকপা হূই চীক্লবা . . . হূই চীক্লবা খামগে হায়রবদি ঈশিং হৈজিল্লু।"

দেবেন্না মাঙ্গোলদা লৈরম্বা কোংঙৌ বালতিন্দু তাপ পায়রগা পূম্ব্রীদগী ঈশিং শীক থন্না শোক্লুরগা ফোয়দংনরিবা অনীদুগী কোকথকশিংদুদা ঈশিং ঋায় হৈথরে। অনীদুনা খংথা থাদোক্লে অচোংপা মমায় মমায়দু চোংহৌদবা ফিজীনা তৈথোক্লে। ফী ফী কাম্নদুনা য়েংনৈ। দেবেন্দু ওইরক্লিবা ফীভম, তাঞ্জা, অদুগা মফমদুদা মানা করম হায়না য়াওরুরিবা খল্লুবদা মথন্তা ইকাইজরক্লদুনা, "ইচেসু, ইবেম্মসু শাউবা য়াদে। উপাই লৈতদনা ঈশিং হৈজীনখ্রে। মতুংদদি নখোয়না থোকপা . . . । ঐদি অমুক হয়া চঙলকপগী ব্রা লৈতে, শিগে শিনরো " হায়না শাউনীংবগী খোনফমদা, কদোমদগীনো খোঞ্জেলকা নিক্লি নিক্লি তৌবমখে, হায়রম্নগা কুচুকা তাইফেৎ তাইশিনবমখে ময়ূমদা হল্লক্লে।

অদুগী মতুং ইকুই কুইদনা খরা লাউনা খোংনবা অমুক তাখি। দেবেনখোয়গী ইমুংদু অদুম তুমিন্না লৈথোকপা হৈনরক্লে। নুমিদাং নুপী অঙাঙশিংনা তম্নরে, " বাবানা নহান ঈশিং হৈজিল্লুবদু মকোক্তা বালতিন্না শুরম্মে'না মহোয়' মমৌ অসিনা অমুক্তোইবা লোইরে'য়ে।"

হেক তাবদা, অহানবদা, দেবেন শাউনীংবনা পিং লাউখি। লীচৈ অমা পায়রগা মনমদা দম দম কম্বুরুসিরা খল্লুই। অদুবু কান্নদ্রে খল্লে। অমুক হন্না যুমথঙনবনি কা হায়দুনা মখোয়বু য়েংশিল্লুবগী ব্রা অমা লৈত্রবনি। নহান্না ব্রারেপ লৌগ্রবনি। নুপী অঙাঙশিংনসু, "য়াম্না নুংশিদে। বাবা, হয়েং'খৈ শূকয়াও য়াওবিরুরনু " হায়না ব্রাকংলকই।

"নহোয়সু খরা খিৎ তুমীন লৈরো। মহোয়গী ব্রাকা অমত্তা ঐঙোন্দা তম্মকঅনু, ঐ পেল্লে। তানীংদ্রে " হায়দুনা দেবেনগী মখোয়দৌ শাউগৎপদু ইমুংগী মীশিংদা তাইনরক্লে।

ফনা কুইদ্রে মখোয়গী ইমুংদুগী খংন চৈনবগী মব্রা মনিল ইতা তাখিদবা। কাউথোক্লখ্রে। নোংমা নীংশিংলক্লুনা দেবেন্নবু ওইনা হংলুই, "খরা ঈংথনখ্রমাল্লেনে মহোয়' ইমুংসে।"

"হো, কদায়দগীনো খঙদে মহোয়' ময়ূমসিদা মশা নানবা নুপা অমা হেক হেক লাকই। মমৌ নুপীনা নুপা অসিগা তানরগা মনেম্বোক্তো জেলদা থমখ্রে'য়ে। অদুননি চেক

মোক লাউখিদ্রি'সে। অঙাঙ মমানা খুন্নকপা পাউখুম্নি।

"হা ? করিগী ? করি মরালগীনে'গে ?"

"লুহোংলকপরা চেন্নকপরা'য়দুদি খঙদ্রে, অডুন পোৎ অমতা পুরক্তে'অনা মনেম্না মমৌবু অহীং খুদিংগী হাৎকে হাৎকে হোৎনরকইবা হৌজ য়াম্মে'অনা কোর্ত্তা জবান পী'অয়ে।"

"অচ্ছা, মণিপুরদসু দহেজগী কোর্ত কেস লাকপা হৌরবা ? মচানুপা সিফাইদুদি করি হায়'য়েয়গে ?"

"হো, মচানুপাদুদি ছুতি পীদে'অনা থোক্লকপা ঙমদ্রি'অয়ে।"

"অঙাঙ অনীদুদি ক'ম্মায়না কদাইদা লৈরি'অগে ?"

"খবা চাউবদুনা চাক থোংহল্লি'অয়ে, খরা পীকপদুনা কোল্লীক ফেঙহল্লি'অয়ে।"

"ঙম্ম ঙম্মবা মীসি য়াম্না হিংঙিকো পৃথিবীসিদা।"

"হৌজিকফাওবা অঙাঙ অনীসি করম্বগী মচা'য়বা কনামতা খঙদ্রি।"

থা অহুম মরি লৈরগা নোংমা নুমিদাংবাইরম অমা দেবেনগা মমান্নবা অমগা ওসিস রেস্তরেন্তা কোফী থকপা চঙলুই। মমৌ নুপীদু য়াম্না কেনা সিঙ্ককী সারি অমা শেৎলদুন, মমীৎ মমায় মচীনবানকাদু অকে অমৌগী অয়ৌবীদা তৈ য়েক খোৎ তৌরদুনা মশা নানবা পাখঙ মানবা নুপা অমগা চঙলকখি। কোফী থক্লা থক্লা দেবেন্না মমান্নবদুদা নুপীদুগী ঐরীদু হাইফেৎ তম্লুই। মমান্নবদুনা খুন্নকখি, " বোন্ধু, পঙয়েঙ য়েংশিল্লুরনু। হৌজক্কী মংখাসদি হিংনবগী লানফমদা মানা মানা ঙম্ন ঙম্নবা হোৎনজরিবনি।"

দেবেন্‌খোয়না থোক্লক্লফাওবা মখোয় অনীদু কারৈ কনিনো, জিজলরক্ক ওদর তৌরদুনা, হাউনা চাহৌরি, থকহৌরি। য়াম্না ঈংথনা ঐরী শানরদুনা ফমথহৌরি।

ময়ুম্লোমদা হল্লকপদা দেবেনগী পৃক্লিংদা ঐাখল মওল মওল যোংলকখি, পৃথিবীদা হিংলিবা মীশিংসিবু মশামকপুসু য়াওনা, ঐবীবগী অমুবা লৈচিল অমনা থাজীল্লকপগুম্না ফাওখি, " ঐবু লৈবাক মচা তাবা য়ুম্লোন্নবা অমা হায়বদু ওইবা ঙম্মিবরা ? য়ুম্লোন্নবা ইচেশিং অমনা জেলদা লৈখিবদা অচুম অরান করিমত্তা খঙদনা অসুম লৈথোকঅদ্রা ? নৎত্রগা উকিল ইমান্নবা অমা নেকঅগা কোর্ত অমদা অমুক আপীল তৌহন্দুনা মরাল লৈজদবী য়ুম্লোন্নবী ইচে অমবু কনবিনবা হোৎনবা চুস্লা ? হোৎনরুরগা হান্নগুম তৌবিমল খঙবগী ঐাহৈ মচেৎ অমত্তা ফংদনা অপঙ তাদুনা তোকদ্রা ?

# নিউ ইয়ার

কেংবা য়েংখোম



*কেংবা য়েংখোম খু: কুম ১৯৪৫ গী এপ্রিল থাদা ককচিং ভুরেল ৱাংমা লৈকাইদা বৈষ্ণব য়েংখোম চিংখু সিংহ অমদি মোইরাংথেম নিংথৌল মোইরাংলৈমা দেবীগী মপারি ওইনা তাইবংদা থোক্তদারকখি। হিন্দী গ্রেজুয়েট ওজা অমা ওইনা মণিপুর সরকারগী মখাদা থবক তৌরিবা ওজা অসি রাষ্ট্র ভাষা রত্ন, সাহিত্য রত্ননি। মাগী থোইদোকপা মগুণ অমনা মমা, মপা, মনেম, মকু পূম্না কোন্দুনা লৈমিন্নে। সাহিত্য সেবা সমিতি, ককচিংগী ফাউন্দর সেক্রেটরী ওইবঅ নত্তনা ভাইস প্রসিদেন্ট অমদি মসিগী চেকোন্ত চুমথাঙগী ইডিটর ওইরম্মী। রাইটরস এসোসিএসন, ককচিংগীসু ফাউন্দর মেম্বরনি।*

*থোঙবা লাইরিকশিংদি উপন্যাসতঅ ১। প্রেমলতঅ (১৯৭২) ২। লোয়ঝিং লোয়া (১৯৮০); শৈরেংদা ১। শীংলিবা নুংশীং অমসুং হয়েংগী থতু (১৯৭৯), ২। কনাগীদমক্রো ঐ? (১৯৯৯) ৩। কবিতা ঐগী চান্নবী (২০০৩); ৱারীমচাদা ১। য়েকথোক্লবা মশক (১৯৭৯), ২। অহিংদুগী ৱারী (১৯৮৩), ৩। থবান্মীচাক্কী লৈবাক্তা (১৯৮৯) অমদি ৪। নুংশিবগী ঈরিক (২০০৭) নি। অইবা অসি ফ্রেন্দশিপ ফোরম ওফ ইন্দিয়ানা ভারত এক্সিলেন্সি এৱার্ড পীনবা থনগৎত্রবসু পুক্লিংগী অনীংবা অমদগী লৌখিদে। অদুগা ডা. অম্বেদকার ফেলোশিফ এৱার্দ অমদি কথা এৱার্ড ফংব্রে।*

নোং ঙাল্লমদাই পুং মরিদা হৌগৎলগা চীন-য়া, মায় মীৎ শেংদোকপা লোইখ্রে গোপাল। পোইনু থাগা ওইবনে লৈচিন থাবা মতমগা ওইবনা ঙাম্মোক্তি। বেড়ী মচে অমা হাউনা চিংলগা ঈশৈ ঙংই, "থাজ মাবু পামজরুবা; নোংইন মাগী মরান্নি; নুজা মাবু নুংশিরুবা পাখং ঐগী ইরান্নি . . . ।"

ফমুংদা য়াওল্লিবী থারিক্লে, মথম্মোইদা দক পাল্লুরমাল্লে, "হেং থবক চৎপিররোইদ্রো মোই'বা? মোন্দাকা য়াম্না নুংঙাইরমাল্লে। ঈশৈনা মরোল অমা নুংঙাই নুংঙাইবা ঙংখৎলক্লিবা, নচানুপাসে চাউশিল্লরুবনে, নীংশিংবিয়ো।"

"তূম্লিব্রা তূমদব্রা হায়না নতৌ য়েংগে তৌবনিদা। ঐ থবক চৎলবনিকো। থোঙগসে

খরা লোনশিনহৌরো। নোংবুদি ঙাম্মোয়রক্লনি। অদুবু নৈচিন থাংবনিনা মখ্যদি মল্লি। খোঙসে কাউনিকো।"

"হোয় হোয়। চাকপু য়ূমদা চাবিরগদবা নৎত্রো?"

"অঁ, য়ূমদা চারগদবনি। ঐগা চৎমীন্নগদবা ইতাউ অনীদুগীসু চান-থক্লবদো খরা ফজনা শেল্লমুকো। খেঙবা ঙনবদি তম্বা ঙমদে। চৎলেকো ঐ। খোঙদো কাউনি।"

মচীন্নতা চৎলে হায়জবনি, চৎতি চৎত্রি গোপাল। তুন্নমদাই বেড়াগী মনীংদু প্রেক প্রেক লাউবা মখে হাউনা অমুক্তং চিংশিন্নগা হন্দোকত্রে।

থারিক্লে খোইরূপ তৌবা মশমদু ফারপ্লা ফৃরিং য়াওদবা ফনেক্তু মখুৎ নাম্মনা শেগাদা য়েপ্লোই, মখুৎ নাম্মনা মশম শেমজিন শেমজিন ফমুংদগী হৌগৎলকই।

"ঙসিগী থবকপু কদাইদনো?" থারিক্লেনা হংলকপনি।

"ঐখোয় অহম পূন্না লৌবুক্তা চৎকদবনি। চন্নদু লোইশিল্লুগে। য়েংঙোই, কুমশিসি ফৌথোকসু হাকুমদগী হেল্লিদনা। নুংশিপ্রবা ঐগী মরূপ অনীসিনা মথম্মোই শেংনা ইতেং পাংবিবদগী অসি য়ৌরিবনি। অদুনা নঙসু মখোয়বু খরা লুনা তৌ। মখোয়'নীগী চান-থক্ল বদু খরা ফজনা শেল্লম্মু। মখোয় ব্রারৌহনবা য়াদেকো।"

"হোয় হোয়। ঐখোয় চাদ্রসু মখোয় পীজরগা লোইরে। নঙগী মরুপসে নুংশিপ্রবোই!"

"ইহে, নীংদবা য়াদেনে। মখোয় য়াওদনা ঐগী থবক ময়ামসি য়াগদ্রা?"

"হোয়দা, কৈসু হায়জদেদা। অদো, মখোয়'নীদুবু হৌদোকপিরুরবরো? মখোয়দি নুংঙাইনবু তুন্নমখিনিনে।"

"হৌদোক্লরগদবনি। ঐ চৎলেকো। হঞ্জিল হঞ্জিল হায় হায়নি, খোঙদো, কাউনি।"

"গোপাল মপাল খোরক্লে। নোং ঙাল্লিরক্লে। লৈচিন্দি থারি। অসুম খোরক্তুনা মমাঙ শঙ্গোয় নম্বোলদা লৈবা শঙ মচাদু খোঙজীন্দা লেপ্পুই। খোঙদু হাংদোক্তুনা লৈরম্মী। গোপাল ঙক্তক তৌই।

কৌরুই, "মোতে, খীংবা, হৌগৎত্রিবরা?"

কনাসু খুমলক্তে। চঙশিল্লি শঙ মনুংদুদা। কনাসু লৈরমদে। ইহাঙ হাঙদু লৈরল্লে। গোপাল কোকচাউবী ফুং কারকই। মমীৎ লংখৎলকই। জ্ঞান মাঙলকই।

ঙাইহাক জ্ঞান মাঙলুরবা তুংদা মীৎলুদা ঈরা শীল্লকই। ওমচাক্লরিবা থম্মোইদুদগী ফুনগৎলক্লিবা খোঞ্জেলদু থৌরিদা পন্দুনা লৈ। গতি লৈত্রবা মওংদা খোঙথাঙদু তপ্পা থাংদোরকই। শঙ্গাইরোমদা ওল্লকই। মাঙ্গোলদা কাখৎলক্তুনা খোঙ ময়াদা লেপ্লে। খোঙদু হাইখেৎ নল্লুই। অদুবু খোঙদু থিংখিরল্লে। মহাক খোঙদু অমুক নল্লুদ্রে। থারিক্লেবুসু কৌরুদ্রে।

তপ্না তপ্না হন্দোরক্লগা মাঙ্গোল দারিদা মখোঙ য়াম্বদুনা ফম্লে । মীৎলুগী ঈরাদু খমদ্রি ।

নীংশিংলকই মাগী মরুপ অনীদুনা মাগীদা লৈররিবসি চহী নিপাল হেল্লক্লে । মতমদু মখোয় অনীমক নহা ওইরি । মখোয়গী অহনশিংদুগা ব্রাশক পরেনদুনা পূকমেন পাওমেন্নরম্লগা, নুংশিননা মখোয় অহখক্তা শাংলবা লম্বীদুদা লাকমিন্নখিবনি । লমশাঙদু লাকপদা অরাম খৌরং খাঙমিন্নরকখিবনি । মখোয় অনীনা তুমু মচা (ম্যানমারিজ) ওইবনা লোন লিদি শাওনবা ব্রাৎখিবনি । থব্রায় পানবা মশেল ঙাক্তনিনা নুংগী লোলদি ফাওনে । খোঙশানমিন্নরকপদুদা মখোয় অরাম খৌরাং ফাওরকপদু ঐ খঙখি । মতমদুদা মখোয় পোখামিন্নদুনা অফংবা খরা চামিন থকমিন্নখিবনি । তামহৌরবা মরমদমদুদা ওল্লিন্দুনা মখোয় অনী অমুক ইংগিৎ তৌনদুনা মখোয় অনীমক্কী মমীৎ মরিদা পিরাং শীনখিবদু ঙসিফাও কাউদ্রি গোপাল ।

অসুম লাকমিন্নদুনা চীংশাং নাপোম কয়া লাল্লক্লুনা তম্পাক তারক্লবদা মখোয়নীমক পূমঙক ঙকখি । গোপালনা হায়, " হৌজিক্তি ঐগী য়ুম য়ৌগদৌরে । ব্রাক্লরগনু মরুপ অনী ।"

গোপালগী লোন্দু মখোয় অনীদদি ফাওদে । অদু তাবদি তারিবনিনা করিনো অমদি খল্লমগনি । গোপালনা মখা শমখে, "তু! আদা উরিবসি ঐখোয়গী খুন্নি । লাপত্রেদনা ।"

লৌয়াম লম্বীগী খুমন খোংনাং মপাদনি গোপালনা হায়খিবদু । লোল ফাওনদ্রবসু গোপালদি তুমিন্না চৎপা হৈনদবনা মখোয় অনীদা ওনশিন ওনশিন ব্রারী মতৎ মতৎ শাদুনা লাকখিবদু লম্বী খরদি তেনশিল্লি । গোপালগী শঙ্গাইদু য়ৌরে । য়ৌরবদুদদি গোপালসু হরাওবগা লোয়ননা লমশাং লাকপগী অব্রাবদু কাউথোক্লুনা হায় মোমোম্না, " [illegible]রে, হৌজিক্তি য়ুম য়ৌরে। পোখারসি । ব্রাদা ফররনি । নখোয় অনীগী চান-থক্লবসু ঐনা মরাং কায়না শীল্লনি। হৌজিক্তি ঐগীসিদা নুংঙাইনা লৈরগদবনি । ঐনা নখোয়'গী ফনবা লোইনমক শীল্লগদবনি ।" হায়দুনা গোপালনা মখোয় অনীবু হান্নরা শেম শাদুনা থল্লবা মাগী শঙ্গোয় নম্বোলদুগী শঙ অদুদা লৈহন্নে ।

" হৌজিক্তি নুংঙাইনা পোখারো নখোয় অনীমক মফমসিদা । মসি নখোয় অনীগী কা ওইরবনি । কৈমতা হঙ্গোইগনু । ঐনা নখোয় অনীগী ফনবা লোইনমক শীল্লগদবনি ।"

ঙাইহাক তুমিন লৈরুরগা গোপালনা অমুক মখা শমথরকই, "ঐনা ঙাঙলিবশিংসি নখোয়'নীবু খঙলিবরা ? ঐখক্তনা মঙাঙই । নখোয়'নীদি ইখুম খুমদে । লোল ফাওনদবা হায়বসিসু লুইদা ! নখোয়না ম্যানমারিজনিদো । ঐনা মৈতে । অদুবু কুইরোইদা ঐখোয়গী মৈতেরোন্দি য়াম্না লায়বনি । থুরেমখে খঙজরক্লনি । মতম অদুদদি ফাওনরনিদনা । জাৎ তিন্নবা তিন্নদবা হায়বসিদি কৈসু লৈতে । পোকফম লৈফমগী মতুংইন্না তোঙানবা মমিং অমমম্ খোঙ্গবতনি। থব্রায় পানবা মশেল অমতনি । শক চু খেম্নে হায়বদি য়াই । মসিদি

ঈশ্বরগী খুজিন্নি। মপু মানা ঐখোয় খুদিংমক হিংমিন্নবা য়ানবা লম্বী শেম্বীরিবসিনি । জাৎ বিজাৎ হায়বসিদি মীওইবনা শেম্বনি । নুংশিননবু লৈমিন্নরবদি জাৎ বিজাৎ হায়বা করিসু লৈতে । ঐ খরা ঙাঙথ্রমাগ্রে । ফরে, নখোয়'নীসু পোথারো, ঐসু পোথারুরগে ।"

হৌজিক গোপাল মাগী নীংশিংবগী পন্দোম লোপ্রি । মাজোল দারিদুদা মখোঙ অনীদু য়াম্থরদুনা হৌখিবা থৌদোকশিংদু অমুক মথং মথং নীংশিংলক্নি । মাগী শজোই নম্বোলদা লৈবিবা মাগী মরুপ অনীদুগা অসুম লোয়ন্নরক্পনা লোন্দিন্নদবা ওইরবসু ইঙ্গিংনা নুংগী ওইবা লোন্দি ফাওনরক্লে । মতমদুদা মখোয় অহমগী নুংগী ওইবা নুংশিবগী মরী অমদি চেৎশিল্লক্লে । গোপালনা হায়বা লোল মাগী মরুপ অনীদুনা খঙবা হৌরক্লে । মখোয় অনীগী লোল গোপালনসু খঙলক্লে। অদুবু গোপালনা পাম্মী মদুদি মখোয় অনীমক লমদমসিদা লৈররবনিনা মখোয় অহমগী ফাওনবগী লোন অসি মৈতৈলোন ওইহনবা ।

মাগী মরুপ অনীদুগী শাজৎ লীচৎ মুন্না য়েংলিবা গোপালনা মখোয় অনীগী মান্নদবা লীচৎ খঙলক্লে । মখোয় অনীদু অমনা মশা খরা থীংবা, অমনা শূমিন চৎমিন্নবদা মানা খরা নুপা থোকই । অদুনা মাগী মমীং মৈতৈলোন্দা থীংবা হায়না থোনখিবনি । ফাইবোক্লিনা শক্তা মান্নজরবসু খেন্নবা অমদি মবুক মপাউ খরা ফবদৌনা কয়া ঙাঙগন শরুন্দবগী মতৌদুগা ইরোইল্লনা হায়রিমখৈ ইয়া য়ানবা মতৌনি । মাগী মতৌদুগা চানবা মিং খল্লদুনা গোপালনা মাগী মমং মোতে থোনখিবনি ।

পুন্নমক নীংশিংলুরগা গোপাল মাজোল দারিদুদা অহিক অহিক্লা কপ্লি । অদুবু খোঞ্জেলদি থোক্তে ।

তৎফম্রবা লংলা অমদা লেংখিবা মখোয় অহমগী নুংশিনবগী লীক্লাং পরেং ঙসি চহী নিপাল মপূং ফারক্লগা অমুক তৎনখিবা তারবরা ?

খল্লু খল্লুরগা গোপাল অসুম অসুম মপুক্লিং নুংশিবা হেঞ্জিললক্লি । মখোয় অহমগী হৌথ্রবা থৌদোক্লী বারীশিংদু ঙরাংখক্তা থোকখিবগুম নীংশিংলকই ।

নোং ঙাম্থোরকপদুদা মকোন্দা মচা কোন্দুনা য়ারেক্লম্বা শেন্দাং মপীশিংনা য়াকায়রক্লুনা চী-চা, চী-চা খোংনরক্লে । গোপালগী ইংখেল অকোয়বদা হৌরিবা মনা পুংলবা হৈনৌ পাম্বীশিংদা য়াতারম্বা উচেকশিং য়াকায়রক্লুনা মথংলেন মাঙ কৌনরদুনা য়াকায়রোল ঈশৈ শক্লরক্লে । তাঙ্গাদুদা মাজোল দারিদা মখোঙ য়াম্থদুনা চিন্তা পুরিবা গোপালগী মতুংদা য়ুমগী থোঙজাওদু হাংদোক্লদুনা থারিক্লেদু ইন্নফি মচা অমা ইল্লগা মমীত্তু ফাক্লি ফাক্লি খোরক্লে । মপুরোইবা গোপালনা তৌরম্লিবা মতৌদু মুন্না য়েংলগা ঙক্লপ্না হায়রকই, "করিনো তৌরিবা মতৌদুবো ? ঙসাইনা থবক চৎকনি হায়দুনা নোং ঙানফাত্রিঙৈ, মপ্লিঙৈদুদগী চৎপিথ্রগা হৌজিক ফাওবা মগমসিদা . . . ।"

গোপাল খুমদে । মমায় মমীৎতু শূরূ শূরূ নোইরদুনা মাগী নুপীগী মায়থোঙলোমদা হাইফেত্তং ওনশিল্লকই । থারিক্লেদু ইঙক ঙকই । মাগী মপুরোইবগী মায়থোঙদা তারিবা নীংবা কায়বগী মমিদু হাইফেত্তং উই ।

গোপালদু নীংঙমদবনা থৌরি চরম ফুনগংলক্লিবদু শেম শারদুনা থরূম থরূম্বা ব্রাহে অমনীদং হায়রকই, "খীংবগা মোতেগদু লৈরমদ্রে ।" ব্রাহেশিংদুগা লোয়ননা মীংলদু ঙীরা শীনখি ।

"হাঃ! করি হায়বা ? খীংবগা মোতেগদু লৈরমদ্রে হায়বা ? কদাইদা চৎখ্রবা মখোয়দি ? মরোন্দি করিসু হায়রমদনা . . . ।"

" হোয়নে, অদুননিনে ঐনা জ্ঞান মাঙলিবসে ।"

থারিক্লেদু পরপ পরপ থোকখ্রগা শক্তোয় নম্বোলগী খীংবগা মোতেগগী কাদুদা য়েংলুই । খোঞ্জেলদি থোক্তনা খন্নকই, "ঐনা পূকচাউবা মখোয়'নীবু অদুক নুংশিনা কদায়দা করি ব্রাংলি হায়দুনা নুমিৎ খুদিংগী চান থক্লবা হুনবদু মখোয়না পেন্দদুনা লোন্না চৎখ্রবরা ?"

কপ্নি কপ্নি অমুক চঙলক্তুনা গোপালগী মমাঙদা লেপ্লে । হংলকই, " হৌজিকপু তুমিন লৈখোকপিরিসিবু, করিনো'মা খন্নবনা ফরোইদ্রা ?"

"ঐসু খল্লিবনি মখোয়নীদু কদাইদা চৎলমগনি, কদাইদা লৈরমগনি হায়বদু । অদুবু ঐ খনফম খঙদে । মীফম্ত কন্নানা মখোয়বু নম হাদুনা পুবিখ্রবজাৎলা হায়না চিংনদবসু ঙমদে ।"

"করিবু ওইরো, অমবু ওইরো, তুমিন্না লৈখোক্লগদি চুমদেদনা ।"

মখোয় অনী ব্রারীনরিঙেদুদা গোপালগী অব্রাং থংবা, যুম্লোন্নরিবা মতোল চাউবদু মাগী যুমদুদগী থোরকই । মমৌগা মচানুপাগগী নহানমখগা মান্নদবা মতৌদুদা হংলকই, "ইবুংঙো গোপাল, করি তৌনরগেনে নখোয় অনীনা অয়ুক ঙন্তাসিদা তিংঙক মায়ঙক্লনা ব্রারীনরিদুবু?"

"বাবুংতোন, ঐখোয়গী খীংবগা মোতেগদু লৈরমদ্রে । ঙরাং নুমিদাংফাও ঐগা ব্রারীনরম্বনি । মখোয়গী মায়োক্তা করিগুম্বা অমত্তা হায়নখিবসু লৈতে । ঙসি চৎমিন্নগদবা থবক্কী মরমদা ব্রারীনখিবা ঙাক্তনি । অদুবু থবক চৎলসি হায়দুনা হৌদোকপা চঙলুবদিদি লৈরমদ্রে।"

"ইস! করিনো অদুদি ? ফৎতবা মীগী খূৎ চঙলবা জাৎলা ?"

"খঙদ্রে পাবুংতোন । ঐ খনফম খঙদে ।" গোপালনা খুম্মী ।

"হায়, অদুদি তুমিন্না লৈখোকপা চুমদে । কদায় কদায়দনো খিদবদি য়াদে ।"

"অদুবু পাবুংতোন, কদায়দনো ঐনা হৌজিক মখোয়বু খিরুগদৌরিসিবো ?"

"মদু ঐখোয় খন্নরসি অদুগা থোকঅবা অমা লাকচরনি ।"

"অদুনা করনি পাবুংতোন।" থারিক্লেনা হায়রকপনি।

ম্যুনিসিপাল কাউন্সিলগী কাউন্সিলর তাক্লুনা খন্নরবা তুংদা পুলিসতা রিপোর্ট তৌদুনা কেস অমা রেজিস্তার তৌগ্রে। অমরোমদা, মখোয়'নীদুগী মরমদা খঙবা লৈরবদি পাউ পীবিরক্লবা খবরদা, কেবল তি ভিনচিংবা ইলেক্ট্রোনিক মেদিয়াশিংদা লাউথোকহনগ্রে। লৈকাইগী মরুপ মপাং কয়া হৌনদুনা থিরে।

থিনা থিনা নোংমা নোংমগী মমি শামজিল্লকবদা গোপাল নীংবা কায়বা হেজিলক্রে। মায়কৈ মরিদনা খৃষ্টানশিংগী নুংঙাইবা কুম্মৈ, খৃষ্টমাসকী নিল খোংবনা ঈথক ইপোম হৌরি। অদুগুম্বা নুংঙাইবা কুম্মৈদা খীংবগা মোতেগসু য়াও লাকপ্রা হায়দুনা থিরুই। কনা য়াম্না থিরফাওবদসু লৈরমদ্রে। হংবদু ঈ পাউ অমতা ফাওখিদ্রে।

খৃষ্টমাসকী নুংঙাইরবা কুম্মৈসু লোইশিনগ্রে। লৈবাক শীনবা থুংনা নিল্লম্বদুসু ঈংগ্রে। গোপাল মরুপ মপাংশিংগা লোয়ননা খীংবগা মোতেগা থিমিন্নরবদু থিবা মখঙলক্লবদুদা তৌফম খঙলক্লে।

দিসেম্বর থা লোইরবনিনা হয়েংদি জনুয়ারীগী তাং অমা, নিউ ইয়ারনি। অদুনা নুমিদাং পুং ৮/৯ তাবদগী নিউ ইয়ারগী ঈথক ইপোম হৌরক্লে। গোপাল মপুক্লিংদা ব্রাখল অমা তৌরকই। করিগুম্বা কোয়না চত্তুনা য়েংলুরবদি ঈথক ইপোম হৌরিবশিংসিনগসু মখোয় অনীবু যাদু শান্নদুনা পুরমগদবা জাংলা? অদুবু ঈথক ইপোমদি চাউই। লৌবকা শীনবা থুংনা হৌরিবনি। করম্বা মকমগী যাদুগরনা করম্বা যাদু তৌদুনা কদায়দা পুরমগদগে হায়বদি কনানা খঙগনি? অসুক কুইবসি থিবা য়াবা ৎরুরে, খঙদ্রে। হয়েংদি অমুকসু নিউ ইয়ারগী নুংঙাইরবা কুম্মৈগা লোয়ননা লৈবাক শীনবা থুংনা জগোই ঈশৈ, চাবা থকপা, পীজ পীথক তৌগদৌরিবনি। মদুদসু যাদুগরশিংদুনা লাইব্রা শান্নদুনা মখোয় অনীদুবু কোয়পু পুবিরমগদবজাংলা? অসুম্না গোপাল ২৩ল মওল খল্লি। অহিংদু নিল খোংবগী ঈথক ঈরাওখোলদুগা খীংবগা মোতেগগী লংজিল মাঙপ্রবা ব্রাখলদুগা য়েংশিন্নদুনা তৃম্বা য়াদ্রে। অহিংদু নোংঙাল্লকদৌরে। গোপাল কমুপ্রস্তা থরো মারো ওল্লিঙে, মীকৃপ নাহুম য়েংলম্বী নিদ্রা লাইরেম্বীনা গোপালবু মথানুংদা শৎ চিংশিনবিগ্রে।

□

মাঙ্গোল উখোকতেন্দা নমঙারদুনা গোপাল ব্রাখলগী মঙলান্দা তাউরি। কনানোম থোঙ্গাল্লোমদগী চঙলকপা উই। নকশিল্লক্লবদুদদি মহাক্কী মরুপ চাউরেল ওইরম্লে। প্রপ প্রপ চঙশিল্লক্লগা মহাক্কী মনাক্তা ঙেক কমথরৈ অদুগা হায়রকই, "ইতাউ, পাউ অমা ফংলে।"

"করি পাউ ?" গোপালনা শোম্বাংননা হংই ।

"নঙগী ষণ পাবোৎতু ফংলরোই ইতাউ ।" শূকথরগা হায়রকপনি ।

"কনানা হায়রকপনো হায়বা অদুবু ?"

"কৈথেলদগী তারকপা পাউনি । চীংমীশিংনা হায়রকপনি । শামোক কোনাবা ফজবা পাবোৎ অমা কনাগুম্বা খরনা য়োল্লম্মী । মদু মখোয়গী খুন্দুনা নিউ ইয়ারগীদমক্তা মতা চায়ে খন্দুনা লৌহৌরে হায় । মদু ঙরাং নুংদাং শাশেন্নশিংগী মখূত্তা তারম্লনি হায় । খজুরনু মরুপ, পুলিসি লীলানি । নঙগী নুংশিরবা মরুপ অনীদু মখোয়গী লীলা লোইরদুনা মপুগী মনাক্তা চংখ্রবনি ।

গোপাল মীৎকপ খংথোক থোকই । তপ্না হৌগৎলগা ফমুং মথক্তা ফম্মী । মবুক্লীংদা খল্লি, তাইবং মপু, মসিবু নঙগী লীলারনে ?"

# কুচু মুবী

সলাম তোম্বা



*সলাম তোম্বা খুৎকী কুম ১৯৪৬ কী মেগী তাং ১৪ দা সলাম ইবোমচা অমদি সলাম ওংবী লসমী অনীগী মপারি ওইনা তৌবুলদা পোকই । এম এ নি । সি আই কোলেজদা লেকচরর ওইরবদগী ভাইস প্রিন্সিপাল ওইনা থবক্তগী পোথারে (২০০৩)। শূমাঙ লীলা কয়া ইরবা তুংদা মণিপুর সাহিত্য পরিসদ, বিষ্ণুপুর ব্রাঞ্চকী ফাউন্দর সেক্রেটরী ওইরম্বতা নত্তনা প্রসিদেন্ট ফাওবা ওইরে । সি রেভস মণিপুরগী ফাউন্দর সেক্রেটরী ওইরম্মী, হৌজিক্তা সংস্থানসিমকী ইডিটর ওইরি ।*

*ফোঙথ্রবা লাইরিকশিংদি শৈরেংদা, ১। থাজগী অমম্বা নাকল (২০০০), ২। চেক্লা অমদা (২০০৩) ; সোনেট সিক্তেলতা নোংহৌ (২০০৪) ; ৱারীমচাদা নুংশিদবগী মচা (২০০০) অমসুং উপন্যাসতা চিত্রকার (২০০২) নি । মহাক্কী চিত্রকার হায়বা উপন্যাসতুদা থোঙাম উথব নীংশিং সাহিত্য মনা ফংত্রে ।*

কুচু মুবী নঙগী ৱারীনি । ঐনা খল্লি, ঐনা ইরিবসিনা নঙগীদি অহৌবা অমসুং অরোইবা ৱারী ওইববা য়াই । কনানবু শকথীবী কুচুমুবী নঙগী মরমদা ইবিরক্কদগে ? তাইবং মীওইবনা লীংথানরিবসি ফজববুদনি । অদুনা নঙগী ওইনদি ঐসে ইতিহাসকারনি । ঐদি নঙবু নুংশিদবা শূকঙম ঙমদে । 'ফজবদা নুংশিবা লৈ' হায়নরিবা ৱাফম অসিমদি নঙনা তশেংনা মায়থীবা লীরবনি । ঐদি হায়নীংলক্নে, 'অথীবদসু নুংশিবা কুন্দুনা লৈ।'

ঐখোয় অনী থেংনখিবদু হোসপিতালগী কা অমদা নৎত্রা ? নঙসু নচাগী, ঐসু ইচাগী লায়েংবা লাকপদা গুৱাহাটি মেদিকেল কোলেজগী অহৃমশুবা মথোলগী অঙাংগী ৱার্দ মনুংদুদা। লাইবক্লা হায়বা তাই, ইচা অনীগী লায়না মান্নরম্বদগী কাদুদা পূন্না লৈমিন্নখিবনি ।

কয়াদি শাগ্রে মতমদো । অশাবদু থাঙবা তাথি নঙসু ঐসু ইচাশিংগীদমক । মাগী মাগী অনাবশিংগী মরেঙ মরেঙ চংনরিবা মরক্কুদা নঙনা কাচিন অমদা, ঐনা কাচিন অমদা তুমিন

তুমিন লৈনখিবনি । ঐদি ডাক্তর গোস্বামি থিরকপদা মফমদু য়ৌরকখিবনি । থম্মোইগী লায়নাগীদি গোস্বামি মমিং চৎলিদনা । ঐনা ইচা পুদুনা কাদুদা হেক চঞ্চলকপদা নঙনা নচাবু কোন্দুনা কয়াদা নপ্পায় য়ানা নচাগী সেবা তৌরিবদু উখি । ঐনা থাজে, নহাক নোক্তবা ফনা কুইরল্লগনি। নঙগী নওংদুমক্লা ঐবু খলহনখি, নঙগী নচাদু অনাবা লুয়ে । নঙগী ঈরাং পক্লবা, মোং হাদবা মায়থোঙ অদু উবদা ঐ নঙবুতা য়েংনীংখি । নচাগীদমক নঙ অশি লৈবাক ফাওবা ইন্নবা ঙমগদবা মাল্লি। নোংমা নীনি লৈরগদি ঐ খঙলকখি মদুদি নঙদি নপুরোইবনা লংথোকপিরল্লবী, অরা মৈশা খাঙবা য়াবা খাঙলক্লবী, নচা নিপা অপিখক অদুনা নঙগী আশা পূম্নমক ওইরবী মমা অমা ওইরল্লে । নঙগী ননাক্তা কনাসু লেপ্পখিদেদনা ! ঐনা হংলুদনা ঐগা থংনরিবী নুপীদুনা হায়রকপনি, মদুদি নঙগী নিপাদু নুপী অমা পুদুনা চৎখ্রগা মণিপুরদা নুংঙাইনা লৈখ্রে । য়ারীদু হেক তাবদা ঐ মণিপুরদা চৎলগা নঙগী নিপাদুবু থিনিংখি ।

নঙবু মীরায়বিরল্লবসু নঙদি নঙগী ধর্ম্ম ঙাক্লি । নঙগী লয়াইগী সিন্দর তাশিন খোমজিন্না পিক্তক্লা নল্লি । কয়াদি পকচে, কুচুদং মুনরং তৌরমদ্রবদি নঙবু নশক থী হায়বিগদবা মালেমসিদা লৈরল্লোই । নঙনা হরাওনা নোকপদু ঐ তশেংনা অমুক্তং য়েংনীংখি । নচিনবান খুক খুক কংলফাও, তরু তরুবী মীংল্লা অনীদু হঙ্গৎনা য়েংজদ্রফাও, নঙগী খুদাম ফারবা অমুবা শন্নাংদু শেমজিন শাজিনবীদ্রফাও অদুম রাশি লৈরবদা নঙনা নপ্পায় নুংঙাইবা মীৎকুপ্তা নকে শেল্লকপদা নঙগী করিবু য়াৎলমগদগে ? মদুদা ঙাওরোইদৌবা নিপা মালেমদা লৈগনি থাজদে । পূম্নমকসি উদুনা নঙগী নিপানা নঙবু লংথোক্লবসিবু মহাক্তবু য়াখল চোইরবজাৎলা ? মীনা হায়বা থাজরন্দু, মহাক মণিপুরদা করিসু নুংঙাইনা লৈরল্লোই । অনুতাপকী মৈনা চাক্তুনা নঙগী মায়কৈ য়েংদুনা লৈরমগনি । লোন্না লোন্না নঙবু শোল্লমগনি ।

নঙদি ঐগী য়ারী খঙলল্লোই, মরমদি ঐখোয়নী নোংমতসু হংনখিদে । ঐনা করম্না নফমদদি ফোঙদোক্লনি ? মদুগী কান্নবসু লৈখিদে । ঐগী নুপীদি নঙগুম কুচু লৈশিন্দে । ভৌনা ফজে । ঐগী খুন্দুদা মশক ফজবা অহুমদং খনগৎপদা ঐগীদুসু অদুম ময়াওই । হৌজিক্তি মহাক্কী মশক মতৌগী মরমদা ইচিনসিনা কয়া হায়নীংদ্রে । মরমদি ঐ মাবু কাউবা ঙল্লবা মীশক্লি । ফজবগা নুংশিবগা পকশিন্নরুবা মী পূম্নমক য়াজবা তাবনি । মৈচাক খাঙজবা তাবনি । করম্না ঐখোয় অনী কায়নখিবা হায়বদুমসু ঐ কুপ্না ইনিংদ্রে । কায়নপ্রে । অদুনবু পীক্লিবা ইচাদু ঐনা মমাসু মপাসু শক্লা নখোয়গী গুয়াহাটি য়ৌরকখিবনি । অদুবু অসিমতং থম্মোই শেংনা হায়জনীংই মদুদি মমা য়াৎলবা মচাগী মীৎলুগী পিদি কৈদৌনুংদা মপানা কংহনবা ওইথোক্তে । ঐনা ফনা হোৎনদুনসু ইচানা মমীৎ হেক পাঙথোক্লকপদা ববা হায়বা য়াহেসি নত্তনা অতৈ য়াহে অমা কৌবা ফংজদ্রবনি । অদুবু ঐ উদ্রিঙৈদা মপি ঈরা চেনবদি তোক্তে ।

নঙগুম্বী মমা অদুনা ইচাবু মথাদা চেংনা কোনবিদুনা থম্বদা পীক্লিবা ইচাদুগী অনাবা তংখাই অমদি ফগদবা মানখিবনি। অদুবু ওইথোকখিদ্রে। হৌজিক মানা মাগী মচাগীদমক মথ্বায় ফাওবা মচাগীদমক কংলগে হায়রফাও ঐ য়াররোই। মানা ইচাবু শোকপফাও পামজদ্রে। মশক অদু উংলবা য়াই খনবদগী গুবাহাটি য়ৌরকখিবগী মরম অমসু ওইখিবনি।

করিগুম্বা মতমদা ইচানা 'ইমা' হায়না খঙহৌদনা হায়দোক্লপা মীংকুপ্সু লাক্তবা নত্তে। মতমদুদদি ঐ খাঙ্ঙম্লক্তে। পৃথ্বি অসি তংখাই তানা চেখায়রকপা মাল্লি। নুপী অমমুক থিরগা ইচাবু কোলহল্লসিরা খনবা মীংকুপফাওবা লাকখি। অদুবু পোক্তবী মমাগী প্রেম তোখাইনা চেনবা ঈচেল অমনি। নঙনা নচাদা পীরিবা 'নুংশিবা' অদুগুম পোক্তবী অমত্তনা ইচাদা পীবিরোই। হেন্নদুম ইচাগী থম্মোই কায়গনি। অদুনা মদুগী আশা অদুমসু ঐ থাদোক্লে। ইচাগীদমক পুন্সিসে কংলন্নগে। চাংয়েংনি ঐগীসি। মমা য়াওদনা অঙাং য়োকপা য়াত্রা য়েংলিবনি। অদুবু ঈশ্বরনা ঐবুসু মখা তাবা চাংয়েং পাল্লিমাল্লে, ইচাবু হিংবগী মহাও য়াওহনবিদ্রে। খঙদে, নহাক উবদা ঐগী পাঙ্গল লাকখি। থৌনা হায়লগুম থোকখি।

অদুবু অসিমদি হায়নীংই মদুদি খাঙবা তম্বগী পাঙ্গলদি নঙোন্দগী তম্বা নত্তে। নঙদি ঐগী থোঙনাউ ৱাংমদা অমুক্তসু য়েংথোকপা উদে। ঐদি নুংতিগী য়েংঙি __ অহাঙবা অতিয়া, পাইরিবা লৈচিল, ঙংলিবা অথাক অরাউ, তারিবা নোং, মতম নত্তনা শীংলিবা নুংশিং। ঐগী মীংয়েংফমদি মথোল অহুমগী দলান ৱাংমা লানখংকে তাল্লক্লিবা উতোন অদুনি। মনা পুংবা উদুগী থিনগংলক্লিবা উশা মরক্তা কুচুমুমী চেক্লা অমসু মরুম কোল্লি। ঐ মাবুসু থাগত্তবা ঙমদে। ইচাগীদমক জীব পুম্বসে কয়াদা ৱানখ্রবা!

ক্লাপ মপীদু লৈ হায়বফাও উহন্দনা নোং খাঙলি। মরুমশিংদু মীংকুপ অমা থদোকপদা মাদুনা মাঙখিনি মতানি। অদুম কুন্দুনা লৈ। করিবু চারিবা ঐ ঙকই। মঙক নীকথোকপগী অমুক অমুক লেঙলক্তবদি লৈ হায়বফাও খঙলপ্লোই। মানা অদুক ৱানা খাঙলিবদু মচাগীদমক নংত্রা? মচা মীরায়দুনা, মচা লংথোক্লম্বা ঙম্বী মহাক অদুদি ঐ উবফাও পামজদ্রে। কায়নখিবা নুমিত্তগী মচাগী মায়কৈ ওল্লকখিদ্রবনি। অহোংনদুম ঐগী মাঙদা তৌগে মতাগুম ময়ূম পানখ্রে হায়। নিপাদু মানা লৈশারিঙৈদা মাগা নুংশিনখিবনি হায়নসু তায়। অহল লমন্না শীল্লগা য়ূম পাল্লুবা ঐঙোন্দগী হেন্না পঙবা মী জগৎসিদা লৈরমগনি থাজরক্তে। ফজবা পাল্লুবা ঐনা ঙসি খাঙলিবা মৈচাল্লে খাঙদনা কনানবু খাঙলুনি?

কুচুমুবী নখোয় অনীগী নচাশিংগী প্রেম ঐ কল্লক্তবা ঙমখিদে। নুংশিদবদা ময়াং ক্লাক হায়নরিবনি। মখোলনগা খোনশি চঙলদনা। অদুবু মরুম ওন্নবা (*কোকিলগী মরুম য়াওরম্বসু য়াই*) নোং মরক্তুদা মানা চাবা থকপা নীংদনা কোল্লি। শীংলিবা নুংশিংতু মায়োক্লরি। নখোয় অনী উরুবদা ঐ খঙলে, কুচুনা মীওইবগী থম্মোই মচু লেপ্পা অরানবা ওইরে।

কুচুমুমী নঙনা নুংশিদবগী মচা অদু ইচানি হায়দুনা কয়াদা ৱানা লায়কন্নরিবা! নঙগী নতৌ উবদা শিবা তারফাও নুমিৎ খরদি অশিবা কৌবা লাই অদুনা নচবু থম্বীরমগদবা মাল্লি।

"ঈশ্বরনা কনবিসনুকো নঙগী থৱায়গী মণিদো" হায়বসিনা ঐগী ওইখিবনি নমা নচাগী মফমদা আর্শিবাদ।

পূম্নকসি উনা উনা ঐ নঙগী মরমদা ইগে হায়নদি খনখিদবনি। অদুবু থম্মোই কায়বা মীৎকুপ অমা লাকখিবা অদুদদি ঐ নঙগী মিনুংশিনা হুমদুনা পুখি। অদুগা চেম্থোরকখি ঈচেল অনী ফাংনা পিরাং ওল্লদুনা।

নুমিত্তু নহাক নীংশিং নীংশিং ঙসিসু কপ্লমগনি। থেঙলবা অহীংগী মতমদুদা কয়া ক দবা অনাবশিংগী ফমশেন্নবা মী পূম্নমপ পোথানগ্রেদনা। পূমচীক চীক্লবা অহীংদুগী মরক্তা নঙগী নচানা শিবা চঙবা অনীগী লংদাইদা শ্বর হোনখি। নঙনা মীৎকুপ অমতং থৌশাদবদা লাইনা মুনবিগ্রনি মতাগুম য়েংখি। নচাগী মশম নঙনা তপ্পা তপ্পা নাম্বিখি। নর্সনা হীদাক কাপ্লখিদনা। নুমিদাং পুবা ডাক্তরসু তোয়না চঙলকখিবদো নীংশিংলমখিনি খল্লি। মিহুল তোয়না য়েংবগা ইরোইননা থারিবা ড্রিফ অদুসু চঙব্রা য়েংখিদনা। নঙনা নচাবু হুমাং শৌদনবা তপ্পা ফি মচা অমনা মমায়দা হুপ্বিখি। ৱা অমতা ঙাঙনখিদে। নঙনা ডাক্তরদা তপ্পা হংজবদসু ইঙ্গিৎনা করিসু তৌরোই হায়রম্বা নত্তনা পাউখুম লৈখিদেদনা। হোয়, শিরনি, য়াররোই হায়বদি কনানসু হায়নবা হৌনদে। নঙদি আশা থাদোক্লবী অমগুম পিনা পূমচোৎ চোংন নচাবু য়েংলি। নত্তৌ উবদা খঙখি মদুদি নহাক থম্মোই কুপ্না কপ্লবসু পেল্লরোই নচাগীদমক।

ঐ থম্মোই পুবা য়াখিদে নঙনা নরাই লুক্লা মী তাহন্দনা হীক হীক কপ্পা হৌরকখিবদুদা। মদো নঙগী খাঙবা ঙস্বগী পাঙ্গল লোইখিবা মাল্লি। নঙগী মীকপখোল অসুম অসুম হেনগৎলকখিদনা! ঐসু ইচা ভূমহন্নবা কপ্পা হোৎনখি। ফি অমনা নঙোল্লোম থংবদু খাজিনখি। মদু নঙবু য়েংনিংদবগী নত্তেকো। ইচাদু পাখৎখিগদ্রা খনবদগীনি।

নর্সনা ওক্সিজেন সিলিন্দর চিংদুনা পুরকপদদি ঐ শ্বাই লাউখি। খনখি, ও! অরোইবা পনখে লাক্লমাল্লে। ডাক্তর গোস্বামিসু থুংলখি। ডাক্তরনা ওক্সিজেন মাস্ক উপশিনবিরগা ৱা ঙাঙদনা কাপ্পা য়াবা, হোৎনবা য়াবা হোৎনরক্লবদা মতম অদুদদি নঙ পাখৎপা মীৎয়েংগা লোয়নননা পিনা থল্লবা মীৎলু অনীদু পূমঙাঙ ঙাঙখি। মতাংদুদনি ঐসু ননাক্তা লেপ্লখিবদো, নঙগী নথম্মোই খজিক্তসু চাউখৎচনবা। অদুবু ঐনা নঙগী করি নতেংদি পাংবা ঙমগনি নঙ ঐদি ঈশ্বর খুরুমজবা, ডাক্তরগী মপান তাংবা নত্তনা?

নোং ঙাল্লমদাইদদি আশা পূম্বা মাঙশিল্লকখি। ডাক্তর গোস্বামিগী মৌশিং লোইখি। মমিৎ উইশিন্দুনা লেপখি। অদুদগী ভপ্পা তপ্পা নচাগী মখাঙফাওবা শূপ্লিবা ফি মচাদু চিংখৎলকখি অদুগা নচাবু পূমকুপ কুপশিনখি। ও! নঙগী আশা লোইদ্রে। য়েক্লুম শংদ্রে, ওক্সিজেনগী মাস্ক লৌথোকদ্রে।

মতমদুদদি নহাক অঙাওবিগুমদ্রে। নঙগী থৱায়মক্লা নশাদগী মপাল থোকপ্রবগুম নঙনা নচাবু হিংহনবিয়ু হায়না কপখি। নহাক্কী ৱাহৈদো, "নহাক শিখিবা য়াদে" হায়না কপ্পা কপ্পা ঙাঙলকপদুনা নহাক তশেংনা নচাগী মৈনা ঙাওরে হায়বা ঐ খঙখি। ডাক্তরগী মথোঙ

কোন্দুনা নচাবু মানা হিংহনবা ঙমগদবগুম নঙনা নচাবু হিংহনবিয়ু হায়না কপখি । নঙনা থাদোকপা মরৈত্রবদা ডাক্তর গোস্বামি চৎপা ঙমখিদে । মতাংদুদনি ডাক্তরদুনা ঐঙোন্দ, "নহাক অমুক্তা থেমজিনবিয়ু" হায়রকখিবা । অদুননি ঐনা নঙবু কোনখৎপিদুনা উপাই লৈতনা পি শিন্থখিবদু । নঙবু ঐনা থেমজিনখি, পূম্নমক ঈশ্বরগী লীলানি হায়না । অদুদগীদি ডাক্তর গোস্বামি মরাই লূক্না থোকখ্রেদনা । নচাবু অমুক কোন্দুনা লাউ থোংনা কপখি নঙনা । মতমদুদা কাদুদগী মী পূম্নমক হৌগৎনরকখি । নঙবু থেমজিনফম খঙদনা পূম্নমক য়েংদুনা লৈনবা মতমদুদনি নর্স অনীনা ত্রোলি অমা ইনশিল্লকখিবদু ।

কুচুমুবী নঙনা খঙখিদে, মফমদু থবায় য়াওব্রবা নচানা কুইনা লৈবা য়াবা মফম নত্তে হায়বা । থবায় কয়ানা হিংবগী লাম্থেংনরিবা কানি । অদুমক্তা নর্স অনীদুনা খুয়া লুখুম পায়দুনা নচাবু ত্রোলিদা থাংগৎখিবনি । নঙবু থেমদুনা নচাবু হাপকৎখ্রে । নঙদি চপ লেপ্তুনা লৈখি । ময়াম চঙদুনা নঙনা পুজরকপা পোৎ চৈ, হীদাক লাংথক লোইনা নচাগী থাবিরিবা মোল্পাক ফিদক অদুদা য়োমশিল্লগা ত্রোলি মথক্তা হাপকৎখিবনি ।

নর্স অনীনা মায়থোঙ মক্না নচাগী অরোইবা থোঙচৎ হৌনবগীদমক ত্রোলি অদু নাক য়েং পায়বা হৌখি । অদুগা নঙোন্দা চৎলসি হায়বগী ঈঙ্গিৎ পীরম্লগা ত্রোলি অদু ইম্থোকখিবনি । থোঙচৎ অদু নচাগীদি ইমা নুংশি হায়দুনা পুবা য়াদ্রবা, মদোম হনখিগদবা থোঙচৎনি । মদুদা নঙনা মায়থীরবা লাম্মী অমগুম নমায় লূক্না পিদি কংদনা তপ্না ইন্নখিবনি । অশিলৈবাক তান্না নচাগী মতুং ইল্লগে হায়বগী মতাগুম নঙনা কাদুদগী মপান থোকখিবদু ঐ ঙসিসু শংশং উরি। ঐসু মীৎ অনীমক ঈরা চেন্দুনা য়েংহৌখিবনি থম্মোই কায়রবী নঙবু, ইচাগী নাক্তা হ্লেপদ্না।

কুচুমুবী নঙবু কমদৌগ্রবগে ঐ খঙবা ঙমদ্রে । নঙবু কনানা থেমজিনাবিরি ? সংসার অসিদা নঙনা কনা য়েংদুনা নথম্মোই ফাথরি ? মৈচাক অনীনা চাকথ্রবা নঙগী মীৎলু তোয়না ইঙাগী নোংজু ওল্লন্নগনি । ওন্দ্রনে ? মমা ওইবীগী মিনুংশিদি নঙগী থম্মোই থন্না য়াওখিবনি।

কুচুমুবী ঐ নঙবু কাউবা ঙমদ্রে । ঐগী শক ফজবীদুদা নঙগী থম্মোইদুগী শরুক চাম্মা থোকপগী অমতং য়াওরল্লবদি ইচাসিনা কয়াদা হরাওজগবা ! ঙসিসু, ইচাসিনা খরা ফদুনা লাক্লিবসি মমা বাংপগী মৈচাক্তি অদুম পুরিবগুম তৌই । ঐনা লোন্না য়েংবা খুদিং মাগী মীৎয়েং অহাঙবদনি । মাগী ব্রাখল অহাঙবদনি । ঐ উন্দ্রিঙৈনা মাগী শকফম অমা, ঐ উরগনা মাগী শকফম অমা । পূম্নমকসি খঙনা খঙনা ঐনা কয়াম কুইনা উশিন্নদবা ঙমখিনি ? ঐ ভাব তাদ্রে। ঐনা ফনা হোৎনদুনসু শেমজিনবা য়াররোইদবী অব্রাৎপা অমনি হায়বসি মাদি খঙলম্লোই ।

কুচুমুবী, ঐ ঈশ্বর পন্দুনা বাশক্লি, মদুদি ঐ ইচাগীদমক থবায়সি কৎলফাও ঙমগনি । নৎত্রগা অতিয়াদগী থবাম্মিচাক হেক্লু, সমুদ্র ঈরোম্নুংদগী মুক্তা খুল্লু হায়রফাও ঐ ঙমগদবা মাল্লি। অদুবু ইচাগী ব্রাৎলিবা পোৎশক অসিদি ঐনা হন্দক মপোক অসিদদি পীবা ঙন্নরোই । ব্রাফমসি মানা খঙলকপা ঙাইনা ঐনা ব্রানা । ইচাসু মৈচাক, ঐসু মৈচাক, সিনি ঐগী পুন্সি ।

# চৈনাখোল

কৈশাম বিদ্যাপতি সিংহ

*কৈশাম বিদ্যাপতি সিংহ খৃ: কুম ১৯৪৭ দা কৈশাম ধনবাবু অমদি থম্বাল দেবী অনীগী মপারি ওইনা অসামগী কছার জিলাগী চন্দ্রপুর খুন্দংদা পোকখি । বি এ বি টি লোইরগা ওজাগী শিনফমদা চংদুনা হৌজিক হৌজিক বাঁসকান্দি হায়রস্কুলদা হেদ মাষ্টর ওইনা পুরি । হৌজিক মণিপুরী সোর্ট ষ্টোরি সোসাইতি ইন্দিয়াগী জেনরেল সেক্রেটারী ওইবঅ নত্তনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, অসামগী লাইফ মেম্বর ওইদুনা বাঁসকান্দি মফমগী প্রেসিদেন্ট ওইরি । 'ইশুনা শাবা জগোয়দো (১৯৯৩)' কৌবা হরীমচাগী লাইরিক অমা কোক্তুরে ।*

মহাক পোলিতিকেল সাইলতা ওর্নস ফংখ্রে । চহী মঙা হৌখ্রে । থবক ফংদ্রি । মখা তমথহৌদে । মচীন মনাও ময়াম হৌ হৌ লাইরিক তম্লরি । মখোয়গীসু য়েংদবা য়াদে ।

অপোকপা লৌমীনি, শূজবতনা মপুম থিৎচবা । ফৌদি শঙবায় অনী অহুমথক কৈ মনীংদা তৈরি । চহীগী ফোলানি মসিনা । মপা মমাতা নত্তনা ইমুং হূপ্তুনা নোংজু নুংশা খাক্তনা মপুম থীংপমকৈ হোৎনজখিবনি লৌবুক্তা । ফিজেৎ নানবী, মতু তেক্তবী নুপী অদুনা মখোয়গী শূমাঙদগী ফৌ খুয়া অমককা পুবদো তোঙলাও লাওবা মমিৎ অনীদুনা শূক্তোক্নুনা হেক্তা চাথোক্লগে মতাগুম য়েংই । অদুগা ঙাঙগনবী মচীনবান্দু কাঙল কাঙলগা হায়, "ঐখোয়না লৌ পীবিবগী ফৌ খরা লোকচগদৌরিবনি ।"

চানবা পূশিল্লুবা খরদুগী শেন্দোইনা শেন্দোই পোকপীদা পারগা ফৌ পূম্বা খোপচিলহৌই। অসিগুম্বা অংক অসিদদি মাগী নুপাতা নত্তনা হাইফেৎ অংক হৈবা মীওই ফাওবা নুপী অসিগী মনাক্ নক্লুবা ঙমগদবা লৈতে । থৌওইনা স্কুল কোলেজ কাদুনা তম্লক্লবসু মসিমদি মাঙোন্দা পীখোরক্লবা গুণনি । ঈশ্বরগী দাননি । মায়কৈ লীপীং লীপীংদগী চিংশিন চিংশিন্দুনা পারিবা অংকগী ফল অদো চুল্লেদনকো - চুম্মী চুম্মী । থম্মোইদা তাশোন্না থিনবগুম খাঙ্‌ঙমদবা চৈনা ফাওই মপাগী পাউখুমদুদা । অঙাং অমদি চৈনাখোল খাঙবা

ঙমদে, হেক্তা করি । পেন্দবা কোঙদোকই । অদুবু থম্মোইগী চৈনা কোঙদেক্লনবগী থৌনাদি মাগী মকমদা লৈতে । লোন্না খা চীকুনা মমায় নোম্বুনা তুমিন্না খাঙজবা নত্তনা ।

মপাদুনা খন্দবদি নত্তে, " ইরৌ ওইজরম্লবদিকো !"

অদুবু মঙলান্নি, মঙফাওনব্রবা । মঙলাক্লদুনতা তোক্লগদবা । মৌরী শীংজাগী মপু ওইরুবদি লায়রদুনা বাড়ী ইংখোল মচেৎ অদু ফাওবা শিদৌ নাদৌ মমৈ কন্না য়ান্দুনা লাক্লরিবনি। মন্নামসে পুবা ঙন্নক্তদুনা ইংখোল মচেৎ অদুদা মপানা মমিৎ অনীদো লাওনা লাওনা পাঙদুনা য়েংলক্লিবনি ।

মালেম লৈমগী শক্তম লৌদুনা খাঙজরক্লবী মমাদুসু মখা তানা খাঙবা ঙম্‌শিন্নক্লবরা করিনো তোয়না তোয়না হায়বা হৌবক্লে, "খিত্তা তোকপিরো নখোয়গী লাইরিক তম্বদো। করিবু কান্নগদৌরিবনো ? থবকসু অম্‌ত্তা ফংনব্রবা মতমসিদা কনানবু থবক পীবিরকদৌরিবা?"

কনানা উবিনি মতমসিগী লায়রবা কনা লৈজব্রবা মীশিংবু ? মরোল কয়ানা ননশিনবিরবা খাইগী মখা থাম্রবা, লৈমায়দা পকশিন্দুনা লৈম্রবা মচু তাইফেৎ তাইরবা অপংপা উরী উনাগুন্নি ঙসিগী লায়ববা । মতমগী নুংশিৎ নুংশাসিদা মকা লান্না হিংবা হায়বদুবু ওইখোক্লকখিগদরা ?

"থবক থবক থবক ! থবক্কী পবিক্কানি হায়দুনা পরিক্কা থাবদি পঙথাদা থাই । ইন্তরভিউ ইন্তরভিউ ! হো তোক্তা তোকপিরো । ওইদি শৃকওই ওইদে । ফোর্ম ফিল অপ তৌবগী, একচেঙদা কার্দ থাবগী খরচ হনবা ঙমজদ্রে ।" অসিগুম্লবা নুংশাগী ময়াক্তগী শকক চান্মা হেন্না হেন্নবা মমাগী ফোঙ ফোঙ শাবা শ্বরসিনা হেন্নি মাগী থম্মোইদা হেন্না চৈনা পীবা । মসিনা মাগী নুংশা শ্বর হেক হেক ফুলহন্দবা নত্তে ।

মাসু থবক অমতা ফংজরবদিকো হায়দুনা তৃপ্ত মচেৎ, চাবা মচেৎ কেবা মচেৎ খাঙদুনা শেগায়ম্রি ফাওবা শেৎলিবা ফনেক্লমগা লাইবিক্তা হোৎনজবকপনি ।

"চাওখৎতবীনিদা । খুম্লংগী মতমগী ইরাং খঙদবীনি ।" হায়দুনা লোন্না কয়া ফোংনা কয়া মমান্নবীশিংনা সক্লবিরিবনি ।

চীনফেঙ ফবী মেমিতানা খরা হেন্নি লক্লবা । ঝাহৈ ঝাতা, চীন্দা পাউদানরুদে মমান্নবীশিংদা। মশানা মশাবু থৈদোক্লনা মতোমতা লৈজে পুন্সিগী মরুম অমদা । মরুপ মপাং শঙ্গ চাউবী মেমিতানা কন্না কোনশিন্নবা লাক্লে । অদুবু হন্দোকপা কনমনবনা হেক হেক নাম্বোকচহৌই ।

মচিন্নে মখানো নুপা নুপী ওবো-বোনি মেমিতাগী মতুংদদি । শাগৈ জাৎ খায়দে মীপুম খৃদীংমক তোরো খোইদাবা ঙম্মী । মসিমসু মেমিতাগী থোইদোকপা মগুণ অমনি । ফিজেৎসু চাউথোকচনিংঙাই মীতে চন্নুনি । নোংমনা চুনি, নোংমনা শাড়ী, নোংমনা খোঙ্গ্রাউ

. . . নোংমতা মান্নদে । থোইদোক্লা মশক নাইবীনি মমিং লৈরবা শিলচর টাউনগী কোলেজ অসিদা । ক্লাসতা খুদোম্বী চণ্ডুবসু কোলেজদি কাউথোক্লুনা ওইরবসু নোংমতা লেপ্তে । সিনেমা হোলদি মাগী অহানবা ক্লাসরুম্নি । হয়ার সেকেন্দরীগী পরিক্ষাসু নোংমতা থোঙদারুন্দবা খুঙ্গংগী কোলেজ অমদগী পাস তৌরকখিবনি । ডিগ্রীসু অদু মণ্ডাই মানা তন্নকপা কোলেজদুদগী নত্তে, অতোপ্পা ইউনিভরসিতিগী কোলেজ অমদগীনি।

লাইরিকপু ডিগ্রীবু মমল হন্নদুনা লৈরকপী মেমিতা, কোলেজগী ফী হল্লিবদু নাচুংবিবজাৎ নত্তে । মমা মপা অমদি মবুংগী মদোম শাৎচবীনিদনা । খরচতা য়েংলুরবসু মচীন্দং নোমখিবদা মখুৎ লানশিনবিরকপা ঙাক্তনি ।

হূবনি খঙদে, লাকপনি খঙদে থবক ফংগ্রে মতমসিগী অচঙবা লাম্নী মেমিতা । ওজা ওইগ্রে ।

অসিগুম্বা মীগী অথুম্বা পাউসি তারগা মনাকোং মেনশিন্নীংলকই । অদুবু শক উংনীংদ্রবা সমাজ অসিদগীদি লাপ্না চেনগ্রগে হায়বদি ঙমদ্রি । ইমুংদগী শূমাঙ য়ৌগদবা য়ৌনা তল্লকই । করি হায়দৌনো খঙদে, মী উরগা পঙইদা ইকাইবগুম তৌরকই ।

নোংমা, ইন্তরভিউ অমা য়াওরুরগা হল্লকপগী লম্বীদা লোংহৌবা, থৈদোকহৌবা নংহৌদনা সিলচর টাউনগী চিথেক অমদা ইথা থাজদনা মেমিতা উনরে । মেমিতাদু নোকমি নোকমি পাইশিল্লকই ।

মেমিতনা য়াম্না লাঙতক্লনা হংলকই, "করম তৌরি নঙবু ? উনদবা কুইরেনে ।"

মতাংসিদা লোংপদি য়াদ্রবনিনা লূকথরম্বা মমায়দু য়াম্না হৈনিংদনা নোনখংলকই । অদুগা খুন্নকই, " নুংঙাইরি হায়বা তাই ।"

"থবক ফংলবরো নঙবু ?" মেমিতানা মাগী হৌনবী নোকফেৎননা হংলকপনি।

খ্বাইদগী খোয়দৌ চীকপা ৱাহংসিগী পাউখুম খুমদবা য়াদ্রবনা "কদাইদগীনোদা ! ঐখোয়গুম্বা সঙ্গ লৈজদবা লায়রবনবু ।" হায়না খুমগে খল্লিঙৈ মখা নমতা তাশিল্লকই, "ঐদি এল পি স্কুলগী ওজাদো ওইনিংদবনি । অদুদা পাবনা এপোইনমেন্ট লেটর পুদুনা হেক্তা লাকপগী ৱানি । ইন্তরভিউদি লায়রদুনা এপ্লিকেসন ফাওবা থাখিদে ঐদি । কমাই' তৌরিনো খঙদে ।"

মেমিতাগী ৱাহৈশিংসিনা ৱাখল লৌশিং অনীগী মরী তংহনবগুন্নকই । চাননা ফুংবংনরকই। মশাদা চেল্লিবা ঈ খোং চপ লেপগ্রবগুম্হ । নাকন্দা য়াল্লিবা খাউদুদা হাপচিনবা নংহৈদ্রবা, চেকশিন্না মেনশিল্লবা থবক্কী থাজিন্নবা ফোর্ম অমদি অতে চে-চাংশিংদু পায়রিবা চিঠি খাউদুদগী মখূত্তগী নাম্বুখিবা খঙখিদ্রে ।

# মৈখু



সুব্রাম

*সুব্রাম হায়নসু খঙনবা মোইরেংজম দেব সিংহ অসামগী হাইলাকান্দি ডিষ্ট্রিক্টী লাইশ্রম খুন মমাঙ লৈকাইদা খৃ: কুম ১৯৪৯ গী জনুয়ারীগী তাং ১ দা মোইরেংজম পুন্সি অমসি মোইরেংজম ওংবী জিনি অনীগী মচানিপা ওইনা তাইবংদা থোঙদারকখি। গ্রি ইউনিভরসিটি ফাওবা তম্নগা ওজাগী শিনফমদা চঙদুনা হৌজিক হৌজিক ওজা ওইরি। থৌগন মরুপ, জারিবোন; মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, অসাম অমদি মণিপুৰী সোর্ট স্তোরি সোসাইতি, ইন্দিয়াগী অচঙবা মেম্বরনি। হৌজিক ফাওবদা লৈরী মচা, শৈরেং, নোভেললচিংবা লাইরিক ১৫ থোঙপ্রে।*

*ফংখিবা মনা মথুমশিংদি ১। লাইশ্রম সুবল এৱার্দ (২০০১) ২। অম্বেদকর ফেল্লোশিপ এৱার্দ (২০০১) ৩। কামিনি কুমার এৱার্দ (২০০৪) ৪। লাইশ্রম থম্বাল বেষ্ট টিচর এৱার্দ (২০০৪) ৫। অসাম সরকারগী রাজ্যক পুরস্কার (২০০৬) ৬। লৈমা গোল্ড মেদল (২০০৬) নি।*

ৱারীসি ঐনা লৌজবা নত্তে, কনাগুম্বনা লীবিরকখিবনি। শেমজিন শাজিন্দুনা লীরকপা নত্তে, থৌদোক অমা থোকখিবদগী চীঙ্খাংদা মথং মথং লীনরকপদগী তাহৌদুনা মহাক্কসু ঐঙোন্দা লল্পী চংনা চংনা লীবিরকখিবনি। মদুসু ঐনা আ পীক্লিঙেদা, ৱারী লীখুন ফজনা খুনবা হৈত্রিঙেদনি।

মোগ্গান! বুদ্ধদেবগী অচানবা শিষ্য মগল্যানো নত্তে হায়রিবসি। য়াম্না কাচিন ওইনা লৈবা মীতে খুন অমনি। খুন্দুদা লৈবা মীওইশিংনদি তাবদা য়াম্না শাউনিংবা অদুগা অতে খুনগী মীনদি শোত্তক্লো 'হৌদোঙ থাদোকফম' হায়নবা খুন। অসামগী জারিবোন্দা মীতৈনা অহানবা খুন্দাখিবা মফমনিসু হায়নবা মফমসি লাইবক ফবদগী য়াম্না পীক্লিঙেদা চংপা ফংজখি। জারিবোন্দা লৈজরগসু লাইবক থীবা কনাগুম্বদি, মণিপুরগী মীওই খুদিংমক্তা রেলগাড়ী উবা, তোংবা ফংদবগুম মোগ্গান কৌবা খুনসিদা থোঙদারুদ্রি হায়নে। হৌজিক্তদা, লল্পী থোংনা চাওখৎলক্কবা, মায়কৈ খুদিংদা লল্পীনা কোয়শিল্লক্কুনা মোগ্গানবু হম্বনা য়েংবগী ৱাফমনি।

ঐনা লীরিবা বারী অসিনা থোকখিবা মতমদুদদি মোয়ানমুক চাওখৎপা, লিংজেন মাল্লবা, তমজনিংঙাই ওইবা খুন লৈরমদে। মতম অদুদদি তুরেললগী ঈশিং লম্বীনা অচৌবা ললোন ইতিক্কী লম্বী ওইনরম্মী। মোয়ান্না চাওখৎলম্বগী মরমসু অসিননি।

ঐনা লীক্লিঙৈদা ইমাগা লোয়ননা মোয়ান্দা চৎলি। অঙাং ওইরিঙৈদা কৈখোম থকখিবগী নুংশিৎনা শাউগনবদা দুর্বাশা হায়রগা খঙনবা থাংজম ববা ঐগী ইপুনি। ইপুনা ফিংমনবদগী মশেন মবাই ফীরৈ পায়নখিবগী থৌদোক হৌজিক ফাওবা বারীনরি। অদুবু অঙাং ওইরিবা মশূ ঐবুদি য়াম্না লুনা তৌবি ইপুদো।

ইঙা কাংগী মতমনি। স্কুল ছুটি থাবা নুমিৎ অমদা ইমানা ঐবুসু পুবিখিবনি। ইমানা ইপুবু য়াম্না কি হঙ্গোইনা লোয়নৈ। হায়রকপা থবক থীজ্জদনা পাঙথোকই। নুমিত্তুগী অয়ুক্তু নুংশা ফজনা থোক্ই। নুমিৎ য়ুংবা মতুংদগীদি মকুম মথাগী হৌনবা মায়কৈ পূম্বা পূম্মম মমশিল্লকখি। চাক তোক্লকপগী নুংথিল ঙাইহাক পোথারক্লগা হৌগৎলকপদা নোং চিংগী ফিবম ফৎলমদবদু উবদগী থুনা চৎননবা, ইবুবোক্লা থিনবিরগে হায়দুনা নুংথিল ফৈজোম অমা শেৎ, শেগ্রাক্তা ছাটিন অমা য়েপ্তুনা থোরকখি। ইমাসু হোবে হোবে লোইশিনখ্রি। ঐসু ঐগী খোঙগ্রাও পগ্রাক পগ্রাকপদু শেৎচিন্দুনা ইপুগী ছাটিন মরুমদা নপ্পগা চৎমিল্লখি।

চৎলিবদু তুরেল তোবর্বানগী লম্বীনি। নূং নৎত্রগা কোইলাস থাদবা লম্বীদু নোং চুবদুদা নানমনখিবনা খুজিন্না শীক শীক্তুনা চৎত্রবদি ঙমদ্রে। ঐ ইপুগী মথূৎ পায়দুনা চৎলে। খরা চৎলগা চিং লম্বী কাখৎলক্লবদা লোকখাদা ওম্থখিনি হায়দুনা ইপুনা ঐবু কয়া শেন্নবিরম্মী। ঐনা চীংদোনগী উরক্তুদা নোংনা য়োমশিল্লিবদু উরুরগা ঙক্লদুনা ইপুদা হংখি।

"ইপু! হৌজিকপু, নিংথমথাসু নত্তনা, লৈচিন থারিনে।"

ইপুনা লৈচিলদু মুয়া য়েংলগা হায়রকই, "লৈচিন নত্তেনে ইবো, মৈখুনি।"

ঐ পূমঙক ঙকই। চীংদোনগী নোং মরকসিদা কদাইদগী মৈখু?

ঙসিদগী চহী চামমুক মমাঙদা জারিবোন লৈবাক্কী কোনুংদা সনা ত্রিভুবনজিৎনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লম্মী। ইবুংঙো মহাক্লা কন থৌরবা মনাও ইবুংঙো সনা-চহী-অহুম (নরেন্দ্রজিৎ) দা লৈবাক ঙাক্লবা শিন্নরল্লগা শাম্মী লাম্মী পুদুনা মৈত্রবাক্তা লান্দাখি। লান্দা মায় পাক্তুনা মীতৈ লৈবাক্কী নিংথৌগী ফম্বাল তোংখি। অদুবু অকোনবদা লাম্মী য়ামদে হায়বা খঙনরকপদগী ইনিংথৌ নরসিংহগী মনাও ইবুংঙো দেবেন্দজিৎ সিংহনা শরৌ তৌদুনা মহাকপু অঙাং ওলহনখি। ইখঙ খঙহৌদনা ইনিংথৌ নরসিংহ অতিসারনা লৈথিদ্রবদা মনাও ইবুংঙো দেবেন্দজিৎনা কংলা ফম্বাল কারে। পাউ অসি তাবদগী কছাড়গী কামরাজ্জা খুজংদা শাইদাংদুনা মপাঙ্গল চাউনবা লৈরিবা ফম তারবা ইনিংথৌ চন্দ্রকীর্ত্তিনা সাহেবশিংগী মতেং লৌদুনা মৈত্রবাক্তা লান্দারগা সনা কোনুং পায়খি। লৌশিং চাউবী মমা ইবেম্মা কুমুদিনী মৈম্নানা,

মচানা খুয়া তুশিংনা পান্নবা, লয়া রাজানা অহোম লৈবাক্তা তৌখিবগুম খুৎকন পাঙনবা, মতীক চাবা নিংথেম মচাশিং থিন্ন থিরগা হাংহন্নম্মী। কনথৌরবা সনা বোরাচাউবা শরৌসিদা অঙাং ওনখি। মহাক থক্তগী পাউনা ব্রজবাসিসু কৈশুমশঙদা লৈখি। মৈত্রবাক্তা মতীক চাবা নিংথেমচা লৈত্রবা তুংদা কছাড়রোমদা লৈরিবা মতীক মগুণ লৈবা নিংথেম মচাশিংদা মীৎয়েং তারকখি। মতমসিদা ভারত শীনবা থুংনা সিপাহী লালহৌ থোক্লকখি। কছাড়দা লৈরিবা নিংথেম মচাশিংসু সাহেবসিংগী মায়োক্তা লালহৌদুদা য়াওশিনখি। মসিগী খুদোংচাবা লৌদুনা মমা ইবেম্মা কুমুদিনীনা শীন্দুনা সনা-চহী-অহমসু লালহৌদুদা য়াওই, সাহেবশিংনা ফাজিনবিন্নু হায়দুনা ব্রাকৎ চেরোল অমা পীশিনখি। চেরোল অদু ফংবগা সাহেবশিংনা সনা-চহী-অহম্সু কাগদবগী কোয়থি থিরকখি। জারিবোনগী কালাপহাড়, য়াংপুরদা লোৎলম্বদগী মলেশগী কোকয়েৎ অঙাঙবশিংনা খোইরেল য়েম্বগুম য়োমশিন্নকবদা লৈবা য়াদ্রদুনা য়েদ্রেম্বম লৈকাইদা লোৎখি।

সনা-চহী-অহম পালা ঈশে থৌগন তৌবা মীশক্তি। মতমসিদা গোবালিপরদা থোকপা শোরাৎ অমদা ঈশে থোনলিঙেদা পুলিসনা মকম অদু কোয়শিন্নকখি। মীতেক মীরৌ খঙবা মীতে অহন্নমনশিংনা ফিজৌনা কৃপশিন্দুনা মাগুব ময়ায়দা থম্বদু শমিন ফংখিদুনা মলেস দারোগাশিংদুনা মাগুব ময়ায়দা চঙলক্কদৌরবদা থিঙ্গোম দুর্গা সিংহগা খুৎথোক্লখি। মৈতৈশিংগী অখাবা মরিংজেল মথৌনানা দারোগাশিংদুবু ফৃদুনা তানখাইখি। মসিগী মরৈদা, সঙ্কীর্ত্তণ বিচারদা মাগুব মনুংদা খোঙউপ খোঙগ্রাউ শেক্তুনা চঙবা য়াদে, মাংই হায়বা ধর্ম্মগী অকনবা চৎনবী লৈ হায়বা উত্তুনা পুলিস সুপরিন্তেন্দেন্টবু মায়থীবা পীখি।

সনা-চহী-অহম য়েদ্রেম্বম লৈকাইদা কুইনা লৈথবা য়াদ্রে খন্দুনা ভাটিরগ্রামদা মাইবা শাদুনা লোন্না লৈখি। সোরাম নিংঙোল সেরাম ওংবী অমবু লায়েংলিঙেদা, লৈকাইদুদা বিদ্রোহী থন্নীংদবা কৈশাম অমসুং শোইবম কাংবুনা মলেশতা অকুপ্পা পাউ পীখি। পাউদুগী মতুংইন্না কোকয়েৎ অঙাঙবশিংনা ইকোয় কোয়শিন্নকবদা ইরজবা শাদুনা তুরেলদা কুমথদ্রে। ঈশিংদা লূপলগা মকোক্তা চৱাইশাবীনা কৃপশিন্দুনা তাউথদ্রে উরাউ থরাউদুনা চেল্লিবা তুরেলগী অঙাওবা ঈচেন্দুদা।

অসুম তাউথরক্তুনা লাইশ্রমখুন য়ৌরবদা হিদেন অমদা কাখৎলক্কগা অসেমগী য়ুম অমদা লোন্না চঙজকম লৌখি। অদুবু মায়কৈ পূন্নমক্তা থাকশ্রবা লাংনিনা হন্দকী মফমসিসু খঙদ্রে। মতুংদা সনা-চহী-অহম্না মফমদুদা কুইনা লৈবা য়াদ্রে খন্দুনা নারোন্দা তুরেল ব্রাংমা লাম্বোক্লগা খুমোংখুন কাওরগা, লৈরক খুল্লক্তা লৈবা নুংইত্রবদুদা, চীংনুংগী অশূকপা উমংদা চঙশিনখি।

অশোঙবা উমংদা লৈরবনিনা মদোম থোং থাক্তুনা কনাওব্বা মীওই অমতদসু অয়েংপা পীদ্রে হায়না খঙদুনা মদোম নুংঙাইবা পোকচখি। অদুবু ইখঙ খঙহৌদনা পাঙন অনীখক

শূক্লবা মোংশোংদুনা থুংলখি । মখোয়দু করম্না মফমদুদা য়ৌরক্লিবনো হায়না হংলুবদা পাঙনশিংদুনা খুন্নকখি, " মী পোং অমতা তাদ্রবা উমংসিদগী হেক হেক কারক্লিবা মৈখুদু করম্না কারক্লিবনো হায়না ওক্তুনা য়েংবা চঙলকপনি।"

খূদক্তুদা সনা-চহী-অহম্না মাগী মতম লোইয়ে হায়বা খণ্ডজরকখি । ইকুই কুইদনা, মহাক্লা চাক থোংলিঙেদা মালেশকী লাম্নীশিংনা মায়কে থুংনা কোয়শিল্লকপগী শমিন ফংখি। থোংলম্বা চাক্তু লৈনুংদা ফুমজিল্লম্লগা নাকোইনবা লম্বী অমদা মফমদু থাদোক্তুনা চেনখি । চংলমদাইগী মতমদা মহাক্লা, কারিবা মৈখুদুবু পেন্দনা য়েংলম্বদগী ওসি ফাওবা নোংথি নোংমংবা মতমদা মফমসিদা মৈখু কারিবনি ।

ইপুবোক্কী ঋরীসি তানা তানা ঐখোয় য়ূম য়ৌখিবা খণ্ডহৌদে ।

☐ *সনা-চহী-অহম শক ১৮৫৬ কী সিফাই লালহৌদা য়াওদুনা বৃটিশকী মায়োক্তা লালহৌখিবা অহানবা মীতৈ মচা লুচিংবা অমনি।*
এডিটর

# শাউবা

কৈশাম প্ৰিয়োকুমাৰ



*নোংদি তাৰকখিদৰে গী অইবা হায়নসু খঙবা, কৈশাম প্ৰিয়োকুমাৰ মৃ: কুম ১৯৪৯ গী জুলাইগী তাং ২৩ দা শগোলবন্দ তেরা কৈথেল খুবাইজম লৈকাইদা পোকই । সিভিল ইঞ্জিনিয়ারিং দিপ্লোমা লৌইরবা তুংদা হৌজিক হৌজিক আই এফ সি দি দা এসিস্তেন্ট ইঞ্জিনিয়ার ওইরি । অইবা অসি হৌজিক হৌজিক রাইটরস ফোরমগী অইস প্ৰেসিদেন্ট ওইবতা নত্তনা ৱাখল চেকোওগী ইডিটৰ অমদি মৈরিক, সাহিত্য, সাহিত্যগী পাউনচিংবা চেকোওগী জোইন্ট ইডিটৰশিং ওইরম্মী । ফোঙথবা ৱারী মচাগী লাইরিকশিংদি ১ । অৱাউবা পুন্সি (১৯৭১), ২ । ঐখোয় মৃগ্লোম্নবা (১৯৯০), ৩ । নোংদি তাৰকখিদৰে (১৯৯৫) অমদি ৪ । লান অমসুং মঙ (২০০০) নি ।*

*অইবা অসি নোংদি তাৰকখিদৰে হায়বা লাইরিকুদা নেসনেল সাহিত্য একাদেমী এৱার্দ-১৯৯৮, ষ্টেট কলা একাদেমী এৱার্দ -১৯৯৭-৯৮, ডহুনবা দিনেশ্বরী মনা, তেলেম অবির নীংশিং মনা অমদি ডাক্তর খোইরোম তোমচৌ নীংশিং মনা, অ... ইজম চাউতোন, রাজকুমারী মুক্তাসনা মণিপুর সাহিত্য মনা অমদি শখা এৱার্দসু ফংখ্রে ।*

মুহোরিদু মশাপুম্বা অশাওবনা ফুনগৎলি মতোমতা । লৈতাফম ইখঙ খঙদে । ইমুংদা অমুক চঙই । অমুক খোরকই । শুমাঙদা অমুক ঙাহৌ ঙাহৌ চৎলি । অৱাংথংবা পাকখনগী শঙোয় মচাদুদা অমুক চঙই । কোম্লিং কারবা মিরাং থুরবা পেরেলেল বার অদুদা মুম্না অমুক য়েংই । নাকন অনীদা য়োং লেংদুনা লৈরিবা য়োং থাঙ্গৎনবা য়োংচৈদু অমুক মখুৎ অনীনা পায় । থাংগৎনবা হোৎনৈ । কে জি কয়া লুম্বনো খঙদে । মচি লেঙউ য়াদে । খোঙপাক্লা য়োত্তুদা কাওই । নহালৱাইদি লাইবক কৎলগা থাংগৎপনি । শুমাঙদা অমুক ঙাহৌ ঙাহৌ চৎলি । মচীন্দা মৃক্রম মৃক্রম শোল্লকই, 'মী মশক খঙদবা ! ঙকথী অমুক্তং চম্লদা লোইগদবা . . . কিনসিনা অমুক্তং থিনবদা . . . ' হায়না হায়না পোলাংখোক্কী উয়ুংদুদা কিল্লা থিনজিল্লি । ৱাদু কায় । য়াল্লিবা ফিগা লোয়ননা ফৈরিবা ৱাশাংদু লৈবাক্তা তারকই । মুহোরি হন্না য়েংলমদনা মাংগোলগী দারিদুদা ঙেক ফমথে ।

অশাওবা হায়বসি অফবা নত্তে। মুহোরি খঙই। অদুনা শূমাঙ মতোন্দা হৌরিবা হৈপোল উপালশিং চুপ্লেগী অঙাঙবা মপাল - মালহৈগী অঙৌবা মপালশিংদা য়েংই। অতিয়াদা লশিং মফোলশিংনা পাইবা মানবা লৈচিলশিংদা অমুক য়েংই। চহী মতাংনরা, শাউনিংবগী চাং হেনবনরা ঝাখলদু ইতপ তপথৌ য়াদে। ঙাইহাক মরাই লুকথদুনা মমিৎ উইশিল্লি। শাউনিংবা ফনবা অতোপ্পা ঝাখল খন্নবা হোৎনৈ। অদুবু খনফম খঙদে। নে তাবা, ঝাখল নুংঙাইনা লৈনবা মরমবু কদাইদনো? মমায় অমুক হাইগৎলকই। য়ুম্লোন মরি মঙা লাপ্পা লৈরিবা তোম্পোক্কী চেক্কী দলানগী য়ুমদুগী মতোন থংবা শরুক অদু উই। মচু কয়াগী রং শঙলবা য়ুমগী শরুক অদু নুমিদাংঝাইরম ওইরকপগী ঙাঙলৈনরপ তৌবা অতিয়ানা ফিবান ওইরি। অঙৌবা লৈচিল মফোল পাইবা মাল্লম্বা লৈচিল মচেৎ মচেৎশিং অদুসু নোংজাবী মচু ওল্লে। ফজে। য়ুমসি শেল কয়াম চঙলমগনি? চহী অনীমুকসিদা মনগ্রবা ইগী য়ুম অদুগী মহূৎ শিল্লকখিবনি। অঙকপদি নত্তে . . .। করিগী ঙক্লিংঙাই ওইবগে? পৎ তত্তুনা লৈরম্বদগী খঙহৌদনা জীপ কার তোংলকপা, য়ুম শাগৎলকপবু হৌজিক্কী মতমদা করিগী অঙকপা পোকদৌরিবনো? পোকফম খোক্তে।

মুহোরি ঝাখল মখা অমুক খন্নিংদে।

ঙসাই নুংথিল তোম্পোক্কু ফৈজোম পূময়াং ঙৌনা শেৎ চারগা ময়ূল্লোমদা চঙখিবনি। ফিরোয়রা উৎসবলা অমা চৎলম্বা য়াই। মঙোন্দা মখূৎ অনী লোন্নদুনা ঝাংনা থাংগৎলম্মী। লাপ্লপ। মখোঙদুসু হাইরপ কারল চনখি। মচীনবান নাকচীদা খজীক্তং নোক্লদুনা কৌরম্বনি। মুহোরি থৌশাখিদে। কদোমদগীনো খঙদে অমুক খংশাউ শাউনিংলকই।

মমীত্তা, শীংজং মচা য়েপ্পা, তপ নপ্পা খোঙগ্রাউগী নীং পোকেটতা নাউরি য়েপ্পা, মনগ্রবা শউনগী জেকেট মনুংদা খুগ্রী য়েপ্পা, পেটিগী মহূৎ জিপ্লো ফাবা তোম্পোক অদু উরকই। চহী নিফুমঙারোমগী মমাঙগী শক্তমদু অমুক হন্না মীৎমাঙদা চোংথোরকই।

" লৈকাইসিদা অফাওবা কনা লৈ? মঙক্তা শীংজংনা য়ানগেনে।" তোম্পোক্লি। সড়ক থুংনা য়ু ঙাওদুনা হাইনা চৎলি। অচৎ অওক লাপ্পা হন্দোক্লে। মতাইদা থৈদোক্লে। কিনা। মুহোরিদংদি থৈদোক্তে।

"কনানো লম্বীদা ফন্দুনা লাক্লিবা?"

"ঐনি।"

"ঐ হায়দি? ও! ভায় মুহোরিনিনা। মুক্লা যাত্রা, য়োৎ থাংগৎপা, মশা ফবা ভায় মুহোরি।"

মুহোরি শাউনিংই । অদুবু খুমদে । খল্লি - অমুক্তং শূপকোন কোল্লদি পূমতেক তেক্কনি । অদুবু মাঙ্গনীংদে । মাঙ্গদে ।

নাকচেক্লা য়েরম্মী -"লুমথৃগদি তৌবিরক্কনুকো । কিজে ।"

"কনা থৃগে ? অফাওবা কনা হাৎতোকউগে ?"

খুন্নমদে । সড়ক ময়ায়দা মশাদু হাইরদুনা লেপ্পুনা লৈহৌই । মুন্না য়েংলদুনা ।

মুহোরি কল্লম্বদগী অমুক হৌগৎলি । শূমাঙদা ঙাহৌ তুহৌ চৎলি । অমুকসু য়েংলুরি - তারমদাইগী নুমিৎকী মঙানদা লৈচিল মচেং মচেংশিংদা য়েবদা মচু মচুগী মঙাল কাপ্থোক্লবা নোংজাবীগী মরক্তা উরিবা তোম্পোক্কী য়ূম মতোন্দু ।

মুহোরি কোম্বোঙলোমদা থোরকই । কৈথেল মচা তম্না হাইগৎলি । দুকান্দা চঙই । য়োং, বিলামাটি থাংদোক থাংজিন, ওম্বোক ওনশিন তৌবা নুপা মচা অনীদু নত্তনা অতৈমত্তা লৈরমদে ।

"সনাতোম্বদি হল্লক্লিবরা ? "

"হল্লক্লি পাবুং । " নুপামচা অমনা খুন্নকই । অমখক্তং থারিবা তেবল চৌক্রিন্দু কম্বোক কম্বোক্লা ।

"কয়াম কুইরে চৎখিবদি ?"

"কুইরে ।"

মুহোরি হৌজিক্তমক খল্লকই - মহাকসু চৎপা য়াওদ্রিবা করিগীনো ? মচানুপানা য়াখিদে । মানা থোকপা অদুম তৌগে হায়খি । সনাতোম্বদু মরিলদি লৈবনি । নুপা থোকপদুনি মানা পাম্বসু । অদুনা মতোমতা থাখিবনি । হৌজিক ফাওবা হল্লক্তবসিদা অদুক খল্লকপনি চৎলম্নবদি হায়না ।

"ঙসি অগলবালনদি মালগকা থারকপ্রা ?" নুপামচা অনীদুদা ওনশিল্লগা হংই।

"বিলামাটি বেগ চনী থারম্মী । য়োক্তি ঙসি নীনি হুম্নি লৈরগা থারক্কে হায়।"

মখা তারুদ্রে । সৌকিদা ফমথে । দুকান দারি মনাক্তা য়োংলিনা পুন্দুনা থল্লিবা য়োংশিং অদুদা য়েংই । হান্নদগী মচি ইরেং লেঙদে । খল্লি - তপ্না তপ্না লোইজখিনিদা। আগরবালদু মবুক্তি ইনোয় নোয়না ব্রাকিং রেসতি ফবনি । ভেটেরানগী স্পোর্টসতা মহাক্লা ইতং তত্তনা সনাগী মেদল লৌবনি । মবুক্তু ইম্বেক্লগা মানা চৎপা খৃৎচংতো । মুহোরি খজীক্তং নোকখি । ইথা থাজদনা ।

নোংমা ভেটেরান স্পোর্টস এসোসিয়েসনগী ওফিসতা মখোয় অনীদং ফম্মিন্নখি। ইমুং মনুংগী ৱারী শান্নখি। অমত্তা পোকচবা মচানুপা সনাতোম্বনা সরকারগী থবক ফংদবগী । ইমুংগী অৱাবগী । লৈত লায়রগী । ৱারীদুগী ফলনা য়োং অমদি বিলামাটি শোংহন্দুনা

য়োলহনখি। থা মঙারোমতমক ঙায়রি। শেন্দোং খরদুনা ইমুং মনুংগী অম্নাবা কোকপা খরা খরা হৌরক্লবনি। আগরবালগী থাজবা সনাতোম্বনা মাঙহনখিদে। শান্নরোয় মশেলগী নুংশিনবা অমা মুহোরিনসু উখি। খল্লুরগা মপুক্লিং নুংশিরকই।

সড়ক্তা য়েংথোকখিবদা মশা তনান তনান লীচৈ অমগা তোম্পোক্লা হোটেল অমদা চঙখিবদু উরকই। চহী হুম্ফুতরা চঙলক্লবা মতম অসিদসু মায়থোঙদা মতম অমগী মীগী মকোক থুগাইগনবা, খুগ্রিনা শীংজঙনা য়ানগনবা, থাঙনা থিনগনবা তোম্পোক্কী মশক্তুমক্তুম্না মুহোরিনা উই। নীংশিংলকই - খূৎনেক্তা মীগীদমক্ মশানা য়াদবা নুপী হেক হেক ফাবিবগুম্না মশামক্কীসু ফাখি। নুপীদু সড়ক্তা মফি মরোল খঙদনা চেনখি। মমৈদা ক্লীং ক্লীং চেংনা চেংনা মখোয় মঙা তরক্লা জীপতা হাপকৎলগা কম্না থৌখি হায়নবদুসু মুহোরি নীংশিংলকই। ইবেমহল্দু মশক্তি ফজবনি। অদুবু শক্তু কুইখিদে। তোম্পোক্কী মচা মরি শুরবা মতমদনি অহল লমম্না হায়নদুনা মুহোরিনা লুহোংখিবদু। চহী ফনা য়াম্না হানখি মঙোন্দগী। অদুবু তোম্পোক ঙাওবা হনখিদে। বার শান্নফম, য়েন কাওনফম, লগাউ খাওফম, য়ু ফংফম - পূন্নমক মাগী অমনবা ইগী য়ূমদুদনি। করিগীনো ঐনা তোম্পোক্কী মরমদা অসুক য়াম্না খল্লিবা? অসুক কুইরবা মমাঙগী ঋাবু নীংশিংলিবা? ঐ মাগী মরমদা খনফম সূক্থোক থোক্তে। অদুবু মুহোরি অমুক খঙহৌদনা শাউনিংলকই। অশাওবা অমুক্কসু ফাথনবা হোৎনরকই।

"ইচানুপা অহলদু এম কোম লোইরগা দিল্লীদা দুকান ফমখরে। ইচানুপী য়ায়মদুনা মৌরিসস্তা ইমাক নুপাদুগা পূন্না লৈমিন্নরি। অতোনবদুনা রাজস্থানদা য়ুম কৈ শঙদুনা কাববার তৌরি।" সুনিল অগলবালনা হায়বনি। মুহোরি তুমিন্না তায়। সনাতোম্বদু ব্রগমক্তি চাদে, হেরোইন কাপ্তে, চুরুপ থক্তে, য়ু থক্তে। খবরদা শেংদোকপগী পাউদা মমিং য়াওখিদ্রি। মসি মঙায়। লমদমসিদা ফববু সি নংত্রনে? মথ্বায় নুংঙাইতবা, বা ঙাঙদবা, পঙউংদা উংবা অসিদি অনৌবা পাউ নত্তে। মতমসিগী লাইওংনি। উম, সনাতোম্বদু মুক্লা শানৌ য়াখিদে। য়োং থাংগৎলু হায়বসু য়াখিদে। আশা য়াম্না চাউখি। মহাক্কা লেংগা ওইনা হৌমিন্নরকখিবা তোম্পোক্কুগী মচানুপা অতোম্বদু মাঙখিবা চহী কয়াদি শুরে? তরাদি হেল্লেন্নগনি। ময়ূমদসু মরক মরক্তা লৈবা উনে। আর্মিনা পুলিসনা তেয়না থিরকখিবনি। ফাখিদে। মশাগী মচমক্তি। তোম্পোকসু মতম অমদা পুলিসনা কয়ারক থিখি। ফানবা হোৎনখি। অয়াম্বা মতমদা ফাবা ঙমখিদে। ফারবসু হেক্তা থাদোরকখিবনি। অদুবু মহৌশাগী শাজৎ অদুদি হোংখিদে। ইনেগা মাম্মগদু য়াম্না বাজখিবনি।

সনাতোম্বগী মখোল তাবদা মুহোরি অমুক মঙফাওনরকই। মচাদা হংই, "কমদৌরে?

উনরক্রবরা ?"

"উনরে। লাখ অমা হায়দু নিফুদা য়ানবা হোৎনবদা কয়া কুইনা ঙাঙনখরে।"

"নিফুদুফাওবা মীঙোন্দগী পৃবনি হায়দ্রা ?"

"হায়রল্লিবনে। মদুককা তাবিপোৎ নত্তে। পঙশাওদা শাউগৎলি। হাৎকনি তৃপকনি হায়দুনা নোংমৈও করিও . . .।"

মুহোরিদু অমুক খৎশ্‌উ শাউগৎলকই।

"হাৎলো হায় য়াদ্রা ? দুকান ফম্বসু কুইদ্রিবা . . .! হে হে ঐগা থেঙ্গাইনরমগদবনি শৃপত্রেক নাত্রেক তাগদবা . . . ।"

শাউনিংবা হেল্লি। চৌকিদগী হৌগৎলি। থোঙজীন ময়াদা চপ লেপ্তুনা অমুক হায়রকই, "ঐখোয় শিরো হিংলনু হায়বনিনে। আগরবালগী হিসাবতো ফজনা ইশিল্লুকো।"

পাউখুম ঙাইরমদনা থোকখি। সড়ক ময়াদা অমুক চপ লেপ্লি। তোম্পোক্লা চঙখিবা হোটেল অদুদা য়েংলুই, করিগীনো খঙদনা। য়ুমদা চৎলগে তৌবদা ভেটেরান এসোসিয়েসনগী মিতিং লৈবদু নীংশিংলকই। খাইরম্বনলোমদা হাইগৎলি। মখোঙনা ফনা শাংনা চৎলুরগা অমুক মমায় লয়দুনা ময়ুমদা হল্লকই।

নুমিদাংনি। সনাতোম্বা হল্লক্তি। হঙ্জিল্লকফম থোক্লবনি। দুকান্দি ঙসাইনা লোল্লল্লগনি। কোম্থোঙলোমদা অমুক থোরকই। সনাতোম্ববু থিবা নত্তে। মশাদু লৈতাফম ইখঙ খঙদে। শাউনিংবা ইফৌ-ফৌ য়াদে।

মশা হাইরপ ভৌরদুনা স্ত্রী মত্তাদুগা ঈশে অমা ঙংলদুনা তোম্পোক্লা মমুম হন্দখিবদু থাবল মঙালদা উই; ইথা থাজদনা অনীরকশুবা ওইনা মুহোরি নোকখি। অদুবু থংনবা মীংকুপ্তদি অমুক শাউনিংবা পোক্লকই। ময়ুমদা চঙলকই। শৃমাঙদা ঙাহৌ তুহৌ অমুক চৎলি।

"মতম ফৎত্রকানসিদা কদাইদা অমুক চৎলুরিনোনে ? " মচানুপানা চঙলকপদা হংই।

"মখোয় খরমুক লাক্লগা পৈশা হংলরিবা ?"

"করিনোনো হায়রিসিবো ?"

"ঙসাই লৌখিবশিং অদু মশক খঙদে। হয়েং ফাওবগী মনুংদা লাখ অমা পীগদবনি। পীদ্রগনা হংচিংতগী দুকান থোঙ হাংবা য়ারোই। হাংলদি বোম খঙলেদনা হায়রম্মী।"

হন্দক্তি মুহোরি খুম্মকখিদরে। অশাওবা পৃম্বা ফাথপ্রবা মীগুম। ইলেক্ট্রিকী মৈঙালনা পৃমঙাল ঙাল্লিবা তোম্পোককী য়ুমদু থাবলদা লেপ্তুনা মুহোরি মুন্না য়েংই।

# ঐগী নুপীনা যমরাজ ওল্লবদা



রাজামণি নোংথোম্বম

*রাজমণি নোংথোম্বা হিয়াংথাং মমাঙ লৈকাইদা খৃ: কুম ১৯৫০ গী মেগী তাং ৪ দা নোংথোম্বম ইবোমচা অমদি থম্বৌ দেবী অনীগী মপারি ওইনা তাইবংদা খোঙদারকখি । হৌজিক্তা মেঘালয়গী নাগরিক ওইদুনা ইউ সি সি, বড়াপাণী তা লৈরে । অইবা অসি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ অমদি ভারতিয়া দলিট সাহিত্য একাদেমি, মেঘালয়গী প্রসিদেন্টনি । অদুগা মলটি লিংগুয়েল রাইতরস ফোরম মেঘালয়গীনা ভাইস প্রসিদেন্ট ওইরি । আকাসবানি ইম্ফালগী শক্লাইবা শৈরেংবনি । সংস্থান কয়াগা মরি লৈনরিবা অইবা অসি হৌজিক হৌজিক ইয়ু সি সি, বড়াপানি, মেঘালয়গী মেনেজর (এদমিনিস্ত্রেসন) ওইরি ।*

*ফোঙথ্রবা ঈশৈগী লাইরিকশিংদি ১। ঈশৈ ময়েক (২০০৩), ২। নোংমদি লাক্লে ভীক্ষারি ওইনা (২০০৪), ৩। গোকুলগী অমুবা থাজা (২০০৪) ৪। লমদমসিনি মণিপুর (২০০৫) ; শৈরেংদা ১। বড়াপাণী ঈথত্তা (২০০৩), ২। খোঙুল লীবা (২০০৫) ৩। উমং লাইরেম্বীগী তেংথা (২০০৫) অমদি উপন্যাসতা হল্লকখিনি (২০০৬) নি । ফংথ্রবা মনা মথুমশিংদি বেষ্ট রাকর এৱার্দ (১৯৬৭) অমদি বাবা সাহেব ডা অম্বেদকার ফেল্লোসিপ এৱার্দ ২০০৬ নি ।*

.

ট্রেন তোংলগা চংপা খোঙচংনি । নিউ দিল্লিদগী গুবাহাটি তম্না হল্লকপনি । কোয়চেন চেন্দুনা থিরবা তুংদা কুঞ্জো মাগী ফম্ফম নম্বর ৭ অদু বোগী নম্বর ২৯৯০২ দা ফংলে । ট্রেন চংপা হৌরবদা ঙসাইদগী মীয়াম মরক্তা মাগী পোৎলুমদু শেন্নবদা রাজরবা কুঞ্জো তুমথখিবা খঙহৌদ্রে ।

খোঞ্জেল অমনা হৌদোকরকপদুদা ময়েক শেংনা লাউদুনা লৈরম্মী মাগী কম্পার্টমেন্দুদা, "চাই চাই . . . ।"

কুঞ্জো চা য়াম্না পামজবনি । অদুবু মথন্তা চা থকপদি নুংঙাইতবনিনা ফম্মিন্নরিবা নুপাদুগীসু য়াওনা চা অনী লৌরগা থকমিন্নরি । কুঁটা পাইজমা অঙৌবা শেৎপা নুপাসি মশা

য়াম্না নাম্লি। মমায় কোয়পাক্লে, মরাইবক্তা সিন্দুর পাক্তক্লা নম্মী। কুচু তৌজরবসু মায়থোঙদু ইমক মকশিনবগুম তৌই। য়েংবদদি ধর্ম্ম লৈবা, মবুক মপাউ য়াম্না ফবা তিন্নবদা নুংঙাইদৌ মানবা মীতানি। চা থক্লা থক্লা কুঞ্জোনা ব্বারী হৌদোক্লুই, "ভাইয়া মিং করি কৌবগে ? কদাই য়ৌবিদৌরিনো ?"

"রাজেস। দিল্লিদা থবক তৌদুনা লৈবনি। পটনাদগীনি। পটনা য়ৌগদবনি।"

"অঙাং কয়া শুরে ? ফেমিলিনা কমদৌরি ?"

ফেমিলি পল্লুবদুদা মায়থোঙদু হেন্না মকশিনখিবগুম তৌই।

"অঙাং অমতনি। মখা য়াওদৌ মান্দ্রে।"

"রাজেস ভায়গী ভাবিদু নুংশিনরগা লৌবরা নৎত্রগা হায়ন শীংনবরা ?"

"হায়ন শীংনবনি।"

"নখোয়গীদি অউনপোৎ লৌবগী চৎনবী হৌজিক ফাওবা চৎনরি হায়। ভাইয়াগীদি লৌখিবরা ?"

" লৌখি। লুপা লাখ অনী।"

"অদুদি, ভাইয়াদি সরকাবগী থবক তৌদ্রবসু লুপা লাখ অনীদুনা করবার তৌদুনা হৌদোক্লবা য়াবেনে।"

ব্বাহেসি হায়রব্বদা রাজেসতু কুঞ্জোদা মুন্না য়েংলগা ব্বাদি ঙাঙদনা মপি চদুম অনী অহুম শিম্বুরপদু উবদা কুঞ্জো ইচিং চিংনজরকই, মাগী ব্বাহৈদা কারন্নখিবা য়াওপ্ত্রবজাৎলা হায়না।

মখূৎ খুদোম্বীগা খূবীগনা মমীৎ অনীদগী তারক্লিবা পিদু তৈথোক্লগা মখা তারকই, "ভাইয়া, অউনপোৎ লৌরুবনা ঐগী পুন্সিসে কৈশুমশঙদা লৈবগা পাংখক ওইরে। হেক লুহোংলুবদগী নোংমতা ইমুংদা ঈঙনা চীক্লা পোখাদুনা লৈবা ফংলক্লে। মপান থোরক্লগা ভাইয়াখোয়গা ব্বারী ব্বাতায় শারগা খবা পোখাবসি মঙায়রে। দাউরি নুপীশিংসিনা নুপা ঐখোয়সে মমল পীদুনা লৈপ্ত্রবনি। অদুনা ঐখোয়না হৌজিক হিংলিবা পুন্সি মহিংসে মীনাইগী মহিংনি।"

অসিগুম্বা ব্বাহে মাগী মচীন্দগী তাগনি হায়বসি কুঞ্জো সুকখন খনখিদবনি। অদুবু ময়োল কংশিল্লবা উপালদুগী ব্বারীদু মনুং থীংনি খঙনীংলদুনা অমুক মখা লীথরকই :

ঐগী নুপীদু এম এ নি। মশক ফজে, ফিলম স্তারিং মাল্লি, কেবা য়ৌনা হৈ। অদুননি মথোই য়ৌনা কারিবা। থবক শূনিংদে, মব্বা মপুরোইবদা করম্বা শাজৎ চৎকনি হায়বা খঙদে। ভাইয়া নমৌ থিবদা অউনপোৎ পাম্নুকো। ঐনা হৌজিক হিংলিবসে শিবা ঙাইরিবনি।

ভাইয়া ঐ হৌজিক য়ূমদা হঞ্জিন্নীংদ্রে। হৌজিক ঐনা চৎকদৌরিবসি ইচল নুপীগী হায়না শীংনবগী মরমদা ব্বা তাননবা বাবানা কৌরকপদগী চৎলিবনি। চৎনবীগী মতুং ইন্না

ইচলনুপীদুগী বরদা পীগদৌরিবা লুপা লাখ খরদুগী মনুংদা ঐঙোন্দা শেনফম খরদি শোয়দনা আশা তৌরমগনি। অদুবু ঐগী নুপীনদি ঐঙোন্দা শিকি অমফাওবা শিন্নদবসিদা ঐনা করি খুন্নুদৌরিনো ঐ খঙদ্রে।

ঐনা তাঙবা শেল ঐগী নুপীনা লোইনা পায়শিনখি। পীদ্রগনা ইমুং মহী লাওবা। ঐগী নোংমগী চঙগদবা খরচতুদমক ঐগী খৃত্তা শিন্নে। মদুসু নিরকান্দতা। ঐগী য়ুমগী অহল লমনশিং লাকপদা খূ খূ কামদুনা লৈনিংদনবা হোৎনৈ। পৈশা লৌবা লাক্লিবরা ? লৈতে হেক্তা হন্স। ইমা বাবানা তানা তানা তাশিন্নদা শাদুনা মথ্বায় নুংঙাইতনা হনখি। ইচল নুপী লাক্লবসু মীনায়দৌনা শীজিন্নবী অদুগা অমুকসু ওইদবা কয়া শেমজিন শাজিন্দুনা মরাল য়ৌনা পীবী। পিশক পীক্লিভেদগী লোয়নরক্লবী ইচলগী মগুণদি ঐনা হেন্না খঙই অদুবু ব্রা ঙাঙলুবা য়াদে। অদুবু মাগী মপাম্লোমগী মী লাক্লবদি নোকপগা খেবগা কোয়না পুদুনা মনীং থুংহন্নবা হেক্তা মহোৎনে। ইমুং মনুং, নুপী অঙাংগা খৎনচৈনবসি ঐদি কয়া হৈনদবদুদা খঙদ উদ শাদুনা লেপ্লি।

ঙসি ঐনা লাক্লিবসিসু য়াম্না থবায় শোক্লা লাক্লিবনি। ঐনা মঙোন্দা পীশিনখিবা ঐগী থা থাগী শেনফমশিংদুদগী খরচ খরদং পীয়ু হায়রুবদা শাউশিন্নদুনা লুপা অমফাওবা পীরক্তে। মাসু খন্নবসিদা পুরকপা য়াবনি অদুবু ব্রাকায় শূরক্তুনা ইমুং মনুংগী ওইবা মরীদু তৎনগনি কিবদগী পুরক্লবনি।

কুঞ্জোনা মখা তানা হংলুই, "নুপীদুদি শেন খোকপা থবককা তৌব্রা ?"

"তৌরি। কম্পেনি অমদা দিজাইনিং সেক্সন্দা একজুক্যুতিভ ওইরি। য়ুমদা হিংচাবী ওইরসু মফি মরোল নান্না য়ুমদগী থোকপ্রগদি সড়কী লাইরেপ্পী হেক্তা ওনখি। মাগী বোসতুনসু য়াম্না য়াই হায়।"

"অদুদি কোক খাইনখিবা য়াদ্রো ?"

"হন্নবা লুপা লাখ অনী লৈত্রে।"

" জি পি এফ লৌথোকপা য়াদ্রো ?"

"মদুসু লুপা লীশীং য়াম্খে হেক ফারকপগা মানা হেক্তা লৌথোকখিদুনা লৈতে।"

সজেসন তৌনবা লম্বী ইরে মরৈরক্লবদুদা কুঞ্জোনা শাউরংনা শৎ হায়দোকখি "অদু য়ৌরক্লদি থোক হাত্তোকপ্রোদনা। নঙবু নুপা নৎত্রো?"

নুপাদুনা য়াম্না শূকথনা খুন্নকই, "ভাইয়া, মদুম তৌরুবদা ঐ থবক তৎলগা জেলদা লৈরনি। পীক্লিবা ইচাদুনা কনানা শেন্নবিহৌনি ? অদুনা ঐ নিপা খোকপা ঙমদবনিনে। অদুনা ঐনা হৌজিক হিংলিবসে নুপীদগী অডনপোৎ চাউনা লৌগে খনবা নিপাশিংগী মফমদা ষ্টেট্যুটরি ব্রানিং য়েল্লিবনি।"

# কনানা দান পীগনি

কব্রবম নীলকান্ত সিংহ



*কব্রবম নীলকান্ত সিংহ কব্রবম গৌড়মোহোন সিংহ অমদি তেনশুবম নিংথোল থম্বাল দেবীগী মচা অনীগী মনুংদা অতোনবা ওইনা খু: কুম১৯৫১ গী ফেব্রুয়ারীগী তাং ৭তা লম্ফিপুরগী শিঙ্গেরবোন্দ মনীং লৈকাইদা পোকই । হৌজিক হৌজিক অসামগী কছার ডিষ্ট্রিক্কী মোইনাববোন্দ, সিলচরদা লৈবি । অসাম, মেঘলয়া অমদি মণিপুরগী সাহিত্য অমদি কলচরগী সংস্থান ১৪ গা অচঙবা মেম্বর ওইবতা নত্তনা, হৌজিক হৌজিক মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, অসামগী জেনরেল সেক্রেটরী ওইরি । অসামগী মনুং হঞ্জিম্না লৈব্রবা মণিপুরী তাবা মফম খুদিং চত্তুনা মণিপুরী সাহিত্য চাওখৎহন্নবা কন্না হোৎনরি । ইক্লেনগী অচঙবা মেম্বরনি ।*

*হৌজিক ফাওবদা নোত্তেলদা: ঐদি লায়রু ৎচানি (১৯৮৬), শৈরেং লাইরিক তরেং:১। থম্খরে পিরাংলত্তল (১৯৯৩), ২। নীংঙমহৌম্রবা খোঙচং (২০০০), ৩। বরাক তুরেল তোরবান্দা (২০০২), ৪। মনীং তল্লে পৃথিসিদা (২০০৩), ৫। শান্তিগী লৈরাং (২০০৪), ৬। কন্না হিংগনি (২০০৫), ৭। ঐ অমুক পোক্লকই (২০০৬), ফুঙ্গা বারীদা :১। মণিপুরী ফুঙ্গা বারী (অহানবা শরুক) (২০০৬), ২। মণিপুরী ফুঙ্গা বারী (অনীশুবা শরুক )(২০০৭) ফোঙত্রে । হৌজিক ফাওবদা ডাক্তর অম্বেদকার ফেল্লোসিপ এবার্দ অমদি মহত্মা জ্যোটিবা ফুলে ফেল্লোসিপ এবার্দ ফংত্রে ।*

খংপ্রেক খংই মনেদু থোঙ্গাল্লোমদগী সুটকেস অমা য়াল্লগা চঙলক্লিবা ময়ানিপাদু উবদা ।

তুলসিবোং ব্রাই তৈরিবী মনেনা নুরাগা ঈশিং কোন্দুগা মরুমদা লৈশিল্লগা মথুৎ হামদোক হামদোক্লা হায়রকই, "করিনোনে নঙবু ! লাক্কনি খোংকনিক্কা অমতা খঙহন্দনা হুই অঙাওবদৌনা ফোঙ হেক্তা ফাওরক্লিসিবু ? ঙাইখো ঙাইখো, মৈ ওকখিগে ।"

ডাক্তর ইবুংহল এম এস তম্বা লোইদুনা মতম খরা গুৱাহাটি মেডিকেল কলেজদা পুরল্লগা শিলচর মেডিকেল কলেজদা নিউরো সরজরি দিপার্টমেন্টদা এসোসিয়েট প্রোফেসার ওইনা জোইন তৌবা লাকপনি । অদুবু নুমিৎ নীনিগুম্বগী মতম লৈরিবনিনা পোক্লফম মরমদম

লক্কিপুরদা লৈবা ময়ুমসিদা পোখানবা য়ৌশিল্লকপনি ।

ইমুং য়ৌনা চঙদ্রিঙৈদা মাগী সুট কেসতু হাংদোক্লগা অখন্নবা লৈরক্লবা ফিশিংদু মনে অমদি মাগী মামদা পীরগা খুরুম্লে ।

ঙসিগী অসিগুম্বা মীৎকৃপসিতবুনি মনে অমদি মাম্মনা মতম কুইনা ঙাইজরকপা । মমিত্তা ঈহৌরক্লিবা পিগী মরমসি করিগী ওইরমদৌ মাল্লি ? অদুবু মথম্মোইদা ফাওবিবশিংদু মচানদগী য়াহে ওইনদি থোক্লক্তে ।

মাম্মনা থেমজিল্লদুনা হায়রকই, " তম্ফা, ঙসিসে কপকদবা নুমিৎ নত্তে, নুংঙাইবা নুমিৎনিনে । নোক্কদবা । ঐখোয় অনীনা মতম কুইনা হোৎনজরকপগী নীংবা থুংবা নুমিৎসিদা করিগী মীৎলুদা পিরাং ?"

নুংগী অয়াবদু লোৎশিল্লগা নোক্লিংদনা নোকশিন্নরগা তম্ফানা খুম্লকই, " মাই মাম্মা, ঙসি ঐগী মীৎত্তগী তারক্লিবা পিসে অয়াবগী নত্তে, নুংঙাইবগীনিনে ।"

লয়গ্রিবা খূৎলয়দুদা ইবুংহল খৎচিং চিংনবা পোকত্রবসু হংলক্কদ্রা খনবা য়াহংদুমক্তি মখা তানা হংলকখিদ্রে ।

ইরু মায়থজরগা ফমুংদা লোংনা হীপ্লগা মওন মওন খল্লি, " ঐনা ঐগী ইমাদা ইনে অদুগা পাবদনা মাম্মা হায়দুনা ঙসি ফাওবা কৌরক্লি । মসিবু কমাইনা কৌপ্তিবজাৎনো ? মসিগী মতাংদা লৈকাইগী অহল লমনশিংদগী খঙগদবদুসু ঐদি পিশক পীক্লিঙৈদগী বোর্দিংদা অদুম লৈরগা লাইরিক তম্লকপনিনা করিসু খঙদে । মখোয়নীসিবু ঐগী অশেংবা ইমা ইপা নত্তবরনে ?"

অসুম্না করিসু লৈত্রবা য়াফম অমবু য়াম্না মরু ওইবা অমগুম্ লৌদুনা উংদুনা লৈরিঙৈদা মনেনা " চাক লোইরে, চারু লাক্লো " হায়না কৌরক্লে ।

চাক চানা চানা ইবুংহলনা হংলকই, " ইনে, ঙসিদি নচা য়াহং অমতা হংজগে। শেংনা পাউখুম্বীয়ু ।"

মনেনা ইচিং চিংননা হংলকই, " করি য়াহংনোনে ? নখোয় ডাক্তরগী করি করিনো ময়ামদুদি ঐনা খঙজপোত্তেদা ।"

" করিসু লৈবা নত্তেদা । ঙসি ফাওবদা ঐনা ইনেগা মাম্মগদা ইমা, পাবা হায়না কৌদদুনা ইনে মাম্মা হায়না কৌপ্তিসিবু করিগীনো ? পীক্লিঙৈদা মিংগৌ শেম্বীবা য়াদ্রো ? ইমান্নবশিংগী মমাঙদা ইকাইনে ।"

তম্ফা কোকচাওবী ফুং কারকখিবা খঙহৌদে । ইবুংহলদা মুম্না য়েংলগা লৈপ্রে।

থাংগৎলুরবা চাক চখোমদু থাদরগা মাগী মাম্মনা খুম্লকই, " য়াহংদুগী পাউখুমদু ননেনা পীবা ঙম্লরোই । নঙসে, মণিপুরদা ওংখিবী অমত্তা ঙায়রবী ঐগী ইচন্নুপীগী মচানি । ঙসিদি

ৱারীসি লীবা য়ারে ।" হায়রগা ওসিদগী চহী কুম্লামুক্কী মমাওগী হৌগ্রবা ৱারীদু নৌহৌননা নীংশিংলক্রে ।

"নওগী নপাবুংদো মণিপুরগী স্পিসিএল কন্ত্রেক্তরনি । নও পোকপগী নমানা ঈ নৌরিঙৈদা লালহৌবা কাওবু অমনা চাউরবা শেলগী দিমান্দ তৌরকখি হায় । মখোয়না হায়রকপা শেনকমদু খূদক্তা পীস্লিংঙাই লৈতদুনা শেল খোমজিন্দুনা তাশিনবা হোংনরিঙৈ খৌশাদে হায়দুনা নহা খরা লাক্লগা নমাগী মাওমক্তদা নপাবুংবু কাপ্তুনা হাংখি । মদুদা পাখংখিবদগী ঈ নৌরিবী নমাদো অদুম ৱাখল চোইরবী হায়দু ওইখি । মতুংদা মণিপুরদা লায়েংবা য়াবা য়েংদুনসু ফবা ওস্লক্লবদা নখুরাদুগা ঐগনা নমাবু দিল্লিগী এইম্সতা লায়েংনবা পুখি ।" হায়রগা মখা তাবা ওমদনা হীক হীক কপথোরক্লে ।

ইবুংহলনা ওাইংওমদনা মখা হংজিল্লি, "পুখি । অদুদগী কৈদৌরবা ?"

মাম্মদু চাক চাবগী মখূত্তু পূখমদুদা হামজিল্লনগা ৱারী মখা তাবা ওমদনা অদুম হৌগংলগা থোকপ্রে । ইবুংহলসু মখূং হামদোক্লগা মাগী মাম্মগী মতুং ইন্নদুনা ৱারী মখা তাবিনবা তক্লকই । অদুবু মাম্মদুনা মখা তারকউ হায়বা য়াদনা কপ্তুনা অদুম লৈখ্রে ।

প্রপ প্রপ তনহন হনজিলকপদা মনে তস্ফাদু চাকখুমদা, "হা লৈরিকতোন ! ঐখোয়বু নওগী ৱারীসে কমদৌনা লীয়ুগে ?" হায়না তেংথা নাওইদুনা লৈরম্লি ।

ইবুংহলসু মনেগী মনাক্তা চওলক্তুনা শুং শুং কপ্লগা মখা তানা হংলকই, " ইনে, অদুদগী ঐগী ইমাদো কৈদৌগ্রবগে ?"

মনেনা মাগী পাউখুম পীবীবগী মহূত্তা অদুম তেংথা নাওইদুনা লৈ ।

তত্তনা মতকশিল্লক্লবদা মনেদুনা মখা তারকই, "ইবুংঙো, নখুরাদুগা নওগী মাম্মগনা মীংকপ থোরকপদা নমাদো কদাইদা কমদৌনা কুমথহৌবনো, রেলগাড়ীগী কম্পার্টমেন্টদুদা লৈরমদ্রে হায় । খূদক্তা বোগীদুদা নত্তনা অতৈ বোগীদসু কোয়চেন চেন্দুনা থিবদা অদুম ফংখিদ্রে হায়দুনা কপ্লা কপ্লা হন্নরকই । অদুদগী ময়াম চত্তুনা রেলবে প্লেটফর্ম কয়াদা থিনরুরে । অদুবু অদুম ফংখিদ্রে । অদুদগী নওসে ইমিত্তা ইচা উবা ফংজদ্রবা নওগী মাম্মনা পুরক্তুনা ইচা শক্লা য়োক্লকখিবনি ।"

"ঐগী ইমাদো মফম খঙদনা অদুম মাঙগ্রবা ! ইনে, ইমাদুগী ফোটোককাদি থমজিল লাকশিলহৌবরা ? অমতংদা ওইরবসু পামগ্রেদা ।"

তাল্লক্লিবা দাবিদু মতম চারে খল্লবরা করিনো কোইথি থিরুরগা উপু মনুংদগী মিরাং থাংলবা এলবম অমা লৌথোক্লগা শিনবিরক্লবদা ওাইংওমদনা ফং ফং ফাক্তুনা য়েংলকই । মমানা লৈশারিঙৈগী মখল মথেলগী ফোটো ওাক্তনি । হায়রিবা ফোটোশিংসি য়েংলগা, মমাদুনা হৌজিক ফাওবা হিংলম্লগদি ওইরম্বা য়াবা শক্তম অমা ভাবনা শাগংলকপদা, চহী

মঙারোমগী মমাঙগী শক্তম অমা খঙনীং নীংশিংলক্লে ।

"ইবুংঙো, নঙ ঐগী ইচাদো উবরা ? ইচাদো ঐনা ডাক্তর তম্নবা হায়বদা মপাগী লমল খুমগনি হায়দুনা য়াখিদবনি ।"

থ্রী টাইয়রগী কম্পার্টমেন্টসিদা নুংঙাইনা তুমথরকপসিদা মণিপুরী মচেৎ অমফাও ঙাওনবা তাখিদ্রবা নোংচুপ বঙ্গগী জলপাইগুরি লাম্ছোরকপসিদা ইথা থাজদনা মণিপুরী নুপী অমগী খোঞ্জেল তারকপসিদা খংপ্রেক খংই ইবুংহল ।

নুপীদুনা ইবুংহলগী মায়োক্লবা সিটুদা তুম্লিবা মীওইদুগী সিটতুদা চম্নবা ফমজিল্লক্লগা মখোঙদু পায়রগা মখা অমুক তাথখি, " হৌজিক্তি নখোয়দৌনা চাউরম্লনিয়ে । ঐ মা থিরিবনে । চাক লাম্বনসু লোইরে । নঙগী করি করি য়াওরকই ? খিত্তা চাগেবা ?"

তুম্লিবা ময়াং নিপাদুনা নুপীদু মখোঙনা খংকাও কাওথরগা, "জাও জাও, পাগলি। জলদি জাউ ।" হায়দুনা মিনুংশি অমতা য়াওদনা তাম্হোকপিখি ।

মাপী মজাতি ওইবনরা করিনো ইবুংহলনা ফিজেৎ ফিগাই শেংপী, দেৎ চমোংনরবী অঙাওবীদু চিংখৎপিরগা মাগী খাওদু ফাক্লগা অচাপোং লৌথোক্লগা পীনবা তৌরিঙেদা, ঙসাইগী ময়াং নুপাদুনা হিন্দিদা হায়রকই, " ভাই, অসিগুম্বশিংসিদা মিনুংশি উৎলুবা য়াবা নত্তেনে । নঙবু ঙাওরবরো ? " হায়রগা থাম্বা নংহৌদনা অঙাওবীদু ইন ইন্দুনা কম্পার্টমেন্টদুদগী অদুম তাম্হোকম্রে । ইবুংহলসু ইকাই নুংশি য়ান্নদুনা অদুম লৈহৌরে ।

অদুবু হৌজিক মহাক্লা নুপীদু মমানি হায়বা খঙলক্লগসু কদাইদা কমদৌনা থিরুনি? লম্‌দা লৈখিবা মীদি থিবা লুদে অদুবু ত্রেন্দ মাঙখিবা মীদি ত্রেন অমদগী অমদা মথং মথং চৎখিদুনা পাক্লা থিবা ফংলরোই । নহানমখে অপোকপা মমা মপানি হায়দুনা লৈজরকখিবদুনা হৌজিক অশেংবা মমা মপা ওইরমদ্রবদা করিনো মানা খল্লমগদৌবা ? চৈনাগী মথক্তা অমুকসু হূ ।

ইবুংহল শিলচর মেডিকেল কলেজদা জোইন তৌদুনা নুংতিগী মথৌ তৌরে । থবক তৌনা তৌনা মশা চত্তুনা থিনবগী মতমদি ফংদ্রবনিনা মমাগী ফোটোশিংদু হাপ্লগা মদুবু ফংনবা থিরকপা মীওইদা লুপা লাখ মঙা পীগনি হায়না নেসনেল পেপর কয়াদা ফোঙম্রে ।

ইবুংহলগী চরাঙনরিবা মথাদু খরদা ওইরবসু ফাথনবা হায়দুনা মাগী মাম্মগা মনেগনা খন্নরগা, ময়নারবন্দগী ইকজেক্যুতিভ ইঞ্জিনিয়ার কালেনজাওগী মচানুপী এদভোকেট থোইবীগা হায়না শীংনদুনা লুংহোংনবা লেপ্লরে । ইবুংহল লুহোংবসি তশেংনা য়ানিংদ্রি

অদুবু মনেনা থেম নৌদুনা হঞ্জিন হঞ্জিন হায়জবদগী তঙায় ফদনা য়াদবা য়াদ্রে । খঙই, মনেনা শীল্লিবসি মহাক্কীদমক্তনি । হন্দক্কী মনেগী য়াথংসি ইলহৌদ্রবদি মাবু শেম্বী শাবিরকপগী লমল মপুন্সি চুপ্পা শিংবা ঙম্লোইদৌরি। অদুনা তঙায় ফদনা লুহোংবদা অয়াবা পীগ্রে ।

লুহোংবা নুমিৎনি । বার্ত্তোন ফংদুনা লুহোংবা য়াওবা লাকপশিংনা শুমাঙ মাঙ্গোল মীনা ফিঙৌ ফৌখ্রে । থোঙ্গাল্লোমদনা মমান্নবশিংগী গাড়ীশিংনা থৈনফম লৈতবমখে কিলোমিটরমুক শাংনা লেংখ্রি । মকে শেম্বা,বামোন্না শোঁনবা, ইমুং মনুংগী মীওইশিংগা ফোটো কাপমিন্নবা লোইশিল্লক্তুনা বর যত্রা তৌরম্মদাই য়ৌরক্লে । তাঙ্গাসিদা পুলিস খরগা মীওই খরগা মাঙ্গোলগী চুরি তাফমদুফাওবা চঙশিল্লক্লগা নিপা অমনা হায়রকই, "ডাক্তর সাহেব, হৌজিক ঐগী ফংফম থোক্লবা লুপা লাখ মঙাদু পীবিরো।"

তিল্লিবা ময়াম পূম্নমক্তু পূমঙক ঙক্লে । তঙক তঙক য়েংদুনা লৈনে । তাঙ্গাদুদা নিপাদুনা মখা তারকই, " ঐ হোজাইগী মীতে অমনি । ঙসিদগী চহী মরিমুক্কী মমাঙদা বিহারগী মুগল সরাইদা থেংনবদগী ঐনা পুরক্লগা ঐগী নাক্তা থমদুনা লৈমিন্নরকপনি । খবর অমনবা অমদা নহাক্কী এদভরতাইজদু থেংনবদগী পুলিসশিংসিগা খুদক্তা লাক্লিবসিনি।"

মাম্মনা ইঙক ঙক্লা হংলকই, " করিনো তাকপিরিবসিবু ? ঐখোয়দি জ্ঞান অমতা তাজদ্রে ।"

"মসিবু ডাক্তর ইবুংহলগী য়ুম নত্তবরো ?"

"মান্নি ।"

" থোঙ্গালদা খাল্লিবা পুলিসকী গাড়ীসিদা দাক্তরগী ইমাদো লৈহৌরে ।"

"হা !" হায়রল্লগা ডাক্তর ইবুংহল ফুক হৌগৎলগা থোঙ্গাল তম্না চেঞ্জোকখ্রে ।

ইবুংহলনা পুলিসকী গাড়ীগী মনাক য়ৌরকপদা, মহাক্লা নোংমা ত্রেন্দা থেংনখিবী নুপীদু করিসু মোঙ হাদনা তুমিন্না ফমদুনা লৈরম্লে । "ইমা, ইমা . . ." কৌদুনা চেনশিল্লগা মখোঙ পায়দুনা কপ্লগা লৈগ্রে ! অদুবু নুপীদুদি ইঙক ঙক্লা লৈরি ।

"ঐগী মিং কবিরাজ থোকচোম অমু সিংহ । ঐনা ঐগী খঙজবা হীদাক লাংথক শীজিন্নদুনা লায়েংবদা খরা মখেদি জ্ঞান তারে, পুরাদি নোরমেল ওইদ্রিবনি । মীরমদুদা মীতে নুপী অমনা অদুম্না লৈরম্বদুদা নুংঙাইতদুনা ঐনা মাবু থেল্লগা ঐগী য়ুমদা পুরকখিবনি।"

চহী কুম্ভামুক মাঙলুরবী মচম্নুপীদু ইথা থাজদনা মেজিক্তুম্না মমাঙমক্তদা মমিৎমক্লা উরবদুদা মনেগা মাম্মগদু ও খোংদুনা কপখ্রে । ইবুংহলগী মমাদুসু ঙসি মচাগী লুহোংবা নুমিৎনি খঙলক্লবা মীকুপুদা মথম্মোইদু নৌথরক্লবরা করিনো খাম্বা য়াদনা কপখৎলক্লে ।

ইবুংহলনা মাগী কাদা প্রপ প্রপ চঙলুরগা বেঙ্ককী চেক বুক অমা লৌথোক্লরগা লুপা লাখ মঙা ইরগা মমাবু পুরক্লিবা মীওইদুদা শিন্নরগা থাদোকখ্রে । তাঙ্গাদুদা অরাংফম্না মাগী মাম্মদা তপ্পা হংলকই, "অদুদি ইবুংঙো, ঙসিগী লুহোংবগী দানসি কনানা য়াগনি ?"

মাগী মাম্মনা খুন্নকই, " হৌজিক্তী মমা লাক্লবনিনা মমানা য়াফম থোক্তবরা ?"
মমানা অমুক থত্তুনা খুন্নকই, "ইচাবু মী ওইনবা শেম্বীরক্লিবা মনেনা দাশ য়াগদবনি।"
"নত্তে নত্তে, অশেংবা মমানা।"
"নত্তে নত্তে, মনেনা।"

# চৈথেং অমা



কেশো সিংহ ইরেংবা

*কেশো সিংহ ইরেংবা খৃষ্টকী কুম ১৯৫১ গী ওক্তোবরগী তাং ৬ তা ইরেংবম নিংথেমতোন সিংহ অমদি মৈন্নাম নিঙোল ইরেংবম ওংবী কেতুকী দেবী অনীগী মপারি ওইনা অবাং পোংশংবম খুনৌদা পোকখি। দি এম কোলেজদগী বি এ পাস তৌরবা তুংদা সেরিকলচর দিপার্টমেন্টদা সেনিয়ার একাউন্টেন্ট ওইনা থবক তৌরি। অমদি রেদিও, তি ভিগী শৈরেংবা, পাউচেগী কলাম্নিষ্ট ওই। অইবসিনা শম্নরিবা সংস্থানশিংদি কলচরেল ফোরম, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইমাখোল নি। অইবসিগী হৌজিক ফাওবদা থোঙখ্রবা শৈরেংগী লাইরিকশিংদুদি ১। চেক্লুরকপা শৈরেংগী ইচেল (২০০২) অমদি ২। ইমাগী খোল্লেল (২০০৪) নি। ফংখ্রবা মনা মথুমশিংদি ১। ডা বি আর অম্বেদকার নেসনেল ফেল্লোসিপ এবার্দ, ২। মহাত্মা জ্যোতিবা ফুলে ফেল্লোসিপ এবার্দ, ৩। নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিনা পীবা সাইতেসন অমদি ভারত জ্যোতি ফেল্লোসিপ এবার্দ অমদি ৪। চন্দ্রশখি লাইশ্রম চুমথাঙ সাহিত্য মনা নি।*

যাদু হৈবা যাদুমণিগী নুপী মায়া হৈবী, মমিংসু মায়া, শক্তা মিংগা চপ হেক চানবা মীওই ঙাক্তনি। নাইতোম তাঙনা পোকচবী ময়ানি। সরকারগী থবক তৌই। মশক মন্তৌ চখোল্লি। লুপ্লাবী শামু লোইবীগী মচানুপীনি। ময়াগী মমানসু মাগী হায়ববু মচানুপীদুনা পুন্নোই লোইরবনিনা অথাকপা থমদনা পীথোক্লে। করি ময়াবু হৈবনো ময়াগী মঙালনা ইমুংদুতা ঙানবা নত্তনা লৈকাই লান্না মঙাল ফূদোংলে। ইমুংদুগী ব্বারন্দা মায়থোঙ কেকু লোংখ্রে। মোমোন মায়থোঙ উৎলক্লে।

যদুমণিগী হান্নগী ময়ুমদো খাংপোক্লি। অদুবু ঙসিদি ময়ানা লক্ষ্মী ওইনা হেক লেঙশিল্লকপদগী ইমুংদো কোনুং ওনখ্রে। অব্বাংপ্পা লৈতে। চাকশঙ, ঈরুজফম কা, মঅমাংশঙ, ঈশিং তেক্কিনচিংবা য়াওনা মার্বল নপুনা মওং তানা শারে। মারুতি কার,

ভান, ষ্মৃতর খোঙনেৎনরে, অমতা ব্বাৎত্রে। সনাগী খোনি লনগী ঈফূৎ ইমুংদুদা লৈরে।

অদুবু ঈশ্বরগী নোংদম অঙকপনি। ফনা কুইনা লৈরক্লে। ময়াগী মমীৎতা ওন পূম্ন মক্তগী অথোইবা লন ওইগদৌরিবা মচা অমা ফাওবা উজবা ফংগ্রি। মশূগী অপাম্বা পোক্লবা মনেম ওইবীদুসু মরোল লোনবা হৌরক্লে। মশূ ফংনবা হায়দুনা ডাক্তর, মাইবা মাইবী তান্নবা য়াবা তান্নরে। ঈশ্বরনা করি তক্লিগবা! চহী তরামুক্কী মতুংদা মশা ব্বাই শংলক্লে। মমা ওইগদৌরে হায়না ডাক্তবনা ময়েক শেংনা হায়বক্লে। অঙাং পামম্রবা ইমুংদুদা অঙাং অমা লৈগদৌরে। ইমুংদুগী মীপূম খূদিংমক্ হরাওবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। মরকসিদা ময়াবু খ্বাইদগী হেন্না লুনা তৌজবা মকুবোক্তু লৈখিদ্রে।

থা অনী শুবকপগীদুদা নোংমা, ইখঙ খঙহৌদনা ইমুংগী মীশিংনা মাগী মাগী থবক চংতোক্লখিবা মতমদা মায়া ঈ হাথরক্লে। থুনা য়াঙনা হোসপিতালদা পুখৎলে। হোসপিতাল হেক য়ৌবগা ডাক্তরনা অরুবা কেসনি হায়দুনা খূদক্তা ওপরেসন তৌরে। ওম্বোকপনি, মীনা নীংবনা অমা, লাইনা তম্বনা অমা, নহানমখৈ মীরোল্লক্লিবা অঙাং অদু ওভিদক্ট হায়নসু খঙনবা ফেল্লোপিয়ান ট্যুবতুদা মফম লান্না মীরোনবা ওইরমদুনা অঙাংদুনা চাউখৎলক্লবদা ট্যুবতু কায়বকপদগী ঈ হাথরকপনি হায়না ডাক্তরনা হায়। ময়াদি ওপরেসন্দুদা হিংলে অদুবু লাইবক থীবদি ফিভম্না য়াদদুনা অঙাংখোউদু লৌথোকপ্রে। ওপরেসন্দি মায় পাক্লে অদুবু অনাবদি শিরে হায়বদুকা চপ মান্নরে। অপাম্বদু তাখিদ্রে।

ওপরেসন্দা অঙাংখাউ লৌথোকপ্রবনা মচা পামজবী ময়া মমীত্তা মচা কৌবদু ফংউ হায়না তম্লমদ্রে। ওম্বোকপা মরাইবক্লি। নহান মপোক্তা মানা মচা কয়া য়াম্না মীবায়রুদুনা, করি পাপ লঙজরুদুনা, ঈশ্বর মানা করিগী মচা অসুক পামজবী মাগী মফমদা হন্দক মপোক্তা মচা ফংহনবিদ্রিবনো? ঈশ্বরবু নিন্দা তৌদুনা মথ্বায় নুংঙাইতনা লৈম্রে।

ওপরেসন মতুংদদি, মনেমদুসু যাদুমণিদা ফোংনা হায়রক্লে, "ইমাগী ইবুংঙো যাদুমণি! ঐখোয়গী শাগৈসে মূৎপা তারে। লক্ষ্মীগুম্বী ওইদুনসু ইশূ হায়বদুগী আশা লৈত্রবী ইমৌনুপীসি অসুম লাৎপনদি ওইবা য়ারোই। সনা লুপানা ইশূগী অপাম্বা মহূৎ শিনবা য়ারোই। ইশূ ফংনবা ইমৌ অমা ঐনা হায়না শীংনরে। মদু নঙগী অয়াবতা ঙায়রবনি। হৌজিক্তি ধারা মূত্তনবা নঙ নতিন য়োৎথরগা খম্বৌ।"

মৈবু ফিনা কূপ্তুনা থম্বা কয়াম কুইনা য়াগনি? মৈরী খোরক্লে। মৈ চাকপা উরক্লে। নহানমখৈ লোৎলম্বা অরোনবা কেকু ফোঙ লাউনা ফোঙলরে। নুপী অতোনবী পুশিল্লক্লে। তাঙাদুদা যাদুমণিনা পুরক্লিবা মৌ অনৌবীদু নুপী অনী চঙদুনা পুশিল্লক্লগা লাইনিংথৌ সনামহী খুরুমহল্লরে। মতাংদুদা ময়াসু লাইনিংথৌ সনামহী অম্না চঙশিল্লক্তে। তুংথা মাঙদা খুরুম্মীম্নরে। খুরুম্বগী ব্বাখলোন্দি মান্নদে, অমনা চঙসকপগীনি অদুগা অমনা খোকখিবগীনি। নুপী অতোম্বী

পুশিন্নরবনিনা মহাক অমুক য়ুমদুন্দা লৈরম্বগী মথৌ তাদ্রে । তেলিফোন তৌদুনা মপামদা খঙহন্দ্রে । লোক অমদা কৈ অনী কৃনমিন্নবা য়াররোই হায়দুনা ময়াগী অহল লমন্না গাড়ী পুরক্লুনা মায়াবু অউনপোৎশিংদুগা লোয়ননা পুখরে । অসুম্না মখোয় অনীগী কায়নবা হায়বদো ওইদ্রে।

নীংথিরবী পূর্ণিমাগী থাজদু হৌজিক্তি অমুবা নোং মতুম অমনা ঈখঙ খঙহৌদনা খুমজিনগ্রে । মঙাল থোখিদে । মায়া করিদনো অমা ইবাক্তা হ্বাৎলে । মেনিশিনবা ইয়া য়াদে । থম্মোইগী অপাম্বা অমা কদায়দনো খংমাঙ মাঙখি । শকউদবা অমনা কপ্লবতা শীনবগুম্ তৌই । মীওইবনা আশাগী পান্থীদা য়েক্লুনা হিংনবনি । অদুবু আশা য়াওদ্রবা মায়া ঙসিদি থবায় য়াওদ্রবা হকচাংগা পাংখক ওইরে । হৌজিক্তা খঙলক্রে মদুদি যাদুমণিনা ঠিকা তৌরিবনি হায়দুনা মঙোন্দগীতা নত্তনা মমা লুখ্রাবীদুন্দগীসু লৌকিবা শেলয়ামদুগী শীজিন্নফম । মদুগী শেলফমদুম নৎলমদ্রবদি মনাউনুপীদুনা মাগী মফমদা য়েংনা লাক্লগ্রোই ।

নুপী অতোপ্পীগা যাদুমণিগা নুংশিননবা লৈবাগী পাউ তারিমখে মাগী থম্মোই কায়বা হেল্লকই । থবক ইনখাংদা লৃপ্লিঙৈ ঙাইহাক শাফেদো । মীগী মতে মনাও কেনবা উবা য়াদে । থুংনবা মায়থোঙ উরগা মৈচাক হেল্লি । মদোম চীক্লা ফম্নবা, নীংশিংবৈ মথৌ লাক্লবা, হৌজ থেংখাঙ কয়ারক শৌজিনবা য়দানা কায়গ্রবা মথম্মোইনা হেক্তা নীংশিংদুনা কপ্লি । মালেমসিদা হিংদুনা লৈবদা মাগী করিসু নুংঙাইফম লৈশিল্লক্তরে । শিংনীংব মী তাঙই অদুবু অশিববু খুৎলাম তোয়না কৌদুনা কপ্লক্লে, " হে অশিবা ! লৌশিনবিরো ঐবুসু নঙনা । নোক্লচুবা তাইবং মীরকসিদা শিনা শিনা হিংগদবগী শরুকপুদি ঐ ঙসিদি তশেংনা শিবা হায়বদু পাল্লে।"

খোঞ্জেলদুকী খোঙ্গুল লীরকপদা মমানা মনাক্তা লেপ্তুনা পিরোইননা য়েংদুনা লৈরম্লে । পিরাংনা চোৎলবী মায়থোঙ থাজদো তপ্লা তপ্লা মপ তৈথোকপিরদুনা হায়রকই, " ইমাগী ইবেম্মা নঙনা তৌরিবা মতৌসিবু করিনো ? হৌপ্লবদি হৌগ্রে । কপ্তুনতা লৈবদি ফত্তে । কাউথোকপা ঙম্বা হায়বসিসু মকান্নবনিদা । নশা শোকহল্লগা কনাগী মাঙজবনো ? কান্নদে ইবেম্মা, লাকওনে নঙবু ইমুংদা চঙলসি ।"

মমাদুসু বা ঙাঙবা থোকখিদরে । ফুনগৎলক্লে । মচানুপীবু থেম্বী চঙলক্লিবী মমাদুনদুম থোইনা হেন্না কপশিল্লরে । অচাকপা মৈদা ঘীদুম হৈজিল্লরে । পিরাং মচীৎ খাক্তনা মচাগী নুংঙাইতবদুদা মমাসু মচাবু চেংনা কোন্দুনা কপমিন্নগ্রে ।

তৌগে মতাঙুম, নুপাদুগী মমাঙদা মারুটি কার অমা লৈরগা তোংথোকই । অদুবু তোংমিন্নবা খোয়দাজবা মা য়াওদবা কারদু অরেম্বা তারে। সনা লুপা কার শেল ময়াম পুথোক্লুনা য়েংলবসু নুংঙাইফম খঙদে । অপেনবা হায়বদু খক ফাওদ্রে । থম্মোই য়াওবা নত্তবনিনা সনা লুপা শেল থুম্না শিনবা ঙমদবা অপাম্বা অদুদি ফংখিদ্রে ।

নুপী অতোপ্পীদু মচানিপা অমা পোক্লুনা য়াম্না নুংঙাইনা লৈরে হায়বা তাবদা মায়াসু কল্লক মাওদা চাং তাবা য়াদে, মচা অমদি ময়োক্লগে হায়দুনা অঙাং অমা কোইথি থিরে। ঈশ্বরগী নোংদমদগী অঙাং নিপা অমা মমাগী গর্ভদগী হেক তারকপগা ময়াদা মচা ওইনা য়োকচরো হায়দুনা পীবিরক্লে। অদুবু ব্রাফমদুদি কনামত্তদা খঙহনবা য়াদে হায়না য়ানরে। অসুম্না মায়ানা মৈনীং কৃমদুনা মের্ততিতি লিব লৌদুনা মচা ওইনা য়োক্লে। নুমিৎ তরক্লি শুবদা যষ্টি চাউনা শোল্লে। চহী খুদিংগী মপোক নুমিৎ পালন তৌদুনা মচাবু অসুক্লী মতীক লুনা চান্না য়োকচরে। মায়া মোমোন্নদুনতা লৈখ্রে।

মহে মশিং তপ্পা হৌনবগী মতমদু য়ৌরক্লুনা ময়ানা মচাদু মনাক নকপা প্রাইভেট স্কুল অমদা পুরগা মিং চনবিবা লাক্লে।

প্রিন্সিপালনা হংলকই, "মেদাম, অঙাংগী মিংসিবু ?"

ময়ানা খুম্মী, "সনামতুম।"

" য়ুম্মাক অমদি অপোকপগী মিং ?"

হন্দক্কী ব্রাহংসিগী পাউখুমদি খুম্বা ঙমদরে। শাউরংননা হায়রক্লে, "ঐ অঙাংসিগী মমানি। মপাগী মিং দরকার লৈতে। মিদুতা চনবিয়ু।"

"অদো মেদাম, মশাগী অশেংবা য়ুম্মাক অমদি মপাগী মমিং হায়দ্রদি ঐগী স্কুলসিতা নত্তনা অতৈ স্কুলদা মিং চনবদি য়ারোইকো।"

ব্রাফমদুনা ময়াগী মকোক্তা ওৎপা হৌরকই, "য়ুম্মাক শাগৈসি করি হায়গনি ? মৈস্নাম ? মৈস্নামদি ঐগী ইপাগী শাগৈনি। সনসম হায়বদি ? মদু ঐগী ইচীনসিনা শূকপন পন্নীংদ্রে। অদুদি মপাগী মিং কনা হায়গনি ? সনসম যদুমণিগী মচা ? মদু ওইথোকপা শূকয়া য়ারোই। মাদি . . . । অদুদি কনা হায়গনি ?"

ব্রাহংশিংসিগী পাউখুম থিরকপদা তূম্বা চাবা চঙদরে। ব্রাথল লৈতাদরে। ঈশিংদা ঈরাক্লদুনা তাউথরিঙৈদা অচৌবা ঈরৈ অমা অমুক থেংনররে। য়েংবা য়াবা য়েংলে। তানবা য়াবা ডাক্তর তানরে। ওফিস কাবা ব্রারক্লুনা মরক মরক্তা ছুতি লৌদুনা লায়েংলে। ডাক্তনা কৃপ্না তেষ্ট তৌদুনা য়েংবদা খঙলে মদদি মহাক ঐচ আই ভি পোজিতিপ ওইবতা নত্তনা এইদসনা নারে।

ফিভমসি য়ৌরক্লবদা তঙাই ফদনা যদুমণি ময়াগী অনাবা হংবা লাকখি। অদুবু ময়ানা মনাক্তা চঙহনখিদে। কিরকপদগী, মতম খরা য়ুম্বান্নিম্নরম্বা যদুমনি মশাগী ঈ তেস্ত তৌদুনা য়েংই। অদুবু মঙোন্দদি করিসু তৌরমদ্রে। অদুদি ময়ানা পোজিতিভ ওইরিবসি মখোয়নী কায়নপ্রবা তুংদা ময়ানা ওক্তবী ওইরুবা নৎত্রগা দ্রগ কাপ্নদগী নত্তনা করি মরম লৈরি ? অদুনা ময়াবু যদুমণিগী মফমদগী য়াম্না লাপ্না ইস্থোকপ্রে। মরমদি অফবা লমচৎতি অফবা

হীদাক্নি । মদুনা পুন্সি শাংহল্লি । ফম্ভবা লমচৎনা হূনি । মদুনা পুন্সিবু লোইশিল্লি ।

ময়া, লায়নাসিনা নথিবসিগী মরম থিগৎলুবদা মরমদু লায়না ফংলে । মদুদি মহাক ঈ হাথদুনা ওপরেসন তৌখিবদুদা ঈ পীরন্নিবা মীওই অনীদুগী মরী মখোঙ লীদুনা থিরুবা মতমদা অমদি এইদসনা নাবা মীওই অমা ওইরম্লে । হায়রিবা নহা অদু হন্দক্তা এইদসনা নাদুনা শিগ্রে হায়বা খঙলে ।

মীওইবগী পুন্সি করিসু ওইদে । মমল য়ামগ্রবা পুন্সি অসি পীরুবা য়েত্তুম অমথক্না থিন্দুনা হূ মরিক অমত্তং কাপশিনখিবদা মীওইবগী পুন্সি লোইশিনবা য়াই । মশাদা চঙগ্রবা হূ অদুদি ওথোকপসু য়াররোই । হা ঈশ্বর ! অঙকপনি নঙগী নোংদম, নঙগী খূজিল থৌরাং । খূদক্তুদা ঈ কাপত্রে শিগদৌরিবা । ঈদু কাপ্তুনা মতম খরা হিংলম্লগসু অমুক এইদসনা শিবা তাখিবা । খোঙকাপ অমা শোয়বদা মরাল করিসু লৈজদ্রবা মীচম অমবু এইদসকী খয়াক্তা পুন্সি লোমহনবা তারেদকো । নঙগী খূজিল থৌরাংসে অঙকপনিদকো হে তাইবং মপু !

ময়া কন্না নাশিল্লক্লে । হীদাক থাবদা নূংদা ঈশিং চাইবগা মান্নগ্রে । ফগৎলকপা লৈতে । অশিবনা মহাকপুদি কোয়শেন শেন্নদুনা লৈরে । মহাক্না লুনা তৌজবা মচানুপা মপৃঙ ফাদ্রিবদো থাদোক্লগা মহাকী অরোইবা শ্বর হোনখরে ।

অশিবগী মথৌ মগুম য়াওননবা লাকপদা যাদুমরিনা অঙাংদু থেংনখি । মদুদা অঙাংদুগী মখৌরিদা য়াম্বরিবা আইদেন্টিটি কার্দতুদা পাদুনা য়েংলুবদা অঙাংদুগী মপাগী মমিং ওইনা মাগী মমিং ইদুনা লৈরম্লে । মশাদু পিং লাউবা অমা ফাওখি । লবাই শাংখি । মাগী মতম অমগী নুপী ওইনা লৈমিন্নরম্বী ময়ানা লৈখিদবদুনে খল্লুরগা মথম্মোইদো বোমদৌনা দং লাউনা পোখায়রক্লে। খঙহৌদনা মথম্মোইদা অকনবা চৈথেং অমা পীরকখি । খাঙবা ঙল্লক্তদুনা ও-খোংনা কপথোরক্লে।

মতমদুদা মাগী লৈমিন্নরিবী নুপীনা মশা নোমদুনা হৌদোরকখি, " মোয়'বা ! মোয়'বা ! তারবরো ? কৈদৌরগে নমঙদা অদুক কন্না কপ্লিবদুবো ? সে নশাদো অমুক্তা য়াওল্লো ।"

# হূকহৌদ্রবা লৈ পরেং

ডা কে ঐচ সরোজিনি দেবী

*ডাক্তর খুমন্নম সরোজিনি খৃষ্ট কুম ১৯৫১ দা পোকই। হৌজিক হৌজিক মণিপুর সরকারগী আর্ট এন্দ কলচরগী দাইরেক্তর ওইরি। মেজোরখুল এম এল এ কাটরসতা লৈ। ফোঙলবা লাইরিকশিংদি টি লাইন লান্দা নরসিংহ ২। অরিবা পোৎশিং দীশিনবগী য়ারম অমদি ৩। লাইশংগী ভূটনাচিংবনি।*

দিল্লিগী ইন্দিরা গান্ধী ইন্টরনেসনেল এয়ারপোর্টনি। এরাইভেল এরোপ্লেনগী কূমথরকপা যাত্রিক ময়াম থোরকফমনি। অঙৌবা ফিগী ফেষ্টুন অমা নিপা অনীনা পায়দুনা লেপ্লি। ফেষ্টুন্দুদা থারি "Welcome to Madam Nita, Hon'ble Minister, Women & Social Welfare, Govt. of Manipur"। ফেষ্টুন পায়রিবশিংদুগী মনাক্তা পায়জমা কুর্ত্তা লিংপা মীয়াম অমা, মীতৈ ফনেক, শারি মতেক ইনবী কয়া, মন্ত্রী নুপীদুবু স্বগদগী লক্ষ্মী লাইরেম্বীনা কূমথরক্লগা য়েনগদবা মাইঙৌবী শেনয়াম খূনগদবগী ঙাইবগা চপ মান্ননা ঙাইরি। ঙাইরিবা মীয়ামদুগী মরক্তা খরা অমনা অপীকপা চেগী ফেষ্টুন অমদা ইরি, "Welcome to Guru Nripen Singh, Padmabibhusan" অচুম্বমক দিল্লিদা খরা চাউতক শীনগদবা মণিপুরীশিংগী প্রোগ্রাম অমনি হায়বদি খঙনরে। লাকদৌরিবা শক্লাইরবা শক্লাইরবী অনীদু করি তৌগদৌরিবনো হায়বা করিসু খঙ্ঙল্লোই। দিল্লি মণিপুরী সংস্থান্না কলা অমসুং সংস্কৃতিগী প্রোগ্রাম অমা শীনগদৌরি হায়দুনা তোঙান তোঙান্না কৌরকখিবনি।

এয়ারক্রাফ্ট অমতদগী চপ মান্ননা থুংমিন্নরগদবা মরু ওইবা মীশক অনীদু থুংলরে ইম্ফাল দিল্লি ফ্লাইটতগী। মেদাম নিতা ইচম চম্মী। পিশক পীক্লিঙৈদগী অচম্বা ফিজোল, অচম্বা পুন্নিদা লেল্লকপগা লোয়নবা হিংনবগী লানফমদা অসুক্কী মতীক পিদোন্না হৌরকখিবনি। এরোপ্লেনদগী কূমথরকপগা মাবু ঙাইরম্বা ময়াম্না লৈগী মপুন পীবদু ওক্লগা সরকারগী কারদা

কাখত্তুনা দিল্লিগী মণিপুর ভবন পাংনা চংখ্রে । মহাক্কী কায়গী মতুংদা প্রোগ্রাম শীল্লিবা মীয়াম অমসু ইল্লখি । চৈরকসিদা, গুরু নৃপেনবু ঙাইরিবা অতোপ্পা মীওই খরনা গুরুবু মশাগী দিল্লিগী লৈফম ক্রেটতা পুরকই । গুরুসিগীসু য়েংশিন্নবা মীওই খরা অদুম মতুং ইন্নরি ।

প্রোগ্রামদু নুমিৎতুগী নুমিদাং পুং ৭ তা হৌগদবনি । নীংখিরবা দিল্লিগী ফজনা লৈতেংলবা কমিটিগী হোলনি । কালেনগী অশাবা কাওদ্রবা এয়ার কন্দিসনগী হোলনি। পুং মঙাদগী হৌনা প্রোগ্রাম শীল্লি লাঙলিবা কাঙবুনা হোলদু পুমথন থনখ্রে । অচুম্বমক অথোইবা মীথুং অমদি থৌরমগী মপু ওইগদবা অনীদুদি মশা মশাগী চিঞ্জবা থবক্তা থৌওইনা দিল্লি তান্না লাক্লিবা প্রোগ্রামদা য়াওরিবা বার্তন্দু মখুম কাওবা হাংনরুদে । মখোয়দি প্রোগ্রাম নুংথিল পুং ৭ তা হৌগদবনি অসিতনি খঙনরিবা ।

লাক্লে চীংলেম্না প্রোগ্রাম হোলদা । ওজা নৃপেন চহী হুম্ফুগী মথক ওইরবসু মশক ফজবা মীওইনিনা অদুম্মক ফজরি, অসুক্কী মতীক চীং লেপ্লি । ফিজোলসু অশৌবদা মপাল অঙাঙবনা দাড়ী চংপা কৈজোম্না লৈতেংলি । শীৎলিবা সনা মচুগী মুগাগী পুময়াৎ অদুনা অমুক্কা হেন্না ফজহল্লি ওজাবু । চুং কিরাল চপ চাম্ম ওজানি । মশাগী অরাংবসু কুট মঙাগা ইক্কি নিপাননি । ঙকশমদা মুগাগী অশৌবা মফলয় মচা অমসু চাউয়েং য়েংলি । শকনায়রবা ওজাবু উবা মীওই খৃদিংনা ওজাবু ইকাই খুম্নে । শীনলি লাঙলিবা কাঙবুনা ওজাবু য়াম্না ইকাই খুম্ননা ওক্লি ।

হাথু হাথু লেপ্তলক্লে ইকাই খুম্ননিংঙাই ওইরবী মন্ত্রী ইবেম্মা নিতা দেবী । প্রোগ্রাম হোলদা হেক লেঙশিল্লকপগা প্রোগ্রাম শীল্লিবা কাঙবুনা দাইজদা কৌখৎখ্রে অথোইবা অতিথি অমদি থৌরম মপুবু । ফম্মিন্নখ্রে অনীদো মতম শাংনা উনরুদ্রবা তুংদা চহী কুম্লাগী তুংদা । ইঙক ঙক্রে অনীদো, করম হায়না, করি হায়না কৌনগনি ফাওবা কাউনবগুম তৌরে। মথম্মোই তনিক তনিকই নিতাদো । মশাগী চহী হুম্ফু গুরুকদৌরবীনি । ভারতকী স্টেক কয়া, পৃথিবীগী লৈবাক কয়াদা নুপীগী সমস্যা কয়াদা, লোল কয়ানা কয়ানা, শকখঙনদ্রবা মীওই কয়াগী মমাঙদা য়া ঙাঙনবদা মশাদা অকিবা, তুজুংবা, থক্কৎপা অমতা কাওরকখিদ্রবনি অদুবু ঙসিদি শক্লাইরবী ইবেম্মদো করিমত্তা হৈনীংবা পোকখিদ্রে । মশাসি নুংশিত্তা পাইগুম লাকুম মীয়াম মমাঙসিদা ফম্লি । ইকাই খুম্নবা উৎপিরে মীয়াম্না লৈগী চবুন শীদুনা । মমল য়াম্নবা কি অমা থৌরম মপু ওজা নৃপেন্দা কৃম্নিরে অদুগা শীল্লি লাঙলিবশিংনা অমুক লাউথোরক্লে থৌরম মপুনা অথোইবা অতিথিদা কি কৃম্লিনবা । হৌগৎলে ওজাদু । য়ানবিরে কি অমা শক্লাইরবী ইবেম্মদুদা অদুগা লোয়া নিতাগী নাকোং মনাক্তা হায়রকই, "ঙসি ঐনা নফমদা ইনবিরিবা কিসিনা নঙগী অকবতা শীবা কি ওইয়ুকো" । নীকথি ওজাদুগী মখোন্দু লোইশিল্লকপদা ।

অরোনবা পিরাং অমা তাখি নিতাসু । তপ্না আনোক লৌথোক্লগা নগথোকখি । খঙদনবা হোৎনখি কনা অমতবু । অদুবু উখি নিতাগী অরোনবা পিরাংদু ওজা নৃপেন্দ্রনা । মহাকসু লোন্না কপখি তুমিন্না কনা খঙদনা হৌন্নবা অনীদুগী কায়না-পুন্সিদো ।

নৃপেন অমসুং নিতা ইম্ফালগী মী কুংনা তারিবা য়াইস্কুলদা পোকখিবনি। চান্নরবা য়ুমথংনবা ইমুং অনীদুদা চাউমিন্নরকপনি। নিতাগী মপা পোকপা মপু মতম অমগী নিংথৌগী লৌরুং পান্নবনি । ইংখোলদু য়াম্না মরাং কায়না চাউরম্মী । মাগী চান্নজরবা মরুপ চাউভলনা অরাপ্পা উচেক্কোন্দগী মখোঙনা কোনুং কারকপদু নুংঙাইতবদগী মাগী অচৌবা ইংখোলদু তংখাই অমা মমিং পানবিরগা লৈহনখি। চান্নরবা মরুপ অনীদু নুংঙাইনা লেনমিন্নখি মতম খবদি । ঈশ্বরনা য়াত্তুনা থন্নন্নবা মীওই পুন্সি কনা অমতনা করিসু খঙদে । খঙহৌদনা নিতাগী মপু নিংথেম চহী নিফুগী লাংফমদা ঈশ্বরগী খুয়াদা চঙজগ্রে । ছন্দোক্লম্লে মচা পুংকক চাউবক্লবা নবচন্দ্রবু মমা তোম্বীগা লোয়ননা । হাইথবা হৌরক্লে ইমুংদু নোংমা নোংমগী । মতমদুদি লান মমাঙনিনা চেঙ চাক মনা মশীংদি মরাং কায়না মশাগী ইংখোলদা ফংবনিনা চৎলাদি হেনখিদে মমা মচাদু । অদুবু মতম অমদা নিংথেমগীদা পুন্নপ্পা নিংথৌ খনবা ময়ামদো হৌর্জিক্ত চাউভলগীদা লোইনা হোৎচিন্নগ্রে । চাউভল ধন্ম কয়া কায়জদে। মহাক্লা মচা নিপা চন্দ্রকুমারবু অমদি মাগী মরুপকী মচা নবচন্দ্রবু লান মতুংদা ময়ুম মকে পানবিরম্মী। লক্ষ্মী দেবীনা মায় ওন্সিল্লিবা চাউভলগী ইমুংনিনা মচা ইবুংঙো চন্দ্রকুমাব বি এ, এল এল বি পাস তৌদুনা লমদমসিগী শরুাইরবা জজ অমা ওইরক্লম্মী ।

ঈশ্বরগী লীলাদি তমগ্নবা ঙাক্তনি, লমদমসিগী প্রমাণ 'অতোঙবদা লৈথোনবা অকুৎপদা লৈতৌবা' হায়বদুমক চন্দ্রকুমার অমসুং নবচন্দ্রগী লাইবক্তা থোকগ্রে । অহল চাউভলদি চহী য়াম্না পুন্সিরম্মী, মহাক্লা থোনবিরম্বনি নৃপেন অমদি নিতাগী মিং । মতম্না য়াদবনা চাউভলদি হনগ্রে মহনফমদা । হৌজিক চাউথোক্লবা মচা ইবুংঙো চন্দ্রকুমার হাইনা হুম্না পাল্লক্লে । য়ুম্লোন্নবা নবচন্দ্রা মশাগী অনাবা অমনা মহাকসু নৌনা লৈখিগ্রে । নবচন্দ্রগী নুপীনা ভুপাই লৈতদুনা মপুরোইবগী শ্রাদ্ধ কর্ম্ম তৌনবা মহাক্লা লৈরিবা ইংখোলদুগী তংখাই অমসু চাউথোক্লবা চন্দ্রকুমার সাহেবতা য়োনগ্রে । নিতা মমা মচা অসুক্কী মতীক য়ানা লেনগ্রে ।

অদুবু নৃপেন অমদি নিতাদি অসুক্কী মতীক নক্লা লোয়নখি । নৃপেনগী মচল মচে লৈজদে, মনাউ নুপা অমতং লৈ । মপু চাউভলনা নিতা পোক্লকপদা অসুক্কী মতীক হয়াওখি । মাগী মরুপ নিংথেমগী মচা নবচন্দ্রনা নিতা পোক্লকপদা ষষ্ঠি পুজা য়াম্না চাউনা শোনখি । নৃপেন্না নিতাবু পীক্লিঙেদা পম্বীরকই, থাংবিরকই, শান্নমিন্নে । নিতাসু ইপিক পীক্লা নৃপেনগী মতুং কোইন ইল্লকখি । শান্নমিন্নবদা নৃপেন্না নিতাবু ফুবসু কোন্সায়নি ।

নৃপেন লাইরিক লাইশুদগী কলা অমসুং সংস্কৃতিদনা য়াম্না হেন্না থন্নায় য়াওই । অহাঙবা

চেদা পেন্সিলনা নিতানা কপ্প্রিঙেগী শক্তম য়েকপিবা অসুক্কী মতীক মানবজাংনি । ঈশৈ ফজনা শকই, থ্রামা-শূমাং লীলা য়েংঙুরগা মখোয়গী শূমা-ঙদা সঙ্গোয়দা মাগী লীলা কয়া শায়ে, লৈকাইগী অঙাং ময়াম য়েংই । নৃপেন্না লৈকাইগী অঙাংশিং খোমজিল্লগা শান্নবা টিকেন্দ্রজীৎ লীলা নোংমা মপা জজসু য়েংখি । মচানা পুং লৈতবদগী কোন্তৌ খূদেংদা থীনবা অদু উরবদা নোং ঙানবগা পুং অমসুং ধুলোক লৈরুদুনা ঈশৈগী ওজা কৌখি । ওজাদুনা মৈতেগী কোরতাল মন্দিলা, পুং, খোন, ধুলোক, তবলা শীজিন্নবা পুন্নমক তম্বিখি ।

মমৈদদি নিতা নৃপেনগী ঈশৈগী নোংমা তাহৌদবদা লৈফম খঙদবী ওইরকখি। অনীদু অমনা চহী ১৮-১৯ অদুগা অমনা চহী ১৩-১৪ গী । কোইনদা চাকসু চামিন্নে, কুম্মৈ ফিয়োং পুন্নমক চংমিন্নে । খেন্নবা হায়নববু অমনা নিংথৌগী মচাগুম লেম্লী, লাইরিক মমিংতগী পাস তৌনবা তম্মী অদুগা নিতানা চকনিবগী মচাগুম লেম্লী অদুগা লাইরিক মৈ হৈবিনি । নিতা মেত্রিক্তা ফার্স্ট তাখি । লোয়ননা সমাজগী সেবা কয়াদা মকোক থোংবীনি । লায়রবী নিতাগী নিপা নুপী তিন্নবা সঙ্গদু জজ চন্দ্রকুমারনা কয়া পামদে । অদুনা চন্দ্রকুমারনা নিতা পোকপীদা তোয়না তোয়না নচা নুপাসি চেকশিন্নু হেক হেক হায় ।

নোংমা, নিতানা মাগী কোলেজগী ভোট কাবা নুমিৎনি । নৃপেন্না অচা অথক ময়াম লৈবিদুনা ময়াম য়ৌ য়ৌ চামিন্নে । নৃপেন্না নিতাগী ময়াদা রসগুলা ইনবিবা জজ চন্দ্রকুমারনা কোক হেক উথোকম্রে । মচানা নুপীমচাদুগী মরেংজুমদা করিসু কোইদনা পায়বিদুনা ইনবিবদু উবদা ঙকম্রে । হংক্তি জজনা মবুক্তা করি মরীনো অঙাং অনীসি । অমসু চহী কুন্নিথোই হৃমদোই শুরক্নে অমসু চহী তয়া তরেৎ নিপানগী লোল ওইরক্নে । ময়ূম পানবা য়ারবা য়ারবীনি । খূদক্তা মচানিপা কৌশিল্লি অদুগা হায়রকই, "ইবুংঙো, নহাক বি এ লোইরবনি, নচন নুপী অসিসু কোলেজ কাররুবীনি । নখোয়না য়াম্না নক্না লোয়নবদু ইপা নঙবু ঙাকপীবা ঙম্লোই । পীতং পাতংপী, লুখ্রাবীগা ঙাই শেন ওইবা য়ারোই । নহাক হংচিংমক কোলিকতাদা চংলু । লো তমগদবনি।"

নৃপেন ইকাইখি মপাগী ব্রঙাঙদা লোয়ননা য়ানীংখিদে মহাক মপাগী ব্রাখল্লোন্দু । অমনা মহাক নিতাবু মাগী পুন্সিগী লোয়নবী ওইগে হায়না মথম্মোইদা চপ য়ুংনা লেপপ্রবনি । মখোয় অনী নোংমগী উনহৌদ্রবা, চামিন্নহৌদ্রবদি মপুক্লীং লৈতানা হিংবা ঙম্নরক্রবনি ।

হয়েংদি নৃপেন কোলকতা চংলগনি ইমুং অনীদু ইরাঙ লাঙই । নৃপেন মপা চন্দ্রকুমারগী মীৎয়েং নায়েং, ব্রাঙাঙ শাঙাং নিতা মমা মচানা খঙদবা নত্তে । অদুনা নৃপেনগীদা চঙদ্রে ।

নুমিৎতু কালেনগী তরামরিনিগী থাবলদনি । নৃপেন্না হেক হেক ঙংবা ঈশৈদু ঙংলকই।

"নুংশিবী নঙনা ইনাক্তা লৈবিয়ু,
লৈতে ঐনা ঙম্লোইদবা অমতা,

নঙতনি ঐনা নুংশিবা,
নঙঙনা ঐগী থবায়নি -পুন্সিনি
নঙতনা লেপ্লীয়ু ঐগীদমক ।"

চেহ্নোরকই নিতা অহীং নোংয়াইদুদা, নৃপেনগী লৈকোন্দা, নৃপেনগী নাক্তা । ঈশৈশিবু ঙংলক্লবদি থোয়ক্লো হায়বনি হায়বসি নিতা মশানা অদুম জ্ঞান তারবনি । নুংথিলদা লেংথি নিতানা কুন্দোগী পরেং অমা লোন্না, পুন্নবা নৃপেনবু পুন্সিচুন্নসিমা । পায়রক্লি কুন্দো পরেংদো হৌজিকসু মথৃত্তা ।

লেপমিন্নে অনীদো লৈকোন্দুদা অহীংগী অচীকপসিদা । নুংশিরবা হৈনম লৈনমনা ঙাওহল্লকই কায়নরমদাইগী শাবি শনৌদো । কাউথোক্লুই মী কৃংনা তাবা যুন্নক্লি হায়বা ।

নৃপেন্না হায়রকই, "নিতা নহাক ঐবু হন্দোকপিরমগনুকো । ঐনা মপান্দা লৈম্রিঙেদা নঙগী নহা মরুপশিংদুনা নঙবু ফাগ্রবদি ঐদি ঙাওরগা চংথিগদবা মাল্লিকো ।"

নিতানা খুমজরকই, "তামো ঐনা কিবা অমনা নঙদি ক্রোরপতিগী নুমিৎনি-থাজনি । ঐনা অয়ুক চারগা নুমিদাং হেনবী লুপ্লাবী ইমাগী অমতা পোকচল্লী খ্বাইদগী তোল্লবীনি ।"

নৃপেন্না খুন্নকই, "নিতা নঙদি ঐগী থবায়নি, ঐগী ঈরিক খৃদিংমক্তা নঙগী নুংশি ঈরিক চেনশ্রবনি । নঙ য়াওব্রবা পুন্সিদো মরা য়াওব্রবা উকং ওইরগদবনি ।" তাপ পায় নৃপেন্না নিতাগী মথৃংতো অদুগা মথৃংতা পায়রিবা কুন্দো পরেংদো হুক্লক্লো হায়দুনা মঙকশম নোম্নরকই।

নিতাসু লৈদু হুক্কে হায়দুনা নীংথিরবা ফজরবা নৃপেনগী মমায়, তৌরবা ঈ থাংলবা নৃপেনগী কুচু, তুন্নবা নাতোন, লাওরবা মীৎ, শীক্লবা চিনবান অমদি নিপা অমগী ব্লাংলবা শবান, পাকতক তৌরবা থবাক পুন্নমক য়েংন য়েংনা হায়রকই নিতানা, "তামো নঙদি নশকসু ফজে । ইনাকসু খুন্নি নঙসে ঐগী ওইগদবা মন্দে মরমদি নথোয়গী পাবুংনা লায়রববু তুকচে । ঙসিগী থাবলসিনা তামো নঙ ঐগী অরোইবা থাবলসু ওইবা য়াই । ঐ নঙবু পেন্নবা য়েংজখিগে লৈসি তপ্লগ্না হুকচগেকো" হায়না হান্নানা নিতানা নৃপেনগী মথৃংতু তপ্না পায়রুই ।

"নিতা । নুংশিথোইরবী নঙসে ঐগী য়াসি লৈবী নিতানী । নঙোন্দা হয়িং কাওবা তোংহন্নিংদে । অদুগা ঐদি লাইরিক তম্লিংদবা মীনি, পাবুংনা পামজম্নবদগী ঐহাক চংকদবনি। নঙদি লাইরিক ফবিনি, সমাজ সেবা তৌরকদবীনি । ঐ নঙতগা লোয়ননীংই । নঙ য়াওব্রবা ঐগী পুন্সি মহে য়াল্লবা উপালনি ।"

"কনা কনানো লৈকোন্দা লৈরিবশিংদো ? হাই ওক্তবা ওক্তবী ! হৌজিকমক থোরকউ ।" খংলাউ লাউরকই নৃপেনগী মপা চন্দ্রকুমারনা ।

খংচৎ চৎথোক্লে নক্লা লৈরম্বা শাবী শানৌদু। থোঙ থীন্দুনা হৌদোকই জজ সাহেবনা নিতা মমাবু অদুগা থীনা হায়রকই, "ইবেম্মা নচানুপী ওক্তবীসি ব্বারকউ। অহীংদা লৈশাবীনা নুপা উন্নবা থোরকপদা মমা নঙনা খঙদবা করিগীনো ? নমা নচা চঙদুনা ঐগী ইচাবু ফানবা তৌরম্লিবা নখোয় লৈকাইসিদগী তাম্মোকউরা ? লুপ্তাবী পিদৎ পাদৎপী নখোয়গা ঐগা ওাই ওইবা য়াব্রা ?"

খাওবা ওমগ্রে নৃপেন্দু মপাগী ব্বাঙাঙদা। তপ্না খুন্নকই, "পাবুং নিতাসি ঐনা মাগী তৃমফমদগী কৌথোক্লবনি, ঐহাক হয়েং চৎলগদবনিনা। পাবুংনা নচা ব্বারকপা ওমবিদ্রগা মীঙোন্দা তাইনবিরিবা করিগীনো ? পাবুংনা অসুক পৃকচেল শীকপিরিবা করিগীনো ? ওসি পাবুংনা লৈবিরিবা ইংখোলসি নিতাগী মপুবোক ইপুদুনা লেম্না পীবিরম্বনি হায়বা ঐখোয়গী ইপুবোক্লা ঐঙোন্দা তাকপিরমই।"

নিতাদা ওনশিল্লগা অমুক, "নিতা ঐখোয় অনী চৎলসি লাকও কদাইদনোমা।" মপাগী মমাঙদা নিতাগী মখূৎ পায়দুনা চিংই।

নৃপেনগী মখূত্তু তপ্না শেত্তোক্লগা ইপা পাখৎনা নিতানা হায়রকই, "তামো করিনো তাকপিরিবসিবো ? পাবুং নচানা লানবা ওাক্তনি। তামোদা তাইনবিগনু। তোল্লবীনা অব্বাংবা থাজবু ইথূৎনা লামজরম্বগী চেপ্লসি যৎজরিবনি। অমোবু অমদি ঐগী অপোকপী ইমাবু ওাকপিয়ু। ওসি হায়বা নুমিৎতগী পাবুংগী ব্বাখল্লোন অমদি অনীংবা মাঙহঙ্গরোই।"

চন্দ্রকুমারনা খুন্নকই, " হাই ওক্তবী ! নশক য়েংনিংদে। ইমুংদা চঙম্রো " হায়দুনা খংলাউ লাউরল্লগা ফী-ফী কামদুনা ইমুংদা চঙগ্রে।

"তামো ঐবু ওাকপিয়ু।" মমিৎতগী মপি তপ তপ তারকই। নিতা মমাসু কপ্লকই।

নৃপেন্না হায়করই, "নিতা ঐহাক হয়েংদি কলিকতাদা চৎখ্রগে অদুবু পাবুংনা পাম্বা উকিলদি শৃক্তম তমখ্ররোই। ওসি ঐনা নঙগী নকোক পায়দুনা ব্বাশক্লিবসিনি। ঐহাক নঙঙোন্দা চিঠি থারক্কে। নঙসু ঐঙোন্দা ইরকউ।"

নোংঙাল্লে। নৃপেন কলকতাদা চৎখ্রে। কলকতাগী শান্তিনিকেটন ইউনিভরসিত্তিদা মতম খরা লৈরল্লগা মথং মথং হোং হোংদুনা দিল্লিদা, মুম্বাইদা লৈখ্রে। ময়ূমদা শৃকথোক থোক্লকখিদ্রে। মরক মরক্তা নিতাদা চিঠি ইরকখি। অদুবু নিতাদি চিঠি অমতা হনখিদ্রে। মরিন লৈবী নুপীমচানি, লেপঞ্রবা অনীংবা হোংবা লৈখিদ্রে। এম এ দা ফার্ষ্ট ক্লাস ফংগ্রে। সরকারগী কোলেজগী ওজা অমা ওইরে। মদুগী তৃংশিনবা শেলনা ব্বাংখৈদা মমা মচাগী অনৌবা ইংখোল অমা লৈরে। অদুগা মাগী মরুপ অমদা মগা মপুগী ইংখোলদু য়োম্মেক্লল্লগা ময়ূম মচা অমা শাগ্রে। কন্না হোৎনদুনা লো গ্রেজুয়েটসু ফার্ষ্ট ক্লাস ফংগ্রে। নিতা মগাগী চহী কুম্না মাথোই-নীথোই শুগ্রে। লুহোংবগী আশা লৈত্রে। মহাক নুপীগী সমস্যা কয়াগী,

মীগা মীগা খেন্নবগী, অকনবনা অশোনববু তুহৎপিবগী হীরম কয়াদা ষ্টেট অসিগী যূম্লোম্নবা ষ্টেট কয়াদা লমদমসিগী মীহুৎ ওইনা চংখৎলক্রে । অপোকপী মমনা লুহোংনবা কয়া হায়খি অদুবু নিতানা তাখিদ্রে ।

চন্দ্রকুমার সরকারগী জজ ফমদগী পোখাদ্রে । মচা নিপা অহল চহী তরা হেল্লবা ফাওবা ময়ূমদা খোকপিরক্রে । হৌজিক জজ সাহেবতু অকনবা থম্মোয়গী লায়ননা নাদুনা শিবগী অরিখ ওইরক্রে । অপোকপী মমানা মচাবু তেলিগ্রাম তৌরগা কৌখোকপদগী খেল্লক্রে । মশাগী চহী নিফু শুরক্রে । খোরকলগা নৃপেন্না নিতাবু থিবা তংতনা চংখি অদুবু নিতনা নৃপেনবু উন্নগে খনখিদ্রে । মপা মমাগী নীংবা থুংনবা নৃপেন শক খঙদবী কমলাবু লুহোংলে । মচা নিপা অমতং পোকখি । হিংনবগী লানফমদা নৃপেন মহাক্না পামজবা কলচরগী সংস্থান অমা লিংখৎলে । নৃপেন মপা ইবুংঙোনা লৈখিদ্রবা মতুংদদি শক্তাইরবা লৈবাকসিনা শকখঙনরবা মণিপুরগী কলা অমসুং সংস্কৃতিবু শকখঙলবা ভারত্তা শক্তাকপা ওজা ওইরক্লুনা ভারত সরকারনা অবাংবা সম্মান পদ্মশ্রী, পদ্মবিভূষণ উপাধি ফংগ্রবা পৃথিবীগী লৈবাক কয়ানা শকখঙবা অমা ওইদুনা পৃথিবীগী লৈবাক কয়াদা চংপদা অসুক্কী মতীক চিনবা মী অমা ওসিদি ওইরে । মহাকপু উন্ননবা হোৎনবদা অবাবা অমা ওইরবনি । অদুবু দিল্লি মণিপুরী এসোসিএসন্না মহাক্কী অশংবা য়েংলগা প্রোগ্রামসি শীনলিবনি ।

লাউখোরক্রে শীল্লি লাওলিবশিংদুনা, "অথোইবা অতিথি কুমারী নিতা দেবীনা দিল্লিদা লৈরিবা মণিপুরীশিংগী নুপীশিংনা ইশাগী কলচর কয়ম্না ওাকচগনি ? ভারতকী কোনুং দিল্লিসিদা লৈরিবা মীওইশিং অসিগী চাওখৎ থৌরাংদা করি মতেং পাংবিগনি অমদি মণিপুর সরকারনা ভারতকী ষ্টেট কয়াদা লৈরিবা মণিপরীশিংদা য়েংবিরিবা মীৎয়েং থরদং পনবিরম্মু ।"

ওসিদি রিতা ইচং থৌবী মন্ত্রী, তোল্ল-তারবীশিংগী মমা, শোত্থরবী নুপী সমাজগী মরমদা কল্লা ওাওগে লাকখিবী মন্ত্রী নিতা মশাসি ইহে হৈনীংদ্রে । কয়া কয়া মশা চোকথরক্রে হায়রকপদা মাগী পি এ না হৈ মহী, থুগোজ হাপ্লা গ্লাস অমা পুশিল্লক্রগা পীরে । নিতানা খোল কল্লপনা হংখি, " চাউবা, দাইজদা ফল্লিবা মী মশীং কয়ানো ?"

"মেদাম, সারগীসু পুজরকউরা ?"

"চাউবা, ঐগুম্না ওজাসু চোকথরবনিনে । থুনা পুরক্লো" হায়না মাগী অঙাং ওইরিঙৈগী নুংশিজরবা মাগীদমক্তা পুম্নমক কংখোক্রবা নৃপেন্দা নুংশিনা য়েংলকই ।

নৃপেনসু নিতানা মাগী থবায় হৃকচাংনি খনজদুনা মনাক্তা ফল্লিবদুদা নুংশিনা য়েংঙকই অমসুং মীৎ মরিদু অমত্তা ওইনা তিন্নখি ।

হৈ মহী থকমিন্নরবা মতুংদা নিতা মাগী ওাংকম খোকপা থরা হায়বদি হংলিবা ঝাহংগী

পাউখুমশিং খরা পাকথোক্লা খুল্লল্লগা নৃপেনগী মনাক্তা নক্লা ফম্থরক্লে । অদুগা নৃপেন্দা হায়রকই, "তামো, ঐনা ঙাঙবদা অৱাংপশিং তামোনা সপ্লিমেন্ট খরা তৌবিরমউ ।"

নৃপেনগী থৱায় তানা হিংনিংল্লবা পুন্সিদু ঙসিনা শ্বাইদগী নুংঙাইজবা নুমিৎ অমা ওইরে। শিবা কাওবদা উনররোইদ্রা খল্লুরবনি । পুন্সিগী অহানবা অমদি অরোইবা ওইনা নুংশিখিবী নিতানা মনাক্তা ফল্লবদা অকিবা অৱাংপা অমতা লৈতনা নীংথিনা ঙাঙলম্মী ।

গ্রোগ্রাম লোইরে । নৃপেন্না নিডাদা, "নহাক য়ৌরগদ্রা নিতা ?"

"তামো ঙসিদি ঐহাক তামোগী দিল্লিগী য়ুমদা চ থকচগে লোনবিনবা লৈরমগদ্রা ?"

নৃপেন নোকফেৎ তৌরক্লে, "শিদহীদাকুম্না লোনবীগবদুদি লৈরম্লোই । পাঙনা শানবা লোনবদুদি লৈরমগনি । চৎসি লাকও ।"

নিতানা মাগী ড্রাইভর অমসুং পি এ দা পুং অমগী মতুংদা মাবু লৌরো লাউ হায়না য়াথং পীরল্লগা নৃপেনগী গাড়ীদা কাখংল্লে ।

দিল্লিগী যমুনা মপান্দা হৈকোল লৈকোল মরক্তা লৈবা নৃপেনগী ময়ুমদা ড্রোইং রুমদা ফম্মিল্লরে । চা ঙাইবা ওইনা নৃপেন্না নিতাদা থম্মোই শোক্লা হায়রকই,

"নিত ঙসিমক- হৌজিকমক ঐহাক নঙগী ননাক্তা শিরবদি ঐসে কয়াদা নুংঙাইজগবা!"

ঙসিদি নিতা মপূক্লিং খংনুং নুংশিপ্পমাল্লে, নৃপেনগী মনাক্তা মখোল থোক্লা কনা তাদ্রবা মকমদুদা কপথোরক্লে । তাঙ্গাদুদা নৃপেন্না অচীকপদু থুগাইরগা হংলকই, "অদুঙেগী কুন্দো পরেংদুদি কংলগা মদোম মাঙলল্লগনিনে ?"

নিতানা তপ্পা খুল্লকই, "মাঙহল্লি । ঐগী য়োংকী উপুদা লীক্লিগী কেপ অমদা হাপ্তুনা সনাদৌনা থল্লি ।"

নৃপেন্না নিতাগী মমিংকী পিরাংশিং তৈথোকপিরগা মখা তারকই, "মদুগী শীজিন্নকম লৈরিবরা হৌজিকপু ?"

"তামো, ৱাহংদু খরা লুমদ্রা ?"

"নিতা, ঐনা নঙোন্দা অরোইবা ওইনা হায়জরি মদুদি হূকহৌদ্রবা লৈ পরেংদুগী মনাক্তা ঐগী ফোটো অমতং . . . ।"

" কংজরবসু লৈ পরেংদুনা তৌরিবা দিমান্দদুদি ফোটোদু ওইরদবসু য়াই ।" হায়রগা তপ্পা হৌগৎল্লে নিতা ।

# অনী অনী - মরি

ময়াংলম্বম কান্দেশ সিংহ



*ময়াংলম্বম কান্দেশ সিংহ থৌবাল ডিষ্ট্রিক্কী মনুং চম্না লৈবা ককচিং খুমৌ নিংথৌ লৈকাইদা ময়াংলম্বম অতোম্বী সিংহ অমদি খুমুকচম নিংথোল কৈন্যাজাউবী দেবী অনীগী মপারি ওইনা খৃ: কুম ১৯৫১ গী দিসেম্বরগী তাং ১৪ ইরাই নুমিত্তা পোকই। অপোকপা নৌনা কায়নখিবনা মমাগী মপামদা লৈরগা ককচিং খুমৌ চেকশাপাং এল পি স্কুলদগী হৌরক্লগা খা ইম্ফাল হায়স্কুলদগী মেট্রিক পাস তৌই। ১৯৬৮ দগী লীংজমে চিংথা মখোঙ চোংথাম লৈকাইদা য়ুম হোংলকই। গুৱাহাতি য়ুনিভরসিতিদগী দিগ্রী অমদি মণিপুর য়ুনিভরসিতিদগী লোদা এল এল বি লৌরবা মতুংদা মণিপুর য়ুনিভরসিতিগী লাইফ সাইন্স দিপার্টমেন্টদা তেক্নিকেল এসিসতেন্ট ওইনা থবক তৌরি।*

*হৌজিক ফাওবদা ৱারী মচাগী লাইরিক মঙা, উপন্যাস মরি অমদি শৈরেংগী লাইরিক অমা, পূম্না লাইরিক তরা ফোঙব্রে। হৌজিক হৌজিক্লা দি কলচরেল ফোরম মণিপুরগী জোইন্ট সেক্রেটরী ওইবি।*

মাইকেলনা জ্ঞান তারকপদা মমা পোকপা মবুবোক অমদি মবেনবোক অনীগী মীৎয়েংখাদা চাউরকই। মমাদি মানা চহী অনী অহুম শুরকপদা অতোপ্পা নুপা অমদা অমুক ময়ুম পানখ্রে হায়। মপাদি নোংমতসু মনাক্তা লাক্তে।

মাইকেল য়াম্না শিংই। অদুবু মমা মপা লৈতবদুদা মমান্নবশিংনদি উশিৎপিদে। অদুবু লাইরিক্তদি মহাক্না মখোয়গী ক্লাসকী খ্বাইদগী লাইরিক ফবা মহৈরোই অমা ওইরি।

ঙসিদি মাইকেল ক্লাস টেন পাস তৌরে। মাইকেল ইম্ফালদা লাক্লুনা এলেবেন সাইন্সতা মিং চন্লে। ইম্ফালগী থাংমৈবন্দদা ভারাদা লৈরে। মহাক্না ইম্ফালদা হেক লাকপগা মমা পোকপা মবুবোক্লা তোয়না হেক হেক পনবা লালমণিগী মরমদা খঙনীংবনা লাঙতক্লবা হেঞ্জিল্লকই। মবুবোক্কী মফমদগী, লালমণি থাংমৈবন্দা লৈ হায়বসি খঙবনিনা মাইকেলনা মমান্নবশিংদা হংদুনা লালমণিগী য়ুম থিরকপদদি, মানা লৈরিবা ভারাগী য়ুমদুদগী ইরাপ

লাগুনা থাংমৈবন্দ দি এম কোলেজ গেট মনাক্তা লৈরম্লে। য়ুমদু মথোল অহুমগী চাউরবা বিলাদিংনি।

রিভিনিউ কম্মিসনার ওইরিবা লালমণিনা নুংত্তিগী ওফিস কারকপা অমদি কুম্নকপা মতমদা মাগী গাড়ীদু মাইকেলনা পেন্না হেক হেক য়েংজরি।

মতম্না কনাবুসু ঙাইহিবিরমদে। নোংমা নোংমা হৌখিদুনা চহী অমা হায়রক্লে। মাইকেল এলেবেনগী পরিক্ষা লোইদুনা উত্তুলদা অমুক চংলুরে। হল্লক্লগা টুয়েলভ সাইন্সতা মিং চল্লে।

নোংমা, থাংমৈবন্দগী থাউ গ্রাউন্দদা শান্নবা লোইশিনবগী থৌরম অমদা লালমণিনা চিফ গেষ্ট ওইগনি হায়বদুদা মশাগী অচীনবা কয়া কাইদোক্তুনা ফুটবোল মেটচতু য়েংবা চংলি। তশেংনমক্তীদি মহাক ফুটবোল য়েংবা লাকপা নত্তে, নহানমখে অমুক্তসু মপুং ফানা উবা ফংজদ্রিবা লালমণিগী মায়থোঙদু পেন্না য়েংজহৌনবনি।

লালমণিগা লোয়ননা কারদা পূন্না তোংমিন্নরকখিবী নুপীদুনা কনা? মশাগী শক্তমদুগা মহাকনা উবা ফংলিবা লালমণিগী শকক্ষমদুগা মথম্মোইদা লোন্না চাংদম্নজে। মতম কুইনা চিংনদুনতা লাক্লবা মাগী ব্রাখলদু খরা খজিক মোমোন্নজে।

. লালমণিগী মনাক্তা চংলগা করম্না অমুক্তং ব্রারী শান্নবা ফংগদগে খনবদা অহিংদু তৃম্বা য়াখিদে মাইকেল। নোংঙাল্লগা খঙনা চান্নবশিংদা হংই, "লালমণিগী নুপী অনী শুব্রা? অতোপ্পা মচাককা লৈব্রা?"

খুন্নকই, "নুপী অমতনি। কোলেজগী লেকচরর ওইরিবনি। মচানুপীনা অনী। অহন্দুনা লৈলা অতোম্বীদুনা চনচল কৌবনি। মচানিপাদি অমতা য়াওদ্বনি" হায়বা পাউখুমসিনা মাইকেলগী থম্মোইদা তাশোন্না থূম্না থিনজিনম্রে।

উপাই অসুম থিরকপদা, নোংমদি মাইকেলনা বজারদগী ফজরবা য়োংচাক চরোং অমা লৈরুরগা লালমণিগী গেট হাংবা ঙাইহরগা চুমদ্রিং হেক্তা চঙলক্লে। নোংমাইজিং ওইবগা মানা নীংজবা লাইনিংনা কনবগা, লালমণি অমদি লেম্বীসনা মোরা অমমম্দা ফম্নগা নুংশা য়াইদুনা খবর পাদুনা লৈরম্মী। মাইকেল করিমত্তা কোইদনা চঙলক্লগা হায়রকই, "ইপা য়োংচাকসে য়াম্না হাউবনে। ভরা হজিন্নবা ঐনা চীংদগী পুরকপনে। লৈবিসে।"

লালমণিনা য়োংচাক চরোংদুদা মুন্না য়েংলগা হায়রকই, "হায়গুল্লদনা সনা, মাগী য়োংচাক মরূসি য়াম্না ফজরেনেহে, হাউগদববু মাল্লি। খরা লৌবিহৌরসি।"

"মমলবু কয়ানো, ইচানুপা"

" ইমানা পীপা খরত্তুনা অদুম য়াপিগনিয়ে।"

"অদুদি লুপা য়াম্খে পীরগেকো" হায়রগা ফিজিদগী লৌথোক্লগা লুপা য়াম্খে চংপী অমা পী।

মাইকেল, হরাওনা পৈশাদু লৌরগা থোকখ্রে ।

মতম খরা লৈরগা থোঙ্গুলমেলৈ চান্না খরা পুরগা, অমুক্তা, ফজবা মাইরেন, মথং মথং পুদুনা হেক হেক য়োল্লে । খরা তোয়না উরকপদুদা নোংমদি লালমণিনা মাইকেলদা হংলকই, "নুপামচা, নঙবু করি লমদগীনো ?"

"উখ্রুলদগী ।"

উখ্রুলদগীনি হায়বদুদা খংপ্রেক খংবগুম তৌখি লালমণি । করিগুম্বা অমা খনবগুম ঙাইহাক তুমিন্না লৈরুরগা মখা অমুক তাথরকই, "নঙদি ঐখোয় স্বাইসিদা তোয়না উরে । নঙগী করবারগী পোৎসিসু অমুক্তা মান্নদে । কমদৌরিজাৎনো নঙগীসিবো ?"

"ইপা, ঐদি ছাত্রনি । ইম্ফালসিতা মীগী ভারাগী য়ুমদা লৈরকা টুয়েল্‌ভ সাইন্স তম্বিবা । ঐনা য়ুমদা চৎলুরকা হল্লকপতা চীংতকী পুরকপা পোৎতু য়োল্লগা ভল্লা হঞ্জিন্নবা তৌপা । ঐতি য়াম্না লায়রবা মচানিতা ইপা ।"

হাইফেৎ মিনুংশি ফাওরকপগুম মখা তাথরকই, "ও, কৈ কৈ । নঙগী অহল লমনদি শুনা লৈরিবরা ?"

পাক খুম্বা ঙমদে মাইকেল । অদুবু ঙাইহাক তুমিন লৈরুরগা মমিত্তা মপি ইরা চেল্লগা খোঞ্জেল নিক্লপ তৌনা খুন্নকই, "ইপা, ঐতি, ইমা ইপা অনীমক লৈনা লৈনা লৈতবগা চপ মান্নপিপনে " হায়রগা তাবক্লিবা মপিদু মথং খুদাংদা তৈথোকই ।

"তুংগী খল্লুবদা, ঐদি লূম্নবা ৱাখলগী পোৎলুম্না মথাসি নোংমতা লৈতানা পোখাবা ঙমদ্রি। অদুগা করিগীনো নঙগী নমা নপাদুনা নঙবু অদুক মীরায়রিবদুবু ?"

"খঙতে । অতো, ইপাগীদি ইচানুপী অনী লৈ হায়পতাইনে ?"

"মাইকেল, মীগী ময়ুমদা চৎখ্রগদবী ইচানুপীনা ইচা পিবাগী মহূৎ শিনবা য়াবা হৌনদেনে ।"

লালমণি করিসু হায়নিংঙাই নৎত্রগা তৌনিংঙাই লৈত্রবগুম তুমিন্না লৈ । অদুবু মাইকেলদি মঙোল্দা য়াম্না হংহন্নীংবা ৱাহং অমা, " নমা নপাগী মিংদি করি করি কৌই ?" হায়বা ৱাহংসিদি শৃকহং হংবিরক্তবদুদা মথম্মোইদা ৱারৌবনা ফুনগৎলক্নুনা তপ্না হৌগৎলগা হায়রকই, "ইপা ঐ অমুক চৎপিরকে ।"

"চৎলো চৎলো " হায়রগা নীংবা কায়বগী শকফমদা হঞ্জিল্লগা তুমিন্না য়েংদুনা লৈহৌরে লালমণি ।

মাইকেলনা ইম্ফালদা লৈরকপসি চহী অনী ফারক্লে । টুয়েল্বকী পরিক্ষা লোইরবা অমদি লালমণিগী অশেংবা মশকসু মমিংমক্লা উরবনিনা ময়ুমদা হল্লগে খল্লে । হঞ্জিন হঞ্জিন উদুনতা লাক্লবা নুপাদুগী শক্তমদু চৎলমদাইগী মতমসিদা পেন্না অমুক্তংগসু

য়েংনিংলক্নুনা ওফিস হল্লকপা মতমদা লালমণিগী থোঙ্গাল ময়াদুদা লেপ্তুনা ঙাইরি।

ঙাইহাক ঙাইরবগী তুংদা উচিন নাচিন্না লাক্লে। অদুবু মাগী ৱাখলদা অৱাবা অমমুক ফাওরক্লে মদুদি অচেনবা গাড়ী মনুংদা তোংলিবা মীওইদুবু কমদৌনা ময়েক শেংনা পেন্না য়েংবা ঙমগদৌরিবনো? মাবু উবদা থাম্বীরক্কদবদি নত্তে। অদুদি কমদৌনা মপাবুংগী মায়থোঙদু ময়েক শেংনা উগনি?

ধুং!

খংগ্রেক খাংই। মীংমাঙদা চেল্লিবা মপানা তোংলিবা গাড়ীদু ৱাংনা পাইখৎলগা সরক নলারোমদা লোংনা তাশিনখি। মাইকেল পুরা মঙওমই।

"বোম পোখায়রে, বোম পোখায়রে" হায়দুনা ময়াম পুল্লাং লাঙনরকই। মাইকেল অ্যান খংতা তারকপওুম তৌই। "হাই, ঐগী ইপা শিহনবা য়াদ্রিনা" হায়দুনা চেনশিন্দুনা থোঙদু হাংদোক্লবা হোংনৈ। ঙমদে। চেনশিন্নরকপা মীয়ামদুগা য়াম্না কন্না মূকথোক মুকশিন তৌদুনা উচিন নাচিন্না থোঙদু হাংলে। লালমণি অ্যান তাদনা ঈনা মশাদু পূমচোৎ চোংপমখে তাদুনা লৈরম্মী। ময়ামদুনা লালমণি অমসুং মাগী ড্রাইভরদু চপশিল্লবা অথূবা থোঙদুদগী য়াম্না ৱানা শস্তোক্লগা হোসপিতালদা পুরে।

রিমস হেক য়ৌবগা কেজুয়েলতিদা হাইরপ য়েংলগা খূদক্তা ওপরেসন থিয়েটরদা পুশিনখ্রে। মতম ইকান কান্নদনা দাক্তরনা ঈগী দিমান্দ তৌরকই। ঈদু মহাক্কা মান্নরল্লবদি ফরে। মান্নরমদ্রগসু মঙোন্দগী ঈ পীরগা মদুগী মহূৎ ব্লদ বেঙ্কতগী মপাগা চান্নবা ঈ পীবিনবা মহাক্কা ডাক্তরশিংদা ঙাঙনরে। য়ানদুনা ব্লদ বেঙ্কদা চঙদুনা ঈ পীরুরগা থোরকপদা হৌজিক্তা থুংলবা লেন্নীসনা পূমঙক ঙকই।

"ঈ লৌই হায়রিসি ইচানুপা ওইরে!"

'ইচানুপা' হায়বা ৱাহৈসি পল্লকপদা মতু খ্যাউ চুংবা ফাওরকই মাইকেল। মথম্মোইদু খংপেন পেনবগুম্বা অমা ফাওরকই।

লেন্নীসনানা মাগী বেগতগী লুপা লীশীং মঙা লৌথোক্লগা পী। মাইকেল লৌ হায়বা য়াদে। মমিত্তগী তারক্লিবা মপিদু লোন্না তৈথোক্লগা তপ্না খুল্লকই, "ইমা শেনফম্তু নচা লৌচরোই। হয়েং ইপানা ফরকান্দা লৌপিকে।"

ওপরেসন মায় পাক্নুনা আই সি য়ুদা লৈরবদা মাইকেল ঈ লৌখিবগী মশা চোকথবদু তেকখংনবা মাগী ভরাগী কাদুদা হল্লক্লে।

অদুবু নোংঙানবা ঙাইঙমদনা হোসপিতালদা চক্নুনা লালমণিগী সেবা তৌজে। অসুম্না নুমিৎ ভরানিমুকসি মাগী ভরাগী কাদা হনবোই হন্দবোই, অনাবগী স্পিসিএল ৱার্দতুদা লৈদুনা লালমণিগী সেবা তৌরক্লি।

মপা বোম এতেক্তা শোক্লবদুদা মপান লমদা লৈদুনা মহে মশিং তমখিবা মচানুপী অনীদুসু লাক্লে।

মচানুপী লৈলানা মাইকেল কনানো হায়না মমাদা হংলকপদা লেপ্পীসনানা খুমই, "উথ্রুলদগীনি। ইম্ফালসিদা লৈরগা টেন প্লস টুগী পারিক্ষা থাগ্রে। হোৎনবা কনবা পুকচেল য়াম্না চাউবনি। নপাবুংগী ওপরেসনগী দরকার ওইবা ঈ ফাওবা মানা লোইনা পীদুনা খুদক্তা ওপরেসন তৌদুনা হিংহৌরিবনি।"

"ইমা, মহাকসে ঐখোয় পাবুং য়াম্না মানদ্রা?" মচানুপী অতোপ্পী চনচলনা নাকনদগী লোম্না হায়রকপদু তাবদা মাইকেলগী মথম্মোইদু পূমপেন পেনগ্রে।

নোংমা, বার্দতুদা লৈমিন্নরম্বা ময়ামদু লোইনা খোকনখিবগী তাঞ্জা অমদা মাইকেলনা চিঠিখাউ অমা লালমণিদা পীশিল্লগা হায়রকই, "ইপা। ইপাসু নাবা ফরক্লপনিনা নচা উথ্রুলদা অমুক চৎলকে। অতো ইপা, ঐনা ঐপু পোকপা ঐকী ইপাদা চিঠি অমা পীনিংপনে। মদু য়াকত্রা য়ারোইত্রা ইপানা নাবা পুমফ ফরবা মতমদা অমুক্তা য়েংবিয়ো। সে" হায়রগা চিঠিদু পীরম্লগা বার্দতগী খোকগ্রে।

মাইকেলনা হেক খোকখিবগা চিথি খাউদু শেগায়রগা মনুংদা য়াওরম্বা চিঠিদু পাবা হৌরকই।

নুংশিরবা ঐকী ইপা,

ইপানা ইমাপু হন্দোক্লম্লগা চংথ্রবা তুংদা ঐ পোকই হায়না ইপুনা তাকপিয়ে। অতো, ঐকী ইমাতি ঐনা চহী অহুম মরি ফারকপদা অতোপ্পা চীংমী অমদা ময়ুম পানখিবতগী ঐপু ইপুগা ইবোকনা য়োকপিপা। ইমান্নপশিংনা ঐপু মীতে মচা, মীতে মচা হায়না হেক হেক হায়পিয়ে। অতুতগী ঐ ইপাগী মশক্তু খঙনবা ইম্ফালসিদা লাইহিরিক তমপা থৌওইনা লাকখিবনে। হৌজিক্তি ইপা মশক খঙপতা নত্তনা মচা ঐকী ঈনসু ইপাগী শিংলি নাউরিদা তিলহনবা গুমচরে। মসি মচা অমনা মপা অমদা তৌফম থোকপা মথৌনি। মতুগীদমক্তনি ঐনা ঈ পীপগী মমল লৌখিতপতো।

ইপা, হৌজিক হাও মচা চাউপোক অমপু নঙকী নচানি হায়না মীয়াম মমাঙদা লৌশিনপতা লৈপাক মমাঙদা ইপানা ইকাইকনি হায়পা ঐ খঙএ। অতুনা ঐকী অশেংবা ইশক ইপাতা তাত্তবনি। নঙপু ঐগী অশেংবা ইপানি হায়বসি নঙনা য়াপিত্রপসু ঐনদি অতুম খনকেকো। মদু ফাওপদি য়াপিয়ুকো ইপা।

অতোমগী নচা
মাইকেল

লালমণি ইঙক গুকই। হৌখ্রবা ইতিহাসকী লৈচিল নোংকাই মরক্তা য়াম্না মাম্লনা

পাইহ্রিবা তন্দনসিবু কনানোনে ?

লালমণিনা উখুলদা এস দি ও ওইনা পোষ্টিং লৈরিঙৈদা রুথ কৌবী মশক ফজবী তাংখুল লৈশাবী অমগা লোনফোংদা লৌন লৈনখি । পাউদু তাবদা লালমণিগী নুপী অহল লেম্বীসনানা চঙ ফংনা শাউদুনা ইম্ফালদগী মপাগী মখাদা লৈবা পুলিস তিম অমা পুদুনা লাক্লগা লালমণিবু নমদুনা ইম্ফালদা পুরকখিবনি । খুদক্তা মন্ত্রীগা তান্নরগা লালমণিগী পোষ্টিং মফম ইম্ফালদা অমুক তাহনখি ।

মতমদুদা রুথ মীরোনবা থা মরি হায়হৌরবনি । মতুং তারকপদা লালমণি রুথনা মাগী শিয়োম্মুংদা নাউপুহৌবা টি মতূমদু তাইবং মঙফাওনখিবরা নংত্রগা মঙফাওনখিদত্রা হায়বগী মতাংদদি পাউ অমতা ফংখিদ্রে । খঙনীংলবসু লেম্বীসনা অমদি খুং কনবা মপামগী কাঙবুবু কিবদগী মখা তানা খিরুদ্রে ।

চিঠিদু থূপচিল্লগা মদুবু হাপ্লকপা চিঠিখাউদুদা অমুক হাপচিনগে তৌবদা ফোটো অনী তারকই । খুনগঙুনা য়েংলুবদা মানা উখুলদা পোষ্টিং লৈরিঙৈদা রুথকা নম্মীন্নখিবা ফোটোনি । অতোয়্নদুনা রুথনা অঙাং অমা পল্লগা খোম পীথকপগীনি ।

“ইপাগী মাইকেল” য়াম্না হৌনা থম্মোই কায়না কৌরকপা মীকৌনি ।

মীকৌদুদা ময়ামদু মপান্দগী চেনশিন্নরকই । লালমণি ফমুংদুদগী চোংথনবা হোংনরম্নি । ময়াম চঙদুনা কায় ।

“হৌজিক্তা ময়ূমদা হল্লনি হায়না খোকখিবা ঐগী ইচা অতোনবা মাইকেলদু কৌরুচে । মরাইবক থীরক্লবা ইচাদুগী মরাইবক্তুদা পেন্না অমুক্তা চূপকে ।”

ময়ামদু চেম্বোক্লদুনা মাইকেলবু কোইখি থিনে । অদবু মাইকেলদি মফম কৈদসু খিবা ফংখিদ্রে ।

# সনা কৈথেলগী উর্মিলা



জাতিশ্বর সৌবাম

*জাতিশ্বর সৌবাম খুইকী কুম ১৯৫২ গী দিসেম্বরগী তাং ২১ দা অবাং য়াবগাইদা সৌবাম থোম্বা সিংহ অমদি ইবেমহল দেবী অনীগী মপাবি ওইনা তাইবংদা থোক্তাবকখি। মণিপুর ষ্টেট রোড ট্রান্সপোর্ট কোরপোরেসন্দা এস ও ওইবদগী পোথাবে। ইমাখোলগী ভাইস প্রসিদেন্ট ওইরম্মী। ভানু থক্তোংনা পাইশ্রবদা কৌবা য়ারী মচাগী লাইরিক অমা কোঙ্ম্রে।*

নুমিদাংগী পুং ১১ হেনগ্রে। থাশিরমদাই অহীংনি। নোংসু থিংলি থিংলি চুরি। রবিচন্দ্রনা লৈমিন্নরিবা চাউবদা হায়রকই

"তা চাউবা, তৃপ্পমদাইসিদা ঐ রাউন্দ অমুক্তং চত্নুনা য়েংলুগে।"

"ইবুংঙো রবি, থবক নৌনা চঙলকপগী নাঙনা য়াওবা থবায়সি য়াওইদকো। করিসু তৌরোইনে, তৃপ্লোনে।"

"ঐ চংলে তা চাউবা।"

রবিচন্দ্র মেদিকেল কোলেজ অমদা চৌকিদার ওইনা থবক চঙলকপা কুইদ্রি। অনৌবা ওইবদুদা থবক য়াম্না চেকশিল্লি। কোলেজগী ছাত্র ছাত্রীশিংনা ক্লাস তৌফম অমদি তম্বদা নমুনা ওইগদৌবা পোৎ চৈশিংগী কোলোনিদু রবিচন্দ্র অমদি চাউবদা ঙাক শেলহল্লি। মখোয় অনী ক্বাটর অমদা পুন্নসু লৈমিন্নে।

থামম্ব: অহীংনি। ইলেক্ট্রিকী মৈঙানসু থোইনা ঙান্দে। পোৎ চৈ থম্ফমগী বিল্ডিং মমাঙদা মনা পুংলবা বটলব্রস অহুম মরিদুগী মনাক্তুদা, মুশি মুশিরবা মঙান্দুদা উরকই নুপী অমগী শকতম। বিল্ডিং মকম অমদগী রবিচন্দ্রনা তুমিন্না য়েংই। মপৃক্লিংনদি খল্লি, 'নুপীসিনা

সিদথু কৈথৌগদৌরিবা ?' নুপীদো য়াম্না নহা ওইরিবা মাল্লি। লৈশাবীসু মাল্লি। নুপীদুনা করিসু নাচুংদা মশাদা পক্কী মকিশিংদু অমমম্তা ওইনা লোখোকখি। পোকপদগী উম্রিবা নুপী ওইবীগী নীক নীক লাউরবা কিভমদু উবদা রবিচন্দ্র ওইহাক্তি মী উইশিন্দুনা খাঙই। থংনবা মীৎকুপ্তা খোঞ্জেল কায়না লাউরকই,

"লৈরম্মু ওসিদি। মকমসে ওক্তবী নখোয়গী শান্নকন্না ?"

খঙহৌদে, নুপীদো শক্ল পোলাং ওম্লোকম্রে। শক্ল পোলাংদো লোল্লিবা থোদু শুকহাং হাংদোক্তনা কা মনুংদা চঙখি। রবিচন্দ্র মতু খ্যাউ চুংই। কিবনসু লয়াইগী শম মুংখৎলবোই নীংই। হন্না থেংলমম্রে, থুনা য়াঙনা লাকুনা কাটর মৌরকই। থবাকী মিহুন্দো কন কন চোংলদুনা চাউবদা পাউদম্নকই। চাউ৺না থৌশাদনা হায়রকই,

"উমিলানি। ওসিদি নঙসু থেংনরবোইরে।"

"উমিলা হায়বদি ?"

"সনা কৈথেলগী উর্মিলা। য়াম্না চম্জবী লৈশাবীনি।"

"তা চাউবা বারীদো ময়েক শেংনা অমুক্তা লীবিরকউবা।"

য়াম্না নৌনা উর্মিলা মমা মপা লৈখিদ্রে। মপাগা পোকমিন্নবা মনে রজনিনা উর্মিলাবু য়োকই। ময়ুমদি সনা কৈথেলদনি। রজনিগী য়ুমগী মমাঙদা পান দুকান অমা ফমই। লায়না অমনা রজনিগী মপুরোইবদুসু লৈখিদ্রে। পান দুকান ফম্বদুনা হিংবা ঙম্নক্তবদগী রজনি য়োনবা লীচৎ শাজৎনা শেল তাবা হৌরকই। মতমদো উর্মিলানা ইনথৎলকপগী নীক নীক লাউনা ফরজরকপা মতমনি। উর্মিলাবু নুংশি হায়রকপা শেল পায়বা, মশা নানবা পাখং মশীং থীঙমদে। অদুবু উর্মিলাদি নুংশিনবা লৈরবদি মহে তম্বদা অকায়বা লাক্কনি খন্দুনা কনাগুম্বা অমতগা মরী লৈনবা পামখিদে। য়াম্না চম্না মহে তম্নরোমদা মপুক্লিং চঙলম্মী।

মেট্রিক্তা ফাষ্ট দিভিজনদা পাস তৌরবী উর্মিলা টুয়েল্ফ ক্লাস পাস তৌরবা তুংদা ডাক্তর তমগে হায়বসি মাগী আশানি। অদুনা মহাক তৃম্বা চাবা খঙদনা লাইরিক পাজে।

রজনিগা শঙ্গ ওইমিন্নবা হোম মিনিষ্টরগী মচা নুপানা ইখঙ হেক খঙহৌদনা হায়ঙম তৌমদনা হায়রকই, "ইতেমা উর্মিলাসে অহীং অমতং।"

"হে! অদুদি হায়গনু। ডাক্তর তমগনি হায়দুনা হোৎনজরিবী ইমৌনি।"

" তৌনুদা ইতেমা। লুপা লীশীং য়াম্থে পীগে। শিবগী সরকারনা পীবা এক্স গ্রেসিয়া ফাওবা লুপা লাক্ক অমতনিদা।"

নুমিৎ কয়ানি চুপ্না রজনিগী নাকোংদা লুপা লীশীং য়াম্থে না ঙংদুনা লৈখি। মমৌনুপী উর্মিলাবুদি পৈশাদুনা হেন্না লুম্নকপগুম তৌরকখি। উর্মিলানা থক্কদবা শঙ্গোমদা রজনি মশামকী

মখূৎক্লা পঙশনবা পোৎ য়ানশিন্দুনা অহীং চূপ্পা মমৌনুপীদু পঙথহনখি । রজনিগী থৌরাং মায় পাকখি ।

নুপী ওইবীগী ইজ্জৎ পূম্বা হূরান লোনাদা মাঙহনবীরম্লবদা উর্মিলা মথ্বায় শোকখি । থৌরাং পূম্বা মনেগী খূজিল থৌরাংনি হায়বসি খঙনা খঙনা হনগৎনা ব্রাকৎচবদি ঙমখিদে । কপ্পা কপ্পা অহীং কয়া মীৎশেল খাঙখি ।

রজনি শেলদা পুরা ঙাওপ্রে । মমৌনুপী উরর্মিলাবু খূৎকা ওইরগা অচৌবা শেলফম তানগনি হায়বা ব্রাখলসিদা উংপ্রে । অফ ফত্তগী ব্রাখল নৈনরম্বা শংখিপ্রে । উর্মিলাগী ফজরবা মশক, ফিভম মূর্ত্তিদু উবদা শেঞ্জাও পায়বা কাঙবু কয়ানা অমুক্তংদি হায়দুনা লুম্বগী মপীং নোংমা নোংমগী হেনগৎলকই ।

ইনৌ নৌবা থৌরাং অমদা রজনিনা উর্মিলাবু থেল্লকই, "ইবেম্মা হৌজিক্তি নহাক নমূম নকে পান্দুনা ঈংনা চীক্লা লৈখিবনা ফরগনি । কুইশিল্লক্লবদি মীগী মচীন ঐখোয়না মেনবা ঙল্লক্রোই ।"

"ইনে, শোয়খিবনা শোয়প্রে । ঐবু নোরোক্কী কোমদা লংথবিগে খনবীগনু । ঐ ইহৈ ইশিং ফজনা তমজখিগে । ইনেনসু মসিদা নমৌবু তেঙবাংবিয়ু ।"

অফোংবদা মশানা য়াদবনিনা রজনি গৃ গৃ তকশিনবসু তৌদে । নারোন্দদি শৈশা পায়বা শঙ্খ লৈবা ঠিকাদার অমগা য়াম্না চীক্লা লৌতূনরি । ঙাক শেন্দুনা লৈলদৌবা শব্দনা হব্রাই মতোল লামদুনা চারক্লবদবু করি উপাই লৈরি ? নোংমা উর্মিলানা ফুল হল্লকপদা ঠিকাদারদুনা মহাক্কী কাঙবু খরগা উর্মিলাবু ভেন অমদা নম্ফৃ হাফু তৌদুনা নমশিল্লগা পুখি। মী চীকপা তঞ্জা ওইবনা লাউ খোংবনসু উপাই লৈখিদ্রে ।

য়াম্না পাম্না নুংশিনা য়ূমগী নুপী ওইনা লৌরগে খল্লা কাবা ওইরম্লবদি থেম নৌদুনা হায়জ চৎচরম্বসু ময়াবনি । অদুবু ঠিকাদারদু মদুমক্তি ওইখিদ্রে । মতূ মচা লৈরবনি । উর্মিলাগী কম্লক্লীংঙাই ওইরবা শক্তমদুদা ঙাইহাক্কী ওইনা মীহৌখিবনি । মদুমক্লা শেল পাম্মুখিদবনি। নোংশানা শক্তি অমোমদা নৈহৎপগুম নৈহৎশিরগা নুব্বিলাং পূং তন্না তারমদাইদা রজনিগী পান দুকান মমাঙদা ভেন মনুংদগী ইদুদুনা থম্বীরম্বনি ।

উর্মিলা জ্ঞান মাঙদে । মশাদুদি অশাওবা অমদি লমন খুম্লিংবনা থক থক নীক্লে । পান দুকান মমাঙদুদা লৈবাক্তা লৈতানা ফমথরগা লৈতাফম খঙদ্রবা ব্রাখলদা উংলি । রজনি তোঁস অমা পায়রগা কাপ কাওনা লাকই । উর্মিলাবু উবদা চৈবোই ঙাওবোই তৌরকই, "ফুল চৎপ্রগা কদাইদা অমুক চৎলুরিবনো ? হল্লক্লগদি ইমুংদা কোক চঙলকপা য়াদ্রো ? লাকও ইমুংদা চঙলসি।"

ইমুং মৌরগা রজনিনা ব্রারক ব্রাভেম্বা শাদুনা ঙাঙলকই, "নত্তে, লৈশাবী নঙনা

নুংথিলদগী অহীং নোংয়াই য়ৌরফাও কদায়দা চৎলুবগে ?"

"ইনে, ঐ শেনবুন অমা তাল্লুবনি । ইনেনা পায়শিল্লুবা শেনফমদু কোকথোক্লুবা চৎলুবনি। ব্রা মখা তাবিরক্লনু ।"

রজনি উর্মিলাগী পাউখুমদুদা চিং লাউই । লাল্লুরবনিনা ওনখত্তুনা চৈবসু ঙমখিদ্রে । অদুবু ওইদবা শাদুনা উর্মিলাবু থাজনবা হোৎনরকই ।

" করিনো নঙনা ঙাঙলিবদো ? ইনেনা মদুগুম্বা লীচৎ শাজৎ চৎলু হায়দুনা কনাদগীসু শেল লৌখিদে । মদু হেক তৌরম্লবা ঙসি অহীংসে মঙলাক্লদুনা শিগে । শৈত্যনা শাক্সী । মীশক্তো তাকউ । ইগুণ খঙহনগেনে । ফৎখিদ্রেদা হৌজিক কালগী মীশিংসে । অতোনবশিংবু ওম্বোকনা হম্বনা খনম্রে ।"

অশেম্বনি খঙদে, অশেংবনি খঙদে, রজনি মমীত্তা মপী তাবা মখে কপ্লা কপ্লা উর্মিলাগী মশম মনাদু শেমজিনবিদুনা নুংশিনা নানবিরকই । অদুগুম্বা তাংকী লাংদুদা তৃক্কচরবী উর্মিলা ফুক হৌগৎলগা মাগী ফমুং চঙম্রে ।

রজনিনা য়াম্না ঈং তপ্লবা খোঞ্জেলদা হায়রকই, "ইবেম্মা উর্মি । চাক চারসি । ঐদি ঙসাইদগী নঙবু ঙাইরম্লিবনি ।"

"ইনে, ইনেগী চাক্তুদগী হেনবা অহাও অথুম য়াম্না শীজরক্লে । অদুনা ঐ করিসু চানীংবা পোক্ত্রে ।"

ঙাইহাক্কী মতুংদা রজনি নখোক্তুনা তুমম্রে । উর্মিলাদি বাখলদা উংলি । খনবা য়াবমখে খল্লুরগা ঙাকপি শেনবিনবা লৈত্রবা পুন্সি খৃৎহীংদুদা মখা শাংথনা হিংবা পাল্লক্তে । মদুদি অহৌবনি। মথংদ অমুক তৌরক্কদৌরিবা কুম্মেশিংদু মমিত্তা শং শং উরকপগুম তৌরকই । অদুদি মহাক হৌজিক করি তৌগনি ? অভ্যাঘাট ? অভ্যাঘাট তৌনবগী লম্বী শেম্বারিবী মনেদুদি অদুদি কমদৌনা থম্লম্বা ?

মথংগী অয়ুক্তি । লৈকাইগী মীয়াম্না রজনিগী ময়ুমদুদা ওমশিন্দুনা য়েংনরি। রজনিগী অশিবা মশাদুদনা থাঙখুন কয়ামরু লৈরম্মী । অদুগা উর্মিলানা খাঙেন্দুদগী থৌরী অমনা য়াম্দুনা লৈরি ।

পুলিস লাক্লগা কোয়না থিবদা উর্মিলানা ইরম্বা চিঠি অমা ফংলে ।

"উপাই লৈশিল্লক্তবনিনা হৌজিক্তি ইথৃৎমক্লা ইনেবু হাৎলগনি । ঐগী অশিবা হকচাং পোলাংদু ডাক্তর তমখৎলক্লিবা ছাত্র ছাত্রীশিংগী মফমদা কৎথোকচরি । ঐগী অভ্যাসে ঐগী শরু পোলাং মরক্তা অদুম লোয়নদুনা মতম চুম্লগী ওইনা লৈবা ওইজগে ।"

উর্মিলা,

সনা কৈথেল ।

অশিবা অনীদু পোষ্ট মোর্টেমগীদমক পুলিসনা অদুম পুশ্রে ।

*বারী লীরিবা চাউবনা হকাম লাওনা চল্লগা হায়করই, "সিনি মীনা লীনরকপদগী ঐনা খঙবা বারী । ঙসি নঙনা থেংনরিবদো সনা কৈথেলগী উর্মিলানি । মাগী শরু পোলাংদো* কা অমদা লৈ । নোং ফাদোকসু মখি ফোংবনি । ঐসু থেংনশ্রে । কিরন্নু, অস্থানি । করিসু তৌরোই ।

"তাদা, উর্মিলানা হিংলিঙৈ মতমদদি মশক উহৌব্রা ?"

"উহৌদে । মাগী অস্থানা মথি ফোংলকপদা উবদদি ফজবগী মপান নাইদেবু । নোং ঙানগদৌরে । ঙাইহাক্তং তূম্লনবা তৌরসি ।"

চাউবদি নখোকশ্রে । রবিচন্দ্রদি বাখল খল্লি, "ঙসাই উখিবা শক্তমদু উর্মিলা ? ফজবসিদি ফিজেৎ লৈতেং অমদি উল্লা কৃপ্পা শাদোংদা ওইরে । কল্লক্করিবসু মসিদা ওইরমগনি । শরু পোলাং ওখোরক্লবদি কিরোইদৌবা কনানো ? হয়েংদি উর্মিলাগী শরু পোলাংদু শোয়দনা য়েংলগে ।"

য়েনখোং অহানবা খোংলকপদুফাওদি রবিচন্দ্রা মমিং উইশিনম্রি ।

# তপন্দি কংখিদ্রে

শান্তি কুমারী নোংথোম্বী



*শান্তিকুমারী নোংথোম্বী এলাংবম বিনোদকুমার সিংহ অমদি এলাংবম ওংবী মণি দেবীগী মচোম ওইনা খৃ: কুম ১৯৫৩ গী ফেব্রুয়ারীগী তাং ৪ দা কৈশামথোং এলাংবম লৈকাইদা পোকই। বি এ নি। রাজামণি নোংথোম্বগা যুম্বান লম্বীদা খোঙদামিন্নদুনা হৌজিক হৌজিক মেঘালয়গী নাগরিক ওইনা ইউ সি সি, বরাপাথীদা লৈরি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ মেঘালয়গী ইকজিকুাতিভ মেম্বর, মল্টি লিংগুয়েল রাইটস ফোরম, মেঘালয়গী মেম্বর ওইবতা নত্তনা ভারতিয়া দলিত সাহিত্য একাদেমি, মেঘালয় ষ্টেটকী এসিষ্টেন্ট ট্রেজরর ওইরি। অইবীসিগী শৈরেং অমদি ৱারীমচা কয়া মণিপুর, অসাম, মেঘলয় অমদি ত্রিপুরাদা ফোঙবা চেকোঙ অমদি এন্থোলোজি কয়াদা ফোঙব্রে। ফংব্রবা মনা মথুমশিংদি বাবা সাহেব ডা অম্বেদকার ফেলোসিপ এর্বাদনি।*

মধুরা তুরেনগী ঙাওনা নৈনা চেল্লিবা ঈচেলবু য়েংলুরগা তুরেন অসিগী নুংশিরবা প্রেমগী ৱারী অদুবু নীংশিংদবা ঙমদে। পীকতক চেংতকপা তুরেল অসি বরাক তুরেলগী মবুংঙোনি। চাউবদা বরাককী শরুক অহুম থোকপগী অমগুম্বতনি। অদুবু নুংশিবগী মফমদদি পীকপা-চাউবা, ফজবা-অথীবা থোইনা থেন্নদবগুম উহল্লি। মধুরাগী ঈশিং চাউবা হুম্বুখিবগী তোর্বান অনীদু লৈনাংনা খুকউ মথক য়ৌনা পুথে। তোর্বান্দ কুমথরিবা মীদুনা খরা পিক্তক চেংতকপা ওইরবদি মরেপ থুম্না চঙখিগদবা মাল্লি।

তোবর্বান্দুদা শকথঙদবা লমদমদুগী মীওই কয়ানা নুপা ঈন লংগদবগী শেম শাদুনা তাঞ্জা য়েংদুনা তোর্বনা অদুদা লৈনরি। অমরোমদনা তোর্ববান অদুদা ৱাগী খোইজেশিং পরেং পরেং ঈশিংগী ঈমায়দা হাইথ হাইথদুনা য়ুংবা উরি। অসুম য়েংথখিবদা হূইমুক ফানীংচীং চাউ শাংবা ঙামুশিং চাবা উরি। ওহোঃ মুন্না য়েংশিল্লুরগদি শারেঙ ফাননবা খোইচাক থাকপা ওইরম্লে।

রাজেশ্বরী শিলংদগীনি। সাহিত্যগী থৌরম অমা য়াওবা লাকপনি। রাজেশ্বরীগী মপুরোইবদু তর্পন কৎকদবগী নোংচুপ থংবা তোঁববান্দুদা তপ্না তপ্না কুমথি। তর্পন মনুং ওইবনা কুম অমগী কৎতবা য়াদবনা মধুরা তুরেনগী তৃর্থস্থান্দা গুমজবা হৈ-লৈ, চেগু থোয়দিং খরদং লাইওইপ্রবা ইপা ইপুশিংদুগী মফমদা কৎচরে।

লোইরগা মখোয়না থুংলরিবা য়ুমদুদা অমুক লাক্লে। খোঙদগী লৈখোমশিংদু পৃন্ত্রিদগী শোক্লুবা ঈশিংদুনা হামদোক্লিঙৈ খরা অহল ওইরবী নুপী অমা চগুলক্লগা হংলকই, "ইবেম্মসিরা শিলংদগী লাকই হায়বদো?"

খোঙ হাম্বা লোইরগা রাজেশ্বরীনা গুাওল গুাগুলদুনা কোয়থোরক্লিবী ইন্দোন্দুগী মনাক তম্না চগুশিল্লকই।

"লাইওইপ্রবা ইপা ইপু, লাই গুরুশিংদু নীংশিংদুনা মধুরগুম্বা তৃর্থস্থান্দা ঈশ্বরগী চরন্দা গুমজবা খরদং কৎচরম্বনি। ঐখোয়গী সাহিত্যগী মীফমশিংসি মফম হোং হোংদুনা অসিগুম্বা তৃর্থস্থানশিংগী মনাক নকপদা পাগুথোক্লবদি, সাহিত্যগা ধর্ম্মগা ওইবা থৌরমশিংগা য়াম্না নক্লবা মরী লৈনরক্লুনা অনৌবা মহাও অমদুম থোরক্লব্রা খল্লিয়ে।"

ইন্দোন্দুনা হায়রকই, "ইবেম্মা, নহা ওইরিবা নখোয়না ঈশ্বরবু থাজদুনা লৈথিপ্রবা ইপা ইপুশিংবু নীংশিংলিবা য়াম্না ফৈ। অদো হৌজিক মতমগী নহাশিংসিদি আঃ লাইওইপ্রবা অহল লমনশিংদুদি লায়রদুনা হৌজিক হৌজিক হিংলিবা মমা মপাবুসু কাউনরেদা। ঐখোয়গীদি তর্পনককা অমতা কৎত্রে। কৎসু কৎনীংদ্রে।"

রাজেশ্বরীনা ইগুক গুক্লা হংলুই, "করিগীনো ইন্দোন?"

"ইবেম্মা, কৎননবা মরমদি মশানা শীল্লমদে। হিংলিঙৈদা নুংশিনদ্রগা শিরবা তুংদা ময়াম্না কৎনৈ হায়দুনা কৎপদুনা কৈদৌনদোইনো?"

"ইন্দোনগীসি নুংদা করিগুম্বা খরদি পেন্দবা লৈরেনে।"

" পেন্দে, ইবেম্মা পেন্দে। ইন্দোন্দি হিংমিন্নরিঙৈদা নুংশিনা লৈমিন্নবা পাম্মী। শিরগা শোরাং চাউনা শোনবদুনা কৈদৌদোইনো?"

রাজেশ্বরীনা কছারগী ইন্দোনদুগী থাফমদুদা খরা হেন্না খগুনীংবগুম মখা তানা হংলকই, "ইন্দোনখোয়গী খুরাদু হৌজিক লৈমিন্নদ্রবরো হায়রিসিবো?"

"কুইরে শিখিবা। তোম্পোক কৌবনি। মহাক শিখিবদগী খরা পোখাবা ফংজরে।"

"করি শিনফম তৌরম্বগে?"

"মাগী শিনফম হায়ববু থকপা চাবা। মাঙ্গোলদা ফন্নগা মাগী অপাম্বদো লাউ থোংদুনা

অদু পুরকউ, অদা লৌরুচো । ইবেম্মা অহলশিংনা থন্নম্বা লৌ শীং পূম্নমক য়োন্দুনা চাথোকপ্রগোৎনি । হৌজিক লৈরিবা ইংখোল মচেৎসি নত্তনা করিমত্তা থন্নমদ্রে ।"

ম্বারীগী অধ্যায়সি য়ৌরক্লবদা রাজেশ্বরীনা থুংলুবা ইমুংদুগী য়ুম্নু থাবল্লেনা মখা শমথরকই, "ঐখোয়সু খঙহৌই । ইনাউসে থংননা লৈরিবা ঐখোয়গী য়ুমসিদা ফাওবা নোংমতা কোয়থোকচবা য়াগোত্তে । "

রাজেশ্বরীনা মখা তাশিল্লি, "ইন্দোনগী ইচানা কয়ানো ? হৌজিক করি করি তৌরি ?"

"নুপী অমগা নিপা অমগতনি । লাইরিক য়ৌনা তমহৌদবনিনা করিবু তৌনি ?"

"করিগীনো ইচাশিং মহে মশিং নীংথিনা তম্বা ঙমদ্রিবু ?"

" নোং হেক ঙানবগা মপানা ইচাশিংদো লাউবগা খোংবগা পাউখোন, চুরুপ বিড়ি লৈরুচো, য়ু লৌরুচো, মাগীদগী গঞ্জা, চানবা, . . . । ইচাশিংদো শারবা কচ্ছারগী নুংশা মরকসিদা হঞ্জিন হঞ্জিন চৎহল্লিবা । অদুনা লাইরিক পাবদি লায়রদনা শানজবা ফাওবা ফংদে । অদুগী মথক্তা অমুকসু চৈবিরিবনিদো । পীক্লিঙেদদি ইচাশিং লাইরিক তম্বা অদুম চৎচরম্বনি । অদুবু খরা চাউরক্তুনা ইকাইবা খঙলপদগীদি মপাগী নিশা মখল শুনা লৌবা চৎপদু মমান্নবশিংনা লক্লিক্কপদগী ইকাইদুনা লাইরিক তম্বা তোকখিবা ঙক্তনি । য়েংউদ্দে ইবেম্মা " হায়রগা মনমগনগী ফুরিত্তু তাখৎলগা খামদৎ খামদক্তুনা লৈরিবা দাগফম ময়ামদু উৎলকই ।

"ইচাশিংদুদি লোইনা ময়ুম মকে পাল্লবরা ?"

"ইচানুপীদুদি মহাক্তা খঙনজবা অমদা চেনখিদুনা ময়ুম পানগ্রে । মদুদা শাউরিবনি হায়দুনা মপানা য়ূমদা চঙহন্নমদে । লৌসু লৌখৎপিরমদে । মপা শিগ্নকান্দা, মচা অহুম লৈরবা মতমদা ঐনা লৌখৎখি ।"

"নচানুপা, নমৌ অমদি নচানুপীদা খুরাদুগী র্তপন কৎপগী ঋখল লৈতবরা ?"

শাউরপ তৌরগা ইন্দোন্দুনা হায়রকই, " লৈতে লৈতে । কদাইদগী র্তপন্নোনে ইবেম্মা । পল্লুফাওবা য়াবা নত্তে শাউরিবা । ঐসু কৎনীংদে । কৎসু কত্তে । ইচা ইমৌ অনীমক লাইদি য়াম্না নীংজে । অদুবু মপাগী র্তপন কৎলু হায়বদদি ময়াদ্রে । "

"অদুদি খুরাদুগী র্তপন্দি শূক্কৎ কৎত্রে ?"

"কৎত্রে ইবেম্মা, কৎত্রে । কৎলক্তনবা মরমদি মশানা শীলল্লগবু কনানা কৎলুনি ?"

# নোঙ্গৌবী



**এ কে শেরাম**

*মীয়াম্না এ কে শেরাম হায়না খঙবা বাংলাদেশ মণিপুরী সাহিত্য সংসদ হৌদোকপিখিবা লুচিংবা অসি খৃষ্ট কুম ১৯৫৩ গী ফেব্রুয়ারিগী তাং ২৭ তা বাংলাদেশকী হবিগঞ্জ জিলাগী চুনারুঘাট থানাগী মনুং চনবা গাজিপুর ইউনিয়নগী বিশগাঁও খুন্ডংদা শেরাম নবকিশোর সিংহ অমদি শেরাম ওংবী থম্বাল দেবীগী মপারি ওইনা তাইবংদা খোঙদারকখি। মহাক্কী নোঙ্গৌবী কৌবা বারী মচাগী লাইরিকসিনা বাংলাদেশ মণিপুরীগী অহানবা বা. মচাগী লাইরিক্নি। হৌজিক হৌজিক বেঙ্কগী একজিপিউটিভ ওইনা থবক তৌনা তৌনা সাহিত্য সংস্থান প্রথম দিনের সূর্য অমসুং সোনালি বেঙ্ক ওফিসারস বেলফিয়ার এসোসিএসনগী প্রসিডেন্ট ওইরি। অমেরিকাগী মাবকুইজগী মায়কৈদগী ফোঙবা হূজ হূ ইন দ ৱার্ল্ডগী ১৫ শুবা এদিসননা পুন্সি বারী ফোঙখিবগা লোয়নন অমেরিকান বাইওগ্রাফিকেল ইনস্টিটিউট না ১৯৯৭ গী মেন ওফ দা ইয়ার এৱার্দ পীদুনা ইকাইখুম্নরে। ১৯৭৫ দগী হৌজিক ফাওবা মণিপুরী সাহিত্যগী চেফোঙ 'মৈরা' গী এদিটর ওইরি। হৌজিক ফাওবদা পুম্না লাইরিক ৫ ফোঙরে। ফংখ্রবা মনা মথুমশিংদি ১। সোনামণি মেমোরিএল এৱার্দ অমদি শেকড়ের সন্ধানে এৱার্দ নি।*

নুমিৎ অদুসু অতে নুমিৎ কয়াগী মতৌগুম্নম্মী। তারমদাই কোরৌহনবনা নৈঙাং মচুগী কোপি.ন শেত্তুনা লমকোয়বদা ৱারবা লম্বোইবদৌনা খোঙথাং তপ্না ময়ূম পাংলক্লম্মী। মেরাগী লিরি হুম্বা মালংবদি অইংবগী পাউজেল শন্দোক্তুনা মায়কৈ মায়কৈদা কোয়চেল চেল্লি। লমদম তাম্না চাক্তারুবা পোম্বী চেক্লা কয়ানা মতমগী মাঙ থাহৌনবগী ইথিল অমগা লোয়ননা শাখপ তোয়রি মকো তম্না। নোংপোক চীংখোঙলোমদগী শন্দোরকপা ফিজং অমনা তপ্না তপ্না অশংববু কৃপশিল্লক্লি। মনীংগী সোড়োক কারোংদা হৌজিক্তা তাখিবা নুমিৎকী মশেক্লা ঙঙ্গোনবা মচু য়ৈরিবা নোংচুপকী চীংয়াদা চোকরবা মীৎস্নাদুদু তপ্না পোখাহল্লগা তুমিন্না ফম্নি চন্দ্রমুখি। থম্মোইনুংদদি ঈথক ঈহৌরবা সমুদ্র'মগী মখোল থোক্তবা ঈরাওখোল

— মীৎলুদনা তাগদবগী ঙাহ্দুনা লৈরবা নোংগী মপৈ। নীংশিংবগী সেলুলোইদতা মথং মথং থোরকখি হৌদ্রবা মতম কয়াগী থৌদোক কয়া মথং মথং . . . ।

মতমদো ফাইরেন থাগী থামৈনি। ঢাকাদা করি করিনো তৌনরে — য়াম্না লাঙনরি, ঈরাং হৌরি হায়বগী পাউনা লৈরক খুঙ্গং পুম্নিল নিনম্লবনি। ময়াম্না ঙাঙনরিবদু মরক মরক্তা বারী তাবা য়াওরি চন্দ্রমুখিসু। অদুবু মরম মহা থোইড়া খঙঙমদে । জ্ঞান তাদে করিমত্তা। অদুবু ঈরাংদু য়ৌনা ফংত্রে হায়বসিমদি ফজনা খঙলি। অদুনা ময়ামগী পাখংনবদুদা য়াওদবা ঙমদে । চন্দ্রমুখিনা পাখংচরিবদি মরু ওইনা মাগী মচানিপা য়ায়মা, সিলেটতা লৈদুনা কোলেজ তম্লিবা তরুনগীদমক্তনি। মীনা হায়নবা 'তরুনদি ছাত্র ময়াম্না হৌরিবা ঈরাংদুদসু য়াওহৌবা উরকই। ইনখৎলকপা নহা ওইরবসু য়াম্না মথৌনা মরিংজেল ফৈ।' অদুনা চন্দ্রমুখিদি লৈবাক্কী ঈরাংসিদা মচানিপা তরুনগীদমক য়াম্না পাখংচৈ। অতৈ মচা অনীদুদি য়ূমদা লৈবনিনা মখোয়নীগীদি থোইনা খল্লুদে। মচানিপা অহল গোপাল লাইরিক তম্বা তোকখিবা কুইরে। মপানা অহল ওইশিল্লকপদগী লৌউ শিংউবগী থবক্তা মপাগী মতেং পাংহন্নবা লাইরিক তম্বা তোকহনখিবনি। হৌজিক গোপালনা মায়পুনদুনা লৌউ শিংউবগী থবক তৌরি। অতোম্বা ববীনদি চহী তরানিথোইতমক শুরি। হন্দক হায় স্কুল কাদুনা ক্লাস সিক্সতা তম্লি। য়াম্না জ্ঞান তাই, ঈং তম্মী হায়না লৈকাই মীয়াম্না অঙাংসিবু য়াম্না লুনা তৌই। চন্দ্রমুখিসু অদুমঙায়, ববীনগীদমক্তা মাগী থম্মোইদা তোঙানবা মফম অমা কন্দুনা লৈরিবনি। মদুগী মরমসু লৈ। রবীনসে চন্দ্রমুখিগী অপোকপা মচা নত্তে। মা[illegible] মপুরোইবা কহাই নুপী অনী লোল্লম্মী। চন্দ্রমুখিনা অহলনি, মালতীনা অতোম্বী। চন্দ্রমুখিগী অঙাং অনীনি — গোপাল অমসুং তরুন। মালতীগীনা তোমথিন শাৎচবা — রোবিন। অদুবু মালতীদি ইখঙ খঙহৌদনা খুদক্কী লায়না অমনা লৈখিদবনি। মতমদো রবীনদি য়াম্না পীক্লি, জ্ঞান তাদ্রি। মালতীনা মচেমহল চন্দ্রমুখিবু মনাক্তা কৌশিল্লগা মীৎলু পিরাং চেন্দুনা পাউমেন্নরম্বনি, "ইচেমহল। রবীনসে ঐগী নংত্রে। ঙসিদগী নঙগী নবুকথোক্কী নচামক্লি খনবিরো . . . " হায়বা ব্রাহেসি হায়বা লোইরম লোইফাৎতনা মীৎলু অনীদগী সুরমা-কুশিয়ারা তুরেলগুম লেপ্ন ইদনা চেম্লরকখি ..চেল ওইনা। চন্দ্রমুখি তৌফম খঙদনা অফক অফাই চুখি, করি[illegible] খুম্বা ঙমখিদে। মালতীগী মখুৎতমক চেজেৎ কোনশিল্লগা পিরাংগী লোইনাইদ্রবা ঈফুৎতনা ফোঙদোকখি ফোঙঙমদ্রবা থম্মোইনুংগী ব্রাহে কয়া।

চন্দ্রমুখিগী চোনথরবা খজাই অনীদুদা মরম নাইনা শিম্ভুরক্লি মীৎলু অনীদগী পিরাংগী ঈচেল। নীংশিংবগী জগত্তগী বাস্তবতা হল্লকখি চন্দ্রমুখি। ফিজিদুনা তপ্না মপি তৈথোকচৈ। ব্রাখলগী লংলা লংজিন থিদুনা আমুক খোঙদোইবা হৌরি স্মৃতিগী মরুদ্যানদা।

রবীনদি মমানা য়াম্না পীক্লিডৈদা হুন্দোকপিরম্বনিনা মমাগী স্মৃতি নীংশিংবা ঙমদে।

মীক্লিঙেদগী হৌনা চন্দ্রমুখিবু মমানি খন্দুনা অদুম লাক্লবনি । মানা নুংশিনা 'ইমা' হায়না কৌবা তাবদা মাবু অপোকপা মচা নত্তে হায়না কৈদৌঙেদসু খনবা ঙম্লকখিদ্রবনি । তশেংবদি গোপাল অমসুং তরুনবুদি রবীনবুনা হেন্না লুনা তৌদুনা য়োক্লক্লিবনি চন্দ্রমুখিনা ।

লমদাগী অহানবা থাখায়দা, নোংমা, নুমিদাংবাইরম অমা, তরুন য়াম্না তফিং তফিং য়ূমদা লাকখি । মপাগা চীক্লা বারী খরা শান্নখি । মতমদুদা চন্দ্রমুখিদি মচা লাক্লে হায়বগী হরাও মথোই কাদুনা মচানা চানবা মথেল লুকোয় লাওলি । অ্‌ াু নুমিদাং খরা থেঙজিল্লক্লবা মতমদা মমাদা খুরুমদুনা বিদায় লৌরগা বেগতুমগা থোকখ্রে তরুন । চন্দ্রমুখিনা কদাই চত্তৌরিনো হায়না হংবদা খুল্লম্বনি, "চত্তবা য়াদদুনা চৎলিবনি ইমা " হায়রম্বনি । মচাগী মতৌদুনা জ্ঞান মেন তাদ্রবী চন্দ্রমুখি তীঙক মায়ঙক্লনা মচাবু য়েংদুনা অদুম লৈহৌখিবনি । অদুবু মতম খরা লৈরগদি মীনা হায়নবদগী তারক্লে মদুদি তরুনদি মুক্তিফৌজদা চঙখ্রে, লান চৎখ্রে — বাংলদেশকী নীংতম্বা তানবগী লান্দা । নীংতম্বা ফংলগা করি কান্নগদবা হায়বদু চন্দ্রমুখিদি খঙজদে।

শক্তিবু থাদদি লান ফনা হুজনা কনখৎলক্লে । লানগী মৈশা চন্দ্রমুখিখোয়গী খুলদসু খরা খরা য়ৌরক্লম্মী । নুপী-অঙাং, পোৎ-চৈ থৈদোক্লবা য়াওই । ইন্দিয়াদা চেন্নখিবসু কোঙ্গায়নি । চন্দ্রমুখিসু মতৌদুগা লোয়ননা লাপ্তেন্নরিবা মীয়ামগা লোয়ননা ইন্দিয়াদা চেন্নকখি । খুমদুনা মপুরোইবগা মচানিপা অহল গোপালগনা লৈহৌরি য়ুম শঙনবগীদমক । খুদোং চারোইদৌবা লৈরগদি মখোয়সু চেন্নকনি । রবীনদি মমাগা লোয়ননা চৎলসি হায়বা সূকয়া য়াখিদে । কোন্না মপাগা লৈহৌগনি, কোন্না লাকনি হায়না কন্না হেক্তমক নিংঙাই তৌদ্রে ।

অঙাংদুগী মতৌদুদা নুংঙাইহৈরক্তুমাল্লে মপানা হায়রকই, " ফরে ফরে । নখোয় চৎলো । নোং নীনি লৈরগা মাবু থিনবিরকপা হায়বদুনি ।"

ইন্দিয়া য়ৌরবদা সরকারনা পীবা কেম্পতা লৈরে চন্দ্রমুখি । কেম্পকী অবা অনা তুংওইনদুনা চন্দ্রমুখিদি মতম পূম্বদা লান চৎখিবা মচানিপা তরুন অমসুং য়ুম শঙদুনা লৈহৌরিবা মপুরোইবা অমদি মচা অনীগী বাখলতমক খন্দুনা লৈদ্রে ।

নোংমগী অয়ুক্লি । চন্দ্রমুখি মঙ নুংঙাইহৈরমদে হায়দুনা অবাংগী মাঙ্গোলদুদা ফম্লগা চিন্তা তৌদুনা লৈরি । তাঙ্গাদুমক্তদা য়াম্না তফিং তফিং থুংলখি মপুরোইবা কাহাই । মপুরোইবগী চোকথরবা হকচাং, মঙাল য়াওদ্রবা মায়থোঙ উবদা স্বাই লাউই চন্দ্রমুখি । হংজে, " করি তৌরে? গোপালগা রবীনগদি কদায় ?"

কাহাই ফদ্রাক লাউনা ফমথরকই মাঙ্গোলদুদা । মরু লূক্লা তুমিন্না লৈ । মমীত্তগী শিন্থরকখি থম্মোই চাকথেক্লবা পিগী ঈচেল পিরাংগী ঈরা ওইনা । ঙাইহাক লৈরগা তপ্না পোথা পোথা মীরকই বারী ।

মমাঙগী নুমিদাংদুদনি। ঙন্নপ্পা চাক ঈশিং লোইরগা চাগে হায়দুনা ফমথবতা মঙায়রি মপা মচা অহুমদো। কদোমদগীনো ময়াং খরা প্রপ প্রপ চঙশিল্লকই ময়াং খরা ইমুং তান্না। ঙক্লা য়েংই কাহাই। লমদমসিগী ময়াংশিংদি মৈতৈ য়ুমগী ইমুংদা খক চঙদে। অদু ওইরবদি লাক্লিবশিংসি কদাইদগীনো? করি মরমগী লাপনো? ব্রাহং হংবগী তাঞ্জা ফংখিদে। মমায় মচঁখ ফিনা খুমজিনবা নিপা মরি মঙা চঙশিল্লকুনা কিৎ কিৎ নমদুনা ফায় মখোয় অহুমু। খুৎলৈ থুনা পুনশিল্লি মখোয় তুংবুন্ননা। মমীৎশিংসু পুনশিল্লি অমুবা ফিনা। ময়াদা ফিবুন নন্নকই লাউবা ঙমদনবা। অদুদগী মম্বাঙদা থৌরি থুরগা চিংলগা পুরে।

লম্বী য়ৌরক্লগা খঙলে মখোয় অহুমতা নত্তে, অহোইননা অতৈ মীওই খরসু অতোপ্পা ময়াং খরনা ফাদুনা পুরক্লম্মী। মদুদগী অমুক সোড়োক্তা, লৌবুক্তা মখোঙনা চৎহন্দুন পুই। ফনা কুইরে মখোয়বু চিংদুনা পুরক্লিবসে। অদুক শাংবা লম্বীদু চৎপদা করিমত্তা ঙাঙনদে। ফাবা লাক্লিবশিংদুদি মরক মরক্তা ব্রা মচেৎ মচেৎ ঙাঙনৈ। মখোয়গী ব্রাশিংদগী খঙবা ঙম্লে মদুদি মখোয়শিংদুদি বাংলাদেশগী নীং-ম লানবু য়াদবা কাঙবু ঙাক্তনি।

মখোয়না হায়নৈ, "মৈতৈশিংদি লোইনা অব্রামি লীগতা ভোট পীবা কাঙবুনি। নীংতম লানসিবু য়াদুনা শৌগৎপা কাঙলূপনি।"

মখোয়না অসুম ঙাঙনরকপদুদা তরুনগী ব্রাসু পনখিবগুম তৌই। মখোয়না মখা তানা ঙাঙনরিবদু তারকই, " মৈতৈশিংদি অফং অফংবা ফারগা হাৎকদবনি।"

মাইল কয়া থাপ্পা লাক্লবনো খঙদে। কদোমদনো চৎলিবসে হায়বদুসু খঙদে অমম্বনিনা। নুমিদাং থেঙজিল্লক্লে হায়বসিমতংদি খঙই। খরা চৎলগা মখোয় ময়ামবু পুন্নপ ফমহল্লে। মফমদু তুরেল মপাললনি। ঈশিং চেনবগী মখোল অমসুং তুরেলগী অইংবা নুংশিৎ ফাওরকই।

ঙাইহাক তুমিন লৈ ময়ামদু। ঙাইহাক লৈরগদি করিগুম্বা মখোল অমা অমসুং কনানো'গী খোঙ্গোক্তগী অরোইবা খোল্লাউ তারক্লে কাহাইনা। মীহিংচাশিংদুনা ঙাঙনবদুদা খঙবা ঙন্নকখি মদুদি মখোয়না অফাবা মী অমা থাঙনা য়াম্বুৎলগা তুরেলদা ইম্বুখ্রে।

ঙাইহাক লৈরগা অমগী'মুক মান্নবা খোল্লাউ তারক্লে। কাহাই মশীং থী অমা, অনী, অহুম, . . . ।

খল্লকই ঙসি পুল্লিসে লোইয়ু হায়না তমগ্রবোইরে? মমোন মমোন্দা মাগী ইষ্টদেব কৃষ্ণগী মিংলেন শোন্নরকই। মাগী নুংশিরবী তালোই চন্দ্রমুখিগী মায়থোঙ নীংশিংলকই। নীংশিংলকই মচানিপা য়ায়মা তরুনগী ব্রা। তপ্না তপ্না শীৎনা শীৎনা তুং হন্দোরকই কহোই। তাঞ্জাদুদা মথূত্তা পুল্লিবদো খরা খরা কোমথোরকপগুম তৌরকই। য়াম্না ব্রানা হোৎনদুনা

লৌথোক্লে পুল্লিবদো। মমিংতা পুল্লিবা ফিদুসু হাংদোক্লে। পুম্নম মল্লি মায়কে পূল্লা। করিমত্তা উদে। ঙাইহাক লৈরগা অমমম্বদু খরা খরা হৈনরক্লবদা খরা খরা উবা ফংলক্লে খরা লাপ্লগ লৈরিবা মুশি মুশিরবা মুর্তি খরা। কাহ্নাই শীংনা শীংনা তুরেল মপাল্লোমদা চঙশিল্লে। অদুগা তপ্না নাম্বে তুরেল মখাদা। পাকথ পাকথ চংগা হৌরে তুরেল ঈচেলগী মায়কেদা হুনগৎনা।

অসুম্না য়াম্না রানা অহীংচুপ্না চৎলবা তুংদা মফমদুদা য়াম্না রানা য়ৌরকপনি কাহ্নাই। অদুদগীদি অরাবগা নুংঙাইতবগনা নুংনাংনরবা কাহ্নাই হিংঙে হায়রবগী নুংঙাইবগা অমগা কোন্ননা অদুম জ্ঞান মাঙখ্রে।

মতম খরা হৌখ্রবদা লান লোইরে। নীংতল্লে বাংলাদেশ। চন্দ্রমুখি হল্লক্লে ময়ুম লমদমদুদা। অদুবু অঙকপনি বিথিগী নোংদম। লান চৎখিবা তরুনদি লানঙম ফিরাল পায়দুনা হল্লক্লে। অদুগা মমা মপাগী মথাদা শান্তিদা লৈহৌবা গোপালগা রবীনগদি হল্লকপা লৈখিদ্রে। গোপালগী রাদি থম্লু থমখ্রো। রবীনগীদমক্তনি চন্দ্রমুখিনা খল্লিবদি। মনাওনুপী মালতীনা মাগী মখুৎ পায়দুনা শিন্নরম্বনি। হয়েং লাইরল্লেন্দা মালতীনা, "ইচেমহল, ঐগী রবীন করম তৌহৌরি?" হায়না হংলকপদা করি রাহেনা পাউখুন্নগনি? করিগীনো খঙদে, চন্দ্রমুখিনা মমোন্দা থাজজে মদুদি শাহিংচাবশিংদুনা রবীনবুদি হাৎপিরোই, অঙাংনি হায়দুনা থাদোকপিরক্কনি। নোংমদি শোয়দনা অঙাংদো লম্বী খি খিদুনা ময়ুমদা হল্লকখিনি। অদুনা চন্দ্রমুখিদি নিতিগী রবীন হল্লকখিনি হায়বগী আশাদা নোংচুপ পাংখ্রিবা লম্বীদুদা য়েংদুনা লৈ। ঙসিসু লৈরি চন্দ্রমুখি — য়াম্না রানা ঈশিং চাই চাইদুনা হিংহন্দুনা থল্লি মাগী আশাগী ময়োলদো।

নুমিদাংরাইরমগী শঙ্গারকপা মতমদা মকোন্দা হঙ্গিন্নরকপা কাক শঙ্গু অমনা "কাক কাক" খোংদুনা কোকথক্তা ঈরাঙ লাঙবমখে পাইদুনা চৎখি। নীংশিংবনা রাউজুনরবা জগৎতগী বাস্তবতা হল্লক্লে চন্দ্রমুখি।

নোঙ্গৈবীনা নোং ঙাইবগুম মচা হল্লকখিনি ঙাইজবা চন্দ্রমুখি উপাই লৈরক্তবরা করিনো নোং খোংবদৌনা হৌনা কপথোরক্লে।

# দেবী ইমাগী সিন্দুর



ডা চোংথাম নরেন্দ্র সিংহ

*ডাক্তর চোংথাম নরেন্দ্র সিংহ খৃ: কুম ১৯৫৩ দা কৈশামথোং তোপ লৈরক্তা চোংথাম বেনুধর সিংহ অমদি রাজকুমারী সনাতোম্বী দেবী অনীগী মপারি ওইনা তাইবংদা থোক্তারকখি । গুৱাহাটি য়ুনিভরসিতিদগী লোদা ডোক্তরেট ডিগ্রী ফংলে । আইনগী সংস্থান কয়াগী থৌ পুরি । লোয়ননা অতখন্দে বিদ্যাপিটতগী পুংদা বিশারদ লোইরে । হৌজিক ফাওবদা কোক্রবা লাইরিকশিংদি মরীমচাদা, ১। থোংথোং কৈথেল (১৯৮৪), ২। শামু ময়াগী কংক্রু ঙাহুক (১৯৮৭), ৩। শায়োকশঙ (১৯৯১), ৪। শঙ্গেম্বোংগী মাকং (১৯৯৪), ৫। লৈহাউ লৈরেল থিবদা (২০০৪) ; উপন্যাসতা নাওশুম (১৯৮৫) ; অনুবাদতা ১। মনোহর মালগোলকরগী ডি মেন হু কিল গান্ধী, (মণিপুরীদা) (১৯৯১); ২। চোংথাম সুবদনিগী পারী নঙবু কনানো ? (ইংলিসতা) নি ।*

হান্না লাইনুং চঙনরুরবা কাঙবুনা লাইবক্তা সিন্দুর নম্লগা খৃত্তা নির্মল পায়দুনা মরী মরী থোকনরক্লি । অমরোমদা লাইশং মনুং য়ৌননবা চঙ্গদবগী কৃক কৃক ইন্নদুনা নুপী ময়াম অমসু চীক্লা চায়না ঙম্মদবমখৈ ঙাইনরি মাঙদা থৎলিবা পৌদুদা ঙারদুনা । সিফাই, পুলিস, স্কাউট নুপী নিপা ময়াম্না ঙাক্লি লাউরগা খোংলদুনা চঙবা য়াইগা য়াদেগা হায়রদুনা । নুপী ময়ামদুগী মরক্তুদা তোম্বীসনাসু য়াওরি । তাঙ্গাদুদা নুপী খরনা চৈশিল্লকই, "কারনোহে ! করম্বা নিপানো নুপী মরক্তা ফৌমান য়াল্লরিসিবো ?"

তোম্বীসনা হাইরপ ইকাই অদুবু লয়দুনা য়েংলুবদদি মাখক্তা ওইরমদ্রে, অতোম্বা নিপা খরসু য়াওরম্লে ।

থংনবা অনী মরী শানরিবদু তায়, "বরগী পুংফমসে নোংয়ায় মতুং পুং অনীগা মিনিট ১৮ চংপা মতমদা থোক্লি হায়নে ।"

তোম্বীসনা ঘড়ীদা য়েংই। নোংয়াই মতুং পূং অমতমক মতারি। মতম য়ৌরক্কদবা পঙকুই কুইদ্রে। মাদি ঙসাই পূং বারো মমাঙদগী লেপ্লকপনি। অহিং মীৎশেল খাঙলদুনা বরগী মতম চপ চানা পৌদু হাংগনি হায়রি।

তোম্বীসনা লাঙতক্লবা হেল্লকই। মানা লাক্লিবসে দেবী ইমাগী বরগী মতম চপ চাবদা চরন্দগী সিন্দুর খরা ফংহৌনবনি। মদুনা মাগী মচেনা পোকপী মমৌনুপী অনাবীদুগী মরাইবক্তা অয়ুক্কী নুমিৎ থোক্লিঙৈ মমাঙদা নম্বীবা ওর্ল্লবা' অনাবদু ফগনি। ব্রাফমসি নোংঙদাগী ওজা মাইবা গোরোবনা তাক্লকপা মতুংইন্ননি। অঙাংদুনা হিংনিংলিবদু উন্নরগা তোম্বীসনা হেন্না হেন্না লাঙতক্লে। হংলুরগসু 'খরা ফরে' হায়না হেক্তা মখুল্লকই অদবু মাগী লায়নাদুনা নোংম নোংমগী লাকশিল্লকপদি লেপ্তে। চেনাইদা পুরগা লায়েংলুবদা ডাক্তরনা য়ূমদা পুরগা পোত্থাহনবিরো হায়রকপ্রবনি।

মতুংদা ডাক্তর, মাইবশিংনা ফগনিবু হায়রবদি হায়রকপশিংদু তৌদুনতা লাক্লি। মমৈথঙদা, মাবু য়েংলিবা মাইবদুনা 'মাগী মামতোন অমনা দেবী ইমাগী মফমদগী বরগী পুংফম চপ চানা লৌরকপা সিন্দুরদু অনাবীসিগী মরাইবক্তা নম্বা ওল্লবদি ফগনি' হায়বদগীনি তোম্বীসনানা ঙসি সিন্দুর লৌবা লাক্লিবসে। শিরগদবা অঙাংসিগী মপুক্লিংদা হিংগনি খঞ্জরিবা যবক্তুমক্তং পাঙথোকপিগ্রবদি শিজপ্রবসু পেল্লনিকো খন্দুনা লাঙতক্লনা ঙাইরি বরগী পুংফমদু য়ৌবকপা মীনিলতনা থল্লবা উফুল ব্রাইফুল মরক্তুদা হকাম ব্রা ব্রা চল্লদুনা।

"পাবুং, নিপাগীসু লাইন অমা থোকসি হায়না খন্নরে। অদুনা য়েংলোমথংবা সোমদা লাইন অমা শেম্বীরো।"

হন্না য়েংথোক্লবদা চরাঙনবা মরক্তুদা ঋাউটকী অঙাং অমনা কৌথোরকপা ওইরম্লে।

নিপাখক্তগী ওইনা নৌনা শেম্লিবা লাইন অদুসু মী য়ামদবদি নত্তে। অদুবু ব্রাই খংশং শংবগুম তৌই। ঋাউটকী অঙাংদুদি ওম্বোক্লা লৈবাক মচা তাগ্রে। মোমোন্নদুনতা লৈবা অঙাংদু ব্রাসু কয়া ঙাঙগন্দে। তোম্বীসনা অঙাংদুগী মনাক্তা তপ্পা চঙশিল্লগা হায়রুই, "ইবুংঙো, ঐবু ব্রা অমতা হায়নীংই। ঐগী ইতেং অমতা পাংবিবা য়াগদ্রা? সেরিঅস ওইবা অনাবা অমগীনি।"

তোম্বীসনাগী ব্রাহেদুদা অঙাংদুনা মরম খঙহন্নবা হায়রকপদগী মরম খঙহল্লবদা হায়রকই, "পাবুং, ঐনা ঙম্বা হায়ববু লাই কমিতিগী সেক্রেটরীগা উনহনবদি নচা ঙমজগনি। মখাদি পাবুংনা অদুম ঙাঙনবিরো।"

তোম্বীসনা আশা অমা উরক্লে। ঋাউটতুগা চঙমিন্নরক্লগা লাইশঙগী মনীংদা লৈবা লোয়শঙ শঙলেন্দুদা পুশিন্দুনা ফমহল্লল্লগা সেক্রেটরী থিবা থোকপ্লে। তোম্বীসনানা মদোম

খলহৌই মদুদি লাইন্দা লেপ্তুনা ঙাইবসু তৌহৌদা, সেক্রেটরীদুসু থেংনহৌদ্রবদি কমদৌবা ? অসোমদনা মখৌনুপীদুনা তৌহৌরিবদুগা ! খল্লুবদা চম্মল্লরকই । মথন্তা শোঙ্গরকই, " হে ঈশ্বর ! দেবী ইমাগী চরন সিন্দর পুরক্তুনা অঙাংদুগী মরাইবক্তা নম্বা ফাওবদদি শিহনবিরমগনুকো।"

" তোম্বীসনা, তোম্বীসনা । থোঙ অমুক্তা হাংদোকও ।"

অথেঙবা অহিংসিদা থোঙ হাংদোক্লুবদদি মাগী মচে, অনাবী অঙাংদুগীনা মমাদু ওইরম্লে । মচেদুগী মতুংদা নহা অমসু লেপ্লম্মী । মচাগী খনবদা মতম কুইনা নীংথিনা চারক থক্লক্তবগী মচেগী মশক্তু য়েংবা য়াদ্রে । মচেদুনা হায়রকই, "ইবুংঙো, ইবেম্মগী নারিবসে মাগী মাম্মদা য়োল্লবদি কোক্কনি হায় । ইচানুপীদো নঙোন্দা য়োল্লগে । নঙ লৈজরো হায়দুনা য়োনবা লাক্লিবনি। নঙনা শিনীংবা মমল অমা হেক্তা পীয়ু । ঐ ফিগাউ শানা য়াজগে ।"

কয়াদা নুংশিপ্রবা মমা অমগী থম্মোইদগী থোক্লকপা নাহেনো ! রাহেসি তাবদা কনাগী থম্মোই পেংলোইদগে ? তোম্বীসনা মতু চুংলকই । অদুবু তাঙ্গাসিদদি ওনশিন্নদুনা কপমিন্নগদবা নত্তে, লায়থোকতনগদবনি হায়না মপুক্লিংদা খল্লক্তুনা ফাগি তাথোক্লগা খুম্মী, "নঙগী নচানি হায়দুনা তৌরিবা শূনীংদবীদুবু কয়াবু শীংকবনো ? "

ঙাঙ ঙাঙদুনা চঙশ্লগা ইমুংদগী লুপা তরা চংপী অমা লৌথোক্লুরগা অঙাওবী মাম্না ঙাইরিবী মচেগী ফিগাউদুদা থাদরগা হায়রুই, "চলো, চংলো । নাবা থুনা ফহল্লু । ঐগী চাক থোংহন্নবা । অদো নচানুপীদুবু চাক্কসু থোং থাকপা হৈজরব্রনে ? য়েংবা তারেদনা ।"

"করি তানসি হায়বা ?"

তোম্বীসনা খংপ্রেক খংই । লাই কমিতিগী সেক্রেটরী হায়দু ওইরমাল্লে । মখৌ য়াম্না চিন্নবা ওফিসার অমগুম্ই । রাফমদু হেক কাঙথোকউবদা থুনা ভাব তাখি । হায়রকই, "হায়রিবা সিন্দুরদু ঙসিদি ফংহনবা ঙম্লরোই । মদু চহী অমগী মমাঙদগী শেল কত্তুনা প্রনালিকা থাগ্রবা কাংবুশিংগী ওইপ্রবনি । ইবুংঙোনা পাম্বীরগদি ঙসি শেল থাবিরম্মো, মথংগী চহীদা বর নুমিত্তা ফংবা য়াগনি । হুন্দক্কীদি পুবা ফুল ওইগ্রে ।"

রাদু লোইরম লোইফাংত্রিঙৈদা অদুম থোকপ্রে । তোম্বীসনা হুমাং মরীক মরীক কারকই । মাগী মতৌদুদা স্কাউটকী অঙাংদুনা হায়রকই, "পাবুংনা পৈশা খরা নম্বা ঙম্লবদি অদুগা লাই শেল্লুংবদা নামৈ শেল খরা য়েপশিল্লবদি হৌজিকসু লাইবক য়েংবা য়ারি ।"

"ইবুংঙো, বরগী পুংফমদু চপ চানা লাইনুংদবু চঙবা ঙম্লবদি দেবী ইমাগী চরন দগী সিন্দুরদু লা মচেৎ অমদা খজিক্তং ফংবদি য়াররোইদ্রা ?"

নিপামচাদুনা খুম্লকই, "পাবুং, বরগী পুংফমদদি সাঁকল এম এল এ না হান্না চঙদুনা পুজা কংকনি হায় । অদুনা মতমদুদা কনাসু চঙহল্লোই । মানা লোইরগা ময়াম চঙবা য়াগনি । অদুগা সিন্দুরদি মপান্দা লৈরিবা সিন্দুর নম্বা কাঙবুদুনা নমগদবনি । লাইগী চরনগী সিন্দুরদুদি কনানসু শোকউবা য়াবা নত্তে ।"

বরগী পুংজাদুদি অসুম নকশিল্লক্লি । অদুবু দেবী ইমাগী চরনগী সিন্দুরদু ফংবা য়াবগী আশাদি অসুম অসুম লাপথোরক্লি । তোম্বীসনা মপুক্লিংদা শীংনবা অমা ফাওরক্লে । মথক্তা শোঞ্জরকই, " হেরা, লাই নীংববু শেল হান্না এদভান্স পীরগা নীংবা ! অর্থ য়াওদবা লাইনিংনিদা।"

তাঞ্জাদুদা মীয়াম ঙাক্লম্বা পৌদু শংখিবগা মীয়ামদু ঈশিং খোং কায়রকপগুম লাইশং তম্না হুপচিন্নখ্রে । তোম্বীসনা ঙসাইমকে লাইন্দা লেপ্চরম্বদুসু লেপহৌদা, নাকন্দগী ফংবসু ফংলক্ত, ওম্থোক্লা ৱারৌনা, পেন্দবা য়াবমখৈ পেন্দনা, খোয়রাঙ খোয়শাওননা দেবী ইমাগী লাইশংলোমদগী থোরক্লে অঙানবদুদগী অমম্বরোন্দদা অসুম অসুম । নোংঙান্দ্রি । লাইবুংগী ৱাংমদা মৈ খরদি থাক্লি হায়ববু মদুনা শক শা উবা ফনা ঙানবদি নংত্রি । মীদি অতৎ অথম লৈতনা লাক্লরি । করি ৱাখলদগীনো, লাইনুংদগী সিন্দুর ফংলক্লবা তোম্বীসনা নাকন্দা ফম্লিবী পোৎফম ফম্বী অমদগী সিন্দুর খরা লৈরে । লমজাওদদি মৈ ইমম্ মন্নি ।

অমম্বা মরক্তুদা, ঙসাই মাগী গাড়ী থম্লমফম খোংনাং মখোঙদু য়ৌরক্লে । মাগী গাড়ী মনাক্তুদা কনানো অমা লেপ্তুনা লৈবগুম উই । নকশিল্লক্লকান্দা নুপী মানগুম তৌই । ফিঙৌ অমনা মকোক খুমগুম তৌই । ফনেক মপান নাইবা অমা শেৎলি । নুপীদু ইহুন হুন্দে দাক্তনা লেপ্তুনা অদুম লৈ । হায়রকই, "নঙ, বরগী পুংফম চপ চানা দেবী ইমাগী মফমদগী নির্মল লৌবা চঙলুবদু ফংলরিরোইনে ?"

তোম্বীসনা স্বাই লাউই । মানা করম খঙভিবা ! নত্তে, নুপীসিবু লাইতোংবজাংলা ?

নুপীদুনা মখা তারকই, "কদাই ? নথম্মোই শেংনা লুপা অনীদং ঐঙোন্দা পীয়ু । ঐ নঙগী অৱাবদু পুবিগেনে ।"

তোম্বীসনা তশেংনা ৱারবনি, পু থাং ঙমদবমখৈ ৱারবনি । অসুক ৱারবা মতমসিদা মাগী অৱাবদু পুবিগে হায়রক্লিসিবু ? খীঙ্দনা কুরিংখাউ হুম্লুগা, লাইদা কংনবা পুরকপা অহানবা থেংনবা শেঞ্জোইদু লৌথোক্লগা পী । শেলদু পীরগা নুপীদুনা হায়রকই, "লাইবু লাইশংদতা লৈব্রা ? মনা অমতং নপুক্লিং শেংনা কংলু মফমসিদগী সুম । মদুনি ইমাগী

চরনগী নির্মল হায়বদদো । তাব তারব্রা ?"

নুপীদু খোংনাং পাম্বীদুগী মরুমদা লৈশিনশিগুম তৌই । অদুদগীদি অদুম উখিদ্রে । খল্লি, হৌজিক্কীদুবু ?

তোম্বীসনা মাগী গাড়ীদু থৌরগা ময়ুম্লোমদা হল্লক্লে । গাড়ী থৌনা থৌনা মপুক্লিংদা দেবী ইমাগী শক্তম অমা লাকশিন্নবা হোংনৈ । অদুবু, ঙাইহাক্কী মমাঙদা উখিবী নুপীদুগী শক্তমদুনা ইখন খঞ্জিনবগুম তৌই । অদুনা মপুক্লিংদা নীংই, " হে ঈশ্বর, ঐনা য়ুম য়ৌদ্রিফাওবতদি অঙাং অনাবীদু শিহনবিরম্‌গনুকো ।"

মহাক্লা মচেগী ময়ুম য়ৌবদু নোং ঙানফাংত্রি । গাড়ী মখোল তাবদা মচেদু মাঙ্গোলদা চেম্থোরকই । গাড়ীদু স্তেন্দ চিংখংলগা মানা চংলুরিবা মায় পাক্লক্লবা খোঙচত্তুগী ৱারী লীগে তৌরিঙে মচেদু ইমুংদা অমুক চেনশিনপ্রে । ৱা মেলহৌবা নংহৌদ্রে । চেনশিল্লগা হায়খিবদু নশোন্ননা তায়, "ইবেম্মা, নঙগী মাম্মা তোম্বীসনা লাক্লে ।"

তোম্বীসনানা চঙশিনখিবগা নুপীমচাদুনা হরাওনা য়েংথোক্লকপগা তান চান্নরুই । মাগী মমিত্তুনা হংলক্কি, "মাম্ম, ঐ হিংনিংলিয়ে ।"

মতৌদুনা দেবী ইমাগী সিন্দুর ফংলক্লে হায়না করম্মা হায়রুনি ? পোংফম ফম্বীদগী ঙসাই লৈরকখিবা সিন্দুরদা ফুরিংখাউদগী লৌথোক্লগা অঙাংদুগী মরাইবক্তুদা নম্বীরে । অদুগা শোল্লকই, " হে দেবী ইমা ! নঙদি মফম পুম্বদা লৈ হায় । নঙদি পুম্নমক উরিনি ঐনা তৌরিবসে।"

দেবীগী সিন্দুর ফংনবা হোংনবদা অহীং তুমদবগী পুমশা শারবা মমীংতু মুঙ্গুরক্লমাল্লে, তুম্মীংবা ফাওরক্লে । ময়ুম্লোমদা হল্লক্লে । ময়ুম হেক য়ৌবগা ফমুংদা চঙদুনা তুমপ্রে ।

মাগী নুপীনা হৌদোক্লকপদুদা তোম্বীসনা তুম্বা হৌগংলক্লে । নুমিৎ য়ুংদৌরল্লে । মাগী নুপীনা হরাও হরাও হায়রকই, " হৌগংপা য়াদ্রিবরো ? নুপীমচাদুগী পাউ লাক্লে ।"

তোম্বীসনা মমিৎ নোইরদুনা মখোয়দৌ থীংনা হায়রকই, "শিরে হায়বা নংত্রো ? অদো ফরে, কৈদৌরগে ? ঐগী ইফমদগী পাম্বদুদি নীংবা থুংহনবিপ্রেদনা ।"

" কৈনো ? শিদেয়ে । মথক্তা হৌগংলগা চাক চারে হায়য়ে ।"

# কাউথোক্লুরবা হিয়াঙ্গেগী পুর্ণিমা

রাজকুমারী হেমাবতি দেবী

*রাজকুমারী হেমাবতি দেবী খৃ: কুম ১৯৫৪ গী দিসেম্বরগী তাং ২৩ দা রাজকুমার সনাতোম্বা সিংহ অমসুং য়ুম্লেম্বম নিঙোল মাঙোলঙানবী দেবী অনীগী মযোম ওইনা নোংমৈবুংদা পোকই। হৌজিক্তা হাউবম প্রীয়োকুমার সিংহগা য়ুম্বাল লম্বীদা খোঙদাদুনা ইম্ফালগী কাওবম লৈকাইদা লৈরে। লৈকোলগী মেম্বরনি। হৌজিক হৌজিক দাইরেক্তোরেট ওফ ইকনমিক্স এন্দ স্তেতিস্ত্র দিপার্টমেন্টদা সব ইন্সপেক্তর ওইনা থবক তৌনা তৌনা ঠিয়েটর, সিনেমা ( সেলুলোইদ অমদি দিজিতেল ফিল্মশিং), রেদিও দ্রামা কয়াদা মশক নাইনা শরুক য়ারি। অতৌবা লৈচিল কৌবা দ্রামা অমসু রেদিওদা শন্দোকখ্রে।*

*কোঙলবা ৱারীমচাগী লাইরিক্তি চেক্লা মাদি খঙলম্মী নি।*

"মামা, ঐনা না হূৎপগী যজ্ঞদা কুমারী শাবা য়াওরিসি তরাহুমদোই শুরেকো। কুমারী শাবগী দক্ষিনা হায়া শেনফুসি পীক থলহন্দোইনি। ককা ডাক্তরহোয়গী ননাওবী মনা হূৎপদা তৌরকপা দক্ষিনানা নম্বর য়ান তাইকো। ঐখোয় মরীগী লুপা ১০০/১০০ তৌরকইকো। মাবোক কৈথেলকাবীহোয়না মীথী তাই। মখোয়গীদি লুপা ২০/২০ খক তৌরকই। ঐগীদি কুমারী শাবা য়াওনবগী মথঙ মথঙসু য়াম্না হায়রক্লুনে ? নেনেচৌবীহোয়গীসু কুইদ্রে হায়। শিংজমৈগী নেনেহোয়গীসু হায়রকই। ঐগী তেদীবিয়র ঐগা চাউবা মান্নবা অমসু, ঐগা ৱাংবা মান্নবা লাইথি অমসু ববানা লৈবিনি হায়। ঐদি নুংঙাইজে।" অসি হায়রদুনা নিমিতানা মাগী মমল য়াম্লবা শান্নপোৎ ময়ামদু পরেং লেংদুনা শান্ন শান্নবা হায়রকপনি।

বিমোলানা, চহী তরুক চঙলকপদা ঙায়রিবী মচানুপী অহলদুনা ঙাওথোরক্লিবা ৱাতাদুদা মাসু য়াওনা নুংঙাইজরি।

অশোক্লা মচানুপী অনীগী শান্নপোৎকা অচাপোৎকা লৈবদা খুৎচাউ থায়। বিমোলানা মচাশিংগী সনাগী লৈতেং, ফিজেৎ লৈতেং শেম্বদা থবায় য়াওজবীনি। করি অমুক হায়রুনি

মখোয়গী ইমুংদা লৈরম্বা বেমী পাউদরগী শাইজদু অতে ইমুং অমতদসু উখিদ্রি । পোৎ খুদিংমক থোইদোক হেন্দোকপা ঙাক্তা । বিমোলাগী কাদুদা হেক চঙলুবা মী খুদিংমক্না, উপদুদা লৈরিবা ফিমামদু উবদা, "নখোয় ইমুংসিবু ফি য়োল য়োনবী অমা লৈবরা ?" হায়না হংদবা য়াওদে । অঙাংগী শান্নপোৎ, অহাও অথুম, অফবা মখলগী হীদাক লাংথক থল্লিবা কাদুতা য়েংবদা মেলা য়েংবগুম ফাওই ।

অশোক চুম্নগী ইঞ্জিন্নিয়ার নত্তে, শেল য়াম্না থোকপা ইঞ্জিন্নিয়ারনি হায়নৈ । বিমোলাসু সরকারগী ইউ দি সি ওইরি । মাগী তলবতি পৈশা ওইনা নোংমতা পুরক্তে, চে মচা ওইনা পুরকই হায়নৈ ।

হায়নৈ বিমোলাদি ওম্ভোকনা মরাইবক ফবিনি । শেল জোম জোম থোকপা মপুরোইবা ফংজবসিখক্তা নত্তে । মশা খীংবা, চেনবা চোংবা তন্দবতা নত্তনা, বিমোলানা হংগাম মপুল অমা লৈরকপদা নুমিৎতুমা পেঙ্গদবা নুপানি । নোংমতা অঙাংগীনি, ইমুংগীনি হায়বা ঙাচেং থুমচেংকী চেনবা য়াওহন্দে । মানা শীঙ্গরগা, মানা হোৎনজরগতা নুংঙাইজবা মীতানি । মসিমকসু বিমোলাগী মপেক ফরকপদা য়াওবিপোৎনি । সিমতং পাম্মী, চানীংই শোনখিবদা লৈরকপনা হাল্লি । শেল থোকপগী মতীক থম্মোইদু চাউই । খরা হম্বা থাক্তা লৈরিবা ময়াম্না অমদি মনাওনুপদা মাগী মীৎয়েং লায়থোক্তে । মখোয়গী অব্রাংপা মানা উশিনবিবনা হেল্লি । নুপী ওইবীশিংগী হৌনশা বিমোলানা মপুরোইববু মাগী ওইনা পুল্লপ কনশিন্নীংবা মতৌদুন উবা ঙম্বগী মতীক, মহাক মশাগী পৃক্লিং খাখলসু হোদনবা চেকশিল্লি । বিমোলাসু মদু খঙদবা নত্তে। লৈখিদ্রবা মনাউনুপাগী লুপ্তাবী ওইহৌরবী মনাওনুপীদুদা হেন্না মতেঙ পীরিবদু । মৌ মশেলগী কল্লক মিহৌনবা, অথোই অহেন হিদানরকপদা বিমোলানা হেন্না নাপল কাজরিবদি, মিনুংসি চাউবা অশোক্তগী মখোয়না মরীক মফোল খরা ফংজরবসু মপৃমদি ঐগীনি হায়বসিনি।

নুংশিবা, চান্নবা স্বর্গগী ওইবা নুংঙাইবনি । অদুবু নুংশিবগী লাংদা থুবদা খোঙ তেকওই হায়নীংঙাই লৈতে । অমোনবা মমাগী তম্পাক্তা হীপ্থরকপদা মমাদুনা ফুক হৌগৎখিবনা হাল্লবদি লৈমায়দা দক লাউনা য়েব তাই ।

নোংমা অশোক্না সোরাংকী তল পেকেট অমখক পুদুনা হল্লকপদা থোঙ্গালদা মনাওনুপী লুপ্তাবীদুনা মচা পল্লগা লৈবদু য়েংলগা বিমোলাদা হায়, "তলশে ননাওনুপীদা খরা পীবিরুচো । ঐখোয়গীদি ঙসাই ঐনা লৈরকপা বিস্কুইট, মিক্চর অমদি অতে অচাপোৎসু লৈরিদনা ।"

"ঐ ঙন্নরোই, ঐদি তল য়াম্না চানীংই । ঙসিদি ঐনা চারনি ।" হায়রগা পেকেটতু হাংগে তৌই ।

অশোক্না তলদু মুল্লগা, "য়াম্না চানীংলবদি অমুক্তদা পেকেটতুম্বা লোইনা চাবা তাবা,

চাদবা য়ারোই" হায়দুনা পুল্লপ মচীন্দা নমশিনগে তৌই।

বিমোলা মপুরোইবগী পূকচেল খঙদুনা মমায় ঙাঙনা নোক্লুনা তুমিন্না মরাল য়াজবা নত্তনা উপাই লৈখিদে। বিমোলানা আশোকপু কিনা চৎলি। নুংশিবদসু অচুম্বদসু অশোক্কী মৈনি।

বিমোলানা অশোক্কী য়াকা য়েংনা চৎচবগা অশোক্না নুপা থোকপগা চাওখৎপা হেনগৎপা ওইবক্লিবা ইমুংসিদা চাউনা পেন্দবা অমদি অদুম মরৈরি। মদুদি অশোক্না থকপগী পার্টিদা থবায় য়াম্না য়াওবসিনি। মিমোলানা হায়জবদা তাবিদে। থকচিল্লগা গাড়ীদা চৎথোক চৎশিন তৌবসিনি বিমোলানা খ্বাইদগী পাখৎচবা। হায়দা হায়রুরগসু হেক্তা খুমদোরকই, "ঐনা খরা নুংইজববু কনানা থিংবা ঙমগনি ? ঐসু হোৎনরিদনা। মপা অমা ওইনা নঙগী নচাশিংগী ঐসু হোৎনবা য়াবা হোৎনবিদনা। নঙগী মিংদা লৌ পরী অনী লৈরে। ঐগী মিংদা কয়া'মা, ইচাশিংগী মিংদা ইথ্মোল অমমম্ লৈবিরে। সনা লুপা চপ চানা লৈবে। য়ারেনা। শিবা হায়বসিদি কনামত্তনা খঙবা ঙম্বা নত্তে। নারে, হেক্তা শিরনি হায়বসু লৈতে, নাদ্রে, শিখিরোই হায়বসু লৈতে। খরা তানবা খরা নুংঙাইথোকপ 'সি ঙায়দনা পুন্সি।"

"খরা তাল্লগা খরা নুংঙাইথোকপবুদি, খরসু তানবা, খরসু তূঙশিনবদা হকচাংগীসু খরা য়েংবনা ফৈ হায়জবগী ৱানি। থকপগা গাড়ী থৌবগসে শাথীনা চানদে হায়নৈ। ঐদি য়াম্না কিজেকো।"

মচানুপী অনীসিগী মখাদা নুপা অদুতং য়াওরবদি অৱাৎপা শূক্লে লৈররোই খন্নবিঙে, মপা চানা মচানুপা অমা ফংজরে। অশোক্কী নুংঙাইবা মপাল শাংলে। মচানুপা পোকপা নুমিত্তগীনা যষ্টি পুজা ফাওবদা নুংঙাইবগী-হৱাওবগী থকপা চাবদা অশোক্কী পাম্মুবা হায়বদু অমত্তা লৈখিদ্রে। অসুম্না অসুম চথ্বরকপা মাগী অনৌবা খুৎনুংঙাইথোকসিদা, য়ুমশেংবা মতুং নুমিৎ হুম্নি চনবা নুমিত্তা, পার্তিদগী থেঙনা হল্লকপদা গাড়ী এক্সিডেন্ট থোক্লুনা লম্বীদগী হোসপিতালদা পুখৎখিবদো। নোংঙাল্লগা অঙনবা অয়ুক্তদি অশোক্কী মথ্বায় য়াওদ্রবা হকচাংদু ময়ূমদা হল্লক্লে।

বিমোলা, অঙৌবা ফিজোল অমুবা চন্দোলতনা লৈতেং শইদুনা নুংঙাইবা আশা অমত্তা য়াওদনা পুন্সিগী লাম্থেং কয়া মায়োক্লদুনা লেনবা তারে।

উনবা, কায়নবা, অহান অকোন নাইরবা পুন্সি খোঙচত্তা থেংনখিবা অৱাবনা তপ্না তপ্না লাপথোকখ্রগা, অনৌবা নুংঙাইবনা তপ্না তপ্না চঙশিল্লক্লুনা মচাশিংগী মতৌদনা বিমোলা মতু মমান খরা খীংদোকচরক্লে।

অৱাৎপা, নীংবা থুংদবা পূম্নমক মহাক্তগী ওইজগে। মচাশিংনা মমান্নবশিংগী মীরক তিনবদা মীমান্নবা ওইহনবিয়ু। মপা য়াওদ্রে হায়বগী পূক্লিং শোম্বুবা লৈহনবিনু। থৌনা লিংজেল

হান্নীয়ু হায়দুনা তত্তনা ঈশ্বরদা খুরুমজে ।

ব্রাৎত পাদনা শৈবা য়াবমখে পৈশিল্লন্নবা, থম্বা য়াবমখে থম্বীরন্নবনা চাদে লৈতে হায়বগী অব্রাৎপদি য়াওদ্রে । অদুবু "ববা কৈদৌঙে লাক্কনি ?" হায়বা ব্রাহংদুদা পাউখুম পীবা ঙমদ্রবসু, নোংমতংদা ওইরবসু লাক্তুনা মচাশিংগী মমাগদা লেপ্লবদু পুক্নিদা অমুক উররোইকো খল্লুবদা বিমোলাগী অরোনবা মপিদি কংগনি থাজদ্রে । অদুবু মমা ঐ লৈরিঙেদা ইচাশিংগী করি অব্রাৎপা লৈহনগনি হায়দুনা থৌনা লৈনা মপিদু তৈথোকই ।

"মমা বেচাগী মৌপ্পাগী নাহংগী যজ্ঞ তৌদৌবা কুইদ্রে হায় । বেচানে, হেনবীনে, থেম্বীনে লাকঅম্মী । ঐখোয় মরি কুমারী হেক হেক শাবদো হন্দকসু শাসি হায়রম্মী । ঐখোয় বুংঙোগীদসু ঐখোয় মরি শাদোইনি । মমাসু চৎলুসিকো ।"

"উম । মমাগা কেথদুনা চৎকদৌরিবনি । ইচাগী ফিরোল, সনা লুপা অমত্তা ব্রাত্তে । লোইনা লৈ । সিদগী লৈশাবী ফাগ্রদি ননাউবীনা অমুক মহূৎ শিন্দৌনি । য়ারিঙেসিদা য়াম্না শাহৌদৌনি ।"

নিমিতানা হয়েং শেৎনবা ফিরোল বিমোলানা কন্না শেম শারিঙেদা নিমিতানা য়াম্না পাখৎনা মমিং ঙাংশং ঙাঙনা চেনশিল্লকই । শ্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লদুনা হায়রকই, "মমা, বেচাহোইগী মমানা হায়রিবা নিমিতাদি মপা শিত্রবনিনা কুমারী শাবা য়াওবা য়াররোই । মাগী মহূত্তা মোনিকা ওইনা হায়রুরবনি । নঙনা করিগী অমুক হায়রুরিনো হায়দুনা বেচাদা চৈহৌই। অদুগা ঐবু য়ূমদা চৎলো হায়নসু তাল্লকইবা । মমা অদো, মপা শিত্রবদি কুমারী শাবা য়াওবা য়াদবরা ? ঐদি পাপা শিত্রবসু কুমারী শাবা অদুম হৈ । হান্নসু হৈ । অদো মমা, ঐ য়াওগে । মমা খরা হায়নবিয়ো ।"

বিমোলা মচাবু মথানুংদা চেংনা কোল্লদুনা নুংবংননা লেপ্লিঙে, খঙহৌদনা শিল্পরকপা পিনা থূমহৎলক্তুনা হীক্লা হীক্লা কপ্লকই । নিমিতাসু মরম ইখঙ খঙদনা মমানা কপ্পদুদা মখোল থোক্লা কপ্লকই । বিমোলানা কপ্পা ফাথরগা মচাবু থেল্লকই, " মোনিকাদিনে অমুক্তা য়াওবা ফংজদবনি । অদুনা মাসু কুমারী শাবা হৈনবা তমজরিবনি । ইচাদি য়াম্না শারে । য়াম্নসু হৈরে । হয়েং ঐখোয় বুংঙোগীদা ওইনা শারসি । মখোয়দা চৎলুরনু । চৎলো চৎলো, জেন্নীহোয়দা শান্নরুরো ।"

অব্রাৎপগী চৈথেং অমনা লোন্না থম্মোইনুংদা মশীং খঙদনা পীরিবা চৈনা মরক্তা ব্রাখলনা লাম্বা ফংলুদ্রবা ইফোং ফোংলবা অব্রাৎপগী চৈথেঙনা অমুক লোইবা খম্বা নাইদনা অব্রাবা পীরক্লে । করিসু খঙজদ্রিবা, লাঙদ্রিবা মচাশিংদা মপা লৈতবা হায়বসিনা পীকদবা মীওইবনা শেম্বা, থম্মোই শোন্থহনবতা ওইহল্লবা মল্লবা চৎনবীসিনা উমশিল্লকপদা মচাশিংবু কদায়ফাওবা ঙাক্লৌ পীবা ঙমগদগে ? বিমোলা অনৌবা লাম্ছেংগীদমক শেম শাবা হৌরক্লে ।

ঙসিদি বিমোলাগী মৌপ্পা অতোনবদুগী লুহোংবা নুমিৎনি। মমানা ঙস্তানা লাকউ হায়রকপনি। বিমোলা, ৱাখল মওন মওন খল্লি। চৎসিরা ? চৎকুমসিরা ? সুম খল্লি। মচানুপাগী অফ নুংঙাই তানখৎলকপা, বর যত্রা তৌরকপদা লুপ্লাবী ঐবু য়াওহন্নীংলমগদ্রা ? মপূক্লিংদা লাক্তবনা ফনিদি খল্লগা ঐবু নুংঙাইখিরোই খন্দুনা লাকউ হায়বা ওইরম্লোইদ্রা ? বিমোলা, থেংলদ্রিঙৈদা থৈদোকহৌবনা চুপ্পনি খল্লক্রমাল্লে ঙসি হিয়াঙ্গৈগী পুর্নিমা নুমিৎসিদা হোঙগদৌরিবা মৌপ্পাদুগী লুহোংবদু চৎলয়োই হায়না চপ লেপপ্লে। বিমোলাসু হিয়াঙ্গৈগী পুর্নিমাদা অফবা যত্রা পুংফম য়েংদুনা, মঙ্গলগী অথেনপোৎ কয়ানা মাঙ থা, তেক্তা কায়দবা পুন্সি ওইনবা, পুজা মন্ত্রনা থল্লবা সংকৃত্তন শক শোন্দুনা, শেংলবা ডিউটিগী মৈরাগী মণ্ডালদা, পুন্সি লৈপুন শেমদুনা অশোক্লী মনাক্তা লাকখিবনি।

ঙসি নৌহৈননা নীংশিংলকই শেংলবা হিয়াঙ্গৈগী পুর্নিমাদো।

# শিলোংগী ঙায়োনবীদো

য়েংখোম কে বি



*য়াই কে বি হায়রগসু খঙনবা য়েংখোম কৃষ্ণ বল্লভ সিংহ খ্: কুম ১৯৫৫ গী ওক্তোবরগী তাং ২৫ দা শিলচরগী বেড়াখাল খুল্লংগী কমলাবন্দ (হৌজিক্তি ইন্দিয়ান আর্মিগী মাসিমপুর কেম্পকী মনুং চনখরে) দা য়েংখোম চন্দ্র সিংহ অমদি লোইদাম দেবগী মপারি ওইনা তাইবংদা খোঙদারকখি । হৌজিক্তা মেঘলয়াগী পি ঐইচ ই কাটর, পোলো, শিলোংদা লৈ । মেঘালয় সরকারগী পাব্লিক হেলথ ইঞ্জিনিয়ারিং দিপার্টমেন্টকী ঈ ঈ নি । সংস্থান কয়াগী থৌপুবসু ওইরিবা অইবা অসি মণিপুরি সাহিত্য পরিষদ, মেঘলয়াগী ভাইস প্রসিদেন্ট ওইরি । চহীগী শিলোংদগী থোকপা লোন তরাদা ইবা 'রূপাঞ্জলি' গী ইদিটোরিএল বোর্দ মেম্বরনি ।*

*মালেমদগী হুনব্রবী থবায় অমদা (২০০৬) কৌবা শৈরেংগী লাইরিক অমা থোকপ্রে ।*

শিলোংদগী ইলিশা ঙা উপু উপু তীক্লুরগা ইম্ফালদা হেক হেক থাবসি রাজেনগী অনীশুবা কারবারনি । মণিপুরদা ইলিশা ফংদবনিনা মাগী কারবার অসি কান্নে ।

রাজেন বি এ ফাইনেল ইয়ার ফাওবা তমহৌরবসু লায়রবনা লোইদি লোইশিনখিদে । মণিপুরদা মী য়াম্না থবক পীবা ঙম্বা অচৌবা ইন্দষ্ট্রি লৈতবনা লাইরিক হৈরবসু মীওই কয়া থবক ফংনদে । মহাত্মা নত্তে, মঙোল্দগী হেন্না লাইরিক হৈবা কয়াসু কাম্ব্রথাং ওন্দুনা তানরি । অদুনা মহাক্কী অশেংবা শিনফমসি রিক্সো থৌবনা ওইরকই । মদুসু, মণিপুরদদি রিক্সো থৌবসি খরা হন্থবা শিনফম ওইনা লৌনরিবদুগী মথক্তা মাগা স্কুল কোলেজদা লাইরিক তম্মিন্নরকখিবশিংদুনা খঙখিনি মতাঙুম ইকাইদুনা মমায়দু ফিনা খুমজিল্লগা থৌরিবনি ।

রিক্সো থৌবদগী ফংলকপা শেনফমদুনা ইমুং মনুংগী তঙাইফদবা খরা মেন্নথ্রগা লেমহৌবা খরা খরদু তৃংশিল্লগা ঙাগী কারবার অসি হৌরকখিবনি । মাগী ঙা লৌফম অসি শিলোংগী বস থাফমগা নক্কনা লৈবা পোলো কৈথেলগী খাসি লৈশাবী ঙায়োনবী অমদগী লৌবনি । লৌরক্লিবা ঙাদু য়োল্লগা মদুগী শেনফমদু অমুক পুরগা চংপনিনা থা অমদা খোঙচং

অনীদগী হেন্না চৎপা ঙমদে।

ঙায়োনবীদু চৎনরপ য়ানা মশক য়েংবা য়াই। মখোয়নী হিন্দীদা ব্বারী শাই অদুবু মখোয়নীমক হিন্দী ফজনা হৈবেদি নত্তে, পাউ ফাওননবখক্তনি।

শেল থুমগী খুদোং চাদবনা রাজেনকী খোঙচৎ অমদা ঙা উপু অমদগী হেন্না পুবা ঙমদে। মরমদি উপুদুগী মমল লুপা লীশিং মঙা/তরুক্তু রাজেনগী মফমদদি শেন মচা নত্তে। রাজেনগী মবুক্চেল শেংবদু উবদগী ঙায়োনবীদুনদি শেল কোন্না পীরসু খরা য়াম্না পুম্বিনবা হেক হেক হায়বনি অদুবু থোইদোক্লা মীগী মতেং পামজদবা রাজেন্না মদু কৈদৌনুংদসু য়াদে।

মতম খরা লৈরগা নোংমা, ইম্ফালদগী শিলোং চৎপগী লম্বীদা মানা অচং খুদিংগী হেক হেক তোংলিবা সুপর জেডকী বসতু লমখাঙদা লুট তৌখিদুনা মশাদা শিকি পকখিদ্রে। হন্দকী খোঙচৎসিদদি, মীঙোন্দগী শেল খর পূরগা ঙা উপু অনীগী মমল পুরকখিবনি। চখোক চৎশিনগীদি ভরা তিংদে, বসকী হেন্দলমেন ওইনা হেক হেক মতেং পাংবিবদুদা ড্রাইভর তা চাউবা অমদি বস মপুন' হেন্না হরাওজবনি। হৌজিক কদাইদগী শেনফম্না ঙা পুদৌরি? য়ূম য়ৌপ্রগা শেনবুশিংগী শেল্লেপ্তি লায়রদুনা শেন্দোই ফাওবা হন্নিংঙাই লৈতদুনা মাগী করবার মতাং অশ্বায়দা অদুম থূপচিনবা তাববরা? ইমুং মনুংগী পূক্কী মচাক্লা কমদৌবা? ব্বাখলসি খল্লুবদা রাজেন ঙাইহাক উইরুরবসু ফূক ফূক হৌগৎলি। মশাদু হমাং অনম্নী কারকই। অহিংদু মমীৎ শূকউই উইশিন্দনা শিলোং য়ৌখিবা খঙহৌদে।

মাগী অব্বাবদু উরদুনা মাগা লোয়নদুনতা লাক্লবা ড্রাইভর তা চাউবনা কন্না হায়বগী মতুংইন্না ঙায়োনবীদুগী মনাক্তা চৎখি। অদুগা হৌখিবা অহিংগী ব্বারীদু লীদুনা খঙহল্লগা হন্দক্তি ঙা পুররোই হায়রে। অদুবু শেল চাউনা থাদদুনা কারবার ফজনা তৌরিবী ঙায়োনবীদুনা মাগী কারবারগী মখোঙ তেকখিবা য়াদে মতাঙুম শেল য়াওদ্রবসু ঙা উপু অমা নম্পী পীশিল্লকখি।

বাকিদা পীশিল্লকপা ঙাদু য়োল্লগা ফংলকপা শেনফমদু, মানা হান্না পুশিল্লুবা শেনফমশিংদু শিংদোকখ্রগা অরেম্বা খরদুনা য়ূমগী লৈত লায়রদা শীজিন্নখোকখিদুনা রাজেন পূমকং কংবা হায়দু থোক্লে।

নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা শিলোংগী ঙায়োনবীদো মাগী মাম্মা অমসুং মৌপ্পাগা লোয়ননা অব্বাং এ ও সি মনাক্তা বসতগী কুমথরকখি। রাজেনসু মনাক অদ্বাইদা রিক্সো খামদুনা লৈরম্বনি। মখোয়বু উরুবদা রাজেন শ্বাই লাউই। অদুবু মাদি মমায় মমীৎ ফিনা পুনশিল্লগা লৈবনিনা ঙায়োনবীদুনা রাজেনবু খঙখিদে। শোংলকপা ঙাগী শেলদু থৌবা লাক্লিবজাংলা? শেলগী ফিডম চাদ্রিবনা রাজেন ইপা পাখংলি। মখোয়গা উননীংদবদগী রাজেন খজিক্তং লাপথোক্লা য়েংদুনা লৈখি। মখোয় রিক্সো অমদা কাখৎখি, কদোমদা চৎখিবনো অদুম খঙহৌদ্রে। মীগী মরমদা চৎলুবদনা অদুক লুনা তৌবিরক্লগা, মরমদা

লাক্লগনা কৌবা ফাওবা ঙমদ্রবা ! রাজেনগী থম্মোই শাথিনা শোকখি ।

মতম্না অসুম হৌখিদুনা রাজেন শিলোং চৎখিদবা চহী অমা ফারক্রে । য়াম্না ৱানা তৃৎশিন্দুনা ঙাগী শেনফমদু শুরবদা নোংমা, ঙায়োনবীদুদা শিন্নবিনবা তা চাউবদা শিন্নখি । শেনফমদুগা কোন্ননা মাগী শিনফম অমদি পুন্সি ৱারী অমসুং থোকখিবা থৌদোক্লচিংবা শেংনা ইরবা চিঠি অমসু য়াওহনখে ।

শিলোং য়ৌরগা তাচাউবনা ঙায়োনবীদুদা শেনশোত্তুগা চিঠিদুগা, "ইম্ফালগী রাজেন্না পীরকপনি । মহাক্না নখোয়গী লোন খঙদবনিনা ইংরাজিদা চিঠিদু ই হায়বনি । ইংরাজি খঙবা মী অমদা পাহল্লগা ৱাফমশিংদো খঙবিরো হায়রকপনি।" হায়রগা শিন্নরম্লে । নৈশাবীদু নোকফেৎ তৌই ।

নোংঙাল্লগা বস থারমদাইদা রাজেনগী মমিং থাবা পেকেট অমা ঙায়োনবীদুনা তা চাউবদা শিন্নরকখি। মদু তা চাউবনা অৱাং এ ও সি নাক্তা রাজেনগী রিপ্লো থাফম্লি । মমায় মমিং খুমজল্লিবসু তা চাউবনদি রাজেনবু উবমক্তদা হেক্তা খঙবনিনা পেকেটতু মশানা শিন্নরে ।

রাজেন্না খুদক্তা হাংদোক্তুনা য়েংলুবদা 'দিগ্লিটি ওফ লেবর' কৌবা লাইরিক অমা থেংনখি । মদুগা কোন্নরকপা চিঠি অদুদা ইরম্মী,

'ঐহাক পীক্লিঙৈদগী ইমাগী মনাক্তা ঙা য়োনবা য়াওনা য়াওনা লাইরিকসু তল্লকখি । নোর্থ ইষ্টর্ন হিল য়ুনিভরসিটিদা ঐহাক ইংলিসতা এম এ তল্লম্মী । অদুবু ইখঙ খঙহৌদনা ইমাগী মশা কন্না ঙল্লক্তবদগী ঙা য়োনবগী ভারদু ঐনা তঙাই ফদনা লৌবা তাখি । অদুনা লাইরিক মখা তমথবা ঙমখিদ্রে । করিসু কায়দে, ঙা য়োনবসিসু শেন্দোং অদুম লৈ । হৌজিক্তি ঙা য়োনবসিনা ঐগী অশেংবা শিনফম ওইরে । শিনফমসিদগী লাকপা শেন্দোং খরা খরদু তৃৎশিল্লগা ঐগী ইপ্পাদুবুসু নখোয়গী ইম্ফালগী রিমসতা ডাক্তর তমহল্লিবনি । ইকুই কুইদনা ঐ নখোয়গী ইম্ফালদা ঐগী ইপ্পা নুপাদু থিনবা ঐগী মাম্মগা লোয়ননা লাক্লম্মী । নঙ উননীংবনি অদুবু মদুগী খুদোংচাবা নৈখিদ্রে ।

নঙ থম্মোই শোল্লুগনু । ঐনা পীখিবা লাইরিক অদু পাউ, য়াম্না কান্নগনি খল্লি ।

নহাক্কী,
শিলোংগী ঙায়োনবী

করি ? রাজেন্না নোংমা অৱাং এ ও সিদা উখিবদু মঙোন্দা শেন থৌবা লাকপনি হায়দুনা অরোইবী থাদুনা লোৎখিবদু, শেন থৌবা লাকপা নত্তে, মৌপ্পানুপাদু থিনবা লাকপনি হায়বা! রাজেনগী মথম্মোইদু নৌহৌননা কায়রকই । তারকখিবা পিদুনা চিঠিদুগী ময়েক

খরা ইচা চাথোকহল্লে।

খোঞ্জেল ওইনদি থোক্তনা রাজেনগী থম্মোইনা হায়রকপগুম তৌই, "এম এ তন্নবী লৈশাবীদুনা ঙা ললোনবদদি ইকাইদ্রগা, মীগী মপোৎ হূরান্নুবসু নত্তনা রিক্সো থৌবদা ঐনা করিগী ইকাইগনি ?"

নুমিৎসিদগী রাজেন থৌনা অমা লাক্কুনা রিক্সো থৌবদা মায়গী মায়খুম শীজিন্নখিদ্রে।

নোংমা, ঙায়োনবীদু শিলোংগী বস পার্কিংদা তা চাউবা উন্নবা লাকখি। মহাক্কী ওইনদি তা চাউবা নত্তনা রাজেনগা পাউ ফাওনবগী লম্বী অমতা লৈতবনি। অদুবু লাইবক থীবদি, তা চাউবা সুপর জেদকী গাড়ী থৌবা তোক্লগা জিরি লম্বীদা অতোপ্পা গাড়ী থৌরল্লে। পাউসি তাবদা ঙায়োনবীদু শাথিনা মথ্বায় নুংঙাইখিদে। ৱাখল লৈতাদে। মহাক রাজেনবু অমুক্তা ওইরবসু উনরগা মপুক্লিংগী ওইবা ৱাফম পূম্বী হায়দোক্লীংলম্বনি। অদুনা ইম্ফালদা ডাক্তর তম্লিবা মৌপ্পাগী মনাক্তা চৎপা মতমদা রাজেন উনগে হায়না চপ লেপ্লে। অদুবু লুরিবদি রাজেনগী লৈফমদি খঙদে। মহাক্না খঙলিবা হায়ববু রাজেন মমায় খুল্লগা ইম্ফালদা রিক্সো থৌদ্না শেল তাল্লি হায়বা অদুখক্তনি।

# নপাগী চা



খোইরোম ইন্দ্রজিৎ

*খোইরোম ইন্দ্রজিৎ পৃষ্ট কুম ১৯৫৫ দা বাংলাদেশকী মৌলভী বজার জিলাগী মনুং চনবা ভানুবিল খুন্দা খোইরোম আমুজাউ অমদি খোইরোম ওংবী অমুবীগী মপারি ওইনা তাইবংদা থোক্তদারকখি। অইবা অসি বাংলাদেশম মণিপুরী সাহিত্য সংসদকী ফাউন্দর মেম্বরনি। মচু নাইবা মগু কৌবা লাইরিক অমা ফোঙপ্রে। মতম মতমগী ওইবা রকম, খারী মচা কয়া চেকোঙশিংদা ফোঙপ্রে।*

"নগু নপাগী চাসি পীরলাউ।"

নোংমগী অয়ুক অঙনবদা চাখুমসিদা লাউবা লাউবনে, শূরূ শূরূ হঙ্গৎ হন্দা পেঙ পা পেঙ পা ঙাঙবসি রেডিও ষ্টেসননি। রেডিও ষ্টেসন হায়বগী মহূত্তা ষেসন ফাবা মতমদা চি চা, কে কা হায়বা মরোল খঙদবা ষ্টেসন য়েৎশিল্লকপগুম চু চা মখোন্না চাখুমসি ফূম নোম্মি। নুপীগী ড্রুং ড্রুং ঙংবা হেলিকোপ্তরগী শহুম ফংদবা নত্তো চীংলেন। পাইথোরক্কদবতা ঙায়রবনি। করিদি তৌরুনি ? খরসু তাশিন উশিন্নদনা লৈবা হৈনরবনি। তূম্বা হৌগৎলকপদা কিদুনা কম্বল মনুংদা তাশিন কোনশিন্দুনা লেংলি শারি, তন্দে মান্দে ফমুংদগী কুমথরক্কদবগী নাতোন খ্বর য়েংনা লৈরি হেলিকোপ্তরগী শয়ুম ইংথরকপা ঙাইদুনা। অয়ুক ঙন্তাদা অঙনবা উচেক, ক্কাক্লচিংবা খোংলকপদা মীকপ থোক্লে। অদুবু চীংলেনগীদি মাগী নুপীগী গা গা লাউবা খোলাউনা খংবোই লাকপোই মীকপ থোকপনা হৈনবী ওইরবনি।

চীংলেনগী নুপীদু ময়েক চত্তবা, ইবা পাবা হৈতবী নুপীচাসু নত্তে। থায়না লাইরিক লাইগু হৈবীনি হায়নরিবা প্রেমিলানি। লাইগী তীনগী শক শোনবা লাইনিং লাইশোনগী লম্বীদসু থবায় য়াওগল্লি হায়নবা লৈরিবনি। অদুবু করিগীনো খঙদে মপুরোইববু তাথি তাওইননা মপা হায়রিবনো ? মাগী মপা হায়বসিদা তানীংদবা খোনসিদা শক্লকপা ঈশেদৌনা, তানকায়দা মেন থাবদৌনা ইচান চান্নদবা, তাহৈদবা লোনখোন ওইনা নাকোংসিদা হরি

নুংনাং ঙংবদৌনা হেক্তা তৌই। কয়ারক হন্না হায়খ্রবনি। থোংপা মেঙবা হায়বসিমতদি ময়াদ্রে। প্রেমিলাগী মওংসি পুরা সরকারনি। পুলিসকী মওংনি। নম হাদুনা হেক্তা ফানি য়ৈনি হায়বসিদগী নৌথরকপগী ব্রাফম থোইনা য়াওদে। কৈদৌরুনি চীংলেনসনা। আশা থাদোরক্লবনি। ফত্তে হায়দুনা হাত্তোক্লবদি য়াদবনিনা মানা থোকপ অদুম তৌরসনু হায়দুনা অদুম লৈথোক্লে নিংথৌ মনাইগুম। ঙাঙনখিদরে। সরকার ওইখিবগী পুলিস খনখিবগী মওংসিদা ইংথদবা য়াদদুনা থংথরবা হায়বদুনি। পুলিস হায়বদুগী মওংদি পুলিসনিদো। মওং মওং মরিন'মা লাকপা য়াদবা, নাত্তে চাদবা শাগৈনিদনা। ঙাঙংরুরগা লেমসু লেম্মোইদবা। খঙ্করুবগা মান্ননীংদ্রে। করি কান্নরুনি চবেং চবেং ঙাঙনরুদনা। কয়ানিগী তাইবংনো? কাবকমকসু লোইশিল্লক্লে। নোংমা শং লাউনা মীৎ উইশিনখ্রগা লোইরে। চহী মতাংসু নহা ওইয়ু য়ারক্লে। লাই নীংবদা ওনশিনবনবু ফরন্ত্র খনবদগী আহিক তৌবকাসু খরা খরা তৌখৎলুরে। য়াম্না খঙ হৈবদৌনা তৃপ্না হেক হৌগৎলকপগা নুমিৎলোমদা ওনশিন দুনা 'ওঁ জবাকুসুম সংকাশং কাশ্যপেয়ং মহাদ্যুতিম ধবান্তারিম সর্বপাপঘ্নং প্রণোতস্মি দিবাকরম' হায়না খূৎ লোম্নরগা নিববু লোইদ্রি করিনো ইমুং মনুংসিদা লমজাওদগী গাড়ী ত্রক থৌজিল্লরুববোই খল্লি।

প্রেমিলাবু নোংমা চীংলেন্না পাউমেন্নজে, "য়েংঙোই ঐ হায়বা ঐসে নঙগীদি ইঙ্গিন্নি। লেপখ্রবদি লোইরবনি। পুন্নমক অসে ঐনা শূ নোম্নুরগা ওইরিবা ঙাক্তনি। য়াম্না লায়থোকনু। নঙগী নওংসে ময়া ফরিঙৈদা ময়াগী মমল খঙদে হায়বদু থোক্লবনি।"

প্রেমিলানা ওক্তুনা হেক্তা খুন্নকই, "ইমাই পেম্মা। অদুবু ব্রা ওইনা হেক তৌরে। য়াবুরো - য়া? তেকপু তেকপিদে। হেক তেকপদা ডেন্টিসতা সনানা শাহল্লগা হাপকে। নীক নীক্তুম লাউহনগে। অকনবা চুশাংমা শায়দৎপিগে।

"অং শায়নি। খদাংদো শায়গদবমক মাল্লি। খদাংগী সেপসু কোলু মাল্লবনিনা চু শুম্বনা হেন্না কান্নদৌ মাল্লে।"

"খঙলে খঙলে। নঙগীদি করেম্নবা ব্রাহে ব্রাতাদি ফবনি। নঙোন্দা য়ুম পাল্লকপদগী ইনক হেক নকপা শিববারুণী কারন্বা ঙমদ্রি। মাধবকুণ্ড অমুক্তা চৎদ্রি, ঢাকা কোয়বা পুবিদ্রি। কক্সবজাব উজদ্রি। য়েংলুচো মীগী নুপাশিংনা মতু মচা পুদুনা ঢাকা চিটাগোং চহীগী চৎলিবসে।

ঙাঙলুবগী কান্নবা ফংলরোইদৌবা, কানদবদা হেক ঙাঙনদুনা লাই ঙাইহাক খুরুম্বসু চনীং চমাঙ তাখিদ্রে। হে ঙাল্লিবা কোরৌহনবা, নঙনা করি তম্মীগবা হায়দুনা মীৎ উইশিন দুনা খঙ্গনবা হোংনৈ। সংসার হায়বসি পীজ পীথক ঙম্বা, ফি-রোল তম্বা ঙম্বগী এজেন্ট অমনি। ইতু ইচা পুন্নমকসি বেনিফিসিয়ারিনি। কয়াদা তায়োম্নখ্রবা পরানো? কনাসু হায়দোক্লদে। দিল্লীগী কবোক খোইদুম্লি।

চীংলেন কোয়না য়েংলগা শ্বর শাংনা হোৎছে। চা য়ৌরক্তি। দাইনিং তেবলদা ঙরাং

থকখিবগী অহাঙবা কপ অমদি উই । প্রেমিলানা পুরক্লুনা চা পীরবগী ব্রা লৈতে খঙলবনি । মচানুপী পুর্ণিমাসু পীরবা য়াবনি । পুরক্লুনা পীরবা হায়বসি মখোয়দা প্রেস্তিজ পংচর ওইগদবোহ্ তৌই । চাক চখোম অমা চায় হায়বগী ব্রাতনি, চাকখুমলোমদা মায় ওনশিন্নীংদ্রবনি । ব্রারে নারে হায়বসিনা খুনুনি খুনু । ঙংবসিনা ঙংবসিনা করিনো ? নূঙ তুমই হায়নরিবদু চুসু চুন্নক্রা খন্নক্রবনি ঙংলি মঙংসি তারগা । মখোয়গী মশাকশিংসে উরগা তীন হৌরবনি । তৌবিমলদি খঙদনা মশাগীতা খনবা । মব্রা মপুরোইবগী মথক্তা তোংলগা হৈনৌ, থৈবোঙ নীকথরগা কেন্নকপদু চানি হায়দুনা মন্না কাথোক্লগতা লৈবা কাংবুনি । চাকখুমদা ফন্নগা লৈরিবা মঙংসি খোই মহূমদৌনা তৌই । ঙাঙসু শক্লুরে খোই মহূমদগী পাইথোরক্লুনা চীক্লকনি খন্নুবদা তশেংনা কিরবনি । মচানুপী পুর্ণিমানা মিংশেল মমাঙদা লেপ্লিবসে ফনদি কুইরক্লে । মমায়দা পাউদর খরা নানশিল্লি, অমুক তৈথোকই । নানশিনবগা তৈথোকপগা পাউদর কৌটাদা য়েক্লিবা মোডেলদুমক মান্নবা হোংনবদা মকপ্লাক চোকথরপ্লনি । মশমসিনা নাকন্দমুক হাংথনি, মাঙদমুক খোংথনি। অমুকসু ঈথক ঈপোম হৌহনগনি । মমীংসি খরা ফাক্তোক্লনি, পীশুমসিনা চুমথাঙ থোকহন্নবা মওংনি । চীনবানসিনা ঈ চুম্নী মানঙে শঙলি । কিবু কিজে য়েংলুবদা । হৌজিক চাদু সরবত ওন্নস্মনি । ফনদুম ফরে । চাসু ওইবা সরবতসু ওইবা । ইরাইবক্নীনি ।

"পুর্ণিমা নঙসু চাদু পুরকপা ময়াবনি ।"

"পাবুংদি ঙসাই লাই খুরুমহৌবদুদা . . . ।"

"হৌজিক্তি লাই খুরুম্বদু লোইরেদনা । খুরুম্বা লোইবসি ফনদুম কুইগ্রে ।"

"বেম্মা, কোনসিমতা ফেঙদোক্লককউ ।" চাকখুন্নোমদগী মমানা লাউরকপনি ।

"ফন্নগা থৌদাবসিনা । হুকুম্লিনে ? কোন ফেঙবকাক হায়বিরক্নু ।"

অঙকপনি, কোন ফেঙবা ওইরে, খুবাকমুক পাকপা ইমুং মাস্তোলসি ব্রাই শীংপবু ওইরে হেক্তমক লৌতান্নবা । মশাশিংসিনা মোন অনী চনবা বস্তাতৌনা তৌরে । কৈনা চারসু নুমিৎ হুম্নি চঙলনি । রিক্সাবালাশিংনা হকমন্নে হায়দুনা পুবিয়ু য়াদ্রবনি । থবক'মা হায়রুবদা মাশাশিংসে লেঙম শাঙমদ্রে । হঙোই য়োংলুরবা লিলবোবতৌনা তৌরবনি । কাংখল থারগা তৃম্বফাও তন্নে । তনমনবসিদা থবক অমত্তা নংনদ্রবনি । নংনদবা হায়বসিমক পুন্সিগী অনৌবা আর্ট অমা ওইনা শাগোন্নরবনি । মসিদা নুপানি হায়দুনা লৈজরিবা ঐসে ঐ নংত্রবনি । নুপীগী ফি রোল ওইনা হোংবনবু চাননা ফরবজাংনি । নুপী অঙাং য়ানবা চংপদা ইমুংগী ব্রাইরম, কোল্লিক লোইশিনবা য়াওরবনি । ফিসু ফিজান্নচিংবা চীংথদ্রবনি ।

কৈদৌনি, উটকী মওংদা লেল্লবনি । তিংখং চাদুনা মচীনবান হোবাংত্রিঙে অপেনবা ওইদবগুম ইনশাংদা মোরোক শারপ তৌহন্দ্রিঙে চীন্দা ফাওদবগুম অসুক কুইনা পান্নক্লবা সংসারগী থাঙমদ্রবা লেংয়ান ওইনা লোয়নরবনি । হৌজিক ফাওবা চা য়ৌরক্লি ।

# মীৎকূপসিতবুনি ঙাইরক্লিবা



ক্ষেত্রিময়ুম সুবদনী

*ক্ষেত্রিময়ুম সুবদনী খৃষ্টকী কুম ১৯৫৭ কী সেপ্তেম্বরগী অং ২৩ দা কাকৈখেল অখাম লৈকাইদদা ক্ষেত্রিময়ুম য়াইমা অমদি ক্ষেত্রিময়ুম ওংবী থম্বাল দেবীগী মমোম ওইনা তাইবংদা মঙফাওনরকখি। হৌজিক্ন । অঙাং অনীগী মমা ওইদনা কাকৈখেল মোইরাংপুরেল লৈকাইদা লৈরি। হৌজিক হৌজিক সোসিএল বেলফিয়ার দিপার্টমেন্টতা চাইল্ড দিভেলপমেন্ট প্রোজেক্ট ওফিসার ওইনা থবক তৌরি। অইবী অসি হৌজিক হৌজিক লৈকোলগী ভাইস প্রসিদেন্ট ওইনা থৌপুরি। অইবী অসি শৈরেং, ৱারী মচা, নোভেল, ফুন্না ৱাবী অমদি অঙাংগী লাইরিক্লচিংবদা খুৎ থাই। ফোঙত্রবালাইরিকশিংদি শৈরেংদা ১। মাঙত্রবা ঈশৈগী সুব (১৯৭৫), ২। পিগী ৱারী (১৯৯৫) ; ৱারীমচাদা ১। নহাকপু ঐগী কনানো ? (১৯৭৮), ২। নুংগী চীনবাল (১৯৮৭) অমদি য়েম্লিংথানা লাকপদা (২০০০) ; নোভেলদা লইবক (১৯৮২) ফুন্নাৱারীদা ১। পৃথিবীগী ফুন্নাৱারী খরা (১৯৯৪), ২। অৱাং নোংপোক্কী ফুন্নাৱাবী খবা (২০০২) অমদি ভারতকী ফুন্না ৱারী খরা ; অঙাংগী সাহিত্যদা প্রজাতন্ত্র চংপা লৈবাক অমগী ৱাবী (২০০১), সম্পাদক তৌখিবদা অইবীশিংগী খনগৎলবা ৱারীমচা অদুগা পুন্সি ৱাবীদা শক্লাইরবা খরগী পুন্সি (২০০৮) অসিনাচিংবনি।*

নোং তাবরা হায়সু তাদে, নুংশা শাবরা হায়সু শাদে। অসুম্না নোংথী নোংমংবগী নুমিৎ অসে ওইরে ঐঙোন্দা য়াম্না খাঙগুমদবা ওই। অদুবু খাঙগুম খাঙগুমদনা নুমিৎতি অসুম হৌখি। নুমিৎনা অসুম হৌখিবগা লোয়না লোয়ননা ঐগী থম্মোইনুংদা ফুন্নিবা মৈগী চীং অসি নোংম নোংমগী অসুম অসুম চাউখৎলকই। মসিনা পোখায়রকপা নুমিৎ অমদি শোয়দনা লাকখিনি। নুমিৎ অদুদা ঐগী পুন্সি করি ওইগদগে খঙদে। অদুম ওইনমক মীৎকুপ অদু ঐনদি লাংতক্লনা ঙাইরক্লি। হোয় থোক্লবা অমা লাক্লসনু। ঐগুম্বা অমনা পুন্সিগী মরমদা ঙক তৌবা গুক্ষম থোক্তে।

"হাইমা ! খতু, নঙগীদুবু লাইরিক পারিয়ো নৎত্রগা শংবান্নবা অতিয়াগা ৱারী

শারিরো?"

তুংদগী আশানা খংহায় খংজিল ওইনা হায়রকপদুদা ঐগী ব্রাখল অপাইবা লৈচিলগুম্না চংখ্রে। ইনাক্তা ঙেক ফমথরক্তুনা হায়রকই,

"করি খল্লল্লিবনো ?"

"করিসু খন্দেদা।"

"অদুগা করিগী মঙ মঙলল্লিবা ?"

"অতিয়াদা পাইরিবা উচেকশিংসি কয়াদা মনীং তম্না পাইরিবনো ? মখোয় মশেল শঙ্গু শঙ্গু। অব্রাবা খুদোংথীবগী ব্রাখল অমত্তসু খন্নদনা। কয়াদা হরাও তয়াল্লিবা !"

" কৈনো নঙনা হায়রিদুবো ? নঙসে ঙসিদি নহানমখৈগা ইমান মান্নদেকো ?"

"ফয়ে, তোক্লসি। নঙনা অসুক ঙম্না লাক্লিসিবু কদায় চংতৌরিনো ?"

"খরা ঙম্না চংলগা ঐখোয়' ইচেতোনহোয়দা অমুক্তা চঙলমসি হায়দুনা ঙন্তা লাক্লিবনি।"

"ইচেতোন!"

ইচেতোন হেক পল্লকপদা ঐগী থম্মোইদা হায়ফম খঙদবা চৈনাখোল অমা ফাওরকই। ফুরকপগী নত্তে। চৈফম লৈতনা থম্মোইদা ফাওরকপা চৈনানি। ঐখোয়' চেচেগা মখোয়' ইচেতোন্‌গা য়াম্না লুনা তিন্নরম্মী। চেচেগা মখোয় অনী ব্রারী শাবগী লোইবা লৈতে, মূরুম মূরুম। ইমানা হেক হেক চৈ, "লৈসু লৈপ্রমাল্লো ব্রারীসে। লোইবা খল্বা লৈতে, দ্রৌপদিগী ফি চিংথোরকপদু মঙায়। য়ুংবা হৈত্রবরা নখোয় অনীবো ফমুংদতা তুদুনা লৈবসিবো! নোবাব্ পুরকপনি। সে মেৎলুলাউ।"

নোকমি নোকমি ফমুংদগী ফন ফন চোংথরক্তুনা মেৎলগা চামিন্নে। ইমানা লক্রে, "হয়েং লুহোংবদসু নখোয় অনী পুন্না হোঙউকো।"

চেচেনা খুন্নকই, "ঐখোয়দি শূকহোঙ হোঙলরোই।"

"খতু, নঙনা তৌরিদুবু করিনো ?"

ঐ খংপ্রেক খংই ইশা পায়রগা নোন্নকপদুদা। খুমখি, " কৈদৌরগে ?"

"চপ লেপ্পগা বোয়দু'মা পায়রগা তুমিন্না উংদুনা লৈরিদুবু ? ঐখোয়' ইচেতোনহোয়দা চঙনীংদবগী ব্রারা ?"

"হুমঃ, অদুগী নত্তেদা "

"অদুদি করিগী ? ইবেম্মা নঙসে মহৈশাগা ইমান মান্নদ্রেদা।"

"করিদা মান্নদ্রগে ? ঐদি ঐ ওইনা সুম লৈরিসিদি ?"

"ইবেম্মা কবি, নঙগা ঙাঙনবা ঙমজপোত্তে ঐখোয়দি। নত্তে, নঙবু ঙসি চৎলরোই হায়রিরো ?"

"চংকনি । ঐ লোইশিল্লুখিগে । নঙ ঙাইহাক ফল্লমখো ।"

ঐনা ফি শেংপা লোইরগা থোরকপদা আশাদি ঐগী লোইশিন্ত্রিবা শৈরেংদু পারল্লি । ঐনা বোয়দু তাপ মুল্লগা, " কৈকান্নবা, পারুনু । ঐনা পঙখোং খোংচিনবনি ।"

"হু! ঐদি অনীরক্তুম হঞ্জিন হঞ্জিন পাবা লোইরবদুবু ।"

"অদুদি, নপূক্লীংদা করি ফাওই ।"

"ঐদি নঙসে লালহৌবা য়াওখিদৌবা মানশিল্লক্লেবু । অদুম্নগদি তৌখিনুকো । নঙনা অমুক অদুম্না তৌগ্রদি ইনেদি লোইরেনে ।"

"করিনো নঙনা হায়রিদুবো ? লাক্তুম লাকও, চংলসি ।"

ঐগী সাইকলদু ইম্থোক্লগা ঐখোয়নী অমমম্ থৌদুনা চংলে । ইচেতোনখোয়গী কোম্থোং য়ৌরকান্দা ঐনা হায়, "আশা, ঐ সিদা সুম লৈরমগে । নঙ চঙলুরো ।"

"চঙলুসি কৈদৌবগে ? ঐনা চঙত্ত্রগা নঙনা থোঙ্গালসিদা সুম লৈহৌবদু অউবশিংনা কবি খনগনি ?"

"হুম, ঐ চঙলরোইদা ।"

ঐগী ইতৌদুদা য়াররোই খঙলমাল্লে, মহাক চঙল্লে । ঐনা চঙদবগী মরমদি ইচেতোন উরগা ঐ শোয়দনা কপ্লীংলক্কনি । অদুদগীদি ঐ মওন মওন য়াম্না হেঞ্জিন্না খঞ্জিনখিবা য়াই । মদুগী অফ ফত্তা খঙলক্তবা য়াই ।

"চংলসি লাকও ।"

" য়াম্না থুগ্রেদা ।"

সাইকলদু ঐখোয়'নী তুংথ মাঙথ থৌমিন্নরক্লে । ফনা কুইনা ব্রারী শান্নদে । শান্নফম নক্শিল্লক্লবদা আশানা হায়রকই, "নঙ পাউ অমা তারব্রা ?"

"তাদে, করি পাউনো ?"

"ওজা থোইবা মশানা প্রাইভেৎ তম্বীরিবী ছাত্রী অমদা নত্তবা লীচং চংলম্বগী ময়াম চঙদুনা ফায় হায় । "

ঐনা ঙাইঙমদনা হংজিনখি, " অদুদি কমদৌনব্রে ?"

"করি তৌনি ওজা থোইবগী ময়ূমদু ময়াম চঙদুনা মৈ থাদোকপা নত্তনা । মশাদি নাম্থোকখ্রমাল্লে ।"

"কন্নীংবা খরনা নাম্থোকহনখিবা ওইরমগনি । নংত্রনে ?"

"অদুবু ঐনা খঙবা পোংলো ? অদো, নঙ ঙসিগী খবর পারব্লবরা ? চহী নিপালতা ঙায়রিবী নুপীমচা অমা লৈকাইদুমক্তদা লৈমিন্নবা মতৃ মচা লৈরবা নুপা অমনা ইজ্জৎ মাঙহল্লম্লে হায়য়ে ।"

"অদুগুম্বা পাউদুদি অনৌবা নৎত্রেদা। তোক্লসি।"

ঐহাক তুমিন লৈরে। ফোঙদোক্তবা থম্মোইগী ওমচাক্লবা চৈনাখোল অমনা থম্মোইগী কাচিন খুদিংমক্তা কক্ কক্ থিল্লকপনা থম্মোইগী মফম মচেৎ অমতসু মখুল তাদবা য়াওশিল্লক্তরে। অদুনা ঙসিগী শান্নবসি কয়া পুক্লীং চঙদ্রে।

হল্লক্লগা লাইরিক পানবা হোৎনে। য়াদে। ফাক্তোক্লবা লাইরিক্তুনা মাঙদা লৈরি। খুৎতসু কলম পায়রি। অদুবু মীৎত্তি শংবান্নবা অতিয়াদা। অসুক ফজপ্তবা পাক চাউরবা অতিয়াদা উচেকশিংনা নীংতম্না শঙ্গু শঙ্গু পাইরি। মালংবনা লিরি লিরি কায়দা কায়দা হুন্নি। নুমিৎনা নোংচুপ্লোমদা অসুম অসুম লৈথরক্লি। অতিয়াগী ফজবসে নোংজাবীনা অমুক্তসু হেন্না নীংথিহল্লে। অদুবু ঐগী থম্মোইসিদি মঙাল য়াওদ্রবা অমম্বনা অসুম অসুম কৃপশিল্লকপগুম তৌরক্লি। অসুক ফজপ্তবা অতিয়াসে ঐগী ইফমদদি মৈ হৌরক্লে, ঈগী ঈশাক ওইরক্লে। খঙহৌদনা ঐগী ইখুৎ অসে খুৎতুম চেৎনা তাশিল্লগা ফক্লাংদা ইথক্তা হঞ্জিন হঞ্জিন থিঞ্জিনজ্জে। চৈনাদু ফাওনা ফাওনা ঐহাক পুমপঙ পঙশিনখ্রে। ইশানা ইশাবু মশক খঙদবগা চপ মান্নরক্লে অদুবু ঐনা মসিমক্তংদি খঙলি মদুদি ঐগী মীত্তা অঙাঙবা ঈ চেল্লি।

"করিনো নঙবু ঙাওরবরো? ফক্লাংদা কিন থিন্দুনা শান্নরিদুবু করি মশান্ননো?"

ইমানা নুংশা থীনা পাখৎনা হায়রকপনি।

"কৈসু তৌদে।"ঐনা খ্বর থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা খুমখি।

"নঙবু নাবগা অমতা ফাওদ্রবরা?"

"ফাওদে।"

ইমানা ইপা পাখৎনা হায়রকই, "কৈনোনে হায়রিসিবো! নখুৎতু ঈ তারক্লেনে। নত্তে, নঙনা শান্নবা চৎলিবসিবু অসুম্না হেক হেক থিন্নবরো?"

"উম! ইমা, ঐগী খুৎসে য়োৎকী খুৎ ওইনা পাম্মী।"

"খ্বতু।" ইমানা ইঙক ঙক্লা হায়রকখিবনি।

ঐগী খোঞ্জেলদু খরা নীকখিমাল্লে। ইমাগী মীৎলুদা পিগী ঈরা ঈহৌরক্লিবদু উরক্লে। ঈ শিন্থুরক্লিবা খুত্তু তাপ্ ফারগা ঐঙোন্দা চাগদৌবগুম য়েংলগা হায়রকই, "অসুম্না শান্নগদবা লৈরবদি শান্নবককা লোইনা তোকপিরো।"

"তোকপা য়াদ্রি। ঐনা পাঙথোক্কদবা ইথৌ অমা ব্রাৎলি।"

"নখোয়গী কেরেৎ কারাতেদুবু অসুম্না শান্নবরা?"

"শান্নদে। মসিদি ঐগী চাংয়েংনি ইমা।"

"খঙদে, খঙদে। নঙ শান্নবা চৎপা য়াদ্রে। মপাল লমদকা চৎপা য়ারোইকো। নচেসু লৈখিদ্রে। হৌজিক্তি নঙগা নবুংগদা ঙায়রে। অদুনা ইমাবু নঙনা কান্নদবদা অমুক ব্রাহল্লনু।"

ইমাগী অপাম্বা করিনো হায়বা ঐ খঙই । অদুবু ঐ মখা তাদ্রে । ঐদি দম্দী পান্দুনা শান্নবা চৎলিবনি । শান্নবা পাম্লা হৌরকপা নত্তে, তঙাইফদবগীনি ।

শান্নবুংদনি । ঐগা আশাগা পাক্লিস তৌরি । অতে শান্নরোইশিংদি লোইনা চৎনগ্রে । ঐগা আশাগদা ঙায়হৌরে । রাখল অমদা তাউনা তাউনা শান্নরিঙেদা ঐনা আশাগী মথবাক্তা কিন অমা তিংখৎত্তুনা থিঞ্জিল্লুই । মহাক "অয়ো ইমা" হায়না খংলাউ লাউরল্লগা ফমথখি ।

মহাক পাক হৌগৎলক্তে । হুমাং মরিক মরিক কারক্লিবদু উই । ফনা রানা খাঙবা মাল্লি। ঙাইহাক শ্বর শান্নরবা তুংদা ঐঙোন্দা খংশাউ শাউরগা হায়রকই, "ঙাওরবরো নঙবো?"

ঐনা মাবু হৌগৎপিরগা হায়, "ঐঙোন্দা অমুক থিল্লকউ ।"

" কৈদৌবগী ?"

"থিন্দা থিল্লকউ ।"

"ঐদি নঙদৌনা ঙাওসু ঙাওদনা ।"

"নঙনা থিল্লকউ য়াদ্রবদি ঐ ইথন্দা থিঞ্জিল্লরগে ?"

"করিনো নঙনা হায়রিসিবো ?"

"ঐ ঙাওরে ।" হায়রগা ইথন্তা ইথবাক্তা কিনসিনা থিনজিনজে । ইথন্তা চৈনা চৈনাখোল ফাওই । ঐগী অঙকপা ইতৌদুদা মানা ঐগী খূৎ অনীমক খংফা ফারগা হায়রকই, "ঐ লাল্লে । ঐ নঙোন্দা করিমত্তা শাউদ্রে ।"

আশানা খূৎ ফারমদ্রদি ইথন্তা হুঞ্জিল হুঞ্জিল থিনজরমগদবনি ।

ঐখোয় চেচে শিবা মতমদুদা মামা চাউভল য়াম্না তোয়না ঐখোয়দা অশিবা হংবা লাকই । ঐদি মা হেক উবগা খোয়দৌসি হেক্তা শাউগৎলকই । অদুবু খা চীক্লনা খাঙখিবনি। হংবা লাকপা ময়ামদুগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না অৱাবা ফোঙদোক্লবসে মাম্ম চাউভলনি । পোৎয়েংসু মাঙজৌননা চাউনা পাংলম্মী । ইমানা মা চঙলকপদা তরাম তরাম ওকই । ঐনদি ইমাদা মাম্মগা পক্লক নকশিন্নদনবা হায় । ইমাদি ইঙাও ঙাওখি । চেচেদুনা চুম্না লৈখিদবা ওইরবদি খরসু মফরমগদবনি । ইমাগী মতৌদুদা ঐ হায়ফম খঙখিদে । অহিং কয়া তূম্বা য়াখিদে । উৎ মনুংদা মৈতাল অরাবা অমা ওমদুনা থম্বগুম ঐগী থম্মোই অসিদসু ফোঙদোক্তবা চৈনা অমা চাউদম থীম্না লৈরিবসিনা ঐবু পোখাফম খঙহনখিদে । অদুবু অচেৎপা রারেপ অমা ইথন্তা লৌজখিবদগী ঐগী চীন্দগীদি রাহে অমফাওবা খোকহনখিদ্রে ।

নুমিত্তু নোং অমুক তা, নুংশা অমুক শা তৌই । ইঙা ইঙেনগী অকনবা নোংজু হেন্দে দাকশ্রবা মতুংদ লাংবনগী লৌচি কোয়বা ঙমদনা শাবা নুংশাদুনি । নুংশাগী মৈশাদা ঈশিং কংখিবদগী লৌরক অমদি ঈশিং কংশিল্লক্লবা ঈরম খোংলমশিংদা তূংলীন্দুনা লৈবা ঙা য়াম্না ফানবা মতমনি । তাচৌনা কুম্বী তেরাংখোংগী লৌখোংদা ঙা ফাবা চৎখিবগা ঐসু টিউসন

তৌবা অদুম চৎলে।

ঐনা হল্লকপদা তাচৌ হল্লক্লমগ্রি। হৌজিক ফাওবা কারক্তিদুনদি ঙা য়াম্না ফারম্ননি হায়বগী ব্রাথলদা ইমানা ঐবু ঙা লৌরুনবা হায়বদগী ঐ লৌরক্কী খোঙ লম্বী ওইনা চৎনবা লৌরীদুদা চৎলে।

লেপ লেপমুক য়্রাংলবা ঝুম ঝুম লাউনা চাং মান্ননা হৌরিবা ফৌনানা ঙমখৈ নাইদনা শন্দোক্লুনা শংবান্নবা অতিয়াগা অমতা ওইনা তিনশিন্নগ্রিবদু য়েংবদা কয়াগী মতীক ফজরিবা। ফৌনা বাংখিবনা লৌবুক্কুদা কনা কনা লৈবগে হায়বা অমতসু খঙদে। তাচৌনা ঙা ফারিবা জগাদুনা কদোমদবু ওইরিগবা হায়দুনা কোয়লৈ লয়দুনা য়েংলিঙৈদা মাম্মা চাউভলনা কৌরকই। মথৃক্তসু অচাপোৎলা করিনো খরা পায়বা উই। মহাক হেক উবদা ঐ খৌতক চায়। অদুবু তঙায় ফদনা হংলুই, "মাম্মা, ঐখোয় তাচৌনা ঙা ফারিবদুবু কদায়দনো ?"

মথৃক্তি শাংনা থিল্লদুনা তাক্লকই, "তু, আদগী মোইরাংলাইক্লিজিরোম থংবা মায়কৈসিদনি। ঙা য়াম্না ফাহৌরবনি।"

"য়াম্না নুংঙাইজরে মাম্মা। ঐ ঙা অমুক্তা লৌখৎলুখিগে।"

"ইবেম্মা, ঙাইখো। ঐগী লৌতাংশঙদা লেফোয় লৌউ অমা লৈহৌই। লফাং অমা'নীংদং পুখোদনা।"

"পুররোই মাম্মা, লুম্নবনি। ঐ চৎলে, মাম্মা।"

"পুখো কৈনো, নখোয় তাচৌদা পীরক্লসু ময়াই। মাদি ঙসাইদগী করিমত্তা চাদবনিনা লাম্ললগনি।"

তাচৌগী ব্রা পল্লকপদুদা ঐসু, ' হোয় ' হায়দুনা মাগী লৌতাংশঙদুদা মতুং ইন্দুনা চৎমিল্লরে। হায়গুল্লদনা লফোই লৌউদু ওম্বোক্লা ফজখ্রে। লফোয়শিংদুসু লোইনা খোইমিৎ কারবা অমৃত কোল্লাগী লফোয় ঙাক্তনি।

ঐনা লফোয়দুগী মনাক্তা হেক ফমথগে তৌবগা মাম্মনা খোঙগী পুনাদু ক্রোক লাউনা লোনশিল্লকই।

ঐনা শাউরংননা, "মাম্মা, কৈ'নো খোঙ লোনশিল্লিদুবো ?"

লৎ লৎ তৌদুনা খুল্লকই, "নহারোল চঙলক্কদ্রা তৌবনি।"

"লাকচসনু কৈদৌগে ? ঐখোয়না মখোয়গী মায়োক্তা লেপ্লিরুদ্রগা লোইরে।"

"মতমসি মী ফত্তবা য়াম্না লৈরেনে।" হায়রগা ঐগী ইনাক্তা তপ্না চঙশিল্লক্লগা ঐবু তাপ ফারগা ঐগী ফুরিৎকী কুদাম হুক পানবদু শৎ শেগায়নবা তৌরকই।

ঐনা খৎপ্রেক খংনা লাউবোই করিবোই, " কৈনো মাম্মা নঙনা তৌরক্লিসিবো ?"

"ঙসিদি নঙ ঐনা হায়বা খুদিংমক ইনগদবনি ।"

"ঐনা ইন্দ্রবদি ?"

ঐ মঙায়রে মতাগুম মূক্লগা মাম্মনা হায়বকই, "ইন্দ্রবদি ঐনা করি তৌবা ঙম্বগে হায়বদু য়েংবা তারেদনা ।" হায়রগা ঐবু হেক্তা চপখায়রগে মতাগুম কোনশিল্লক্লগা মনুং ফূরীৎ ফিগাগী হূক লৌথোক্লবা হোৎনরকই । তাঙ্গাদু য়ৌরক্লবদা ঐনা তমজখিবা শান্নবগী ইহৈদু হাইরপ শীজিন্নরগা খোঙ খূৎ অনী চঙদুনা তিংখত্তুনা ইনখিবদা অসোমগী ফক্লাংদুদা য়ৈশিল্লগা শুজিল্লগা তাখি । ঐ তাঙ্গাদুদা, ঐনা খূৎলাই ওইনা শীজিন্নবা য়াদগদবা পোৎ য়েংনা য়েংনা মপালদা চেম্বোবক্লবা হোৎনৈ। খোঙগী পুনাদু হাংবা লাক্লরিঙৈদা তুংলোমদগী ঐবু সুপকোন কোল্লগা ব্রাগী ফমুংদুদা ঐবু লাক্তুনা লংখৎলকই । অদুগা নিপাগী মপাঙ্গল অমদি অরূম্বদুনা ইথক্তা নমশিল্লকই । ঐগী খূত্তুনা হাই হুপ্লকপদা ফমুং মতাইদুদা লৈরম্বা ইন্সেক কিল্লরগী স্প্রে (মা, খরম্মী, কাঙ, হয়িংদগী ঙাকথোক্লবা হীদাক্কী স্প্রে বোটল) অমা থেংনরকই । মখূমদু খূৎবীনা ইম্বোকপ্রগা মমায় মমীৎ খঙদনা ফ্রী ফ্রী কাপশিল্লি । মাম্মদু খংবোই ঙাওবোই মখূৎ অনীদুনা মমীৎতু শ্রু শ্রু নৈবিঙৈদা ঐগী শান্নবগী ফোর্ম খরা শীজিন্নরগা শিদৌবা মফম খল্লগা খূকউনা কাওথখিবদা মখাদা তাখ্রে । ফমুংদুদগী লেপচোং চোংথরক্লগা লোংনা তারিবা মাগী মথবাক্তুদা অরোইবীদা খূনীং অনীনা য়ুংশিল্লি । মা জ্ঞান মাঙবা মাল্লি । ইরেং লেঙলক্রে । তাঙ্গাদুদা ঐনা ঙসাই খূকউনা শুখিবা মফমদুদা হুঞ্জিল হুঞ্জিল কাওশিল্লে । শূক্লেঙ লেঙলক্খিদ্রে ।

খোঙগী অহোবদগী মপান্দা মী পোং লৈব্রা হায়না কোয়না য়েংই । কনাসু উদে । অদুদগীদি ফিরোল, শম-না শেমজিল্লগা ঐহাক অদুম থোরক্লে । মিহুন্দি ফাথবা ঙমদনা ধঙ ধঙ চোংলি । শারবা লাংবলগী নুংশাদুদগী ঐগী নুংশাশ্বরনা হেনখিবনবা নুংশাগী মৈশাদু ঐঙোন্দা ফাওদবগুমই।

লম্বী চৎনা চৎনা থৌদোক্তু মীত্তা শংশং উরকই : নুমিত্তুসু ঙসিগুম্না ঙা লৌখৎপা তাচৌগী নাক্তা চৎপদনি । চৎনা চৎনা লৌতাংশং মনুংদগী নুপী অমনা কপঙাঙ ঙাঙবগী খোঞ্জেল তায় হায়দুনা চিংনদুনা লৌতাংশঙদুগী মনীংথংবা শরুক্কী ফক্লাং শেগায়বদা অহোবা মচেৎতুদগী চেচেবু শরাক তম্বদু উরুবনি । য়েংহৈবা মতৌ নম্তে, মশাদা ফি থেংদ্রে । ঐ মীৎ উইশিন্দুনা খাঙই । ফিভমদুদা ঐ শ্বর হোনগনি হায়বা কাউখি । ব্রা ঙাঙথোকপা ঙম্বগী পাঙ্গলদি লায়রদুনা হৎগী লাইগুম চপ লেপ্তুনা লৈখি । চেচেনা কাদুদগী মফি শেৎচিল্লগা য়াম্না নুংঙাইতনা কপ্না কপ্না থোকখি অদুগা শারমচৎ চৎপা নুপাদুনা মায়কৈ অমরোমদা চৎখি । অনীমক্কী মশক উদ্রবদা মফমদুদগী ঐহাক তৌফম খঙদনা থোরকখি ।

ঐনা য়ূম য়ৌরকপদা চেচে ফমুংদা লৈরম্মী । নুমিদাং ইমানা চাক চারসি হায়দুনা হৌদোক্লবদা মশা নুংঙাইতে, চানীংদে হায়দুনা হৌগৎলকখিদে । ঐ চেচেগা হেক হেক

তৃমিন্নবনি। অদুবু ঐ নুমিত্তুদি তৃম্বা য়াখিদে । চেচেসু তৃমখিদে । কপ্পদা মখোল থোক্লক্তনবা ইল্লিবা ফিদুনা ময়াদা নমশিন্দুনা মপি ওয়ো ওয়ো শিন্থনা কপ্পদু উবদা ঐ খাঙবা ঙমখিদে । ঐনা, কপ্পগী মরম খঙনা খঙনা হংখি অদুবু চেচেগী মচীন্দগী কৈসু তৌদে হায়বা ব্রাহেসি নত্তনা মচীনবাল কাঙলকখিদে । ঐনসু অনম তানখিদে । ঐ ফনা কুইনা তৃমখিদে । তৃম্মু হায়দুনা ঐবু পীক্লিবা অঙাং মচাগুম মথাদা কোন্দুনা শুপ্লিখি । নোংঙাল্লমদাইদা ঐ তৃমথখিবা খঙহৌদে অদুবু মীকপ থোরকপদদি ময়াম্না ঈরাঙ লাঙনবগী কোয়চেন চেন্নবগী মীনিল তারম্মী । ইনাক্তা চেচে লৈরমদে। ঐনা ফমুংদগী ফমুংদগী অফিং অফাই ওইনা ফন চোংথদুনা মপান থোরকপদদি শূমাঙগী হৈনৌ পাম্বীদা ঐখোয়' চেচে মানা ইল্লিবা ফিদুদা মঙক থুজিল্লদুনা য়াম্দুনা লৈরম্লে । ঐ শ্বাই লাউই । কপ্পদদা মখোল থোক্তনবা মচীন মেনখিবা মানা ইনবা ফি অদুমক্লি । মনাক তান্না চেনশিন্দুনা মখোঙ অনীদু পায়দুনা চেচে নঙনা তৌরিসিবু করিনো হায়দুনা ও খোংনা কপখি ।

"খতু, ঐ সিদা লৈরে । সোমদা সোমদা ।"

তাচৌনা লাউরকপদুদা ঐ খংপ্রেক খংই । লৈদুনা য়েংলুবদা তাচৌদি খোংদুগী মখাদা ইনক ক্লা লৈরম্লে ।

তাচৌনা নোকমি নোকমি তৌদুনা হায়রকই, "অসুক চাউনা ঙা ফাদুনা লৈরিবা ঐসে উদদুনা হেন্দোক্কে তৌরিবনিনে ? ঙাসে য়েংলুলাউনে ।"

"ইস ঙায়ামসিদি !"

"অদুনা নঙবু লৌশিল্লু লাউ হায়দুনা পাউ চেনখ্রিবনিনে ।"

"অদুদি তাচৌ ঙাসি পুদুনা চৎলম্মো হায়ব্রা ?"

"অদুদা ফরদ্রা ? ঙাইখোদা, নুমিৎসু থেঙজিল্লক্লে, চৎমিন্নরসি ।"

"হোয় ঙাইরগে ।"

ঐসু তাচৌগা চৎমিন্নবদু পামখি ।

ঐখোয়না পুরক্লিবা ঙায়ামদু উবদা ইমা ঙকখি । ঐদি পুক্লীং লৈতাবা ইঙম ঙমদে। পুক্লীংগী মমিসে মায়থোঙদা তাখিদনবা হোৎনবসে ইচিনসিনা ব্রাহে ওইনা ফোঙদোকপা ঙমগদবা মান্দ্রে । মসিনা ওইবা তাই চেচেনা ময়াদা ফি মেল্লগা কপ্পা খাঙখিবদু । অদুবু মায় পাকপগী শ্বরদি হোল্লে, চেচেগী লমন ইখূৎমক্লা খুমম্রে । অদুবু মখাদি করি ?

নুমিৎ তারক্লবদা মখাথংবগী তাচাউবা চেল্লক্লগা হায়রে, "মাম্মা চাউভলদু লৌবুক্তগী কারক্কে হায়দুনা কোইথী থিনরুবদা মাগী লৌতাংশং মনুংদা শিদুনা লৈরম্লে হায়য়ে । ফুবা চৈবগী দাকফমসু অমত্তা লৈতে হায় । কমদৌনা শিরিবনো খঙদে । বি পি দি লৈ হায় । স্ট্রোক

তৌবা ওইরমাল্লে। করি করিনো পণ্ডহায়দা হায়নৈ । ময়াম কপ্পবনা মহা ওইহৌরে । পোৎলোইনবা থৌরাং লোইহৌরে ।”

ঐ নুংঙাইবগী শ্বর অমা শাংনা হোন্দোকই । মাগী নুংঙাইবা পাউসিনা পোট্ট মোটৈম তৌদুনা মীহাৎপা ফাগৎলক্কদ্রা হায়না পাখৎলম্বদু কোকপ্রে । চেচেগীসু হায়দোক্তনা তুমিন্না অদুম লোইশিনখি । মাম্মগীসু লোইশিল্লনি । ব্রারীসিগী অহৌবা অমসুং অরোইবসু তুমিন্না অদুম লোম্নোক্তনা লৈপ্ত্রসনু অদুবু ঐগীদি অহানবা পন্দুপ লোইশিল্লগা অনীশুবা অনৌবা পন্দুপ অমা হৌরগনি । নুমিৎসিতবুনি ঐনা ঙাইরক্লিবা, মীৎকৃপসিতবুনি ঐনা থৌরাংলক্লিবা । অদুনা ঙসিগী ইমাগী ঙা থোংবসে ঐঙোন্দদি ওম্নোক্লা মহাও লৈনা হাউরনি ।

# শংবানরবা মালেম অমগীদমক



অহৈবম রবীন্দ্রকুমার

*অহৈবম রবীন্দ্রকুমার নোর্থ ত্রিপুরাগী ধর্ম্মনগর ডিষ্ট্রিক্টকী জলাবাসাদা অহৈবম সোনামণি অমদি অহৈবম ওংবী রাণীওগ্নী দেবী অনীগী মপারি ওইনা খৃ: কুম ১৯৫৮ গী জনুয়ারীগী তাং ৪দা তাইবদা থোগুদারকখি । ত্রিপুরা য়ুনিভবসিটিগী মখাদা বি এ পাস তৌরবা তুংদা ত্রিপুরা সবকাবগী মখাদা স্কুলগী ওজা অমা ওইরি । মহাক মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ত্রিপুরাগী অচণ্ডবা মেম্বর অমা ওইনা ইম্ফাল য়াওনা অবাং নোংপোক্কী মফম কয়াদা পাণ্ডথোকপা সাহিত্যগী থৌরম কয়াদা ত্রিপুরাগী মতুং শিন্দুনা চংলুরে । মহাক্কী ফোগুখ্রবা শৈরেং লাইরিক "শৈরেং ইরি ইবোহল" দা মোইবাংথেম লৈহাউ তেম্বী স্মৃতি পুরস্কর(২০০৬) ফংখ্রে । অদুগা ত্রিপুরাগী শৈরেংগী অথোই অহেন তাম্নবদসু কৈথেল্লাকপম চন্দ্রকুমার মেমোরিএল এবার্দ (২০০৭) অমদি ডা অম্বেদকার ফেলোসিপ ফংখ্রে ।*

হাণ্ডলবা লবুক ময়ায়দা থেক্লা খোয়ন: লাক্লিবা পুলগী লম্বী অদুদা, মচানিপা সুরেসনা লাইরিক খাউ য়ানবদা নত্তনা করিগুম্বা অমসু মকোক্তা থোংগৎলগা য়াম্না য়ানা পুদুনা লাকপদু সথিনা লাপতক্লা উজবা ফংখি । ক্লাস ফাইভ তম্লিবা মচাদুনা খরায় থোঙ্গালদগী য়াম্না হরাও হরাওনা মমাবু কৌ কৌদুনা চণ্ডলকই ।

"ইমা, ইমা । ঐনা স্কুলদগী, ঐখোয়' ইংখোলদা থানবা উ চারা খরা পুরক্লে । য়েংউ লাউনে । মখল অনী অহল্লে ।" হায়না ভাণ্ডল ভাণ্ডলদুনা শূমাঙগী মচি অমদা চারাশিংদু য়াম্না চেকশিন্না থমখি ।

মচানা ভাণ্ডথোক-তৌথোরক্লিবদুদা সথিনা শাউরংননা খোন কল্লপ হায়রকই, "সুরেস, নহাক্ল তৌরক্লিবসি করিনো ? ঐখোয়নদি ইংখোলসে ফজনবা শেংদোক খোত্তোক্তুনা হোৎনরি । অদুগা নণ্ডনা অমুক উ চারাশিং থাজিন্দুনা অমুক হান্নগী উমংদুগুম্না মংহল্লগে হায়রিরো ? হয়েং নাকেছাদা উশিংদুদগী কেল্লকপা অকংবা উনাশিংদু কনানা য়াই শীৎপিগনি ? ঐ

অমুক পীথোক্লুগেরা নৎত্রগা থোঙ্গাল ব্রাংমদা হুন্দোক্লুচো, খঙ্ঙব্রা ?"

"ইমা, মদু ঐ ঙল্লোই হায়রিসিনিকো ।" হায়বগা ফমদুনা উ চায়া তুখিদনবা শেমজিল্লিবা অঙাংদুনা মমাদা য়াম্না পেন্দনা য়েংখৎলকই । অদুগা খঙহল্লগে মতাগুম মমাদা হায়রকই, "উ থাজিনবসে অফবা থবক্লি হায়না ঐখোয়' ঋুলগী ওঝাশিংনা হায় । ঐখোয়না শ্বর হোনবগী ওক্সিজেন্দু উনা পী অদুগা শ্বর হোন্দোকপদা য়াওখিবা কারবোন দাই ওক্সাইদতু মখোয়না অমুক চুপশিনখিদুনা ঐখোয়সে হিংবা ঙল্লিবনি হায়নসু লাইরিক্তা য়াওরিদুদি ?"

মমাদুদা মচাগী ব্রাদু করিসু থৌশাদনা শাউরংননা হায়রকই, "নঙগী অদু অদা খঙদে, নিপামচা । করি থাদোরক্কেগে, করি চুপশিনগেগে মদু ঐনা খঙলুবগী দরকার লৈতে। ঐনা হায়রিবসিনি, নঙ য়াম্না থুনা উ চবাশিংদু হুন্দোক্লুচে । নৎত্রগদি ঐনা ওইনা হুন্দোক্লুদৌরিবা ।"

"মদু ঐ শূক্‌ঙম ঙল্লোই ইমা " হায়বগা সুরেসনা শাউবংননা হৌগৎলগা মখা তারকই, "ঐখোয়' ওঝানা হায়রিবা, হৱাগাড়ী অমদি কল কবখনাদগী থোরকপা মৈখু অমসুং হু চেনবা গ্যাসশিংনা মালেমগী ঈশিং নুংশিৎ শেংহন্দে হায় । হু চেনবা নুংশিক্তু মীওইবনা শ্বর হোনবদা হকচাংদা চঙশ্রবদি লায়না লায়থুং ময়াম্ম' নাইসু হায়রিপোৎনি ।"

মমাদুনা করেম কথাইনা হংজিল্লকই, "নঙগী উদু থারবদি ঐখোয় অমত্তা নাররোইদ্রে ?"

"উম, উনা ফত্তবা নুংশিৎশিংদু হেক হেক চুপশিনবনিনা, লায়না কয়া ঙাকথোকতৌরিনে ইমা । অদুনা ঐসু উ চারাশিংসি থাগে হায়দুনা পুবক্লিবনে ।"

সখিনা মচাগী ব্রাফমদু করিসু থৌওইবিদনা মখা তাশিল্লকই, "উমং কয়া কোকথোক্লগা মী লৈনবা য়ুম শানরিবা, শহব সড়ক শেমগৎনবিবসে নঙদি অঙাংনিনা খঙলম্লরোই । অদুনা উ চরাশিংদু হুন্দোক্লুবো অদুগা চরা ব্রাম্থোক্লগা লাইবিক পানবা তৌবো । ইচাদি মরম ওকপনি।"

"ঐখোয়' ইমাসিদি !" হায়রগা য়াম্না শাউনা সুরেসনা মখোঙদু লৈমায়দা থীন্দুনা চোংলগা কপঙাঙদা হায়রকই, " ঐ শূকঙম্ ঙল্লোই হায়রিবসিনি ইমা ।"

"মসি অঙাংসি ঐগী চীম্থক্তসু খুম্বা শাই । মসি লৈরিঙৈ ব্রাসে য়াম্না ঙাঙনদৌরে । নঙনা হুন্দোক্লুচো য়াদ্রবনিনা ঐনা আ মনীংগী কোমদুদা থাদরুরগে " হায়রগা উ চারাশিংদু শূপখোম খোমজিল্লি ।

মমানা পুখিনবা হোৎনৈ । মচানা মুন্নবা লাক্লরি । অনীদু ঙাইহাক মুন্নরবা তুংদা মমাদুনা ঙমদুনা পুম্রবদা সুরেসনা কপ্পগা হৌনা হায়রকই, " মদু হুন্দোকপ্রবদি ঐ হয়েংদগী ঋুল শূক্কা কাররোই ।"

মানা ঙমদুনা হুন্দোক্লুনবা মনীংগী কোম তম্না চৎপ্রবা মমাদুনা মমায়দু ফৎ লৈশিল্লক্লগা য়াম্না খঙনীংনা হংলকই, " করিগী ?"

"ওঝানা হায়বা লৌগে য়াদ্রবা, লাইরিক্তা ইরিবদু মবা লৌদ্রবদি ঐনা মুল কারুবগী করি কান্নদোইনো ?"

ঙসাইদগী লাপুক্কা কুম্মে য়েংলম্লিবী মচানুপী সরমিলানা চঙলক্তুনা মমাগী মমাঙদা থংচিল্লগা হায়রকই, "ইমা, অঙাংসিনা হায়রিসি চুমদ্রো ? ইমাখোয়গী আঃ মথায় থায়না, লান মমাঙগী বাখল্লোন্দু খরসু হোংদোকপা ময়ারে । ইবুংঙো, ময়ামসে করি করি উনো লোইনা খঙব্রা নঙদি ?"

" চেচে, লৈহাউ পাম্বী অনী, নিম পাম্বী অমা, দেবদারু পাম্বী অনীনি । "

য়াম্না হরাওনা মচে সরমিলানা হায়রকই, "হাই, মসিদি মমল য়াম্না তাঙবা উ ঙাক্তনিহে। চংলো নফি নরোল হোংদোক্লুরো চেচেগা থামিন্নরুরসি । ইমাদি উ বা থাবগী কান্নবা থোইনা খঙদবনিনা নঙোন্দা শাউরিবনি । চংলো । তৌনবা য়োংপাক্কা ঈশিং চাইবিনবা ঈশিং বালটিন্ অমগসু পায়রকউ ।"

অঙাংদু য়াম্না হরাওনা ইমুংলোমদা চেনশিনখ্রে । তাঞ্জাদুদা সখিনা মচানুপীদুদা ওন্সিল্লদুনা হায়রকই, "উ বা য়াম্না থাবা পান্নগনা জঙ্গলদা, চীংলক মাল্লক্তা নচিন নৌপ্পা শা কৈদৌনা চংশিখ্রো । মফমসিদি মীরক, সহর, মীনা লৈগদবা য়ুম কৈ বিলদিংশিংগী মরক । খঙলবরা ?"

সরমিলানা উপাই লৈতনা মথক্তা শোঞ্জরকই, " খরা খঙবশিংদা হেন্না খঙনবা তাকপদি মরায় অদুগা শূকখঙ খঙদবা মীদা জ্ঞান তানবা তাকপসিদি ওম্বোক্লা বাখ্রেদা ।"

"ও, লাইরিক হৈবা হৈবীশা । নখোয় পীক্লিঙৈদা নপা ঐখোয়নীনা শোঙলমগ্রবা উ বা কয়াদু কোকথোক্তুনা ঙসিগী তনান তনানবা য়ূমসি শাদুনা লৈরকপনি । অদো হৌজিক নখোয় চাউদুনা লাইরিক লাইসু হৈরবনিনা ইংখোলসে শূক্লবা উমং অমা ওইনা অমুক শেমগংলো । অদুগা উমং লাই অমসু লাংনবা তৌরো ।" হায়রগা ইমুংদা চঙখিনবা তৌরকপদা সুরেসকী মপা জয়চন্দ্র চঙলকই ।

"সখি, করিনোনে নঙনা গরম কারম্লিবসিবো । ভোলুমদো খরা লৈথৌনে, মাদুনা শেন্দাং মরুম অমতা মচা ওনবা ঙম্নরোইনে ।"

সখিগী অশোকপা থম্মোইদুদা থুম থাক্চিল্লরবদুদা, "ও নচা লাইরিক হৈবা হৈবীশিংনা ওনখত্তুনা ঐঙোন্দা তাক্লিবা । মখোয় পাবুংসু নচাশিংগী মীচঙ চঙশিনবিদুনা ঐসে অঙাওবী শেম্বীরো ।"

জয়চন্দ্রনা মচানুপীদগী বারী পূম্বা খঙলগা সখিদা হায়রকই, " হাই মমা । ইচাশিংসে ঐখোয়না করিসু খঙদ্রিবা অঙাংশিং ওইনা উরিবদো তশেংনমক্কীদি হৌজিক্কীকালগী মহৈরোইশিংসিনা ঐখোয়দগী য়াম্না হেন্দোক্লা খঙলবজাংনি । হৌজিক মতমদা নোং চুদ্রগনা

শূকচু চুদদুনা ইকং থোকপা, চুরগনা পঙচুদা চুদুনা ঈচাউ থোক্তুনা লৈবাক অন্নাবা তারিবা, ঈংলগনা পঙইঙ ইঙবা, শারগনা পঙশা মশাবা অসি মীওইবনা লেপ্তুনা উমং ব্রামং কোকথোক্লপদগী ওইরক্লিবনি। অদুনা পৃথিবীগী লৈবাক পুম্নমনা অশংবা পৃথিবী অমা অমুক ওইহন্নবা উ ব্রা থাজিন্নরক্লবনি। মদুগী শরুক অমা ওইনা ভারত সরকারনা চহী খূদিংগী জুলাই থাদা বন মহোৎসব হায়দুনা উ থাবগী পালন অমা হেক হেক পাঙথোক্লি। মদুদা শরুক মচা অমত্তা ওইরবসু য়াানবা হায়দুনা করিসু খঙজদ্রিবা অঙাংসিনা উ থানি হায়না পুরক্লিবসে নুংশিদ্রো ? ”

সখিনা য়াম্না জ্ঞান তানা হায়রকই, “ অদুদি, ইবেমচৌবী, নঙনা ঈশিং বালটিন্দু পুরক্লো। ঐ সুরেসনা পুথোরক্লিবা য়োৎসিনা তৌরগা মমাঙগী পলি ময়াসিদা উশিংসে থারুরসি। ঐগুম্বা ঙাক্তা ঙায়রদি পৃথিবীসে শাবা অসুম হেনগৎলক্তুনা লৈকংলা লোইনদুম ওইরমগনিদা !”

সখি মখূৎ নাম্মনা য়োৎ, নাম্মনা উ চারাশিংদু কোল্লগা মমাঙ পাঙশ্লে। মচা অনীদুনা মতুং ইন্নখ্রি।

# অথুইলুগী বজার



রাজেন খুমুকচম

*রাজেন খুমুকচম নিউ কহার রোদকী, শগোলবন্দ খন্নাম লৈরক্তা খুমুকচম বুধী সিংহ অমদি ভৈগ্যবতি দেবীগী মচা ওইনা খৃ: কুম ১৯৫৮ গী এপ্রিলগী তাং ৯ দা মালেমদা থোঙদারকখি। এম এ নি । সরকারগী লোয়শঙ কয়াদা তোঙান তোঙানবা থম কয়া পায়রম্মী । ইমাখোলগী ফাউন্দর মেম্বর ওইনা হৌরকখিবা মীওই অসি হৌজিক হৌজিক কলচ:াল ফোরম মণিপুরগী জোইন্ট সেক্রেটরীগী থবক পুরি । নোহাকোলগী লাইফ মেম্বরসু ওইরি। নোংমা, ঈহল অমসুং ঈচেলগী এদিটরশিং ওইরম্মী । ফোঙত্রবা লাইরিকশিংদি শৈরেংদা ১। বি লতাসনা মঞ্জুরি (১৯৭৯), ২। হোংলে শক্তম অদুভৈগী (১৯৮২), ৩। লৈবগে ক: য়দা ( ২০০৪); ৱারী মচাদা ১। কে:ইসিন্দ্রবা ৱারী (১৯৮৩), ২। মচু মচুগী সংসার (২০০৫), ৩। খুদোলদুগী চৈনাখোল (২০০০) ; লমকোয় ৱারীদা কাউঙম্ররোইদবা (২০০৬) অমদি পুন্সি ৱারীদা মণিপুরগী থবানমিচাক খরা অসিনচিংবনি । ফংত্রবা মনা মথুমশিংদি ১। ডা অম্বেদকার নেসনেল ফেল্লোসিপ (২০০৫), ২। মহাত্ম জ্যোতিবা ফুলে নেসনেল ফেল্লোসিপ (২০০৬) অমদি ৩। নেসনেল এক্সিলেন্স এৱার্দ (২০০৭) নি ।*

লৈশাবী মপূং ফারে । পুন্সিল্লগদি লুখম থনবা মশমদু থাদোক্লগদি লেক লেক লাউনা লেংপাক লান্দুনা নীংদু য়ৈ । হাইথরকপা পান্মোম, শাওং শাবান্দ অউবশিংনা কল্লক্তবা য়াওদে। অসিগুম্লবা প্রকৃতিনা হংগোইরপ তৌরবা শাবান্দুদা মোংতায়নরবা ফিজোল শেংলগা মকোক্তা সম অমা য়াল্লগা লাকপদুদদি ঙাওরোইদৌবা কনা লৈরি ?

অসুম্না নুংতিগী পামদা হেক হেক লাকপী অথুইলুবু য়েংহৌনবা লনচিপুনা চুশাং অমা পায়রগা, চার চারদুনা ঙাইরি । হেক উবগা কৌদুনা লক্লবা হৌরকই ।

অসিগুম্বা কুমগী নোংসি করম্বা মফম অমদি মতমদা অমুক্তং তারক্কদগে খন্দুনা

ঙাইরক্লিবী অথুইলুনা তঙ্গাদু নাম্ব্রোকখিদৌরে মতাগুম খুন্নকই, " ইবুং, নঙনা ঐবু হেক হেক লক্লরিবসি করিগীনো ?"

"নঙগী নশক য়াম্না ফবনি । মীগী ওইখিগদবা পাম্মুবনি । অদুনা . . . ।"

"ঙম্মোই, ঐদি নঙগী নুপী ওইনিংদে । নঙসে অপঙ য়াম্না মাল্লি ।"

"অদুম্না হায়গনুনে অথুইলু । ঐদি নঙবু য়াম্না নুংশিবনে । নঙবু ঐগী ওইবা ফংদ্রবদি ঐদি ঙাওদুনা লোকখাদা চোংথদুনা শিনিংগনিয়ে ।"

"অদো, ইবুং, নঙবু ঐগী মপুকসে থাকপা ঙম্লগদ্রনে ?"

"করিগী ঙমদনি ? নঙবু ওকপী অমদগী হেন্না চাবরনে ?"

"ওই, ঐবু ওকপীগা লম্বা তৌগনো ।"

"সে য়েংউ ঐগী পাম্বোম, খুবোম " হায়রগা লনচিপুনা মাগী পাম্বোম অমদি খুবোমদু উৎলি । অদুগা অমুক মখা তারকই, "ঐনা পুবা পান, মাইরেন, হৈজাং, থবীগী লেংকোং পোলাংদু খুনগী পাখঙ অমতনা থাংগৎপা ঙমদবনে।"

অথুইলুনা নোক্লগা হায়রকই, "অদুননে ঐনা নঙবু অপঙ মাল্লি হায়রিসে । অপঙবা মীদি পোৎলুম য়াম্না পুই হায়নবনে ।"

অথুইলু মমীৎকা মখজাইগনা নোকল্লগা চৎখ্রে । লনচিপুনা তান্নরগা হায়রকই, " অথুই, নঙগী পামদো ঙসিদি ঐ লোইনা য়ানবিগে । নঙ অদুম ফমদুনা লৈয়ো । অদো, ঐনা ৱারক্লকান্দা নঙবু পেন্না য়েংজগে, য়াববা ?"

"ইবুং, নঙ শাউগনুও । নঙসু নঙগী থবক শূরুচো । ঐনা নখোয়দা লাক্লগা চানবা য়াম্না পৈশিল্লম্মু । ঐখোয়নী মথন্তা পূনবসে খুনগী মপুক ফত্তবশিংনা উত্রগা ৱা য়াম্লকনিয়ে ।"

অথুইলুনা ফনা হায়জরবসু লনচিপুনা ঙমদুনা অদুম মতুং ইন্নবকই । পাম য়ৌরবদা অথুইলুনা শূগদবা থবক্তু লনচিপুনা মখ্বাঙদগী থাঙ কমথীদু শত্তুনা শূবা হৌখ্রে । লনচিপুগী মতৌদু উবদা অথুইলু মপুক্লিংদু মওন মওন খনগনু য়াখিদ্রে । ইকাই নুংশি য়ান্ননা হায়রুই, "ইবুং, য়াম ৱারনিয়ে । লেপখোও । চয়োম চাখিসে ।"

মখোয়নী লৌশঙদা চঙদুনা চয়োম থোক্তুনা চামিন্নরি । চয়োম চানা চানা লনচিপুনা অথুইলুগী ফি থুংদ্রবা হকচাংগী শরুক খরদু হূরান হূরান্দুনা পেন্না য়েংলি। মদু অথুইলুনা য়েংলকপদা মীৎচানরুই । অথুই মিপাইনা ফিজিনা খুমজিনজে । লনচিপু হাইরপ ইকাইখিগুম তৌই ।

নুমিৎ চুপ্পা অথুইগী পামদা শক্তি পুম্বা ফুদোক্তুনা শূরুবদুনা মশা চোকথবদি লায়রদুনা মদুবু হেক নীংশিংলুবদা লনচিপু মোন্দা নুংঙাইরকপদা নত্তনা হেন্না হেন্না মপাঙ্গল কনখৎলকপগুম তৌরকই । নুমিদাংবাইরম লৈকাই কোয়বা তোক্তুনা ঙস্তানা ফমুং চঙলগা মোন্দ্রং শান্নবা হৌরকই । অথুইনা পুরকপা চয়োমদুগী মহাওদু মহাক্না চাখিবা চয়োম খূদিংমক্তগী হেনখি হায়না মথম্মোইনা হায়রকই ।

অসুম্না লৈশা পাখঙ অনীদু নোংমা নোংমগী নকশিন্নরক্তুনা লৌনা লৈনরে। নুংশিবীনা ইনাক্তা লেঙদনা লৈরগবু নিপা ওইবা কনানা করি পেন্দবা অমুক লৈরমখিনি ? পামদগী লোক্লকপা মহৈ মরোং অমদি অতে পোখোকশিংদু লনচিপু মশানা তমেংলোং বজারদা চত্তুনা য়োল্লি অদুগা য়ুমগী লৈতা লায়রা পুম্বা মানা হেক হেক লৈরকই ।

কুমওন খরা হৌখ্রে । মখোয়নী মচানুপী অনীগা মচানুপা অমগগী মমা মপা হায়বদু ওইরক্লে । চীংগী লম ওইবদগী মথক্তা অমুকসু মনুং হঞ্জিনবা মফম ওইবদুনা মখোয়গী মচাশিংদু লাইরিক লাইশু তমহনবগী বাখল থোইনা লৈতে । খরা চাউরকপগা মাগী মাগী মপাঙ্গলদুনা ঙম্বা মতেং পাংশিন্নদুনা শূ নোম্বগী বাখলদা লোইনা লৈনে । অদুনা লমদমসিগী পুক্তি মহিংসি নোংমগী পাঙ্গলনা অঙম্বা শূরগা চারগা নুমিৎ তাবা নোংঙানবা ঙাইবনা মরু ওইবা থবক্লি ।

লনচিপু মশা ঙস্লক্লে । অরুম লাইহৌনা নারি । খুনগী মাইবনা মন্ত্র কয়া শোল্লে, লাই কয়া খুরুম্লে, মনা মশীং কয়াদগী শেন্বা মখল মখা কয়াগী হীদাক চারে । অদুবু ফবা কৌবা লৈত্রি । ফ খিদ্রা ফখিদ্রা হায়ববু হৌজিক থা অমরোম ফারক্লে । অদুনা য়ুমগী চান থক্ল বনচিংবা হীরম কয়াদা অবাৎপতনা পিক থল্লক্লে । ইমুংগী লৈত লায়র খরা খরা উরক্লবা মচানুপী অনীদুনা হায়রকই, "ইমা, খুনগী ইতাশিংগুম ইনাউগা ঐখোয়নীসু মখোয় ময়াংগী থবক শূবদো য়াওরুগে ।"

অথুইলু পাউখুম পাক্লা পীদে । মওন মওন খল্লি । ইমুংগী লৈতবশিংদু উরদুনা ইনখৎলক্লিবী মচানুপী অনীদুনা হায়রক্লিবদুদা মপুক্লিং নুংশিবা ফাওরকই । অদুবু ফনা খ দুনসু চৎকনু হায়বা বাহৈসিমদি মাগী মচীন্দগী থোকউ হায়বা শূকয়া য়াখিদ্রে ।

তুমিন লৈরবদি য়ারবনি হায়দুনা লৈশাবী মচা অনীদু বি আর টি এফকী লম্বী শেম্বগী থবক য়াওবা চৎখ্রে । অথুইলুদি মচা অতোম্বদুগা অনাবা মপুরোইবদুগা শেন্নদুনা য়ুম থাদোকপা ঙমদ্রে ।

অথুইলুনা মপুরোইবদু চাক চানবা পুশিল্লকই । লনচিপুনা হায়রকই, "চীনসে করিমত্তা চানীংবা ফাওদে । লাম্বসু ফাওদে ।"

"কয়ানিদি শুরে নঙনা করিমত্তা চারক্লিবসে ? খুনগী খ্বাইদগী পাঙ্গলবা ওইরম্বা নঙনা শোম্বদুনা নশা নথন্তা লেপ্পগা চৎচবা ফাওবা ঙমশিল্লক্তে ।"

লনচিপু পাউখুম অমতা পীদনা ঙাইহাক তুমিন লৈরুরগা নাথেননা হংলকই, "ঐনা ঙমদদুনা লৈরবনিনা হপ্তা কৈথেলদি নঙনা কারুবা নৎত্রা ?"

"কারুদে ।"

"অদুদি করি করিদি লৈরি ?"

" লোইনমক লৈরি।" হায়বা ৱাহৈসি অথুইলুগী মচান্দগী থোক্লকউ হায়বা হন্দকমুকসু য়াখিদ্রে । মরমদি য়ুমদুদা চান থক্লবা করিমত্তা লৈত্রে । থংনবদগী পূশিল্লগা চারিবনি। অদুনা মমায়দু লৈথোক্লগা কারক্লিবা হুমাং মরীকশিংদু ফিজিদুনা লোন্না তৈথোকচে।

"ঙসাইদগী ইচানুপী অনীদুদি উদেনা । নঙনা পাউথোন থাখিবরো ?"

অথুইলু খুম্বা ঙমদে । মশাদু ফুনগংলকই । করম্নসু খুমগনি ?

য়াম্না খঙগনবা লনচিপুনি । অথুইলুনা খুম্বা ঙমদ্রিবদুগী পাউখুম মহাক ইরায় লায়না খঙলে । মদুদি মচানুপী অনীদু মখোয়গী পামদুদা থবক শূবা চংহল্লমগনি নৎত্রগা খঙন চনবশিংদগী লৈত লায়র হংহনবা চংহল্লম্বা য়াই ।

পুম্নমকসি খল্লুবদা মশাদু হুমাং পাখংলক্লমাল্লে লনচিপু ফুক হৌগংলকই । অদুবু খঙহৌদনা তুথরকখি । অথুইলুনা খংপ্রেক খংই । ৱাচেংকী কাংথোলদুদা থাংগত্তুনা নীংথিনা হীপহল্লগা লৱাইদা ঈশিং থাদুনা হোংনজে ।

ঙাইহাক লায়কন্নরক্লবদা জ্ঞান তারক্লে । নীংশিংই অদুঙেগী পাঙ্গলদো !

"ওক মচাশিংদু কয়াম চাউরে ?"

"চাউদ্রি, অদুবু মখোমদি খাইরে ।"

"ঐনা সুম্মাইনা সুম লৈরবদি কমদৌনি ? অমতং ফারগা তমেংলোং হপ্তা বজারদা য়োল্লুরো । অশীংপা শেল খরদুদগী ঐগী হীদাক খরা ফারমাসিদগী তানরগা লৈরকউ । অদুগা অরেম্বদুনা ইমুংগী অৱাং অপা খরসু লৈরকউ ।

মথংগী অয়ুক অঙনবনি । অথুইলু ওক্কোন্দগী ওক মচা অমা ফারে । মঙক্তা থৌরী থুরগা সম মনুংদা হাপচিল্লগা তমেংলোং বজার তম্না লাক্লে । বজার নুমিৎনিনা মীনা চীক্লা চায়না ঙল্লমদ্রে। মাগী ওক্লাউদু মীরত্তুদগী খরা চখোক্লগা মতাইৱাই অমদা থাদুনা য়োল্লি ।

অদুক য়াল্লম্বা মীয়ামদু মাগী মাগী পুনরকপা পোৎশিং য়োনবা লোইরগা মানা মানা

লৈগদবা পোৎশিং লৈরগা মথং মথং চৎনখিদুনা বজারদু মী ইতাক তাক্লক্লে । মতম অসি ফাওবা অথুইবুগী ওক মচাদু কনানসু য়োম্লিবরা হায়নফাওবা হংলক্ত্রি । নুংথিলগী পূং অনী তাশিল্লক্লবদুদা উপাই লৈরক্লদুনা মপুক্লীং নুংশিনা ওক মচাদু সমদুদা অমুক হাপচিল্লগা শা ককফমশিংদা কোয়না চক্তুনা হারে । অদুবু ওক্তুদি পীক্লিবনিনা চানবগীদমক ককপা য়াখিরোই, লোইগে হায়বা মীওইশিংদা য়োম্লুরো হায়দুনা মথং মথং থাদোরক্লে । ময়ূমদগী পুরকখিবা লুম্বু লুম্বু শাবা আশাদুনা পি ওল্লগা লেপ্তুনা চেম্থরক্লা হমাংগা তোৎশিন্নখ্রি ।

থবক শূবা চৎপা মচানুপী অনীদুস গুসিদি থবক চৎহল্লমদবনি । অদুগী মথক্তা চানবা চেঙ বাল্লক্লনি হায়না মায়থোঙ মকা লামহৌবনি । লৈকাইদগী পূশিল্লুবদুসু গুসিদি শিংদোক্লগে হায়না খনখিবনি ।

অথুইবু কৈথেল কূল্লক্লে ।

সমদু হেক থাবগা মপুরোইবা লনচিপুনা হংলকই, "কদাই ঐগী হীদাক্তি ? করম্বা মতমদা চাগদবনো ? হীদাক চারবনিনা ঐসু ফরনিদা ।"

অথুইবু বা অমতা ঙাঙদে । সম মনুংদগী ওক মচাদু লৌথোক্লগা ওক্লোল্লোমদা চুমখ্রিং চঙখ্রিবদু লনচিপু বা অমতা ঙাঙদনা য়েংলি ।

# স্বিটচ ওফ



নিংথোউজম সনাতোম্বী দেবী

*নিংথোম্বা সনাতোম্বী দেবী খোয়াল কেজিলৈকাইদা লৈবা নিংথোউজম ইবোচাউবা অমসুং নিংথোউজম ওংবী মাধবী দেবী অনীগী অবেংশুবা ইতোন তোনবী মচানুপী ওইনা খৃ: কুম১৯৬৪ গী জানুয়ারীগী তাং ১৬ তা তাইবংদা মথকাওলরকখি। থা অহুম শুবকপদা অপোকপা লৈখিদ্রবদা মমা ইবেম্মনা লপোন ইতিক তৌদুনা মহে মশিং তমহল্লকখি। ১৯৯৩ দা এম কোম পাস তৌখি। অদুগা ১৯৯৪ দা কেজিময়ুম নোবেল সিংহগা য়ুম্বানবগী লম্বীদা চঙই। শঙাই পাব্লিক স্কুলদা প্রিন্সিপাল ওইনা পুরম্মী।*

*খারী মচাগী লাইরিক অনী ১। কেক্তুস মানবী (১৯৯৯) অমদি ২। নাউহোং (২০০৬) ফোঙপ্রে। নাউহোং কৌবা লাইরিক্তুদা প্রিয়সখি নিংশিং মনা অমদি য়াম্লেম মণি সাহিত্য মনা ফংপ্রে।*

"হে হে! লুপা কয়াম পীবা পোংনে'না! ঐখোয়সু হৌজিকমক লৈকবা ঙম্বজাংনি। মোই'চৌ ফৌদো শংপাই কয়ানো তাইথোকসি। মীশিংসি য়াম ফজখিদ্রে।"

হৃমিদানা মখোয় মরীন থীংপমখৈ শাউনা ইমুংদা চঙলক্লগা মপুবোইবা জাফবদা হায়রকপনি।

" কৈদৌরগে নহা'মা নঙবু ?" জাফরনা নুংশিনা তপ্না হংলকপনি।

"বহেমতুনগী করি, মোবাইলদুদা ইমাদা পাউ'মতা হায়গে চৎলুবনি। ঙরাংতা শেল হাপখিবদু য়াওদ্রে সিনিদনা। কসম। ঙসিগী নুমিত্তা মাগী মোবাইলদুদগী হেনব'মা হেক লৈকদ্রবা ঐ হৃমিদা নত্রেদনা।"

মাগী নুপীগী মিহুন জাফরনা খঙই। মৈরী খজিত্তং ফংবগা মৈরী হেক্তা থোকপসি মাগী মহৌশানি। মাগী অশাওবগী মৈরমদা জাফরনা অশাবা নুংশিং অমুক হৃমজিল্লুরবদি মপাদুদা লৈরম্বা য়ুম কৈদগী হেন্দোক্লুনা মী ফাওবা কাথেক্লদবা মওঙদুমক্লি। অদুনা হৃমিদান শাউরবদি মানা মতম পৃম্বদা ঈশিংগী শক্লোন হেক হেক লৌই।

"নহামা! খিত্তা নেমথৌনে নঙবো। নঙগী করিদু লৈবদা ফংলোইদৌবা পোৎসু

নত্তে। অমা হেক লৈরম্লগা লোইহ্নবদুবো ।"

মৈরীদু খংনেম নেমথরক্লুনা জাফরগী মনাক্তা ঙেক ফমথরগা হায়রকই, " পৈশা য়াওনা য়াওনা য়াওদ্রে হায়রকপদুদা ইমাইসি থম্ফম লৈতবগী ৱানি । 'সি থোক্কনেনা ঐদি নহলনা অমা লৈরসি হায়বদুনি । 'তুম্দা নঙনা থোক-থাকনেগা, ঈরাং-পুরাংনেগা . . . ।"

" হোয়দা, অমা কোক লৈথোক্লসি ।"

খুদক্তা হৃমিদানা থংনবা লৈকাইগী মৈতে চেঙকোক তকপী মরী মঙা কৌরুরে । কৈদগী ফৌদু শংপায় কয়ানো তনওন ওল্লি । অদুগা জাফরগী খুৎতা লুপা লীশীং মঙা তৌরোক তৌনা হেক্তা হাল্লি।

নুমিদাংৱাইরমদা রাশি লৈরবা মোবাইল হেন্দ সেট অমগা ব্রেকী সিম অমগা তনলে লৈরম্দুনা হৃমিদাগী খা-রাই খঙদনা চাকপা মৈচাক্তু খংমুৎ মূত্থংশিরে । ডাইরিদা ইশিনবা জাফরগী মরুপ মপাংশিংগী টেলিফোন নম্বরশিংদু বটন মচা মচাশিংদুদা মথং মথং নমদুনা কোল তৌরগা, "নুংঙাইহ্রিবরা ? ঙসাই করি ইলাং চাগে ? মসি ঐগী নম্বরনে।" হেক হেক হায় । পীরুবা মোবাইলদুগী মি মি লাউনা থোরকপা খোঞ্জেলশিংদু তারগা জাফম মতে মনাউদি মতৌ অমা ওইনা পঙনুংদা নুংঙাইদ্রে । অরোইবদা মোবাইলদা মপুন্সি কখোক্তে হায়বতা খারুবা জাফরগী লৈকাইগী মরুপ রিয়াজদো অনৌবা মোবাইলদুগী মরমদা ঙাইহাক পাউ ফাওনরিঙে হৃমিদনা তাপ লাকপ্রগা হায়রকই, "ঐ অমুক তৌগে । নঙগীদো কুইমনপ্রে।"

শোরাদা লৈবী, ৱাহে অমা হায়নবা হোৎনবদা মিনিট তরামুক্কী চাং চঙবী মমাদুগা, ৱা ঙাঙবদা কোথগনপ্রবী মচানুপীগা লোইশিনবা কাউবমখৈ ৱারী চীকথনে । "ইমা থল্লগে" হায়বা ৱাহেসি অহুম মরিরক্তি শুরে মচীন্দগী থোকপ্লিবা । অদুবু ৱারীদি লোইবা নাইদে । জাফরনা মখুৎ মশা হাইদুনা ফনা কন্না মমা মচাগী ৱারীদু লোইশিন্নবা ইঙ্গিৎ তৌই । মতৌদুদা শাংথনীংদ্রদুনা হৃমিদানা পৱার কিদু তক নম্লগা ৱারী লোইশিনখি ।

"মাঙ্গোলদা হীক কাইনরগা শাগদবা ৱারীদুবু, সি পৈশানিনে পৈশা । চৎলো চাক থোংলুরো । লুপা চাম্মথক হাপ্লকপদু লোইবু লোইরম্লনি ।"

ঙাঙনা ঙাঙনা বেলেন্স য়েংলগা অমুক মখা তারকই, "লুপা মরিগা পৈশা কুম্লাহুমদোইদা ঙায়রে ।"

হৃমিদানা তোয়না হেক হেক হায়রম্বা ' মাগী রিয়াজ হায়বসিনা নুমিৎ চুপ্পা মোবাইল অমগা পেৎ পেৎ । য়েংনীংদবনা নারে ' ৱাহেসি হৌজিক জাফরদসু লাইওং মান্ননা নারক্লে। তৃম্বা চাবদগী হেন্দোক্লুনা মনুং অচৌবা চঙবা ফাওবা মোবাইল থাখিদ্রে। নুমিদাং চাক তোকপগা ৱাকিং নোংমতা কাংদনা চৎখৎলক্লে। ফুরিত্তরা লোংগ্রিদরা মোবাইলদুমা য়েপ্পদি কাউদে । পুম্নমকসিগী মথক্তা হৃমিদানা হাইফেৎ চিংনরকপগী পুমনৌ নৌবা লাইওং অমনা তোয়না খদাং কোই কোক্লকপগী মথক্তা ইস্ত্রি তক্তবা ফি রোল শেৎলু য়ারক্তবসিনি । লুমাংদা মচেং খরা পৈনা কাপখৎলকপা তৌনা লংলবা পোক্তু ঙাঙলৈনবা মচুগী হীদাক্লা নীংথিনা

শঙপ্রে। অহানবদদি হ্মিদানা ' কেজসনু, মানা কেজবা ঐগী ইজ্জৎনি' হায়না খল্লম্বনি। অদুবু য়ুমগী থবক এনখাং নাথৈরল্লগা তাল্লক্তা চেনমাঙ মাঙবগী লাইওঙ অমা হাপচিল্লকপদগীদি মাগী চিংনবগী থাক্তু ব্রাংখংলকই।

অসুম্না তৌরিঙৈ মরকসিদা নোংম, মখৌ চিনবী রিয়াজগী নুপীদু হোবে হোবে লাক্লগা হ্মিদাগী চিংনবদুদা মখৌ হাপ্লে, "অমির'মা, কুইররোই চাকখুম পান্নবা ননাওনুপী অমা লাক্লনি।"

"ফরেনে ইচে! অদু ওইরদি ঐসু পোখারেদনা।" হ্মিদানা ওমচাক চাক্লবা মথম্মোইদু পারবা পর্দা অমনা খঞ্জিন্দুনা খুল্লকপনি।"

"ফাগী নত্তেনহে চবৎনবী নঙবো। নুপীদো কৈখুদগীনি। লৈশাবী। মোবাইলদা খঙনবা। হৌজিকসু নঙগী মজনুদো লৈরিরোইনে। সিনেমা প্রোগ্রামগা য়াম থানরপোৎনি।"

"য়া অল্লাহ! চুন্ন'জাৎলমি ইচে?"

ব্রাহেসি হায়বদা হেন্দোরকপা অশাবা শ্বরদুদা চেল্লিবা মৈশাদু রিয়াজকী নুপীনা খঙলদুনা মখা তাথরকই, "হে ঐসু মোবাইলদা নুপী মশীং খঙদবমখে কোয়রিবা অমগী নুপীনিনে। লমহাংদা মখোয়'নীনা নুমিৎ চুপ্প'মা হেক হেক ফমদুনা মোবাইল অমমম্‌গা লেল্লিবদু অতৈগী নত্তে, খঙলবরা? মখোয়নী কারবাক পূনশ্রবনি।"

"ইচে! অদুদি কমদৌনি?"

"কান্নরোই অমির'মা। মতাং চাদনা ঙাওবা ষণশিংসিদি ইরৌশিং তৌদুনা মঙক্তা থৌরী থাংজিনহৌসি।"

রিয়াজগী নুপীনা চৎশ্রবদা হ্মিদানা কাথেক্লবা মথম্মোইদু তপ্পা ফাজিঙরগা খলহৌই, "হৌজিক ঐ কৈদৌনি?"

জাফরনা হল্লকপদু নুমিদাং ফনা খেঙলে। হ্মিদা তুমগ্রি। খোল্লেল নেমথনা হংলকই, "নোং ঙানবদগী কদায়দা মাঙলুবগে?"

"মমাঙঙৈ অলিগরদা লাইরিক তম্মীন্নরম্বা অহমদতো বজারদা কোক হেক খেংনরুরে। ফিলম ফজব'মা তৌই য়েংমিন্নরুসি হায়বদুদা য়েংমিন্নরুরে।"

হ্মিদনানা জাফরগী মমায়দুদা চাথোক্কদৌবগুম মুন্না য়েংলগা হায়রকই, "ফিলমদো ফজরমগনিনে।"

"ফজে।"

হ্মিদা খোল্লেল লৈখৎলকই, "ফজরমগনি ফজরমগনি। য়াম্না ফজরমগনি।"

জাফর মখা তাথরক্তে। কি হোংদোক্লগা খিদোক্তুনা থল্লবা চাক্তু চারগা তুপ্লমদাই ব্রাকিং চৎনবা শেম শারকই। হ্মিদানা হংই, "কদাইদনো?"

"ব্রাকিং।"

"নুমিৎ চুপ্পা চৎলুরিবা ব্রাকিংদু পেল্লিবরা?"

"চাক তোকপগা তুমশিনবসি ফত্তে। ঙাইহাক্তনি।"

হমিদনা খংলাউ লাউখংলকই, " মোবাইলদু থনম্মু।"

করিসু নাচুংবিদনা থিংজিল্লিবা থোঙদু তপ্না হাংদোক্লগা ঈশে ঙং ঙংদুনা জাফর থোকপ্রে। মোবাইলদু অদুম লোয়নখি।

ফনা কুইরে হমিদানা মোবাইলসি অমুক্তং ফংনবা কৃপশেন শেন্নরকপা। ঙসিদি তাঞ্জা অমদগী মপুনা চনবী নুংশিবীদু মবুংঙোগী খুত্তগী নম্থোক্তুনা মোন ময়াদা ঙাম্থোইদুনা লৈরম্লে। হমিদা তাপ পায়খৎলগা ফিরৈদা য়েপশিল্লি। বি সেরিএলদা চোংথোরকই, ' বেগম এস এম ৯৮৫৬৭৭৭৫২১ '। হমিদাগী থোপ্তুনা খঙলে। মদু কোদ নেমনি। সিগ্নেল হেক পীরকপগা কোল বত্তদু নমই। ঈংনা মোল্লবা রিং তোন অমগী হেক থংনবদা, " হেল্লো! ইচৌরা ?"

মথংদা শিথ শিথ নোকপা মীনোক অমগা লোয়ননা মখা তারকই, "ঙরাংগীদুগী শাউরিরো খুমখ্রিসিবো ?" থব্রায় তাবা মীনোক অমগসু শম্থরদুনা হায়রকই, "মতুংদদি ইচৌনা হায়বতা য়াজরগে।"

হমিদাগী থম্মোইগী ওমচাক্লবদু মচিনবান্দগী মৈখু ওইনা মোবাইলদুদা কামশিনখি, " হৈ নঙোন্দা মতম লেল্লিবা, নঙনসু ঙাওজরিবা নুপাদু মতৃ মচা লৈরবনি। পাই নাতংগী 'মফাও পায়দবা পৃমকোং কোংলবা থরোই অহান্না ওল্লবা নিপানি। মাগী আশা থাদোকপনা নঙগী অফবা ওইগনি, খঙলবরা ?"

পাউথুম ঙাইদে। স্বিটচ ওফ।

হমিদাগী মপুক্লিংগী চরাঙ থোয়রাঙনবদু মতম খরদি নেমংখি। অদুবু কুইখিদে। নুমিত্তু জাফর মশা নুংঙাইত্তে হায়দুনা নুমিদাং চাকচা তোকপগী ব্রাকিং চংখিদ্রে। ফমুংদা ঙস্থা চঙদুনা হীপগ্রে। হমিদনা কাম্বল শেমজিল্লি। তাঞ্জাসিদা মোন ময়াদা য়াতারিবা মোবাইলদু খিঙলকই। মথোয় অনীমক মোবাইল পায়বা হ্যানবগী লমজেল তান্নরকপদা জাফরনা থোইরদুনা কৈজুপ মনুংদগী রিসিপ্ত তৌখি, " হেল্লো! মাম্লে, ঐনে। করি পাউ লৈগে ?"

জাফরগী কোক ফাওবা কৃপশিল্লিবা কৈজুপ্তু হমিদানা শৃপকোন কোল্লগা চিংথোকখি। ঈংলগা, তাবদদি খয়াক্লবা খোঞ্জেল অমা হমিদাগী নাকোংদা য়েরকই, "ঐনদি ইচৌতবু খঙবদো।"

মখা তাবদি মোবাইলদু মুন্নবগী লাক্ল ফানবদা অদুম তাখিদ্রে। লাঞ্জাউদু ফনা শাংথরম্বা য়াবনি। অদুবু ফমুংদা তৃপ্লিবা অঙাংদু মতাং চাদনা হৌরকপদগী পংশাংমক্তি শাংথখিদ্রে।

হৌজিক হমিদাগী য়ূখ্নান পুক্সিদা চাউরবা ময়ি অমা চংলক্তুনা থম্নম্বা থাজবা অমসুং ইকাই খুম্নবা পুম্নমক তপ্না তপ্না মাঙশিল্লকপ গুম তৌরক্লে। নুমিত্তু মচানিপা অহন্দুগী পরিক্ষানি হায়দুনা হমিদা ঙন্না চাক থোংনবা থৌরাং তৌরি। ফিজাউ অমা ইল্লগা জাফর চঙলক্তুনা হায়রে, " ফৌদু শংপাই অনী অহমদং তাইনবা তৌ।"

" কৈদৌনবনো ?" হমিদানা মমিৎ ওন্দনা খুন্নকপনি।

" মোবাইলসিসু পৈশা অমতা য়াওদ্রে । মীগী শেল শিংদৌবা খরসু লৈ ।"

জাফরগী অহানবগী ৱাহৈসিনা হৃমিদাদা অনৌবা চৈনা অমা হাপ্লবগুম থোকখ্রে । মথক্ষোইদু ফাজিনবা ওমদনা খংলাউ লাউরকই, " কৈনো নঙ' তৌজশারিসে, হা ? করিনো হায়বা ?"

জাফরনা ইহা হাদনা খুন্নকই, " কৈদৌরগেমি নহা'মা নঙবো ?"

" কৈদৌরগেদি কৈনো ? নুমিৎ চুপ্পা থবক মনা'ফাওবা শূদনা মোবাইল মবুক হাপ্পগা নুপী কোয়য়ু, পৈশা পায়বনি । নুংঙাইহে, পেল্লে । পুক্কে লনগে পুম্নমক তুম্লে, বরবাদ তারে।"

জাফর ইচং থৌরুবা ওমদনা থোকখ্রে । হৃমিদানা খোলদা হান্না হাপল্লিবা মরু মরাংদু মখোল হৌনা শুবগে মতাগুম শুরকই, দঙ দঙ . . . ।

"মম্মা ! নঙগী ফোন লাকএ ।"

মচানুপা অহন্দুনা রিং তোন কন্না খীংলিবা মোবাইলদু পুরগা চেনশিল্লক্লি । মদুগী মতুংদা ইপা পাখৎনা জাফরনা তান্নরকই, " হাই, নহা'চৌবা, ঐঙোন্দা পীরকউ ।"

অদুবু হৃমিদানা তাপ লাকখিবনা হানখি ।

জাফর উয়ুংগুম লেপ্লি । খুবী মমায়মুক্তং পাকপা মোবাইলগী স্ক্রদুদা মমীত্তা মৈরী থোক্লা য়েংলম্লগা রিসিভ বতন্দু খুদোম্বীনা কল্লক পেন্না নম্মী । হেল্লো নুংলো করিমত্তা হায়দে । মোবা'ইলদু মচীন মপাদা থম্লগা নোক খাকপগুম খাকথরকই, "মীনা মতৃ মচা লৈরে হায়রবদি কোক তোক্লোদনা । নিপা অমতা কোয়বিদ্রববো নঙবো ? নশক্তু খৃখী'মা তৌরমগনিনে । নঙনা ঙম্লগা লৈরলাউ, নশমদু কোগোক কোক্লা ফোয়দৎকে ।"

পাউখুম ঙাইদনা লোক তৌশিল্লি । জাফরদু হূ থাংলবা মীৎয়েং অমা খানা য়েংলম্লগা মোবাইলদু মরু-মরাং শুরিবা খোলদুদা ক্রোক থাদখি ।

" থৌরী থাংদুনা লাকপা ওমদবা অঙাওবা ষণশিংদি মসিনা হেক ফরদৌনি ।" হায়রগা ক্রেক ক্রেক লাউবা মখোলগা লোয়ননা ইমুংগী কাদু নিনবমখে মোবাইলদু শুগাইরক্লে ।

"মসিনা হেক পেল্লে । মতম পুম্বগী ওইনা স্বিটচ ওফ তৌবিরবনি ।"

ফুক হৌগৎলি । মুন্দ্রিবা চাক ইন্দাং থাঙ্গৎলিবা গ্যাসতু মুম্ভৎলি । চাকশঙগী থোঙদুন মখোল হৌনা খিংজিল্লম্লগা ফমুংদা তৃন্নিবা অঙাংদু পোখৎখ্রে । মনাক্তা অর্থ খঙদনা লাঙাউদুবু য়েংল্লা মচানিপা অহলদুগী মশা শাগন্দু লাক্তুনা চিংলগা লাউহত্তুনা হায়রকই, " হাই মুখী ! নপা নমুংশা মানবসিগা লৈহৌগেরা নঙ ? ঐ চৎলদৌনি ।"

# ভিক্ষারীনা য়েল্লম্বা বোম্ব

নবকুমার নোংমৈকাপম



*নবকুমার নোংমৈকাপম ময়াং ইম্ফাল কোঞ্চাক মমাঙ লৈকাইদা নোংমৈকাপম অঙৌবা অমদি মাইবম নিংথৌল তোম্বী অনীগী মরিশুবা মচানিপা ওইনা খৃ: কুম১৯৬৪ গী এপ্রিলগী তাং ৩ দা তাইবংদা থোকপারকখি । দি এম কলেজদা তমদুনা মণিপুর ইউনিভরসিটিদগী বি এস সি (ওনর্স) লৌইখি । মণিপুর সেক্রেটেরিয়েটতা মতম খরা থবক তৌরম্মী । তম্নাইরিক অমদি তেংবাং লাইরিক ইবনা শেম্লোক লম্বীনি ।*

*মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, নহারোল সাহিত্য সমিতি, রাইটরস ফোরম, মণিপুর লিটরেরি সোসাইটি, কলচরেল ফোরম, ময়ায় লম্বী খোর্জেই লুপ অমদি মণিপুরী থিয়েটর একাদেমীগী লাইফ মেম্বরনি । করম্না ইগনি হায়বগী মরমদা নেসনেল স্কুল ওফ ড্রামা, নিউ দিল্লি অমদি মণিপুর স্টেট কলা একাদেমীনা অমদি মণিপুর সাইন্স এন্দ টেক্নোলোজিনা শীন্দুনা পাঙথোকখিবা থাখায় অমমমগী য়াকসোপ্তা শরুক য়াম্রে । শুমাঙ লীলা, ফম্বাক লীলা, ইপোম কয়া ইস্রে। ফোঙলবা য়ারী মচাগী লাইরিক অহুমদুদি ১। ঐখোয়সিবু কনানো ? (২০০২) ২। ঈচাউ অমসুং লৈরাই (২০০৫) অমসুং ৩। খোঙদাফম লৈত্রবা লৈমায় (২০০৭) নি । চুমথাং কৌবা শৈরেংগী লাইরিক অমসু সম্পাদক তৌখ্রে । হৌজিক ফাওবদা ফংখ্রবা এৱার্দশিংদি ১। অরুনাতোম্বী এৱার্দ, ২। অকাসবাণী এৱার্দ অমদি ৩। চন্দ্রেশোর নীংশিং সাহিত্য মনানি ।*

শকখঙদবশিংনা হৌজিক্তা হুনজিল্লম্বা, দুকান মমাঙদা তাদুনা লৈরিবা, খূৎনা পায়বগী ফোঙ ফোঙ শারিবা পোকখায়দ্রিবা হেন্দ গ্রেনেদতু ইলেক্ট্রিকী মৈঙাম্দুদা ময়েক শেংনা উরি। কৈথেলদি ঙসাইনা লানগায়খ্রবনি । ঈচীক চীক্লবা মতমসিদা স্বর্গগী শগোল অঙৌবা তোংমিন্নরগা সড়কী লৈমায় পূম্না নেত্তবা য়াদে মতাগুম খা-য়াং, মনীং মমাঙ হায়দুনা লাক্লিবা মখোয় অহুমদু ব্রেক ফাদনা চুমদ্রিং হেক্তা খৌজিনমিন্নখি বোম্দু তম্না। মুনবু মুম্নদৌরিবরা করিনো ?

শামুনা ফরা ফরা হায়দুনা য়াম্না ৱানা লেপ্লগা লৈয়েং ইফাই ফাইনা হায়রকই, "ভায়, মসিগী পোৎসে নকলিনে। অশেংবা ওইরদি পিন শৎলগা হল্লকপদা ঙসাইনা পোখায়রদৌনি। দিমান্দগী ধপনি। মপানা শেন তান্নবা থাদোকপা অরেবা মীনাইরো ঐখোয়বু ? পীরোই।"

চাউবনা মমীত্তূ পাঙবা ঙম্বোই ঙমদবোই হায়রকই, "অদু ওইরদি ইচানুপাগী শানপোৎ ওইনবা ঐ খূঞ্জগ্রগে।" হায়রগা বোমদু তম্না চঙখি।

তোল্লমুনা য়াম্না জ্ঞান তাবা শারদুনা চাউবগী মথূৎ য়াল্লগা হায়রকই, "ভেন্দরদদি শৎলু শূকয়া য়াদে। অরেম্বনি হায়রদি নঙগী হৌনবী মাঙ থারগেরা ?"

খোইহী তৈরবা খোয়থূম্নরবশিংদু য়েংনীংদ্রবনরা নৎত্রগা বোমদুনা মথৌ পাঙথোরকপদা মশাগী কয়াৎ খরা ভিক্ষা নম্লৌ লৌখিদ্রা হায়না কিবনরা করিনো থাপ্লপ্লা মীৎয়েং তারম্বশিংদু অয়াম্বা চৎনম্রে।

তোল্লমুগা শামুগা অনীদু ফান-চিংনরিঙৈদা, চাউবা মখোঙ থাংবা হৈফাত্রিবা অঙাংগুম বোম্বদুগী মনাক য়ৌনা চঙশিনম্রে। ময়াম্না চঙখিদনবা লাউনরকই। তাদে। বোম্বদু ঙাইহাক লেপ্তুনা চেপ্থ চেপথ য়েংলল্লগা, "ৱান টু থ্রী" হায়রগা মখোঙনা তিংখত্তনা কাওরকই।

য়েংনরম্বশিংদু কায়দুনা চেন্নখি। বোম্বদুনা কোইলাস মথক্তুদা ক্রোং ক্রোং ওন্দুনা চেল্লক্লিবদু তোল্লমুনা অমুক ওক্লগা "পেনালটি কোরনর, সে পেনালিটি কিক, পাস" হায়রগা কাওথোরকই। শামুনা অমুক ফারগা "মৱা লৌদবা বোম্ব" হায়রগা অরোইবীদা কাওথোকপ্রে।

অদুদগী মখোয় অহুমদু হাইরং তুরং থেংথু ঙাথুনরদুনা মখা মায়কৈ পাংম্রে।

ঙাইহাক লৈরগা শামু খা-ৱাং চিংল চিং, খংইন খংইন ইল্লদুনা মাগী য়ুমগা পূনবা দুকান্দুদা চঙলক্লে। মকোন্নিদনা। ঙসাই বোম্বগী মেলা য়েংনহৌবশিংদুসু কনামত্তা লৈরমদ্রে।

শামুগী নুপী সনাহনবীনা মপুরোইবদু ফাওদোকঙৈ য়েংলগা, "ফুটবোল শান্নরোই, সড়ক তারেনে। বোম্বদুনা থোক পোখায়রক্লদি নঙবু হিংখিদ্রা ? শিখ্রবা য়ুঙাওরোয় নঙগীদি অদুম দশা কোকখ্রনি। ঐগা নচা অহুমসিগগী লাইবক্তি নঙগী কূদুদা হাপ্লগা পুখ্রগে সিনিনে ?" হায়দুনা মচীন্দা কবোক পোক্লি।

ঙাইহাক তুমিন তুমিন লৈনরুরগা সনাহনবীনা অমুক মখা তারকই, "দুকানসিদা লুপা লীশীং কুম্বাগী দিমান্দ তৌরক্লিবদু শেত্তনা লৌজখ্রনি।"

শামু তুমিন লৈ। নহানঙৈ ওইরম্লবদি সনাতোম্বী ঙসাইনা মপাম নৎত্রগা যমলৈবাক

যৌরগ্লনি অদুবু কয়া কল্লা লেঙ লাকপা ঙমদবদুনা সনাতোম্বীগী উকল ওইরি।

মচা ফত্তবা চাউবা ঙাইবা, মৱা ফত্তবা শিবা ঙাইবা হায়দুনা উপাই লৈত্রবী সনাহনবী মপুরোইবদু চাক শীজরি। মচাশিংদি ঙসাইনা তুমহনগ্রবনি।

"কাক কাক কাক; কাক কাক কাক, . . .।"

মপান্দগী থোঙ থীল্লকপনি। তাশিন্নদে। হাংদোক্তবা য়াদে মতাগুম থোঙদু হেক্তা মথীঙল্লক্লবদুদদি খুমদবা য়াদ্রদুনা সনাহনবীনা খুমখি, "করি পোৎ লৌদৌরিনো? হয়েং ঙন্তা লাকও। ঙসিদি ইরাং ফত্তে, থোঙ হাংবা য়াদ্রে।"

থীল্লকপা লেপ্তে। অমসু হাংদে। মৈ চাক্লিবী সনাতোম্বীগী মথম্মোইদুদা ইকুম লেপুনা হুঞ্জিল্লক্লবদুদা লৈতোম্না খৎপদা য়াওরকপা ৱাহে মখে অফা অপুন য়াওদনা জর জর লোইনা থাদোকখ্রে। নিশাগী মনিল ৱা-ৱা কারিবা শামু যুক হৌগৎলকই। নাকন্দা ঙারিবা থোঙলোৱৈদু তাপ পায়রগা থোঙদু হাংগদবগী হোৎনৈ। সনাতোম্বীনা খাম্বা লাক্লরি।

"হাংউ য়াদ্রবনিনা অখাক অরাও তাহল্লগে?"

"হাঃ!" হায়রগা শামু মরুম অমদা লৈশিল্লগা লোৎখ্রে। সনাতোম্বীনা থোঙদু হাংবগা মখোয় খরা, নোংমৈগা নোংমৈগা, দুকান মনুংদা চেনশিল্লক্লগা কোম্বীং ওপরেসন হেক্তা হৌরকই। খরনা মপান্দা সম্ভ্রি তাহৌরি।

"তামোদি?"

পাউখুম পীবা ঙমদে সনাতোম্বী। মমীত্তু অত্তৌবা ঙাক্তা ওনখৎলগা নীক্লগা অদুম লৈ। খুম্নীংদবা নত্তে, ঙাঙখোকপা ঙমদর্বানি। হংবদা খুম্মল্লক্লবদুদা নহা অমনা ফৃরিৎখাউদগী হেন্দ গ্রেনেদ অমা লৌথোরক্লগা লাউরকই, "বোমসি পিন শৎলগা হুঞ্জিল্লক্লগে?"

"সরেন্দর" হায়রগা অলু বোরাগী মরুমদগী হাইরং হাইরং তন্না হৌগৎলক্লে শামু। দুকানগী গাডী অমদি ফক্লাংদুদা ঙাখু থেংথুরগা কাফে কাফে থোরকই।

"ঐখোয়না তামোদা তেঙবাংবিয়ু হায়জখিবা লুপা লীশীং কুন্থাদু পীমল্লক্তবদুদা নমিং নমায় শিংনবা বোমদু হুঞ্জিনবনি। নরাইবক ফবদগী পোখায়খিদ্রে। মদুদা তামোনা ঐখোয়বু উশিং থৌওইদনা বোমদু নমান্নবা খরগা বোল কাওদুনা শান্নবগী ৱানিনে? বোমদু ঐখোয়না অমুক লৌশিল্লগা পোখায়য়ু য়ানবা শেন্নবনি। কদাই, নথৃত্তু পীরকউ।"

অঙাংগী মখৃৎকুম্না তিংথোরক্লিবা শামুগী মখৃত্তু লৌরগা পায়বগী মওং মতৌ নীংথীনা তাক্লগা শামুদা বোমদু চেৎনা পায়হল্লে। বোমদুগী মতোন অম্রদগী পিন অমা শৎলগা মফমদুদা শামুগী খৃদোম্বীদুনা কন্না নমশিলহল্লি।

"নখূৎ খূদোম্বীদুনা নল্লিবা বোমদুগী লিভরদু কন্না নমশীনগদবনি । নখূত্তু খরা হেক কোন্নুবদা কৈদৌরক্কদগে হায়বদুদি নশানা অদুম খঙজরো। বেরা লৈতবা বোম অতৌদি পিন শৎলবা মতুং সেকেন্দ মরি লৈরগা পোখায়বনিনা লংখিবা নংই । য়াদবা বোম্বদগী কোই শোক তৌদুনা শেম্বা মসিগী বোম্বসিদি হেক থাদোকপগা সেকেন্দ অমা ফারোইদৌবনিনা লংবককাক নংদৌ নত্তে । পুমচাই । খঙলেদনা ?"

শামুগী মকোক্তা নৈশিন্দুনা লৈরম্বা নিশাদু খূদক্তা শ্বাই মাঙখি । নীক্পা হৌরকই ।

সনাতোম্বীনা পেরুম পেরুন্নগা হায়রকই, "অদুদি ইবুংঙো কয়াম কুইনা পায়হন্দে দীরিনো বোম্বদুবো ? "

"নাম্মা হায়রিঙৈদা য়াদ্রবনিনা হৌজিক্তি পাবোৎ লোল্লেদো । লুপা লাখ অমা পীদ্রিমখে পায়বা তাবা । শিকি ব্রাৎপা য়ারোই । শুরকান্দা ফোন তৌরকউ । মদুদা ঐখোয়না মফম অমা হায়রক্কনি । মফমদুদা ঐখোয়না বোম দিফিউজ তৌনবা খূৎলাই পুরক্নগা লৌথোক্কনি । মী অতৈদা খঙহনব্রবদি দন্দিসে অমুকসু দবল ! খঙলেদনা?" হায়রগা বাকী বোয়দুগী মথক্তুদা ফোন নম্বর অমা ইরন্নগা চৎখ্রে ।

শামু মখূৎ নাম্মনা বোমদু চেৎনা পায়, নাম্মনা মকোক পায়রগা অব্রাং কদোমদনো হায়বগী থাক্তা ফমথরকই ।

সনাতোম্বীনা ইপাই থপাইনা হায়জরকই, "নিপা, নঙ নখূৎ কোমগনুকো । নখূৎ কোন্নুরবদি ইবানিদা নত্তনা পীক্লিবা ইচাশিংসিসু লোইনা শিরে । দুকানগী পোৎ চৈশিংসিসু সৰবনাস শাদৌরিনি । নিপা নঙ নখূৎ কোম্বা য়াদেকো ।"

মখূৎ ওয়দুনা বোম পায়রিবা মখূৎ য়েক্তুগী খূৎনমদুদা নমশিল্লগা, "তোম্বী, পায়বদি মিনিট মঙাবু ফাদ্রি, খূৎসি শিথরক্নুনা পায়বা ঙমশিল্লক্ত্রে । কমদৌনি সিদি ?"

ইপা পাখৎনা হুমাং মরিক মরিক কারবী সনাতোম্বীনা হায়রকই, "কমদৌনি অদুদি ? নঙগী নখূত্তুগী মথক্তুদা ঐনা অমুক পায়শিল্লকউরা ?"

"নঙনা কয়াম কুইনা পায়বা ঙমদৌরিবা ? ইবানিমক বোমসে পায়মিন্নদুনা অদুম লৈরদি খোংবাল্লাই তীংখাকশিংদুগী খয়োম চবান থাদোক্পদা য়াওগদবা দক্ষিনা সনা তাঙ্গ, লুপা তাঙ্গদুদি কনানা লাঙবিনি ? তোম্বী, নম্শিনবা লাক্লবদা খূৎদোম্বীসিসু তেক্কদৌরে । সের তরাগী ফলা নূংদুনা খূৎনমসিদা নম্থ্রকউ । "

সনাতোম্বীনা সের নূংদু পুশিল্লক্নগা খূৎনমদুদা ননশিল্লি । অদুবু লেঙদনা অদুম লৈয়ু য়াদে । পায়রগা অদুম লৈবা তাবা । তৌরিদুনা য়াররোই খঙলদুনা সনাতোম্বীনা

তংখাইমুক য়াওরিবা থুম বোরাদু থাংবোই চিংবোই লৌরগা শামুগী খুৎনমদুদা ননশিল্লি। শামু শ্বর খরা হোন্দোকই। মথোয়নীনা খন্নরকই মদুদি অরৈবা সনা লুপা লোইনা কায়থোক্লগা, শুদবদুনা দুকানগী অরৈবা পোৎচেশিংদু থংনবা দুকানশিংদা হোল সেল রেটতগী খরা তানা, শেল মাঙনা য়োল্লসি। মদুনা কোন্নম্রগনা দুকান্দু য়োল্লসি।"

সনাতোম্বী উপু হাংদোক্লুনা অরং অরাক পৃম্বা লোইনা লৌথোক্লগা থোকখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা অমুক চঙলক্লে। হায়রে, "অহীংনিনা দুকান অমতা হাংদে। সনা শাকমশিংদা থোঙ হাংবিনবা হায়রুবদসু কনামত্তনা তাবিদ্রে। কমদৌসিগে?"

সনাতোম্বীগী পাউথুম পীবদি লায়রদুনা নহেন্দুনা অন্না চৈনা খাঙলল্লিবা শামুনা কপ্লি কপ্লি হায়রকই, "মদু লায়রিনে তোম্বী। থুম বোরাসিনা নম্বুবদা খুৎসি শজীং হৌবদৌনা তৌরগা পৃমশি শিথরক্লেনে। ঐয়ো... । ঐবু অদুম শিবা তারবরনে? ঐয়ো... ঐয়ো...।"

"খরসু মখাঙ্উ। নিপানবো," হায়দুনা সনাতোম্বীনা লাউহৎলকই। মপুরোইবদুগী শোম্বরিবা ব্রাখলদু খরদং ওইরসু কনখৎনবা থৌনা হাপ্লদুনা, "মখৃত্তা মী হাংপা য়াবা খুৎলাই অমবু পায়রবদি মী কিদে হায়দাইনে? অদুনা নহারোলশিংদুনা মী কিদদুনা সি তৌরল্লিবা নৎত্রো? নঙসু বোমদুমা পায়রগবু অদুক য়াম্না কিবা হৌনদে। নঙবু নুপা নৎত্রো?"

"অদুদি মসে নঙ অমুক পায়রগা য়েংউসে।" হায়রগা থুম বোরা মখাদুদগী বোমদু তপ্লা শত্তোরক্লগা সনাতোম্বীদা পীশিল্লকই।

সনাতোম্বী করিনুংগী হায়জরুবনো য়ৌই। মকপ্লাপ থক থক নীক, মখৃত্তু তুংলোমদা লোৎ, মঙে থক থক নীক, হায়রকই, "খুৎশিন্নবদা, খুদোম্বীনা নল্লিবদু কোল্লক্লুনা পোখায়রক্লদি?"

"নঙসু নুপী নৎত্রো? মীতে নুপীনা অদুক য়াম্না কিবা হৌনদে। সে নঙ অমুক পায়য়ো" হায়রগা বোম্বদু নম্পী পীনবা হোৎনরকই।

"মসি নুপাসে মওং অমনিনেহে!"

অনীদু মখা তানদনা তুমিন লৈনৈ। ঙাইহাক লৈরগা শামুনা অচীকপদু থুগাইরগা তপ্লা হায়রকই, "তোম্বী, য়োন্নবা থম্বা শুতলিদু পুরকউ। মদুনা খুৎসিগা বোমসিগা চেৎনা পুনশিন্নরগা খুদোম্বীসি নমদবা য়াবরা য়েংগে। সুম্মাইনা সুম তৌরদি ঐদি নোংঙাল্লিরৈঙেদা যমনিংথৌগী মশক উরনি। মথৌ খঙবা যমগী দুটনা থোঙগী অহোবদগী 'মতম কয়াম ব্রাংলিবগে' হায়দুনা ঐঙোন্দা চেপ্থ চেপথ য়েংলিসি উদ্রো?"

সনাতোম্বীনা শুতলিদুনা কল্লা চিংদুনা লাকশিল্লকপদা শামুদু 'ঐয়োয়োয়ো . . . , ঐ শিরে শিরে ' হায়দুনা খাঙ্ঙমদনা ক্রশু ক্রশু চোংদুনা কোয়লাও লাউরকই । মতৌদুদা খাঙবা ঙল্লক্রবরা করিনো থীক থীক নোকথোরকই সনাতোম্বী ।

মখোয়দৌ থীংনা হায়রকই, "নঙ ঐবু উশিংত্রিবরা ? অদুক কল্লা লাকশিনবা হৌনবরা ? খূৎসি তংলোইদ্রো ? নঙোন্দা কোনশিল্লগা খূদোম্বীসি থাদোকউরা ?"

ঙাইহাক তুমিন লৈনে । অদুদগী অমুক নাহে নাহে হায়রকই, "মহা পাপীশা ! নখোয় হৌজিকমক কমান্দোরা আরমীরা থেংনদুনা লানবীগ্রেককা হায়রদি নুংঙাইগ্রনিদা ।"

সনাতোম্বীনা নোকপা খাঙলগা হায়রকই, "হৌজিক্কী কাঙবুদো হাংখ্রবদি লৌথোকপিনবা লৈতদুনা নঙ বোমসি নপুন্সি চুল্লা পায়রোইদ্রো ?"

মুল্লা খম্বরুরগা করি খল্লরুবনো খঙদে, অমুক হায়রকই, "হে ঈশ্বর ইবুংঙো, মখোয়দুদদি সেক্যুরিতিগা থেংনহনবিদবা !"

সনাতোম্বী তৌফম খঙদনা ঙাইহাক চপ লেপ্তুনা খল্লুরগা য়োন্নবা থম্বা সেলোটেপ্তুনা বোমদুগা মখূৎতুগা চেজেৎ চেৎনা চিং চিংদুনা থাগৎঙে নপশিনবিরে । হৌজিক শামু খরা পোথাবগুম তৌরে । মা অমুক খল্লরকই। অহিংসিদা ফলসু তাররোইদৌবা অঙ্কদু হোৎমিন্নরিঙে অমুক মখুত্তু নাবনা খাঙবা ঙল্লক্রে । মতমদি নোংয়াই মতুং পুং ১ তাগ্রে ।

কয়াম কুইনা পায়গথিদৌরিনো খঙদবা পিন শৎলবা বোমদু মুল্লা য়েংলগা মথম্মোইগী মহীদু মমিত্তুগী অর অরা শিম্বরদুনা হায়রকই, "তোম্বী, ঐ খাঙবা ঙল্লক্রে । বোমসে পোথায়রক্তৌ মাল্লে । দুকান মনুংসিদা পোথায়রক্লদি বংস তুল্লনি । ঐ লমহাঙদা থোক্লগে । করিগুম্বা পোথায়রক্লসু ইথক্লা চৎচখিনবা । নঙনা শেন থুমদো ঙম্মবা থিহৌরো ।"

হকচাং তংখাই, থম্মোই তংখাইদুনা মিপাই থবাইননা হায়রকই, "ঙাইখোও । নঙনা লমহাং তান্না চৎখিবদা লমখাঙদা সেক্যুরিতি থেংনরবদি ? "

"অদুদি অঙাংশিং ফমুংদা অদুম তূমহল্লল্লগা পুলিস ষ্টেসন্দা চৎলগা মখোয়গী বোম এক্সপার্টতা লৌথোকহল্লুরসিরা ?"

য়ানীংদনা সনাতোম্বীনা খুল্লকই, "অহীংসিদা বোমদু পায়রগা পুলিস ষ্টেসন্দা কমাইনা চঙদৌরিনো ? বোমদুগা মনাক্তা নক্লবদা সম্রিদুনবু তুমিন্না লৈখিগদ্রো ? অদুগী মথক্তা, কনামত্তা খঙহনখিনু হায়রগা পুলিসতা খঙহল্লি হায়দুনা অমুক লুপা লাখ অহুম/মরিদগী তাররোই হায়দুনা নখূৎ অনীমক্তা বোম অমমম অমুক . . . ?"

"অদুদি ঐ অদুম শিবা তারেনে ?"

সনাতোম্বীনা মখোয়দৌ বু বু শাউগৎনা খোন কল্লপ পেল্লদুনা হায়রকই, "নঙ যু ঙাওখো হায়বা। হৌজিকসু থল্লীংলিবরা ? বোল শান্নবগী শান্নবা নখৃত্তগী বোম্বদুসু তোলিবোলদৌনা চেংথংলগা কোক গ্রোপ ফৃত্রোদনা।"

শামু কল্লা খংলেপ লেপ্লগা তুমিন লৈ। থাউজুম কারবা মমায়দু পুমগ্রঙ অক্তথংলক্রে। চৈনাদু অসুম হেজিল্লকপদুদা খাঙ্ঙল্লক্লদুনা হায়রকই, "মখোয়না ফোন নম্বর ইরম্বদাই ? ফোন্দু তৌখ্রো। নোমসে লৌথোকপির লাক-ও হায়খো।"

"শেন্দি কদাই ?"

শামু তুমিন লৈ। শ্বর চাউনা চাউনা হোৎলম্বদগী খোনসিদা অমুক নাহেরকই। সনাতোম্বী মমিৎ উইশিল্লগা লুপা লাখ অমগী মঙ মঙই। মঙলাক্লে।

শামুনা হায়রকই, "সনাতোম্বী, নঙ ব্রাদি ব্রারৌনু। শেনফমদুনা মশুরোইদৌবা লৈরদি নঙ মতম খরা কনাগীদনো বন্ধান লৈরুরো। ঐ থুনা অমুক হন্দোক্লে। পাণ্ডবকী দ্রৌপতিসু মপুরোইবগীদমক চৌবোরদা থাদোকপদা অদুম য়াখিদাইনে ? ঐগীসিদি নঙ লুখ্রা ওইহৌদনবগীদমক্তনে।"

মমিৎ মনা লংখৎলগা সনাতোম্বীনা হংজিল্লকই, "মল্লবা দিহেসিবু কনানা বন্ধান লৌবিদৌরিবা ?"

শামুনা মরু লুকথদুনা মুন্না খল্লুরগ হায়রকই, "হায়রিদুবুদি চুরা। অদো, খ্বাইরম্বদ বজারগী ময়াং মহাজনশিংদুদা অমুক্তং হংদুনা য়েংবদি ?"

সনাতোম্বীনা লাউহংলকই, "তানীংদ্রে তোকও।"

শামু নাহেরগা হোপলেসতা খুল্লকই, "নঙনদি তোক্লো হায়রিবা, সোমদদি থ-ায়সে মৈথক্তা ভৌরক্লিবা। ঐখোয়গী ঙা শেম্নবা থাঙ কমথীদু অমুক্তা খিরক্লেরা ?"

"কৈদৌনবা ?"

"হশা শিদৌ শরুকপুদি বোম পায়রিবা খৃৎসে ককথংলগা হন্দোকপ্রসি।"

"ককথংলদি, কন্না পায়শিল্লম্বা শিংসি নাউরিদু নোপথরক্তুনা বোমগী মচৈদু অমুক কাপথোরক্তুনা পোথায়রকপদা নশা য়াওখিরোইদ্রা ?"

হন্দমুকসু শামু তুমিন লৈপ্রে। অদুবু নাহেবদি লেপ্তে। করি খল্লুরবনো খঙদে অমুক হায়রকই, "তোম্বী, ঐগী লাইফসে ঙসি হায়বা নুমিৎসিদা এক্সপ্যারি ওইদৌ মল্লে। ঙরাং নুংদাংদগী খৃদোম্বীসিনা অরোইবীদা নম্বদা খৃৎ য়েৎসি ঈ হৌরিবসি উরেদনা। পোথায়রক্লসু ঈথক্তা শিজখিনবা ঐ লমহাংদা থোক্লগে। শেল শুরকান্দা লাক্লো। মখা লমহাংগী সড়কী উকু

মখাদুদা ঐ লৈরমগে " হায়রল্লগা খাম্বা য়াদনা অদুম থোকপ্রে।

সনাতোম্বী মখা তানা খান্নুদ্রে । মতুংসু ইন্নরুদ্রে । মদুগী মহুৎ শামুগী মচীন মনাও, শাগে নাতে ময়ামদুগী থোঙ নম নম্‌দুনা হৌদোক্লগা লোন্না বাতানরে । অরেঁ অরৈবা শেল খোমজিন্নরে ।

তেলিফোন্দা পাউ ফাওনরগা মখোয়না লাকউ হায়বা মফমদুদা চৎলে । শামু উকু মনুংদুদা, বোম পায়রিবা মখুত্তু মবুক্তুনা ননশিল্লগা অশিবগুম অদুনা লৈরম্লে । শম্নেং মরু ফাওবা ঈ অশিবা মুশুক মুনা হাইগৎতুনা লিলগী হূনা বাম্বহল্লবা মীগুন্নম্লে । ময়াম চঙদুনা গাড়ীদা হাপকৎলগা হোসপিটালদা হান্না পুনবা হায়নরকপদা সনাতোম্বীনা কপঙাঙদা হায়রকই, "মখোয় কন্নবনি হায়দুনা হোসপিটালদা হান্না পুরবদি মাতা নত্তনা ঐখোয় পূম্বা লোইনা শিরনি । নখোয়না মাবু নুংশিবিরবদি হোসপিতালদা কোন্না পুবিয়ু ।"

সনাতোম্বীনা হায়জবগী মতুংইন্না হান্না তীনকোক লাইকোকহল্লুবা তারে । গাড়ীগী নোম্বা শুবদুদা শামু জ্ঞান লাক্লে । চীকপা শাবনা খাঙবা ঙমদদুনা হৌনা হৌনা লাউদুনা কপ্পী । লম্বীদা থেংনবা ফারমাসিদগী লৈরকপা অনাবা ফাথনবা দাইক্লোনেক ইঞ্জেক্সন্দু কাপ্তুনা খাঙ্‌ঙমদবা চৈনাদু ফাথনবা হোৎনৈ ।

উচিন নাচিন্না লাকউ হায়রকপা মফমদু য়ৌরে । তুমিং কাঙফাওবা পাইবা উদে । ফোন তৌদুনা খয়োম চবান চাবিরনবা কৌরে ।

খোংবাল্লাই তীনখাক অনী লাক্লগা খয়োমদু হুকথেঙননা লৌপ্রে । অদুগা চেংনা নপশিল্লিবা সেলোটেপ্তু করিসু যৌশাদনা জেৎ জেৎ শেগায়দুনা লৌথোকপা হৌরকপদা শামু মথবাক্কী মিহুন্দু তীং তীং চোংবা হৌরকই । লৌথোরকপদুদা খজিক্তং শোয়খিদুনা ধুং লাউনা পোক্‌খায়রক্লবদি ! মমায়দু হুমাং অনপ্পী কারগা শ্বর চাউনা চাউনা হোন্দুনা মথম্মোইদা শোনবা হৌরকই, "হে ঈশ্বর ইবুংঙো, পোখায়হনবিরত্তবা ! ইচ পীক্লি, ননাইগী থবায়সিতদি কনবিয়ু ।"

মল্লপ্পাক নীক্লকপদা মখূত্তুসু য়াওরকই । নীকপদুদা অমদু লৌথোকফম খঙদ্রদুনা নীক্লিবা খূৎতু শেগ্রাদুদা তিংখত্তুনা চপশিল্লগা লৌথোক্লি । শামু মশাদু থাউজুম কাখৎলকই।

"ইনাউশা, শোয়দনবা তপ্না লৌথোকউকো । শোয়রবদি ইচিন ইনাও পূন্না . . . ।"

লৌথোকপা লোইরবদা ফিউজ মখুন্দুদা মাগী খুদোম্বীদু থিনজিলহল্লগা কন্না নমশিনহনবা ওইরম্লে । ফিউজ য়াওদ্রবনিনা শূকপোক পোকখায়ররোইদৌবা বোম্নি হায়বদুসু খঙলক্লে । বাখিদুগা ওইরন্নিসিগা . . . ।

"মসিগী এক্সনসিদগী হেন্না ফবা অতোপ্পা পাম্বে লৈত্রে ।"

অতোপ্পা নহাদুনা বোমদু মচিন্না খূৎলাংখাল কৌবদৌনা চুপ্পগা, "মাঙহনবা য়াবা পোৎ নত্তেনে। *মসিনা তাপ্লিবসি লুপা লাখ তরা হেল্লবনি।" হায়রগা বোমদু ফূরিংখাউদা* হাপচিল্লগা করিসু নাচুংদনা মখোয়না তোংলকপা গাড়ীদুদা তোংখৎলগা থৌগ্রে।

মখূৎকী অনাবদু কাউরগা মখ্বায় গ্রোক গ্রোক চাক্লা মখা চীতুনা শামুনা শোলহৌই, "হে হে! মহা চন্দানশা! নখোয়দদি খূদক্তা পুশিবা ওইরোকো।"

# অমঙ্বগী মঙাল

নিংথোঙ্খম সুনিতা



*নিংথোঙ্খম সুনিতা খৃ: কুম ১৯৬৫ গী নবেম্বরগী তাং ৬ তা থৌবাল ক্ষেত্রি লৈকাইদা নিংথোঙ্খম মঙোল সিংহ অমদি তোম্বীমচা দেবী অনীগী মচা তরাগী মনুংদা তরেৎশুবী মচানুপী ওইনা তাইবংদা থোক্তদারকখি। বাই কে কোলেজদগী গ্রেজুয়েসন লোইরগা স্কুলগী ওজা ওইরি। অইবীসি খোর্জেরোই খুমারুপ, থৌবাল; মণিপুর সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল; মণিপুর সাহিত্য সমিতি, থৌবাল; কলচরেল ফোরম, ইম্ফাল; লৈকোল, ইম্ফালগী অচওবা মেম্বর ওইরি। থাগী চেফোঙ অথৌবগী এসিষ্টেন্ট এদিটর ওইরম্মী। মশাগী চহী ১৪/১৫ দগী হৌনা ইবা হৌরক্লবী অসিগী হৌজিক ফাওবদা বারী মচাগী লাইরিক অনী (১) থোঙজী মখোল (১৯৯৭) অমদি (২) অকায়বা মিংশেল (২০০৪) ফোঙদ্রে। ফংখিবা মনা মথুমশিংদি ১। খাইদেম প্রমোদিনি গোল্ড মেদল এৱার্দ, ২০০১ অমদি ২। সাহিত্য একাদেমী এৱার্দ, ২০০১ নি।*

চাউরবা যুম অদুদা নোংয়াই মঙ্গন্তনি লৈরিবা। মচানুপী অনীদু যুমদা লৈতে, স্কুল বোর্দিংদা থম্মী। ইহাও হাওলবা যুম অমদি অচীকপা অহীংগী নাইতোম তারকপগী চৈনাদু মঙোল্দা ফাওদে। অহীং যনা থেঙলবসু যমুংদা চঙদুনা হীপনীংঙদ্রে। হাওলবা কাশিং অদুদা খোঙথাং কয়া থাংলদুনা চৎলি। অমুকসু হেক মফম অমদা চপ লেপ্তুনা ওইহাকসু লৈথোকই। মহাক্লা খল্লিবদু করিনো হায়বদু মশামকসু খঙজদে, হঙ্গৎ হন্দা চত্তুনা লৈরি। ইখঙ খঙহৌদনা ওাল্লম্বা ইলেক্ট্রিক বল্বশিংদু মুৎখিবদা মহাক খংপ্রেক খংলম্মী। চপ লেপ্লগা ফুরিংখাউ হুমদুনা মৈখেৎ লৌথোকই, থাউমে লেমর্টন অমা থানগৎলে।

হন্দক্তি মহাক যমুংদা হীপথরে, মমীৎ উইশিন্দুনা তৃম্বা থেম্মী। অদুবু তুমথবা য়াদে, ওসিসু মাগী নাকোংদা মেথাগী নুংহিক্লবা মীকপথোলদু তারকই। মমীত্তু হেন্না চেংনা উইশিল্লি নোংয়াই। মখূৎ অনীদুনা মনাকোং মেনশিল্লি। অদুবু খওই, মাগী থম্মোইনুংমত্তদনি তারক্লিবা খোঞ্জেলদু।

ওহ্! মেথা, মেথা! তাইবংপানল অসিদা মেথা লৈত্রে। অদুবু মাগী থম্মোইদা মেথা

হিংলি । অহীং খুদিং মেধানা কপ্নি, শাউরি, নোক্লি - মাগী থনূংদা আঃ থম্মোইনুংদগী মীকপখোল অমদি ব্রাকৎ কয়া থোরক্লি । মসিনা মাবু পোংথাহন্দে, চাবা য়াহন্দে, তূম্বা য়াহন্দে । মহাক্লা খল্লুই - সংসার অসিদা মেধা লৈত্রবা মতমদতা মহাক্কী থম্মোই ঈংলনি ; চিংনবা পূম্বা কোক্লনি । অদুবু মদু কদাইদসু অচুম্বা ওইরমদে । তশেংনা মেধা হিংলিবগুম্বনি । মথন্তা খল্লকই - খাঙ্ঙমদবা কয়াসি খাঙদুনা কয়াম কুইনা হিংখিনি ? মরক মরক্তা মথন্তা হেক হেক থুগাইজবা ব্রারেপ অমা মহাক্লা লেপ্পী মদুদি - পূম্নমক থাদোক্তুনা মহাকসু শিগ্রগে । অশিবগা মহাক্কা উনবগী ব্রাখল হেক হেক তৌরকই । ঙসিসু মহাক ব্রারেপ অদুগী মখা পোন্না অমুক হৌগৎলক্লে । হান্না থৌরাং তৌদুনা থল্লবা থাঙ অদু খুদুম চেংনা পায়শিল্লি । খল্লি - সুইসাইদ নোট অমা ইরমসিরা ? খুৎলৈ থুনা চঙশিন্দুনা চে কলম মাঙদা থম্মী অদুবু মদুসু তোক্লে । মরমদি মহাকনা খল্লি - সংসারসিদা মহাক্কী কনাসু লৈতে ; কনা অমত্তগা মাগা মরী লৈনদে ।

নিংথম অহীংগী অইংবা নুংশিংনা মশাদা য়েরবদু মঙোন্দা ফাওদে, হূমাংনা মশা পূম্ব লূপ্লে । মতোন তুল্লবা থাঙ অদু মখূৎনা চেংনা পায়শিল্লি অদুগা মমিৎ অনীদুনা থাঙদুদা মুন্না য়েংলি । খল্লি - থাঙ অসিনা মাগী থম্মোই থূম্না য়ুংশিনখিবা মতমদুতদা মেধাগী মীকপখোলদু লেপহনখিগনি, অহীং খুদিং তূম্বা থুগাইদুনা মাবু ওৎলরোই । থাঙ অদু মখূৎনা মাগী থম্মোই মপামক্তদা থল্লগা অমুক খল্লকই -ডাক্তর বিদ্যাদা অমুক্তং খঙহল্লমসিরা ? টেলিফোন পায়খত্তুনা বিদ্যাগী নম্বরদু নম্নলুই অদুবু মদুসু খূদক্তা মূখত্তুনা থল্লে । মথন্তা মঙক হাইরদুনা হায়জে, "ডাক্তর বিদ্যা, ঐগী কনাসু নত্তে। করি থোক্লদুনা পাউ অসি মঙোন্দা খঙহন্‌গদৌরিবনো ?"

কাদুদা অমুকসু হঙ্গৎ হন্দা চৎপা হৌরক্লে, মাগী মখূত্তা থাঙদু অদুম্মক চেংনা পায়রি । মীৎমাঙদা উরকই মেধা, ঙৌরবী কুচ্চু, তরাও তরাওবী মমিৎ অনী, ফজরবা চীনবাল অদুগা মাগী থম্মোইবু হূরানখিবী ওইথংবা খজাইগী দিম্পল । শক্তম অদুনা মাবু শুমহৎখি । শক্তম অদুনা মাবু খোয়রাংহনখি, শক্তম অদুমক্লা মাগী থম্মোইদা চিংনবগী শম্বল খাখি ।

মমিত্তু চেজেৎ উইশিল্লি নোংয়াই । মাগী মীৎমাঙদা উরিবা মেধাগী শক্তমদু মাঙখিদনবা হোৎনৈ । অদুবু য়াদে । কাদুদা মেধাগী মুর্ত্তি লীশীং লীশীংনা হঙ্গৎ হন্দা চৎলিবোই নীংই । মাগী থম্মোইগী মীহুল খোঙজেল য়াঙখৎলকই । নোংমা মহাক্লা মেধাবু হাৎখি, মখূত্তা পায়রিবা থাঙ অদুমক্লা । ঙসিসু মাগী মীৎমাঙদা থোরক্লিবা মেধাবু হাৎনবা হোৎনরদুনা থাঙ অদুনা শাফূ কয়া অমুক্তং থিনজিল্লি । চৈনাখোল ফংলবা মেধাগী খাঙ্ঙদ্রবা খোঞ্জেলনা কা অদু নিল্লকই ।

খুৎলৈ থুনা নোংয়াই কা অদুদগী থোরকই । থংনবা কাদু মৈ থাল্লমদে । অমম্বা মরক্তুদা অমুকসু তারক্লে মেধাগী মীকপখোল । মাগী নাকোংদা মেধাগী ব্রাকৎ য়াওরবা

য়াইংদু হূত্তুনা চঙলকই, 'ঐগী করি ইরালনো ?'

নুংশাখ্বর মগী অমা হোন্দোক্লদুনা নোংয়াই কাদুগী ইংলবা লৈমায়দুদা কয়থরকই। কুরিংখাউদ হূমদুনা চুরুট মচৈ অমা লৌথোক্লুনা চন্নগা পেন্না অমুত্তং চিংই। মতম পুন্নমক্তা তাদুনত্তা লাকখিবা নুংহিক্লরবা খোঞ্জেলগা লোয়নরবা মেথাগী য়াইংগী পাউখুম থিরকই। চিংনবা, থাজদবা, তপ্না তপ্না হীকথরকখিবা থম্মোইগী মরী, পুক্নিংগী মরী, ফজরবী শক্তমদুগী মরুমদা লোৎলিবী মেথাগী লমচৎ! ইংথরুরবা থম্মোইদু খংশা শাগৎলকই। মখূত্তা পায়রম্বা চুরুট মচৈদু লাক্তুনা লংথোকখি।। কাদুদা মদু মৈখু কারদুনা তারি।

তশেংনমক মেথাদু মরাল লৈরবী অমরা ? নৎত্রগনা নোংয়াইগী কা হেন্না খম্বলবা, চিংনগনবা থম্মোইদুগী মরাল্লা ? মেথাদু ফন মরাল লৈবীসু ওইসনু, মী অমবু হেক্তা হাংপা হায়বসিদি হেনমনবা শাজংনি।

মেথা সরকারগী থবক তৌই। অদুগা নোংয়াইনা দুকান ফমদুনা করবার তৌই। নুমিৎ খুদিংগী মেথানা মফি নান্না শেত্তুনা ওফিস চংলি। মাগী মীৎমাঙদগী মেথানা অয়ুক পুং ১০ দগী নুংথিল পুং ৪ ফাওবা লাপ্না লৈখিবদা নোংয়াইগী মপুক্লিং লুম্বা হায়বদু ওইদে।

নোংয়াই মরক মরক্তা য়ুসু থকই। অদুগা মহাক মহৌশানা হেঞ্জিন্না খনগনবা, চিংনগনবা, থাজগন্দবা মীওই অমসুনি। নোংফাদোক গাড়ী ফরক তাখিদুনা মেথানা ওফিস কুন্নকপা মতমদগী খরদং থেঙথখিবদা নোংয়াই লৈফম খঙদে। করিগুম্বা কান্দা লম্বীসু পূনবা ওফিস অমতদা থবক তৌমিন্নবা এ. ই. বীরেনগী গাড়ীদা হেক হেকসু তোংলকপা য়াওই। নোংয়াইগী দুকান ফাওবা থিনবিরম্বদা মহাক্কী খোয়শাওনবীদু অয়ৌবীনি। মচীন্না থোক্লা হায়রকপসু য়াওই, " নঙগী এ. ই. গী গাড়ীসি নৎত্রবদি হল্লকপা য়াদ্রবনিনে ?" ইচম চমজবী মেথানা নোক্লদুনা খুমই, " কৈদৌই হায়গে ?" নোংয়াই মখা তাদে। মাগী অশাউবা মমিদু মায়খোঙনা ঙল্লিবমখৈ ফোঙদোক্লবা হোৎনৈ। মতৌদুদা মেথানা ফাগী তৌই, " তামো বীরেনসে খুৎফ অমনি, নঙগুম্বা নত্তে।"

"তামো বীরেনকা'না, নঙ হৌরবরা ?"

নোংয়াইনা শাউনা মখা তারকই, "য়াম ফরগনা মঙোন্দা নয়ুম হেক পানখ্রো।"

"মদুবু য়ারবদি ফরবনি।"

চিংন-চাউবা নোংয়াইগী মফমদদি মেথাগী ফাগীদু হূ তৈরবা তেনজৈগুম্বনি। অদুগুম্বা নুমিৎশিংদা নোংয়াই কা হেন্না য়ু থক্লই। হেনজিনবা, লূজদবা য়াহে কয়া ঙাঙ শক্তুনা অদুমক লৈ। ফাগী ফাগীদগী মখোয় শাথীনা খৎনবসু য়াওখি। অসিগুম্বা থৌদোকশিংসিনা নোংয়াইনা মেথাবু হেন্না হেন্না চিংনহল্লি।

দুকান পোৎ কয়া শীত্তবা মতম, নুংথিল তাল্লক্তা নোংয়াইনা মেথাবু হেক হেক নীংশিংই।

খল্লি শাংলবা মতমশিংসি মেথানা ওফিসতা থবক শূদুনা লৈরিম্রা ? মখোয়গী তাকশিং অদুগা য়াথী -য়াচোই ঙাওনদুনা মতম লেপ্লিম্রা ? করিগুম্বনা চ থকপগী মিংদা এ. ই. বীরেনগী কাদা মতম শাংনা ফমদুনা লৈখোক্লমগদ্রা ? এ. ই. বীরেন্দুবু কমদৌবজাৎনো ? মহাক্না হেক হেক মেথাবু থিল্লকপগী মরম করিগীনো ? অদুগা মেথা, শক্ত চুদা চঙখোল্লবীনি । এ. ই. বীরেন্না মেথাদা ঙাওয়োইদৌবগী মরম লৈত্রা ? ফজবা হায়বসি পূম্নমকী পৃক্লিং চিংশিন্নিংঙাইহনি । ফজদুনা লৈরবী মেথানা হেন্না মকে শেম্বগী অর্থ করিনো ? য়াহংশিং অসিনা নোংয়াই লৈতাবা ঙমহন্দে । ওফিসকী থবক কা হেন্না চিনবা মতমদা ওভর তাইম থবক শূবা য়াওই । মদুদদি গাড়ী ফংদবা মরম্না তঙাইফদনা এ. ই. বীরেনগী গাড়ীদা মেথা তোংদবা য়াদবনি । অসিগুম্বা মতমসিনি নোংয়াইগী খ্বাইদগী খাঙ্ঙমদবসু । মচীম্না খোক্না ঙাঙলকই, "নুমিদাং ফাওবা থবক শূবা ওফিসতুবু করম্বা মখলগী ওফিসনো ? মপা কনাই' মীনাইনো নঙবু ? সং লয়খোক্তুনা লাক্কদবদু থৌওইনা ওফিসকী থবক্কী মিংদা এ. ই. বীরেনগী গাড়ীদা লাক্লবা লৈখোক্লি ওইরিনি।"

থবক য়ানা শূরম্লগা, চোকথনা হল্লক্লিবী মেথাদা য়াহৈশিংদুনা খোয়শাউনহনখি । অতম্লনা খুল্লকখি, "ওফিসকী থবক তৌদবা দুকান ফম্বা মীনা য়াঙাঙদুমক ঙাঙফম থোকই।"

শাথিনা করেম্নবা মানবা য়াহৈসিনা নোংয়াইগী থম্মোই মৈ থাবা হৌখি । ওফিস নংনবা হোৎনবদা চেন্নোম নোমদুনা ইমুংগী থবক ইনখাং লোইশিন্নবা হোৎনবা, হল্লক্লগসু চাকথুমগী থবক পূম্নমক নংনবা হোৎনরিবী মেথানা মাগী মপুরোইববু ঈংথহন্নবগী তাঞ্জা ইফং ফংদে । থবক পূম্নমক শূৎ থারবা মতমদা নোংয়াইনা ঙমজবী মখে য়ু থকচিল্লগা অহীং থেঙনা হল্লক্তুনা মীরোল ঙাঙনবা য়াদনা তূমথখিনি । অসুম্না অসুম মতমসিনা হৌখিদুনা নোংয়াইগী চিংনবগী শম্বলসু য়াংবা হেনগৎলকখি ।

নুমিত্তুসু মেথা থেঙনা হল্লকই । দুকান মপাদা এ. ই. বীরেনগী গাড়ীদু খাম্নমদনা চৎখি । থেঙলবদুদা ময়ুম ফাওবা থিনবিরম্বনি । মেথা মপূক্লিংদা নিংকোক নিংকোকই । ইচম চমজবা মবুংগুম্না লোয়নবা বীরেন্না লান্না খনখিনি খন্দুনা বীরেনগী গাড়ীদা য়াওরোই হায়বা ঙমজদে । অদুগা মতমদুসু গাড়ী হাইগৎলকপা মতমসু ওইদ্রবনি ।

দুকান্দা লৈহৌবা নোংয়াই মমিৎ খানা বীরেনগী গাড়ীনা হেন্দোকখিবদু য়েংদুনা লৈহৌই । মাগী দুকান মমাঙদা শত্রং শান্নদুনা লৈহৌবা নোংয়াইগী দুকান থংনবা শরত, চাউবা দোরেনসু মেথানা চৎখিবদু উহৌই ।

দোরেন্না হায়রকই, " তা নোংয়াই, ইতৈমা চৎপ্রে । ঙসিদি দুকান মপাদা কুম্লক্কেনে।"

চাউবনা মখা শমথরকই, " ভায়, মেথাসি খরা শেন্নজহৌ । মশক ফজবীগী নুপাসি বদনাম চাগনবনিকো । ঐদি মথাদুম শাবিরেদা ।"

নহানমখে মতোমতনা চিংনরম্বা ব্রাফমদু অতোপ্পগী মচিন্দগীসু তারকপদুদদি নোংয়াই খাণ্ডবা গুমদ্রে। করিসু হায়রমদনা দুকান খোঙ লোনশিল্লগা চংগ্রে। নুমিৎ অদুমক্কি মেথাগী অরোইবা নুমিৎ ওইখিবদু।

গুসি মেথা তাইবংপালসিদা লৈত্রে, অদুবু অহীং খুদিংদা নোংয়াইগী থনুংদদি মেথা কল্লি।

খগুহৌদনা ডাক্তর বিদ্যাদগী ফোন লাকই। খোয়থুম্নরবা খোঞ্জেলদু নোংয়াইগী খোয়শাওনরবা অহীংসিগদি কয়াদা চুনখিদ্রবা! খুমখি, " হল্লো ডাক্তর।"

"ঐগী ফোন্দা মিস কোল অমা লৈরম্মী। অদোমগী করি নুংঙাইত্তবা লৈরবগে?"

" খোইদোকপা লৈতে। ডাক্তরদা অপনবা পীখিবগীদমক গুাকপিগনি।"

বিদ্যাগী অতম্বা মীনোক্তু নোংয়াইগী নাকোংদা হুক্তুনা চঙলকই। মখা তানা হংলকই, "অদোম হৌজিক ফাওবা তূম্বীদ্রিবা করিগীনো? বেদ তাইমদা চাগদবা হীদাক্শিংদু কাউবিরবরা?"

" হোয়, মদু চারুদ্রে।"

"হীদাক লেপ্পদি অফবা ওইরোই। মদু চাথোকপিয়ু।"

খুদক্তুদা নোংয়াইনা খল্লকই, "করিগীনো ডাক্তর বিদ্যানা অসুক য়াম্না মাগীদমক ব্রাবিরিবা? মখোয় অনী করি খোক্রে? মহাক্ল খল্লিবদু খগু উরবগুম ডাক্তর বিদ্যানা মখা চথরকই, "ঐগা অদোমগগী মরক্তা মরী অমতং থমজনীংই। শূপ্পগী ডাক্তর অমগা মাগী পেসেন্ট অমগগী মরক্তা ভাব তানবগী মরীদু। কবি কায়বগে?"

"করিসু কায়দে।"

"ফরে। মরী অসিগী মতেংনা ঐনা ব্রা অমতংগা হংজগে?"

"ফনি হায়বিয়ু।"

" হৌজিক ফাওবা তূমদনা থনবিরিবা ব্রাখলদুবু করিনো? মদুগী ফল খগুবিরবরা?"

" খগুদে। অদুবু ব্রারেপ অমদি লৌরে। সংসারসিদা লৈরিবা জীবশিংদি লায়রদুনা পোৎশক অমা ফাওবগা শম্নদনবা মরী পুম্নমক গুসিদি থদংলগে।"

গুকচানরবা খোঞ্জেলদা ডাক্তর বিদ্যানা হংলকই, "অদোম হিংলি হায়বসি নীংশিংবিরিকো?" পাউখুম পীদে।

অমুকসু হংলকই, "অদোম ঈশ্বরবুদি থাজবিবরা?"

"হুং থাজবা! থাজবা হায়বা ব্রাহৈসিমক ঐ তুক্কচে।"

"ফরে, অদোম হৌজিকমক শিবদি গুম্বীগদ্রা?"

মীৎকুপ অমফাওবা পম্বদনা নোংয়াইনা খুমদোকখি, "মদুদি লায়শ্রবা থবক্নি।"

"অদুদি অদোম্না হিংদুনা লৈরিবদু করিগীনো ?"

"ঐবু হিংলি হায়না খনবিবরা ? ঐনা মেধাবু ইথৃৎমক্না হাৎখিবা মীকৃশুদা ঐসু শিগ্রবনি। হৌজিক হিংদুনা লৈরিবসি ঐ নত্তে, মেধানি। ঐগী থনুংদা মহাক হিংলি। ঐনা হায়খিবদুনি, ঐনা ব্বারেপ অদুমক লৌরে।"

"নশাবু হাত্তোকচবদুরা ?"

"নত্তে, ঐগী থনুংদা হিংলিবা মেধাবু হাৎপনি। থাঙসিনা ঐগী থনুংসিদা থূম্না থিংজিন্নবদি মাগী মীকপখোল অমুক হন্না তাররোই।"

"অদোমগী মীত্তা অশিবদমক উদুনা লৈরে। অহিংবগী ব্বাখলসু অমুক্তং খন্থবীয়ু। হন্দকসু নোংয়াইগী থম্মোইনুংদা হংজরকই মদুদি ডাক্তর বিদ্যা মাগী কনানো ? মহাক ডাক্তরনি, পৃক্লিং ব্বাখলগী লায়েংবা অদুগা মহাক্না পেসেন্ট অমা। থেঙলবা অহিংসিদা অসুক য়াম্না ব্বাশিং ঙাঙনরিবসিবু মরী অসিনরা ?"

" কৈদৌরে ? অদোম তুমিন লৈবিরেনা ?"

ডাক্তর বিদ্যাগী খোঞ্জেলনা নোংয়াইবু মঙফাওনহল্লে। ইঙক ঙক্না খুন্নকই, "আ হোয় হায়বিয়ু।"

ডাক্তরনা হংলকই, "সংসারসিগা অদোমগা য়াম্না নক্লে হায়বসি খঙবিয়ু। অদোম্না কনাগসু নক্লনীংদে। কনামত্তগা মরী লৈনদে খনবিরি। থাজবিয়ু -শম্নদবা ময়ামসিবু শম্ন হল্লিবা করিগুম্বা অমদি লৈরি।"

নোংয়াইগী মচীন্দগী পাউখুম অমফাওবা থোক্লক্তে। বিদ্যানা হায়রকই, "অদোম তাবিরিকো।"

" হোয়, তাজরি।"

"অশেংবনি। অদোম্না হোল্লিবা নুংশা শ্বরদু ঐসু হোল্লি। অদুগুম্না শা উচেকশিংসু নুংশা শ্বর হোল্লি। সংসারসিদা মরী লৈনদবা করিবু লৈরিবগে ? ঙসি ঐনা অদোমগা ব্বারী শানরিবসিসু মী মরক্তা লৈনরিবা মরীদুনা মরম ওইরিবনি। অদোম শাথিনা পূকচেল পীকই। মরমদি অদোম্না ইশাদমক উই। অদোমগী তমথীনা অকাউবা অমা লৈরে। ইচানুপীশিং বোর্দিংদা লৈপ্রি। অদোম্না মখোয়বু করিসু থোক্লদে খন্না পাক চাউপ্রবা তাইবংসিদা মপী মপা লৈজদ্রবা ওরফান ওইনা হন্দোকপিরম্লগদ্রা ?"

নোংয়াই অশাউবা খোম্মোক্তা কল্লপ খুন্নকই, "ডাক্তর, অদোম ডাক্তর অমা ওইনা মাগী পেসেন্ট অমদা হায়ফম থোকপদগী হেন্না তাকপিরে।"

"ব্বারৌবিনু। অহেনবা ব্বাফমসিগী অর্থসু খঙবীয়ু। ঐসু মীওইবনি। মী মশেল অমা

ওইনা অদোমদা হায়জরি মদুদি মীওইবগী পান্দমদি হাপ্তোকপা, মাঙহনবা নত্তে, শেমগৎপা, হিংহনবনি । নীংশিংবিয়ু অদোমসু মীওইবনি । দরকার লৈরবদি মথংগী অয়ুক্তা ঐগী ক্লিনিক্তা লাকপিয়ু ।”

মাগী টেলিফোন্দগী বিদ্যাগী খোঞ্জেল তাখিদ্রে । ঙাইহাক তুমিন মফমদুদা লেপ্তুনা লৈরে । খোঞ্জেল কল্লপ তৌখিবা ডাক্তর বিদ্যাগী অরোইবা ৱাহৈশিংদু কাদুদা নিল্লিবগুম তৌরি । মশাবু হন্থনা য়েংজরগা মথন্তা শোঞ্জরকই, “ ঐবু মীওইবা নত্তবা করম্বা জীবনো?”

অহীং মমৈদা নোংয়াই ঙাইহাক তূমথরুই । মীকপ থোরকপা মতমদু নুমিৎ ফনা ৱাংনা কারল্লে । হৌগত্তুনা মপাল থোরকপদা মাঙ্গোলগা তাইনবা মমাঙথংবা কাগী ফল্লাংদা য়ুংশিল্লিবা থাঙ শুরিদু উরকই । ঙাইহাক মমীৎ কূপ্তুনা য়েংই । নুংশা মপী অমতং হোন্দে দাক্লগা মমায় লয়থোকখি । কাদুগী অকোয়বদা অমুক্তং লয়দুনা য়েংলকপদা উরকই - মচানুপী অনীগী ফোটোদু । মীৎকুপ খর ফোটোদুদা য়েংদুনা লৈরুরে । অসুক কুইবসি মাগী মীত্তগী পিরিক অমতা তারকখিদ্রিবনি, নোকসু নোক্লকখিদ্রবনি । অদুবু ঙসিদি মচা অনীদুগী শক্তমদুগী মাঙদা পিরীক খরা শিন্থপ্লে । মমায় শৎ লয়থোক্তুনা মপাল থোরকপদা লৈচিল নোংফাই থাংদ্রবা অতিয়াদা নুমিৎনা অরৈবা মশেক মঙান পুথোক্তুনা মঙোন্দা য়েংলিবদু উরক্লে ।

# থানিংলা



মুতুম দেবলা দেবী

*মুতুম দেবলা লংথবাল নিঙোম্বমদা খু: কুম ১৯৬৮ গী ফেব্রুয়ারিগী তাং ২ দা ডা মুতুম সুরঞ্জয় মঙাং অমদি মুতুম ওংবী তোম্বী দেবী অনীগী মমোম ওইনা তাইবংদা থোঙদারকখি । হৌজিক্তা ক্লাকেথেল হৈনৌখোঙনেম্বী, কোঙ্গং লৈকাইদা য়ুম হোংলকুনা লৈরে । এম এ অক্লম্বী অদুবু লোইশিনখিরে । লৈকোলগী জোইন্ট সেক্রেটরী ওইরম্বী । শম্নরিবা অতৈ সংস্থানশিংদি মণিপুর লিটরেরি সোসাইটি, মণিপুরী সাহিত্যা পরিষদ, কলচরেল ফোরম অমদি রাইটরস ফোরমনি । হৌজিক ফাওবদা ফোঙখ্রবা নোভেল অহুমদুদি ১। পোলোই (২০০০), ২। লম্বী অমদা (২০০২) অমদি ৩। পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তরি (২০০৬) নি । অইবী অসি রেডিও ড্রামা অমদি ভিদিও ফিল্মগী ক্লপসু ই ।*

*মাগী লম্বী অমদা হায়বা নোভেলদুদা য়াম্নেম মণি নীংশিং সাহিত্য মনা ফংখ্রে ।*

চাউবীনা লৈকাইদা ব্রারী শাবদা তত্তনা হায়, " হৌজিক্কী মতমসিদবু অচৌ-পিশক, জাৎ বিজাৎ লৈরিব্রনে ? ঐখোয়গীদি মরমতা ওকউ হায়রিবনি ।"

মগুণ খঙবী লৈকাইগী নুপীশিংনা হেক হেক হায়, "ঙাঙবদি নুংঙাইদ্রা তাবা । অশেঙ অমাংনা খায়জরিবা । মাগী মমৌদু লাক্লগা খঙগনি ।"

অমত্য পোকচবা মচা নিপাদো নুপী থিয়ু য়াদনা উইঙৈ পাখঙ ওইরবা মতুংদা হন্দক থবক্কী প্রমোসন অমা হেক ফংখিবগা মাগী মরুপ মপাংশিংনা শীন্দুনা থানিংলা কৌবী চীংমী লৈশাবী অমা খঙনহল্লে । খঙনখিবগা ইকুই কুইদনা চেনশিল্লক্লে।

চাউবীদি মখোঙ মথুৎ তিংথোক্তুনা মী শিখিবদৌনা কপ্পুনা লৈরি । মচানা খোয়দাই হায়দুনা পুশিল্লক্লিবী জাৎ মান্নদবীদুবু করম্না য়ুমগী মৌ ওইনা লৌশিনগদৌরিবনো ? ইমুং ইরাং থোক্লে ।

অদুবু ব্রাথোক মরক্তা হৌনবী লুহোংবগী থৌরম লোইশিনখ্রে । থানিংলাসু মহাক্কী চান্নজবা, নুংশিবগীদমক জাৎ ওল্লে । মৈতৈগী চৎনবী পুম্নমক খঙনবা হোৎনজে । অহানবদা

হৈনদনা থোক্লন্নবসু হৌজিক্তি চন্দন থিনবা, চেঙহী লুজবা, তুলশিবোং ব্রাই তৈবা, ধূপ থাবা, সুঁজ পূজানচিংবা লোইনা হৈরে। অদুবু থানিংলানা ফনা ব্রানা হোৎনজরবসু মনেম্বোক চাউবীনদি ইপেন পেল্লু ময়াদ্রে। পূম্নমক অসি খাঙলগা মোমোন নোক্তুনা মনেমগী মথম্মোই পেলহন্নবা হোৎনজে।

লৈকাইগী মীশিংনদি হায়নৈ, "চাউবী ইবেম্মা, নমৌসে ফখ্রেদা। মশক্লা মশক ফজরিবা, তৌথোরকপদনা ইচু তারিবা, নঙমুক নরাইবক ফবীসিবু কদাইদা লৈরমগদগে ?"

মথম্মোইদা ফুমদুনা লৈরিবা পেন্দবদু চাউবীনা ফোঙদোক্লকই, "শকথক ফজরগা য়ূম পানবা য়াব্রদা ?"

ময়াম্না হায়নরিবসিগী মরুমদা মমৌনুপীদুবু চাং য়েংনীংবসু পোক্লকই। অদুবু করিদনো খঙদে চাউবীগী নিতি নিয়মগা চানবা ইঙম ঙমদ্রি। পেম্বোকপা ঙমদবা চাউবীগী মরাল্লা ? নৎত্রগা অশেংবা য়ূম্বাল্লোনবু হেন্না পামজরুবগীরা ?

চাউবীগী ইমুং য়ূম্বাল নুংঙাইবা হায়বদুদি ওইদ্রে। মমৌনা থব্রায় য়াওনা থোংবা চাক এলাং চাউবীনা খোয়দাদে। ব্রাসু কয়া ঙাঙনদে। চানীংবা চাউবীগী এলাং মশানা থোংদুনা পুথোরকই।

মীনা তৌবা থবক কয়া শীংথানদবা মশানতা তৌজরগা পেঙবা চাউবীনি। মচানুপানা ব্রারৌখিনি খনবদগী মমৌনুপীদু চাকখুম চঙহনবনি। অদুবু অয়াম্বা মতমদদি মমৌবু চাকখুমগী থবক তৌহন্দে। চাক থোংগে তৌরবসু হায়গনি, "নখোয়গী তৌগদবা নখৌ তৌজরু। চাক্তি ঐ থোংলগে।"

চাকখুমদগী কয়ারক্লি অসুম্না থোরকখিবা। অদুবু নোংমতা মাগী নুপাদা মসিগী মমি উহন্দে।

লৈকাইগী অহল, মনেমশিংনা কোয়থোক্লকপদদি হায়বিরম্মী, "ইমৌনা লোনবা চাসি ওম্বোক্লা হাউখ্রে। চন্দন থিনবা ফনবু হৈরিনে। পকচখ্রে, ইমৌদি।"

নুমিৎ অসিদনি থানিংলানা য়ূম অসিদা লাকপদগী মোমোন নোকচখিবা। মনেমগা মাগগী মরক্তদি করিনো অমখক শমজিন্নবা য়াদ্রি। করিগীনো খঙদে। ফনা খাঙবা কনবীনি। অদুবু খাঙবা হায়বসিগীসু পনখৈ অমদি লৈরম্লে। থানিংলাগী মায়থোঙ ঙসিদি হোৎলে। মতৌ অদুদা মাগী নুপানা হংই, "করি তৌরে ?"

মতম কুইনগী তুংদা থানিংলা মরোল লোল্লক্লে। হংলকই, "নখোয়গী ইমুং অসিগী চৎনা লোনচৎ অসিবু করিনো ?"

মাগী নিপানা খুম্মী, "নঙবু খরসু খাঙবা মতম্মু। ইমাসু খরা লৈরগা ফজরক্লনি।"

মাগী নিপাগী 'খরসু খাঙবা মতম্মু' হায়বা ব্রাহৈসিদা থানিংলা ব্রারৌই। মহাক্লা

অসুক খাঙলক্লিবসি করিমত্তা খঙবিয়ববজাংলা ? তস্না য়াদবা মনেমগা মহাক্কী মরক্তা লৈরিবা মওংসি মহাকসু খরদি খঙফম থোক্লবনি । হৌজিকফাওবা মনেম্মা মহাকপু মমৌ ওইনা খনবা ঙমদ্রি। মচানিপানা লৌরকই হায়বগী য়ূম অসিদা চঙজফম পীবনি হায়বসি মহাকসু খঙই ।

মাগী নিপানা হায়, "ঐদি প্রেক্রেম মচা মচানা ইয়ুং মহী লাঙহনবা পামদে । ইমানা পাল্লিবদু করিনো খল্লগা নঙসু চংলু ।"

মপুরোইবগী বাহে বাতা মহৌশাগা মান্নরক্রে হায়বা মহাক খঙলক্রে । য়ূমসিদা লাক্লিঙৈদা ঙাঙখিবা বাহে ময়ামদু ঙসিদি অমতা ঙাঙলক্রে । অসুম থোক্লকনি হায়বসি মাগী মপুরোইবনা হায়না খন্থৌদব্রা ?

ঙসিদি থানিংলাসু তুমিন্না লৈশিন্দ্রে, খুন্নকই, "ঐবু অসুম্না থম্লবগীরা নঙনা ঐবু পুবিরক্লিবা ? করিগীনো হায়য়ু ? করিগীনো ? ঐগীসু ইশাগী চংনবী লৈ, সমাজ লৈ । নখোয় খক্তনা চংনবী সমাজ লৈবা অহিংবা মীরা ?"

মাগী নিপানা তৌফম খঙদনা, "ঐদা য়ূমসিদা হঙিল্লক্লগা ফরনি ।" হায়রন্নগা থোকপ্রে। মপুরোইবনা অনীমক্কী য়াননবা শীনবিগদ্রা হায়না খল্লুরগা মশা লৈথোকপ্রবা !

অসুম্না মনা মনিল নাইদনা মোং চান্নদবা মওংসি থানিংলা তশেংনা হৈনরক্রে । মপাম্বোংগী কুয়োম্দুদি মহাক থোইনা খল্লুদে । পাল্লিবদি নুংগী বাদুনি ।

থানিংলা পাক্লবা মিংশেল অমগী মমাঙদা লেপুনা মশাগী শক্তম অদুবু য়েংজে । চন্দন মচুগী ইন্নফিদু মকোক্কী তপ্না চিংথরগা অমুক য়েংজে । উরকই, মিংশেলদা তারিবা মমিদু মৈতেগী মৌ অমগী শক্তম্নি । নাতোন্দা থিল্লিবা চন্দোনগী শীরিদুসু মগেক লানা লৈরি । অসুক ফজখ্রবা চন্দোন অসিনা মাগী ফজবা চাম্ম চাম্মা হেনগৎহন্দুনসু থানিংলাবু চীংমী নিংঙোল নত্তে হায়বসিমদি ময়াদ্রি । তুলসি মচুম চাম্মা নিপাল্লক থক্কুনসু চীংমী নিংঙোল হায়বসিমদি অসুম্মক লেঙদনা মরৈরে ।

থম্মোইনুংগী নুংহীক্লবদু মপান থোক্লক্কে তৌরকই অদুবু মহাক খাঙজিঞ্জে । ময়েক লারম্বা চন্দন্দু মমি শান্নক্রে । মথংদদি থানিংলাগী অশেংবা শক্তমদু অসুম অসুম ময়েক শেংদোরক্রে। ঙকশম্দা শিরম্বা চারিক্কী নুংশিরবা খোঞ্জেল, লোক্কী ঈচেলগী তাম্বাদা বাখলগা মনীং তম্না শান্নজবা পুম্নমক মমীত্তা উরক্রে । হকচাংদা পক্লম্বা চংনবীগী তৌশিন্নবা কুয়োমদু মতোমতা তপ্না তপ্না লৌথোকচরক্রে।

মপান্দনা কমদৌরি ? মচানিপানা হঙিল্লকপদা মমানা কন্না কন্না ঙাঙলি, "অসুম্না য়ূম পানবসিনদি ওইরোই । ঐসে য়াম্না ফৎত্রগনা নখোয়সু নখোয়না ফগদবা অমা য়েংগ্রো ।"

মচানুপানা তৌফম খঙদনা খুন্নকই, "ইমাসু ইমাগী মওংদু খরা থাদোক্লগা তিন্নবা

য়ানবা হোৎনবিরবদি ফগদবা । ইমাসু অমুক্তা খঙ্দুনা য়েংবিয়ু । মাদি ঐগীদমক নুংশিন্নবা মমা মপাদু থাদোক্লম্বতা নত্তনা জাৎফাও ওল্লক্লিবনি । অদুগা ইমানা করিসু নত্তবদা অসুম লাল হৌদুনা লৈরে । থানিংলানা ইমা, ইমানা থানিংলা ওইরম্লবদি ইমাসু করি খল্লমগদগে হায়না অমুক্তদি খঙ্গরগা য়েংবিয়ু । হৌজিকপু হন্দোক্লবা য়ারিব্রা ?"

মমানা খুল্লকই, "ফরে ফরে । নখোয়না য়ানবা ঐনা চৎপা তারেদনা ।"

মমানা ঙাঙহৌরিবদু খুন্নমদনা ইমুংদা চঙলকপদা উরক্লে অদুঙৈগী থানিংলাদুমক । থানিংলা মশাগী নাৎকী ফিজোল ! অসিগী ফিজোলসি নহানখে কদাইদবু থল্লিবা ?

থানিংলানা হায়রকই, " নহাকপু ঙাইরল্লিবনি । ইমুংসিগী মীওইশিংসিনা উরিবা ঐগী অশেংবা শক্তমদু মসি নৎত্রা ? চৎনবীগী তৌশিন্নবা ফিজোলদু হৌজিক ঐ শেৎনীংদ্রে। মদুনা ঐগী শেংলবা থম্মোইবুসু নমথাক তৌবিরে । ঐগী মক্লবা পুকচেল অসিবুদি ঐ কন্নীংই। ঐদি ইমুং অসিদা মীতোপ্পি। ইকাই খঙদবদগী চীংমী নিংঙোল ঐনা ননাক্তা লৈরবনি।"

মাগী নিপাদু তৌফম খঙদনা চৎলি ।

থানিংলানা নিপাদুগী মমাঙদা চপ লেপশিল্লগা হায়রকই, "ঐনা নাউপুরিবা অঙাংসে কনাগী মচানো ? য়ুমসিদা ঐগী লৈফম লৈদ্রে । হৌজিক য়া ঙাঙনররোইসি । নুপীনা নুপী ওৎপদা কনগে খনদবা নিপাগী মনাক্তা ঐ কুইনা পম্বনীংদ্রে। ফেমিলি কোর্টতা ওইনা উনরসি। "

থানিংলা প্রপ প্রপ থোকপ্রে খাম্না য়াদনা ।

# হেম্বোই



খোকচোম খোইরেল মীতৈ

*খোকচোম খোইবেল মীতৈ খ্: কুম ১৯৭৪ সেপ্তেম্বর থাদা বাঙ্গু সাবল সগোল লম্পী লৈকাইদা খোকচোম ইনাওবী অমদি ভুমেশ্বরী অনীগী মপারি ওইনা তাইখংদা খোঙুদারকখি। বি এ নি। মনাই কুল কয়াদা ওজা ওইনা পুরকই। হৌজিক ফাওবদা খোঙ্গুবা লাইরিকশিংদি নোঙ্ভোদা শিবারেল; শ্রামাদা চৈরাক অমদি খারীমচাদা ইণ্ডোম্রে নি।*

মপুরোইবগী লাম্ন থৌরম লোইখিবা থামুক ফাররে। হেম্বোই মাগী চীঙ্কবা কাদুদা মপুক্কিং নুংশিনা নুংশুক নুংজাননা ফম্লি। খল্লি মহাক্লা লুহোংলক্লিবসি মপুরোইবদুগা পুন্সিগী অবা নুংঙাই শরুক য়ামিন্নবা লাক্লিবরা নৎত্রগা মপুরোইবা য়াওদ্রবা মাগী ময়ুমসে শণ্ডবা লাক্লিবরা ? লুহোংখিবদি থা মরিরোমদমক ওইরি।

" হেম্বোই। ইমানা হায়রিবসিনিকো। নপা ঐখোয়নী চোম্লা য়াবা মতাং নত্তে। মপাদুগা নপাবুংগা পিশক পীক্লিঙৈদগী হৌনা তিন্নরকপনি হায়। কোন্না মখোয়না থবক তৌরিবা কোলেজদুগী মনাক্তা ময়ুম ইখ্রোল লৈরগা হোংখিবদগী লাগ্নখিবনি। পিবাদগী নিংঙোলদগী মথনতনি। মরল হায়রা পৈদুনা লৈরিবনি। ঐখোয়গুম্বা নত্তে। নঙোন্দা য়েৎশিনবিনবা কনাসু লৈতে। মহারাণী ওইনা হাই হুমদুনা পাম্লুদৌরিবনি। "

"ইমা মরমচৎসু খণ্ডবা মীওইদুগা কমদৌনা পুন্সিসিমা লৈমিন্নরুদৌরিনো ?"

মমানা শাউরপ হায়রকই, "ঐখোয় স্বাইগী মরমচৎ খণ্ডবা দ্রগ কাপ্পা, গুলি চাবশিংসিরো নণ্ডনা পাম্লিবনা ? মীনা গৃ গৃ তকশিল্লক্লিঙৈসিদা থবক পাণ্ডখোকহৌদনা করম্বা মতমদা পাণ্ডখোক্কদৌরিনো ? হৌজিক মতমসিদা সিফাইনা খরা হাৎ, শকখণ্ডদবশিংনা খরা হাৎ, নিশানা খরা হাৎখিদুনা লমদমসিদা লৈশাবী ময়া মরু লৌবা য়াঙৈ লি লিদুনা লৈনরিবসে নণ্ডবু শূকউ উদ্রবরা ? খুদোংচাবা হায়বসিদি অনীরক শুনা লাকপা হৌনদে। অদুনা লুহোংবগী

থাদো নপানা লাক্লিবা তরানি পানবসিদা লেপ্লগ্রবনি । থাখায় ফাদ্রবনি ।" হায়রল্লগা মমাদু থোকখ্রে।

হেহ্বোইগী মফমদা মমানা তকশিল্লক্লিবসি নুমিৎ তাম্নানিমুক কারক্লে । হেহ্বোই ফনা য়ানীংদ্রবসু তগাই ফদনা য়াদবা য়ারোইদৌরি । মরমদি মানা য়ারবসু হোংদৌরে, য়াদ্রবসু হোংদৌরে। মসিরা নিংঙোলগী পুন্সি থোঙচৎ ?

" হেহ্বোই । নঙবু কদাইদা লৈবগে ?"

খংগ্রেক খংই হেহ্বোই । থোঙনাউদুদা য়েংথোরকপদা মনেম্বোক্তু থোজাল্লোমদগী মাঙোল তম্না চঙলকল্লি । ফুক হৌগৎলগা খুম্‌খি, " অবোক করি তাকশিগদবা?"

"জীগুগী থাদরম্বা অলু বোরাসে ইথক্তনা গুমখ্রে, অমুক্তা থাংজিনমিন্নরসি ।"

থোক্লগা থাংজিনমিন্নরুরে । মফম চানা থল্লবা তুংদা মখূৎ মশা হামদোক্লগা য়েটিং রুমদুদা অমুক ফল্লরে । ফক্লাংদা থেৎলিবা লৈথিদ্রবা মপুরোইবদুগী ফোটোদুদা মুন্না য়েংলকই ।

অথেঙবা অহিংনি । নোংসু জেরে জেরে চুরি । লৈকাইগী হূইনা অরাক অরাক্লনা খোঙলকপদুদা মীংকপ থোরকপনি । ইকান কান্নদনা তারক্লে য়ুম্‌গী অকোয়বদা থোঙউপ বুটকী মখোলশিং । মমাঙথোঙদুদা থীল্লকই ।

"ইমা থোঙ অমুক্তা হাংদোকপিয়ুবা ।"

হেহ্বোই মতু খ্যাউ চুংখিবা খঙহৌদে । কোকচাউবী ফুং কারকই । মাদুনা য়েংই । মপুরোইবদু মাদুনা য়েংই । ইশি শিনা তৃল্লি । গুসাই ফনা থেঙবফাওবা থম্মোইদা থম্মোইগী নিংগাই তৌনরিঙৈ তৃমথনবা কুইস্রিবনি ।

থা ঙাঙলক্তনবা মখূৎ নাম্মনা মপুরোইবা তোম্পোক্কী মচীন্দু মেল্লগা তপ্না মশা নোমদুনা হৌদোকই ।

মতোয়ননা থোঙদু থীজিল্লক্লবদুদা হাংদবা য়াদদুনা মকুবোক্লা হৌগৎলগা হাংখ্রে । থোঙ হেক হাংখিবগা মহুম থুগাইরুবদগী থোইনা পাইথোরকপগুম মীওইশিংদু ইমুং তম্না চেনশিল্লক্লগা ইমুংদু হেক্তা শীন থুংনা চাইখাইরকই । খরনা হেহ্বোই মতে মনাউনা হীপ্লিবা ফমুংদুগী কাংথলদু তম্না অঙানবা তোর্চ লাইটকী মৈঙাল অমা কাপশিল্লকই । নোংমৈ পায়বা অমনা কাংথলদু হাইদোক্লগা, তোম্পোকপু মখূৎ পায়রগা গ্রো গ্রো চিংথোকখি । তোম্পোক্কী মশা পায়দুনা য়ানবদা হেহ্বোইসু চিংথোকপদুদা য়াওরক্লগা ফম্মাঙদা ফদ্রাক ফদ্রাক তাই । মনেম্বোক্তা মখোয়নী চঙদুনা তোম্পোকপু ফাবিখিদনবা ফনা কন্না কপ লাউদুনা য়াম্নজবনি।

অদুবু বুটশিংদুনা হুঞ্জিনলগা কাওশিনবিরগা হায়রকই, " হে নুপী । অসিগুম্বসি থোকহন্নীংদ্রবদি করিগী লালহৌবা য়াওহল্লি ?"

থোজাল কাওবা চেহ্ণোক্তুনা তান্নজে অদুবু সিফাইশিংদুনা তোম্পোকপু মখোয়গী গাড়ীদুদা ইনখৎলগা অদুম পুপ্রে ।

উপাই লৈতনা চঙলক্লগা ইমুংদা পেন্না কপমিন্নরি । কপ্পা কপ্পা হেহ্ণোইনা লাঙতক্ল না খঙনীংবা অমা ফাওরক্তুনা মনেম্বোক্তা হংলকই, "অবোক, নচানিপাসিবু হান্না লালহৌবা য়াওরম্বরনে ?"

মনেম্বোক্তুনা কপ্পা কপ্পা খুন্নকই, " মখোয়না অমুক ফারুবদগী জামীন্দা লৌথোক্লবনি। হেক লৌথোকপগা অমুক চৎখিদনবা নঙবু হায়ন শীংনদুনা লুহোঙ . . . ।"

ঋহে পরেংসি মপুং ফাদ্রিঙৈ অথাপ্পা মফম অমদা নোংমৈ মখোল মঙা তরুক তারক্লে।

"ইমা!" য়াম্না হৌনা লাউমনবদুদা ইমুংলোমদগী মনেম্বোক চেহ্ণোরক্লগা মমৌনুপীবু কোনশিনবিররগা হংলকই, "ইমৌবু কৈদৌরবগে ?"

"অবোক, হৌজিক্কী নোংমৈ মখোলদু তাহৌদ্রা ?"

"মখোল অমতা তাখিদেনা ঐদি ?"

হেহ্ণোই স্নান লাকপগুম তৌরকই । নীংঙাইদনা ফক্লাংদা লেপ্লিবা মপুরোইবা তোম্পোক্লা মঙোন্দা তুমিন্না য়েংদুনা লৈরম্লি ।

"পঙখন খঞ্জিল্লনুদা ইমৌসিদি " হায়রল্লগা মনেম্বোক্তু অমুক ইমুংলোমদা চঙপ্রে ।

হেহ্ণোই তপ্পা হৌগৎলগা মপুরোইবগী ফোটোদুদা নাল্লদুনা কপ্লগা হংলকই, "ঐসে, নঙ লৈত্রবা নয়ূমসে শঙননবা নঙনা লুহোংবিরম্বা নৎত্রা ? হৌজিক ঐনা কনা য়েংদুনা নঙগী নয়ূমসে পুন্সি চুপ্পা শঙবা ঙমগনি ? ইমানা লোন্না কৌথোক্লিবসিদা য়াদুনা ঐনা করিগুম্বা য়ূমসিদগী ইখোঙসে থাংদোকপ্লগনা অহল অনীসিনা কমদৌনা হিংহৌগনি ? হায়য়ু হৌজিক ঐ কৈদৌগে ?"

# থম্বাল লৈরিক্কী যুম্বাল

ইউ কুঞ্জবিহারী সিংহ
হোজাই, অসাম

থম্বাল হোজাইগী বিষ্ণুপুর খুন্দা পোকপা কয়াদি মমিং চত্তবা লৈকাইগী উগী মিষ্টি অমনি। টেবল চৌকি চনবা, মীগী যুমকৈ শেমজিনবিবনা মাগী মরুওইবা শিনফম্নি। মশাগী খূৎশুমল মতীক চানা হায়বা ঙমজদবতা নত্তুনা চাকচামাণ্ডদা হীদাক পেক অমা-অনী পায়থ্রবদি খূৎশুমল লৌবা কাউরিপোৎনি। ডিমাপুরদা শূনিংঙাই থবক য়াম্না লৈ হায়দুনা ডিমাপুরদা চত্তুনা মণিপুরদগী ইনাউচা কৌবা অমগা থবক পূন্না শূমিন্নরে। ইনাউচাগা লোয়ননা মণিপুরদা চখোক চৎশিন তৌবদগী ইনাউচাগী মচম্নুপী লৈরিক্কা খঙনবদা থম্মোই য়াওনরক্তুনা কোন্নথঙদদি লৌন-লৈনরে।

ময়ূম পাল্লবনিনা থম্বাল মশাগী পোক্নফম লমদম হোজাইদা অমুক লাক্তুনা লৈররে। অদুবু লাইবক থীবদি চহী ফাজিল্লকপগী অদ্বাইদা মমা মপা অনীমক লৈখিদ্রে। মশাগী লৌদু মীঙোন্দা তংখায়চাবীদা উহনখ্রে।

মতে মনাওগী কোক অনীদু কয়া পাউ ফাওনদে। কোক খরা লৈখৎপা নিপাদুনা থবক শূবা চৎখিবগা কোক লৈথবী নুপীদুসু মথন্তা যুমদুদা লৈবা কি হায়দুনা লৈকাই কোয়খি। চৎনখিবা মতম মান্নদ্রবসু হঞ্জিল্লকপা মতমদি হাইরপ মাম্লে।

ইংখোলদু ফজনা কোইবিদবনা অসুম অসুম শোঙজিল্লক্তুনা পুরা জঙ্গল ওইখ্রে। মনীংলোমদগী য়োংনাউ চঙদুনা চফূদগী চাক কোত্তুনা চাবা, লীল তোয়না চঙবা, ষণ হামেঙনা মাঙ্গোলদা থম্না পোৎচৈ, ইলাং নাপী হেক হেক চাখোকপগী থবক খোত্তবা নত্তে।

মখোয়গী যুম্বালদু উদুনা লৈকাইগী অহল লমনশিংনা হায়রুরবসু "নখৌ লৈব্রা ?"

হায়না হেক্তা হায়রকপদুদা হায়গদবা তন্নদুনা কনামত্তা হায়বিগ্রে। হৈনৌজোম য়ুম্বাল তেলজা য়াহিপ !

অসুম্না অসুম হৌখিবনা হৌজিক য়ুমদুদা অঙাং নুপী অনীগা নুপামচা অমগসু হেনগৎলক্নে। নুপীমচা অহল্লদুদি অরেংশুবা ক্লাসতা তল্লি। অনীশুবীদুদি মবুদ্ধি ফত্তে হায়দুনা মরিশুবা ক্লাস ফাওবা তমহল্লল্লগা মখা তম্থহন্দ্রে। মখোয়' মনাক্কী কনা লৈজদ্রবী হনুবী অমগী য়ুমদা থবক ইনখাং শূবা য়াওহল্লি। অবামন ফংবা নত্তে। সূপ্পগী চাক চরা অমমমতগীনি। মচানুপা অতোনবদু নিঙাইফাওদি হাইরপ চংনবা য়াবজাৎনি। মমানা বজারদা চংপদা পুদে হায়দুনা কোম্বোংদা ফমদুনা মমা কৃন্নক্রিফাওবা কণ্ডুনা নুংশা মরক্তুদা, উকুল মরক্তুদা ওন্দুনা লৈ। খেন্থা লাকপা য়াবা জাৎ নত্তে। মমানা বজারদগী কৃন্নক্তুনা কৈথেল ঙামোপ পীজরগা পুশিল্লক্লগতদা কল্লা ফরিপোংনি। লাইরিক্তি হণ্ড্রা অমদা অমমম্ চায়। ময়েক্তি অ ময়েক খঙগ্রি।

তংখাইচাবীদগী লাকপা ফৌদুনা চহী চুপ্পা চাবদি কোন্নদে। অদুগী মথক্তা অঙাংশিংসু অসুম চাউখৎলকপনা নোংম নোংমগী খরচ চাউখৎতবা য়ারক্লে। অদুনা মখোয়নী খন্নবা য়াবা খন্নরবা তুংদা প্লান অমগী মখাদা দায়িত্ব য়েম্বোক্লরে। মদুদি থম্বালনা নোংমদা চঙগদবা চেঙগী দায়িত্ব অদুগা লৈরিক্লা য়ুমগী ঙাচেং থুমচেং অমদি দরকার ওইরকপা খরচকী দায়িত্ব। অদুবু য়েম্বোক্লগুবা দায়িত্ব অনীমক্তা মচাশিং মহে মশিং তমহনবগী দায়িত্বদি য়াওহৌদবনা মচাশিং লাইরিক তমহনখিগ্রে। মচাশিংগী ফি রোলগী, খরচকীদি মখোয়নীগী বজেদতুদা য়াওদে।

থম্বালনা নুমিৎ খুদিংগী মিষ্ট্রি শূরুরগা হল্লকপদা চেঙ থাম্দুনা পুরকই। থম্বালনা চেঙগী দায়িত্ব লৌথ্রবনি হায়দুনা সরকারগী থা থাগী বি পি এলগী চেঙয়েন্দু লৈরিক্লা লৌবিবজাৎ নত্তে। থম্বালগী অয়াবা য়াওদনা চানীংই হায়দুনা উটি থোংবদা, চগেম পোম্বদা চেঙ হাপ্পা য়াদে। য়ুময়ায়দা, চাকশঙদা চেঙ মরূ খরা চাইদুনা তারবসু থম্বালগী অয়াবা য়াওদনা চেঙদু লৈরিক্লা খক খূনগত্তে।

থম্বালনা হেক হেক থাল্লকপা চেঙদু বোড়া অমদা হাল্লগা উপু মনুংদা য়াম্না চেংনা থম্মী। থম্বালনা নুমিৎ খুদিংগী থবক চৎলমদাইদা চরা অনীগী চেঙ মেরুক মরি খাইদোক্লগা উপুদগী সোদু লোনশিল্লি। শোঔজেদুনা মাগী ফৃরিংখাউদা হাপ্লগা পুখি।

লৈরিকসু দায়িত্ব অমা লৌরবনিনা মথৌনা ফৃদোরক্লে। মপামদগী য়াওরকপা সনা খূদোগ্তু কায়খোক্লগা ললোনশেন ওইনরে। লৈকাইদগী অফংবা য়েনশাং নাপী খোল্লগা বজারদা চত্তুনা ললোনগ্রে। ললোনপোত্তু থম্বালগী সাইকল অমনবদুদা হোনবগী সাইকল অবাইশেলনি হায়দুনা থম্বালনা লৈরিক্তগী নোংমগী লুপা মঙা মঙা লৌই। ভরা পীবা

শোয়রকপা নুমিত্তা মতৈ মনাও হেক হেক ঙংখৎনৈ । থম্বালনা মশা নুংঙাইনা সয়োক নোঙ্গা লাকপা নুমিত্তা থোক্লরগনা ইমুংদা লৈবা পোৎ চৈশিং অফং অফংবা থুগাই । অদুমু উচি ব্রারেপ তাদুনা মতোকই । ঙাইখো, উচি হায়রগা অমুক নীংশিল্লক্লে । উচিনা অহোবা উপুদগী ফাওজিল্লক্লগা বোড়া হূত্তোক্লুনা চেঙ চাখিবদু মচা ফত্তদুনা উচি ঙাক্তবদগী থোক্লিবনি হায়দুনা মচাশিংদা তান তান্দুনা যূবা নুমিৎসু মমাঙদা য়াওগ্রবনি । মিষ্টি মানা উপুগী উচি মখুল মেন্নবগী ব্রাখলদি খন্দে ।

থম্বালখোয়গী মমাঙদা চৎলিবা সরক মচাদু থোনবদা লৈবাক লৌখিবগী ঈশিং তুংবা মফমদু পূম্রী ওহ্মোক্লগা ঙা মচা খরা মখোয়নীনা অসুম্না থাদে । মদুদি থম্বালগীনা মমৈ লোইনা ককপা অদুগা লৈরিক্লীনা মশাইগুপ লোইনা ককপা ।

খরা লৈরগদি ঙাশিংদু মশা থীংনা ঈরোইবা ঙমদদুনা চাউবা হেন্দখদুগী মথক্তা লিলগা হঙোইগনা ফার ফারগা লোইনা চাথোকখ্রে । চহী ফারকান্দা চাউরল্লনি হায়দুনা ঈশিংলুবা মতমদদি ঙা অমতা লৈরমগ্রে । অদুদগীদি মখোয়নী, "নঙনা হূরান্দুনা ফারগা য়োহ্মোকখিবনি" হায়দুনা অমনা অমদা মরাল শীনদুনা পূম্রী মনুংদা হেক্তা ফৃগায়নরকই । লৈকাই মীয়াম চঙদুনা খামদোক্লমদ্রবদি স্বর্গ কাবরা পতাল কুম্বরা অমদি য়াওরমদৌ মাল্লি ।

ঙসিদি থম্বাল দিন য়াম্না নুংঙাইনা মশাদু ফয় ফয়া হায়রদুনা লৈয়েং ইফাই ফাইনা ঈশৈ "লোইবী চনুরা ওইবী নঙবু, ক'উঙমদরেকো ঐগী থম্মোইনা . . . ।" ঙংলদুনা হল্লক্লি । লৈকাইনা থম্বাল হল্লক্লে হায়নৈ । কোহ্মোং লানশিনখিবগা ঈশৈদু খংলেপ লেপখি । মদু লৈরিক্লা ইমুংদগী চেহ্মোরক্লগা মচীন্দুদা চাইশেন্না শুজিল্লবদগী লেপখিবনি । ময়মদি থম্বালনা ডিম্নাপুরদা লৈরিঙেদা হাও নুপী অমা খঙনরম্মী । মদু নীংশিংলকপগীনি । অদুদগীদি মখোয়নী কন্না হেক্তা খূৎ থোক্লরক্লে । মীয়াম চঙদুনা খামদোক্লরবদা মখোয়নী তোঙান চাননবা লন থুম য়েহ্মোক্লরে । মথং মথং য়েন্নরকপদা মচানুপী অনীদু অমমম য়েহ্মোক্লরগা অমতা ঙায়বা মচানিপাদুদি ময়ায়দা চপ চানা খায়দৎলগা চপ মান্নন য়েনবগী ব্রা য়ৌরক্লে ।

# নীংতম্বা

লাইরেনলাকপম শ্রুতিকুমার
হোজাই

লৈখিদ্রবা মচাগী বসরন্ত (ফিরোই) থৌরম পাঙথোকখিবগী মাগুবকী মুম্বী য়ুংলম্বা মখুল অদুদা মথূৎ মচাদুনা খোংল খোংলদুনা শান্নরিবা পীক্রিবী মশূনুপাদুদা য়েংলদুনা মাঙ্গোল মচিদুদা তুমিন্না ফম্লি লৈরেনসনা। মগুন মগুন খল্লুরগা মথন্তা শোনগুম লাক্লুম হায়রকই, "ঐ শিগ্রবা তুংদা তাইবং মীরোন তাদ্রিবা অঙাংসিগা মমা লুপ্রবীগা অনীসিনা কমদৌনা হিংহৌগনি ? নখোয়গী খনবদা ঐসে শিবা ঙম্লোইদৌরি।"

খোঙ থীল্লকপদুদা হৌগত্তুনা খোঙ হাংদোক্লুবদদি গোড়া সিফাইশিং ওইরম্লে। লৈরেনসনানা করিগীনো হায়না ফনা হংজে। সিফাইশিংদুনসু পাঙঙাঙ্দা ঙাঙই। অদুবু লোন্দি অমত্তা ফাওনদে। সিফাই খরা ইমুংদা চঙশিল্লগা মাগী মপুরোইবদু ফমুংদগী চিংথোক্লগা পুথোরক্লে। কাইনথঙদনা ইংলিস খঙবা লৈকাইদগী চাউববু ফারুরগা মায়কৈ অনীমকী ইন্টরপ্রিটর ওইহন্দুনা ব্রারী শারে।

লৈরেনসনানা হংলকই, "সাহেব, ঐগী ইপুরোইববু করিগী ফাবিগদৌরিনো ?"

সিফাই মকোক্তুনা ব্রা খরা হায়প্রবগী তুংদা চাউবনা অমুক মণিপুরীদা হন্দোরকই, "মহাক কংগ্রেসকী ভোলুন্তিয়ারনি। ভারতকী মফম কয়াদা মোহন্দাস করমচান্দ গান্ধীনা লুচিংদুনা বৃটিশ ঐখোয়গী মায়োক্তা চত্থরিবা অকনবা স্বদেসি মুভমেন্টগী শরুক অমা ওইনা তাদনা টেলিফোনগী তরা কয়া ককথংপদা নত্তুনা রেলগাড়ীগী ফিস প্লেট লৌথোকপগীদমক মাবু ফানবা ইন্দিয়া গর্ভন্টেনা ব্রারেন্ট ইসু তৌরে হায়রি ইতৈমা।"

লৈরেনসনানা মপুরোইববু কোনশিল্লগা কপহং হংলুই, "হায়রিসিবু চুম্লব্রো নঙবো ? হায়য়ো ? নঙবু তৌরুরবরো হায়বা ?"

মপুরোইবদুনা পাউখুম পীরক্লিঙেদনা সিফাইশিংদুনা মথূৎ তুংবুংম্নরগা ইন ইন্দুনা অদুম পুম্রে মপুরোইবদো। তৌফম খঙদন লাউ খোংনা কপ্তুনা লৈহৌরে লৈরেনসনা। নহানমখে মপুরোইবদুনা খদ্দর শেৎ গান্ধী তুপি উপত্তুনা কংগ্রেসকী ভোলুন্তিয়ারনি হায়দুনা হেক হেক চংখিবদু মমিত্তা শং শং উরকই। নহানঙে পুলিস অমদি গোড়া সিফাইশিংনা

মপুরোইববু হেক হেক থিরখিবনি। অদুবু অমুক্তসু থেংনখিদবনি । মখোয়না হৎলকপা বাহৈ খুদিংমক্তা লাইরিক লাইশু হৈহৌদ্রবী লৈরেনসনানা লোন খঙদদুনা মিহুন পীং পীং চোংখিবা, চাবা মচেং, তৃম্বা মচেংতা লেপ্লকখিবনি ।

মপুরোইবদুনা জেলদা লৈখ্রিঙৈদা তাইবং মঙফাওনখিবনি মখোয়গী অমত্তা ওয়রবা মচানিপাদু । মপানা পামজরম্বগী মতুংইন্না থোনখিবনি মাগী মমিং 'নীংতম' হায়না। মপুরোইবদুনা জেলদা লৈরিঙৈদুদা মচাদু উরগা মপুকচেল চাউখৎনবা হায়দুনা মচাদু পুরগা কয়ারক্লি চৎখিবা অদুবু জেলরদুনা অমুক্তসু উনহনখিদে মপা মচাদো ।

মতম খরা লৈরগা 'বন্দে মাতরম', 'ব্রিটিস চলো' হায়বগী নীংতম ঈহৌনা লৈবাক্কী মফম খুদিং শীন থুংনা অরোইবী মৈরীদা চাকখৎলক্লবা, নীংতম্বা ফংগদবা শূপ্পগী নুমিৎ তরুক্লিদা ওয়রবা মতমদুদা মপুরোইবদু জেল মনুংদা শিরে হায়বগী পাউ লাকখিবনি ।

ভারতনা নীংতম্লবা মতুং মতম খবা লৈরগা ভারত সরকারনা মপুরোইববদুবু ইকাই খুম্নবিদুনা ফ্রিদম ফায়টরনি হায়না লাউথোকপিদুনা লৈরেনসনাদা থা থাগী ওইনা লুপা চাম্মা চাম্মা পেন্সন পীদুনা মমা মচা হিংলকখিবনি । শেনফম্সি মতম মতমগী তলব হেনগৎলকপগী মতুং ইন্না খরা খরা হেনগৎলক্লুনা হৌজিক্তি লুপা চামঙা ফংলে

হৌজিক লৈরেনসনাগী ইমুংদা লৈরিবা মশা, মচানুপা, মমৌনুপী অমদি পীক্লিবা মশূনুপাদুগা মখোয় মরীগী খরচদু পীক্লবা পেন্সনগী শেনফমদুনা মেন্নবদা অহোবগী অহোবা ওাক্তা ওইরি । মতম লৈরিঙৈ শূ নোমদুনা লন থুম লেপশিনহৌগদবসু নীংতম লানগী ভোলুন্তিয়ারনি হায়দুনা যুমগী কান্নগদবা থবক অমতসু তৌহৌদে ।

" লোক থুংলনিনে মসিগী অঙাংসে," হায়না মমৌনুপীদুনা থোঙজিন মপান্দগী লাউরকপদুদা খংপ্রেক খংই লৈরেনসনা ।"অঙাংসিনা লৈবাক শান্নরিবসি ইমাবু উবিহৌদ্রবরো ? হৌজিকপু অঙাংসিনা নারক্লবদি ইমা'চাদনি বাদৌবা ।"

লৈরেনসনা ইতপ তপ্পা খুম্লকই, "হায়গেদি খনবনি । অদো অতো, বাখলসিদা করিনো মফাং মফাঙ পঙলাক্তা লাকশিন্দুনা . . . ।"

"ইমা, হৌপ্রবা বারীদা অদুম উংদুনা লৈরবদি কমাইনা হিংবা ঙমদৌরি ? হৌপ্রবদি হৌপ্রে । করিসু খল্লরোইসি," হায়দুনা মনেম্বোক্তুগী মপুক্লিং ফাথরকই । অদুবু হায়রিবা মাদি মমায়দু নাকন্দা লৈথোক্লগা তারক্লিবা মপিদু লোন্না তৈথোক্লি ।

মদু উরদুনা লৈরেনসনানা হায়রকই, "ঐঙোন্দবুদি হায়রি, নঙদি করিগী নপি তৈথোক্লিবা ? ঐনা কপ্লিবসে নমা নচাগী খনবদনিনেনে । ওঃ ! ইচাদো নুংশিবনিদা ।"

লৈরেনসনা হোজাইদা পেনসন লৌবা চংনবগী লৈজবা মফি মরোল শেংতুনা মাঙ্গোলদগী ঈচুম তাফমদা মখোঙ হেক থাংথরকপদুদা থোঙ্গাল্লোমদগী পুলিসকী গাড়ী অমা থৌজিল্লক্লিবদু উরক্লে । খল্লি করি তৌবা লাক্লিবজাংনো ?

চে চাং পায়রিবা পুলিস মকোক্তু গাড়ীদগী কৃমথরক্লগা হংলকই, "ইমা, য়ুমসিবু নীংতমগী য়ুম ওইরব্রা ?"

"মাল্লি ইবুংঙো । করি তৌবা য়াওরবগে ?"

পায়রক্লিবা বয়দুগী মনুংদগী অশিবা মী অমগী মওং অনী অহুম থোক্লা কাপ্পা ফোটো খরা লৌথোরক্লগা, " ফোটোসি নীংতমগীরা অমুক্তা য়েংবিয়ু," হায়রগা পীশিল্লকই।

লৈরেনসনা মমিক্তু উবোই উদবোই তৌদুনা ফোটোদু লৌরগা মমৌনুপীদা য়েংহল্লি। পীশূমগী নাকন নাম্মা নোংমৈনা পানবগী ইহো হোগায়রবা, থোপ অমদি ঈনা পূমতে তৈরবা শক্তমদু উবদগী মমৌনুপীদু ব্রা লান ঙাঙথোকপা ঙমদনা নীক্তুনা অদুম লৈখ্রে ।

"ঙাইথোনে ইমাগী নীংতম নঙবো । নঙনা হূই অঙাওবদৌনা য়ুমসিদা হল্লক্কনি হায়বা হেক হেক কাউরিসিবো নঙবু কদাইদা অহিং য়ারেকপগে ?"

ইমুংদগী থাউ অমা য়াল্দুনা থোরক্লিবা নীংতম্না খুল্লকই, "ইমা, মীগা মীমান্ননা নীংতম্ন । হিংবা ঙম্নবা মোনা থন্না নীংতম্বা লৌরুখিগে নচা ।"

মকোক্তু উরুরু ঙাওরক্তুনা তপ্না তুথরক্লিবী মমৌনুপীদুনা মঙোন্দো তুশিল্লকপদুদা ভ্জান তারক্লে লৈরেনসনা । মমৌনুপীদুগী মকোক্তা ঈশিং থাদুনা লায়কন্নরি । অদুবু মাগী নাপদুদদি অমত্তা ঙায়রবা মচানুপাগী "ইমা, মীগা মীমান্ননা নীংতম্না হিংবা ঙম্নবা মোনা থন্না নীংতম্বা লৌরুখিগে নচা " হ্রাইদুনা হঞ্জিল হঞ্জিল লাউশিল্লক্লি ।

পুলিস ওফিসারদুনা হায়রকই, "এনকাউন্টরদা শিবনি । অশিবদুগী মশাদা নীংতম, হোজায় হায়না থাবা অরিবা কোলেজগী আইদেন্টিটি কার্দ অমা য়াওরম্বদগী চুম্ব্রা হায়না হংবা লাকচবনি । চুম্নবনিনা হব ংদু মথৌ মঙম পাঙথোক্লনবা হোসপিতালগী মোংগতগী লৌবিররো।"

মমৌদুনা ভ্জান খরা লাক্লবদা লৈরেনসননা পুলিস ওফিসারদুগী মনাক্তা চঙশিল্লক্লগা হংলকই, "ইবুংঙো সাহেব, অসিগুম্বা নীংতম্বগী হকসি ফংনবগীদমক্তরা ঐগী ইপুরোইবদুনা বৃটিশকী মায়োক্তা ফ্রিদম ফাইটর হায়দু ওইদুনা শহিদ ওইখ্রিবদো ?"

হৌখ্রবা ইমুংদুগী ব্রারী খঙত্রিবা পুলিস ওফিসারদুনা লৈরেনসনাগী ব্রাদু করিসু তাবিদনা চংখ্রবদা লৈরেনসনানা মথক্তা শোন্জহৌই, "ইচা নীংতম্না মোনা থন্না নীংতম্বা

পুরক্কনি হায়না চৎখিবদুগা মপানা ফংনবা তাল্লম্বা নীংতম্বদুকা অনীগী খেৎনবসিবু করিনো ?”

লৈরেনসনানা মমৌনুপীদুদগী মশূনুপাদু লৌথোক্লগা হায়রকই, “চৎলো চৎলো নথৌ পাণ্ডজরুরো । অদো ইশূদি হয়েং চাউরগা নীংতম লাম্নীদদি মওইহল্লরোই ।”

# য়েন্নিঙ

বীমাবতী থিয়াম ওংবী



*বীমাবতী থিয়াম ওংবী খৃষ্ট কুম ১৯৬০ গী নবেম্বর ২৮ দা উরিপোক হাওবম দেবান লৈকাইদা খুম্বোংময়ুম গৌরহরি অমদি খুম্বোংময়ুম ওংবী মধুমতী দেবী অনীগী মমোম ওইনা তাইবংদা থোঙদারকখি। হৌজিক্কা শগোলবন্দ মুক্রাম লৈরক্তা লৈরে। এম এ, এম ফিলনি। ওজাগী শিনফমদা লৈঃ লৈনা লৈকোলগী সেক্রেটরী ওইরি। নহারোল সাহিত্য প্রেম্মী সমিতিগী লাইফ মেম্বরনি। ফোঙথ্রবা লাইরিকশিংদি য়ারী মচাদা ১। থোঙচং (১৯৯২) অমদি য়ারেংদা ২। মণিপুরগী নিংথৌকোন অমসুং চংন-লোনচং (১৯৯৬) নি।*

অহিংনি। মীচিক মীরাওখোল তাখিদরে। অদুমকপু কৌজেং হারৌগী নিং নিং, চীক চীক লাউবা খোঞ্জেলসিনা অচিকপা কা হায়বদুমক ওইহনবদি ঙমদরি।

ইবেচাউবী মপুরোইবগী সেগাদা শৃং শৃং চিংখত্তুনা খোঞ্জেল থোকহন্দা য়ানা কপ্লি। পাখংচৈ, ইমুংগী মী অতে তাখিনি। শোম্বাংননা হায়রকই, "নহাক্কা করিগী ঐবু অসুক য়াম্না মীনশ্বীরন্লিবনো ?"

"নহাক থাজৌ ইবেচাউবী, ঐদি নঙবু কৈদৌঙৈদসু মীনমখিদে, মীনমগেসু খনখিদে।"

"মদুনা নহাক্কী পুক্লিংগী য়া তারেদনা।"

খজাইদা চেম্বরক্লিবা পিরাংদু খুংশাশিংদুনা তৈথোক তৈথোক্লা মখা তারকই, "ইবেচাউবী, ঐখোয়গী ফংজগদৌরিবা পীক্লিবা নবা অসিগীদমক্তি কমদৌবা ?"

অওং অউন মতীক চানা তুংগী য়াংলবা আশা কয়াগা লোয়ননা ইবেচাউবী মপুরোইবা তোমালগী মনাক্তা বজাই বেঙ্গুনগা লোয়ননা য়ৌরক্লে। কাদুদা শঙলম্বা মচু মমেন কয়াগী মনমগা লোয়ননা রং মনম কোক্তিবা উপু কাংথোলগী মনমগা পুন্না তিন্নখি।

তোখাই তোখাই তারম্বা হকচাং অনীদু অমত্তা ওইখিবগা লোয়ননা মতম খরনিগী মনুংদা ইবেচাউবীগী খোইজিখাদা মিহুন হুল্লকখি ।

কয়াদি কুইরক্কে তোমালনা ব্রাম্থ ব্রাম্থ লোক খূরক্লিবসে । মখাথংবগী মন্দোমচা নর্স ওইবীদুনা তোমালবু ডাক্তর অমগী মনাক্তা চৎলুনবা তত্তনা হায় । অদুবু তোমালদি মীনা হায়বদা 'হোয়' হায়গনবা মীতাসু ওইদে । ঙরাংদি ইবেচাউবীনা কল্লা তকমনবদগী হোসপিতালদা চৎলগা য়েংলুবদা ঈ তেষ্ট তৌ হায়রকখিবনি । ইবেচাউবীনা মাগীসু য়েংনিংই হায়দুনা মখোয় অনীগী ঈ পূন্না তেষ্ট তৌরম্বনি ।

"ইবেচাউবী, ঐদি রিজল্ট লৌবা চৎপা ঙম্লোই ।"

"ঐসু চৎপা ঙম্লোই ।"

লৌরুলাউ হায়বা নুমিত্তগী নুমীৎ নীনি চোম্থরগা মমানা লৌরুবা রিজল্টকী চে অদু মখোয় অনীমক অকিবা পোক্তুনা ফাক্তোক্লগা য়েংনদে । টেবল মথক্তা তাদুনা অদুম লৈ । মদু পুরগা হান্না য়েংলুবা ডাক্তরদুগী মনাক্তা চৎকদবসু চৎলুদে ।

অসুম্না নুমিৎ মরি মঙানি অসি ইবেচাউবী তূম্বা য়াদে । তেবলদা তাদুনা লৈরিবা চেগী খাউদুনা মঙোন্দা করিগুম্বা খরা হায়রিবগুম খল্লি। মওন মওন খনবা য়াবা খল্লুরবা তুংদা থৌনা অমা লাক্লবরা করিনো, 'মসিদা হেক য়েংলগেসে' খন্দুনা চেদু লৌখৎতুনা পারুবা মতমদদি খল্লম্বদুমক চুম্লে । ইবেচাউবীগী থম্মোই শেগাক কায়গ্রে । মখোয় অনী ওনসিন ওনসিন্নদুনা পঙকপ্তা কপমিন্নগ্রে ।

"সে কপকনুসে । ঐহাক অমনা শোয়রবসু নহাক অমদি লৈরিদনা ।" হায়দুনা তোমালনা থেমজিল্লকপনি ।

কপ্পা ব্রানা খাঙলগা ইবেচাউবীনা খুল্লকই, "মদুনা হেক্তা য়াবরা ? পুন্সি অসি হৌরকপদা ঙায়রিবনি ।"

"ইবেচাউবী, ঐ নঙোন্দা মীনমখিনে । মদুগী থবক্তু ঐনা হৈনবী ওইখিবসু নত্তে, চাংয়েং তৌরুবখক্তনি ।"

ইবেচাউবী মপুরোইবগী মথবাক্তুদা মখূৎ অনীদুনা শুদুনা খাঙজবা নত্তনা করি উপাইদি লৈরি ।

"নহাক কনাদসু হায়দোক্কনু । সমাজনা অমদি নঙগী নপামগী মীনা ঐবু ওম্থোক্লা হঙ্গোইখ্রনি ।" তারক্লিবা মপিদু তৈথোক তৈথোক্লা হীক হীক লাউনা কপ্লিবা মহাক্কী নুপীগী মাঙদা তারক্লিবা মশমদু তপ্লা তপ্লা খূৎশাশিংদুনা হাইগৎপিরদুনা হায়রকপনি তোমালনা । ইবেচাউবী মাগী শিয়োম্নুংদা মিতল্লক্লিবা ঈ মতূমদুগীদমক থোইদোক্লা খন্দবা ঙল্লক্লে । অদুনা থেঙলবা অহীংসিদা থেম্বা য়াদবমখৈ ফোঙদোকফম খঙদনা থনুংদা ওমদুনা চাকখৎলকই।

লুহোংবা থা অনী ফাবাৎত্রিবী ইবেচাউবীসে ওহ্বোক্লা মুদ হয়্না উম্রে । মমায় মমীৎসু কেদে, হয়াও নুংঙাইবগী মমিসু মাগী মায়খোঙদা তাবা উদে ।

লৈকাইগী চিনফেন ফবীশিংনা হেক হেক ঙাঙনরিবা, "অসুক ফজবা, চুং ফিরান চাবা নিপা অমা ফংজবসিদি মরাইবক থম্বাল শাৎপনি ।" হায়বা ওহ্বোক্লা অর্থ লৈখ্রবা ব্রাহ্ণে পরেংসিনা মহাকপু পেলহনবা ঙমখিদ্রে । লৈকাইগী সমাজগী মচীন মেনবা ঙমদে হায়বা ইবেচাউবীনা খঙই ।

"য়ুম পানবগী নুংঙাইবা হায়বদু অসিরনে ?" ইবেচাউবীনা মথম্মোইনুংদা লোন্না হংজরিবা ব্রাহংনি ।

মাগী মপুরোইবা তোমালনা মমায়দু থাংগৎলপ তৌরগা গপ গপ চৎপদু ইনখৎলকপীশিংনা তুং হয়্না অমুক হন্না য়েংনিংবা শাবান মুর্তিনি ।

মপুরোইবদুনা মাবু লায়েংলিবা ডাক্তরদুগী মনাক্তা চৎলু ময়াদ্রবদুদা ইবেচাউবী মশানা চৎলুরে । পাউতাক কয়া পীরক্রে। হৌজিক ইবেচাউবী মপুরোইবদুবু অফবা চীঙ্গাক হায়বদুমখে খল্লগা পীজরে । মদুগীদমক হোৎনবদা কেবা চঙদে ।

"নহাক্কী হীদাক হায়বদুবু চাবা হৌবা য়াদ্রিবরা ?" ইবেচাউবীনা মপুরোইবদা ইতৎ ংক্রনা হংজবা ব্রাহংনি ।

"হোয় চাদবা য়াখিনি । ঐ হকচাং অসুক য়াম্না ফরিসিদি । লোক খরা খূরিবসিদি মরাইনা ফজখিনি । হীদাক লৈরক্লিবা শেনদু পাম্মুদ্রা ? ইচাগী তুংশিনবিবা য়াদ্রা ?"

মকুম মথা শুরক্নুনা ইবেচাউবী মচানিপা অমা ফংজরে ।

হৌজিক তোমাল লোক খূবগী মথক্তা চাক মরূ অমত্তা ময়াদা তাবা য়ারক্লে। য়া চীকপননি হায় । ফার্মাসিদগী য়া চীকপগী হীদাক্লি হায়দুনা লৈরগা পঙচাদা চায় । ডাক্তরদা চৎসি হায়বা য়াদবদুদা ইবেচাউবী খোরাঙ খোয়শাউনৈ । মপুরোইবদা অমুকসু ওঙ্গিশ দুনা ঙাঙই, "নশা ডাক্তরসু নত্তনা নঙনা লোইনা খঙলে হায়রিসিবু করিনো ?"

মখোয়নী ইমুংদা, ডাক্তরদা চৎশি- চৎলোই হায়নদুনা মরৈ তৌনরিঙৈনা মপান্দগী মী অমনা কৌরকপা তায় ।

'মপান্দা মী লাক'মানে, থোক্লগা কনানো য়েংলুচো, চৎলো ।"

ইবেচাউবী ইমুংদগী থোক্লকপদা শূমাঙদা ফৈজোম অঙৌবা শেৎপা কোকয়েৎ অঙৌবা য়েৎপা, মৈতৈ অহল অমা খূদৈরাংবগী লেংয়ান অমা য়াল্লদুনা লেপ্তুনা লৈরম্মী । অহলদুবু উবদা ইবেচাউবী মতু খ্যাউ চুংখি ।

"কনা হংবিবা ওইরবনো ?"

"এ! ইপা কনাসু হংদেদা । ঐনা অসুম লাকপদা লম্বীদগী নখোয়গী থোঙ্গাল অসোমদা য়েংশিল্লকপদা শক্লিনা খরা উইনে । চূক শাখিবা য়াওরমগনি । নখোয় তীনখোঙ

লাইথোং খিঙ্গমাল্লে । অদুবু ইকুই কুইদনা নখোয়গী ইংখোল্লুংসিদা লৈব অদুদি অমুক হঞ্জিল্লকনি । পাউসিদং হায়রমগে তৌবনিদা ।" হায়রগা বা মখা তারমদনা অহলদু মমায় লৈথোক্লগা থোঙ্গাল্লোমদা অদুম থোকপ্রে । হায়রল্লিবশিংদুগী অর্থ ইবেচাউবীদি খঙদবনিনা তঙক তঙক য়েংদুনা অদুম লৈহৌরে ।

তোমালগী অনাবা নোংমা নোংমগী অসুম কনশিল্লকই । ময়াদা মপং ওইবা পোং অমত্তা তাবা য়ারক্তবা ফনা কুইরে । মশা পূম্বদু খাঙফম খঙদবগুম পঙচীক্তা চীকই হায়দুনা পঙলাওদা লাউই । অদুদগী ৱাম্ব ৱাম্ব লোক খূথরকপা । ইবেচাউবী তৌফম খঙদে । মনাওনিপা ৱাংলেনগা হোসপিতালদা পুনবা ৱাতানে ।

"ইবুংঙো'পা, ঙসিদি ঐখোয় ৱাংলেনগা ডাক্তর অমগী মনাক্তা ঙাইহাক্তা চৎলুসি।"

তোমাল খঙলে মদুদি হন্দক্তি মহাক চত্তবা য়াররোই ।

ও পি দি দা ফল্লম্বা ডাক্তরদুনা তোমালবু ৱার্দতা মিং চনশিন্নবা পাউতাক পীরকই । ৱাংলেন্না ময়াম্ববু নমদুনা ৱার্দতা লৈনবা মিং চনশিল্লে । তোমাল ইবেচাউবীদা পঙশাওদা শাউই । ফূক ফূক হৌগংলি ।

"য়ূমদা চৎসি । ঐবু করিগী মফমসিদা থল্লিবনো ? য়েংব্রবসু য়ারে । ঐ লোইনা শংলবনি ।"

" হোয় হোয় । চৎলগা লোইরে। অদুক য়াম্না শাউরিদুবু করিগীনো ?" ইবেচাউবীনা মপুরোইববু ফাথনবা হায়রকপনি। অদুবু চৎনবা থৌরাংদি খক তৌদে । মদুদা তোমালনা, মহাক্না হায়বা য়াদে হায়দুনা অথীবা, তাহৈদবা, হঙ্গোইবা ৱাহৈ কয়াগা লোয়ননা লাউ খোংবা অসুম হেঞ্জিল্লকই ।

জেনরেল ৱার্দতুদা লৈমিন্নরিবা অনাবা সেবারী ময়ামদুনা তোমালগী মতৌদুদা কুম্মে ওইনা য়েংনৈ ।

নোংঙাল্লে । ইবেচাউবী মচানিপা পিশক্তু পোরগা লাকপদা মনাওনিপা ৱাংলেনগা নর্স খরগনা মপুরোইবগী ফমুং মনাক্তুদা কোয়শিল্লগা মপুরোইবদু নমশিন্দুনা লৈরম্মী । মনাক্তুদা ডাক্তরসু লেপ্পল্লি। জ্ঞান তাদবা মাল্লি । ৱাংলেন্না পীরকপা ইঙ্গিৎকী মতুংইন্না মচাদু মমাঙদা থল্লগা মশা নোমদুনা কৌরুই, "তারিবরা ? সে অবুংঙো পুরক্লে । ঙরাং নঙনা অবুংঙো য়াম্না হংবদো, ঐনা লৌরুরে ।"

তোমাল মমীৎতু ইবেচাউবীদা মুন্না য়েংলগা হংলকই, "নঙবু কনানো ? করি হায়গে?"

ইবেচাউবী মমিত্তা ঈরা চেল্লগা মখা তারুই, "নঙ ঐবু খঙব্রবরো ?"

তোমাল ইবেচাউবীগী পাউখুম পীবগী মহূক্তা মথোঙ মরম খঙদনা কন্না কন্না লাউরগা মশাদু কন্না কন্না থেকপা হৌরক্লে । ময়াম চঙদুনা নমশিন্দুনা ফাবা লাক্লে ।

মশাদু হমাংনা পূমচেৎ চোৎলে । স্বর চাউনা চাউনা হোল্লম্মগা কাওরম্না মখোঙদু তপ্না তিংথোরক্লে। ডাক্তরদুনা মথবাক্তু মখূৎ অনী চঙদুনা নোমদুনা য়েংই । অদুদগী মিহুন থাহুন কৃপ্না য়েংলবা তুংদা নর্সশিংদুদা মঙক হাইরল্লগা তুমিন্না থোকপ্রে । নর্স অমনা তোমালনা শৃপ্পিবা ফিদু চিংখৎলগা মমায়দু ফাওবা কুপশিনপ্রে ।

থাবুম মঙা হৌখয়ে মপুরোইবা তোমালনা লৈখিদবা । নহানি । সংসারগী অব্রা নুংঙাইদা অবাবগী শরুক্তনা হেল্লগদবী অবাংপগী অবাংপনা লাঙ্গোই চনশিল্লক্লবীনি । তপ্না তপ্না মচাবু পোশিনজরগা হাঙলবা ফমুংদুদা য়েংজরগা লেপ্লি । ইবেচাউবী নিত্রা লাইরেম্বীবু বারৌই মপুরোইববু মঙলান্দা নোংফাদোক্তা ওইরসু লাকহন্দে হায়দুনা ।

ঙসিগী অহীংসি ওম্বোক্লা চীকপ্রে । মীৎ কক্লা অমতা উইশিল্লু য়াদে । মশাম্বোমদা মোংখাঙননা হীপহল্লে মচাদো অমুক ।

"নিত্রা ইমানা ঐবু শুম্বা কাউরমাল্লে !"

কল্লা হোৎনদুনা তুমথনবা হোৎনৈ ।

. . .                . . .                . . .

"নশম ননা- ইশাং হেক শাংলদনা অঙাওবদৌনা ।"

"ফজদ্রনে ? ঐ মখাথংবগী য়ুম অসিগী মথক্তা কারুখিগে । নঙ লৈরম্মু ।"

"কোল্লা চৎলু । মাঙ্গোল হান্না কাখৎলমখো । লাকপগা মীগীদা হান্না চৎপা হৌনদে। ইমুংদা হান্না চঙলুখিসি ।"

"হুম, মখোয়দা হান্না চৎলুখিগে ।"

. . .                . . .                . . .

ইবেচাউবী জ্ঞান তাদনা ফুনগত্তুনা ইক ইক তৌদুনা লৈরল্লে, মনেম্বোক্লা মাগী কাদা চঙলক্লগা হৌদোক্লকপা মতমদুদা ।

"হে, ইবেচাউবী, নঙবু কৈদৌরগে ? হৌগৎলোনে । নুমিৎসি আঃ য়ৌরেনে । নঙবু অহীং চুপ্পা কপ্তুনা সুম লৈরব্রা হায়বা ? "

ইবেচাউবীগী মমায়দা তারম্বা মশম মনাদু নানখৎ নানখৎপিরদুনা মনেম্বোক্লা মখা তাথরকই, "মখারোমগী নমা য়ায়মগী মৌ অতোম্বীদু অঙাং নুপী অমা পোক্লে । মশমগাদুনা ফরিবা । ঐখোয় ইবুংঙোনা পীক্লিঙৈগী মমায়দু পুরা কেবোলোনি ।"

মনেম্বোক্কী অকোনবগী খোঞ্জেনদু নিক্লপ তৌখিগুম তৌই ।

ইবেচাউবী মমীৎ মনা খংশিং শিংলগা হংজিল্লকই, "অওইবরা ইমা ?"

"ঐনবু নঙোন্দা ফাগি তৌগদ্রো ? নঙসু চৎলগা য়েংলুচোনে ।"

"ইমা, মহাক হৌজিক্তা ঐগী নাক্তা লাক্লম্মী । মখ্লারোমগী য়ুমসিদা চৎজুগে হায়দুনা চৎখি ।"

মণিপুরী শৌত স্তোরি সোসাইটি,
ইন্দিয়া গী
ফোঙখ্রবা লাইরিকশিংঃ

১। মতমগী ঈচেল
২। মতমগী খোন্থাং
৩। খূনগৎলবা লীক্লু পরেং